# লেন্দ ওফ জেদ

ইং ১৯৮৫ দগী ১৯৮৭ ফাওবা
বর্ম্মদা লৈরিবা লালহৌবশিংগী
কেম্পশিংদা চৎতুনা
হাকথেংননা থেংনরকপগী পাউদম

ঐখোযগী পন্থং

*Bertil Litner*
**Land of Jade**
a journey from India through northern Burma to China

10 9 8 7 6 5 4 3 2 1

Part I Published in Manipuri 2006 January
Part II Published in Manipuri 2009

Book in Manipuri  Sagolsem Hemant

ISBN 978 - 81- 907368 - 4 - 8

**Eikhoigi Panthung**
Group of Publication

---

*Printed at*
P C Printers
Keishamthong, Imphal

নিংশিংবা থক্তনি লৈহৌরিবা,

নুংশিজন্নবা

ববা কুঞ্জবিধু, ইমা শখি

# ORCHID PRESS

Europe and editorial office Post Box 5259 Majorstua, 0303 Oslo, NORWAY
Tel +47 22 20 56 17 Fax +47 22 56 57 66 e-post. kuloy@online.no
web http://redfrog.norconnect.no/~wop

Fax +91 385 231668

20 Sept 2000

Matamgi Wafam Daily
Chanzak Building, Keishamthong
Imphal 795001
Manipur India

Dear Mr S. Hemant,

We are please to grant you the right to publish "Land of Jade" by Bertil Lintner in Manipuri in book form.
We understand your intention to publish the book in Manipuri but we request to recieve five copies of the printed published book. Please make sure that it is indicated that the copyright belongs to Orchid press.

I wish you good luck with the project

Sincerely yours

H. K. Kuloy
Editor and Publisher

লেন্দ ওফ জেদ, চেপটর ১৪ পানবা লাইরিক অসিগী অহান্বা শরুক ইং কুমজা ২০০৬ কী জনুৱারি থাদা ময়ামদা থমজখ্রে। অহন্বা শরুক অদু চেপটর ৭ না শাবনি। লেমহৌরিবা চেপটর ৭ অদুনা অনিসুবা শরুক হায়দুনা পুথোকচরি। লাইরিক অসি অহান্বা পুথোকপদা মপুং ফাবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকলম্বা য়াবনি। অহান্বা অনিশুবা অসি শুল্লপ পুনশিন্নগা পুথোকপা তারবদি অচৌবা ভোল্যুম অমা ওইগদবনিনা খুদোংচাদবা থরদি মায়োক্লগনি খল্লদুনা অনি থোক্লা পুথোকচবনি। পাবীরিবশিংদদি লোয়শিনিংবগী লাংতকনবসু ফাওবীরমগনি খল্লে। চহি অহমগী মতুংদা অনিশুবা শরুক পুথোরকপনিনা অনৌবা থোংথাং অমাগী মথেল অমা হায়বদু ওইবা তারে। অনিশুবা ভোল্যুম অসি থার থেংথনা পুথোকচরকপগীদমক্তা থাব্রায় য়াওনা পাম্বীরিবা ময়ামগী মফমদা নুংঙাইতবা ফোংদোকচরি। অদুবু ঙসিদি লাইরিক অসিগী অনিশুবা ভোল্যুম থমজরি।

লাইরিক মনিংগী মখুমদা হাপলিবা ফোটোগ্রাফ অসি ঐ ইশামক্তা লাইরিক্তা য়াওরিবী য়াম্না মরু ওইবা থৌদাং লৌরিবী *শেং নোংগনি*। অহান্বা শরুক মীয়ামদা খুদোল তমগ্রবা মতুংদা ইথা থাজদনা ইং ২০০৭ কী নকেন্থা মতমদা লায়বক ফবদগী থেংনখি। মখোয়গী খোচৎ অসিগী মতাংদা মণিপুরিদা হন্দোক্লনা মীয়াম খংহনবগী য়াম্না হরাওখি। খোংচৎ অদুদা থা ৬ তা ঙায়রিবী মচানুপী *সেং তাই* অদুদি ক্লাস টুয়েলভ তমলে হায়। *বার্টিল লিন্টনবদি* মাগী ইবখোৎপগী থবক্তা মায় ওনশিন্দুনা লৈবি হায়। করিগুম্বা *নংনা থাইলেন্দা লাক্লবদি মাগীদা চংলকউ, নংনা লাকপা মতমদা ইবানি নমমিন্নখিবা ফোটো অমদি অনিসুবা লাইরিক্তু লোইনবকউ* হায়না কনম্না হায়রমখি। নমীন্নবিবা ফোটো অসিনা মতমচুপ্পদা কাউনররোই। নংগী মায় পাকপা ওইসনু।

ফোটো অসি রতন লুব্রাংচানা নম্বনি।



# ত্রাইঙ্গল

**Lakawang Bum** চীংশাংগী লোয়বোই লোয়রোই শন্দোবক্লিবা উমংগী শরুক অদুদা KIA গী অহানবা বৃগেদ হেদক্বাটবস অদুসু পাক্তকননা লৈবি । ঐখোয়না লৈবিবা ব্রাগী যুম অদুগী মনাক্তগী চীংখোং অদু হৌখ্রে । বৃগেদ অদুগী মেজব Kumhta Gam না হায় *এন্টি এযাব ক্রাফ অমনা বৃগেদ অমদি মসিগী অকোযবদা লৈবিবা খুলশিং অসিবু চেকশিননা ঙাক শেন্দুনা পোজিসন্দা লৈ। হৌখিবা চহি ১৬বোম সিদা, বর্ম্মীজি আর্মিনা হেদক্কার্টব লৈবিবা ত্রাইঙ্গল অসি চবা ঙমদ্রি । মনাক নকপদা লৈবিবা খুলশিংদি বর্ম্মীজি এয়াব ফোর্সনা নোংথক্তগী এটেক তৌবকপদা মীওই কয়া অমা হাৎলি কয়া অমনা শোযনাইহল্লি। বৃগেদ হেদকার্টবগী মনাক্তা এযাব এটেক তৌবা ঙমদবগী মবমদি Lakawng Bum দা KIA গী খিল্লিবা এন্টি এযাব ক্রাফ অদুননি ।*

বর্ম্মীজি আর্মিনা হৌখিবা চহি ১৬ বোম অসিদা ত্রাইঙ্গলগী মনুংদা চবা ঙমদ্রি । অদুবু নোংথক্কী এটেক তৌবকপদা মনাক নকপদা লৈবিবা খুঞ্জা কয়া শিবা অমদি শোকপা পনবা কয় যাওখি । অদুবু Lakwang Bum দা খিল্লিবা এন্টি এযাব ক্রাফট অদু কিবদগী মনাক নক্লদি এবোপ্লেন অমত্তা পাঙশিল্লক্তে । মফম অসিদা থুংবদগীদি মতম খবা লৈথবগনি ২ঙবদগী ইমুংগী মৈ হৌবিবা মনাক অদুব্রাইদা মতম খবগী ওফিস অমা শেমজিনখি । ঐখোযনা লৈবিবা যুম অদুগী মাঙ্গোলদগী ফমলগা যেংবদা মফম অদুগী কেম্পকী অকোযবগী মওং মতৌ অদু ফজনা উবা ফংই ।

কেম্প অদুদা ব্রানা শাবা ওফিসাবশিংগী অমদি লাম্মীশিংগী বেবেক, পেবেদ গ্রাউন্দ চীংখোংগী লৈতেম মান্নবা মফম অদুদা নাননা শেমলি। বেবেক অমদনা নুপী লাম্মীশিংনা ত্রুপশিংগী ইউনিফোর্মশিং তুবি । অতোপ্পা অমদনা KIA গী লোকেল ইউনিটশিংদগী লাক্লিবা ব্রাযাবলেস মেসেজশিং খোমজিল্লি অদুগী-Pa Jau'দা থীরি.


কে আই এগী হেড ক্বাটবদা এস্তি এম্বাবক্রোপনা পোজিসন্দা লৈবা

কেম্পপ অদুগী ময়াইদা KIA গী অৱাং থংবা দিভিজনগী অচৌবা এদমীনিষ্ট্রেতিভ ওফিস বীল্ডিং অমা লৈ । অয়ুক্কগী হৌনা নুংতিগী তাইপ বাইটব ফুবগী 'ক্লাক-ক্লাক' মখোলনা অচিকপা অয়ুক অদু পুংনিল নিনবগুম্মী। মীচম ময়াম্মা ওফিস অদুগী মপাদা পবেং শানা অশাংবা কিউ অমা মাগী মাগী প্রোব্লেমশিং অদুগী ব্রাকংনবা লাকখি । মসি ত্রাইবেল সোসাইতিদদি তোযনা থোকপা থৌওংনি । KIA গী ওফিসাবশিংগা মাগী ইমুং মনুংগা পুন্না লৈমীন্নদে। ইমুং মনুংগী মীওইশিং অদু Lakwang Bum গী হাইথবকপা চীংখোঙদগী কিলোমিটব অমবোম চৎলগা লৈবা খুল অমদা থম্মী । হাযবিবা মযামসি ঐগী মাঙ্গোলদা ফম্লগা য়েংবদা

য়াম্মা নুংঙাইবা অমনা KIA গী গেবিলাশিংনা কেম্পগী নাকন্দা চঙশিল্লগা লৈবিবা জঙ্গল অদোমদা ত্রেনিং তৌবিবা অমদি ওফিসকী মায়কৈ তম্মা লাক্লিবা কযাদু উবদা পুক্লিং থৌগৎনিংঙাইনি ।

মফম অসি অশেংবা কাচিনশিংনা নমনা খুন্দাই, মপালগী ইনফ্লুয়েন্স চঙলক্লিবা মফমনি হায়বা যাই । অদুনা KIAনা মফম অসি ফজনা কন্ট্রোল তৌই। নাগাগী মওংদৌনা কাচিনশিংসু ত্রাইব মখল কযানা পুল্লগা শেম্মী। মখোযগী মবক্তা মত খেন্নবগী মওংদি খবা খবা উবা ফংই । Jinghpaw, Maru, Lashi, Atzi, Lisu অমসুং Rawang ত্রাইবশিং অসি কাচিনগী ত্রাইবশিংনি । কাচিন ত্রাইবশিংগী মনুংদা Putao দা লৈবিবা Rawang ত্রাইবশিং অসিদি লালহৌবগী ইবাংদা য়াওদে । ইং ১৯৬০ দা Rawang গা KIA গা খুৎ থোক্নবগী থৌদোক অমা থোকখি । মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা বেঙ্গুননা খুৎলাই পায়বা হোম গার্দ শেমগৎখি । KIA গী অহেনবা ফোর্সশিংনা Rawang খুল কযাদা লান্দাদুনা মীচম অমদি খুৎলাই পায়বা কয়া হাৎখি । কায়নথংদা KIA না Rawang দা লান্দাদুনা মীওই কয়া হাৎখিবদু মখোযগী অচৌবা অশোয়বা

অমনি হায়বা য়াজ্রখি। অদুবু Rawang ত্রাইবশিংনা য়েকখিবা অদুদি কোকখিদে। Rawang গী মীওই কয়া সবকাবগী মী ওইনা লৌশিনবগা লোয়ননা Putao পায়শিনখি। কাচিনগী লমদা সবকাবগী স্ত্রোং হোল ওইনা লৈবিবসি মফম অসিখক্তনি। অদুগা কাচিনগী Myitkyina অমদি মন্দলে ফাওবা চৎলিবা রেলবে লাইন ফাওবিবা মনুং হৃজিনবা মফম খবদি সবকাবগী লাম্নীনা পায়শিল্লি।

ঐখোয়না বৃগেদ হেদক্বাটবদা থুংবগী পাউ অসি তপ্না তপ্না খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা শন্দোকখিদুনা ঐখোয় উননবা অহানবা দিলিগেসন টিম অমা নুমিৎ খবনিগী মনুংদা কেম্প অদুদা লাকখি। চহি ৭০ রোমগী লেঙ্গা ওইগদবা নুপা অমগা নুপী অমদি নহা অনিগা লোয়ননা ঐখোয়গী নাক্তা লাকখি। নুপা অদু কাচিনগী অশংবা অমদি অমুবনা লাংবা ল্যোংগ্রী অমা শেৎলগা মখোয়গী চৎনবী কোকয়েৎ য়েৎতুনা মখ্বাংদা উনা মখুম পানবা থাংশাং অমসু য়াল্লি। মখোয়শিং অদু ঐখোয়না লৈবিবা য়ুম অদুগী লম্বীদুদা কাখৎলকখি। মখোয়শিং অদু বর্মীজ লোল অমত্তা ঙাংদে অদুনা Khun Nawng না মখোয়গা লোল ফাওদোক্লবা লোযনবকখি। অহল ওইববা নুপা অদুনা মখুৎ অদু তিংথোবক্তুনা ঐখোয় খুৎ শোক্লখি। ঐনা মখোয়বু মৈ হৌবিবা মনাক্তা থাবিবা দেক চিয়াব অদুদা ফম্লবা হায়খি। নুপা অদুনা ঐঙোন্দা কাচিনগী লেংবান্দা যান্নবা খাও অমদি Noung গী লোংগ্রী অমা পীবকখি। মসি কাচিনশিংনা মখোয়গী নুংশি চান্নবা মীওইশিংদা উৎপা ইকাই খুম্নবা অমনি।

N'Raw Kawng খুঙ্গাশিংগী মহুৎশিন্দুনা নং অমদি নংগী নুপী অমদি পিল্লিবা অঙাং অদুবু ঐখোয়গী লমদা লাকপগী তবাম্না ওল্লি। ঐগী মিং Chyahkyi Htingnam কৌই। N'Raw Kawng খুলগী হেদমেননি। ঐ অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতমদা অমেবিকান কাচিন বেঞ্জব ওইনা থবক তৌবম্মী। অদুবু ঙসিদি ঐখোয়না ঐখোযগী ফংফম থোকপা থবকশিং অদুগী লাম্ছেংনবি। নং জর্নেলিষ্টনি হায়বা ঐ খঙই। নংনা ঐখোয়গী থবক থৌবম কয়া অসি তমদুনা পৃথিবী পুম্বা খঙহল্লু। ঐখোয়না মতম কুইববদগী মঙজবকপা মঙ মঙফাওনবে।" কাচিনগী খুলশিং অয়াম্বা ঈথৈ লৌখোং ফজনা থমদুনা লৌউ শীংউবগী থাবক ফজনা চথে। অতৈ চীংগী লমদা তৌবগুম্না সিপতিং কলটিভেসনগী থাকসু ফজনা চথে। কাচিনশিংনা অমেবিকানশিংবু য়াম্না পামজে। মখোয়না লমদম অসিগী চাওখৎ থৌবাং কয়াগী থবক পায়খৎপীবম্মী। মী অমগা অমগা খেন্নবা হায়বদু মখোয়দা লৈতে। ববমনশিংদি চীংগী মীওইশিং অসি হম্বুনা য়েংই। হৌজিক ঐনা পামলিবদি নংনা Ma Sa La গী সবকাব

অসিগী মতাংদা পৃথিবীগী মীযামদা খঙহনবীয়ু। মখোয়না অমেরিকাগী এবোপ্লেন শিজিন্নদুনা ঐখোয়গী খুঙ্গংশিংদা বোম থাদখি।"

ইং ১৯৮৫ গী ফেব্রুৱারি ২৪ দা N'Ban Bum খুল লান্দুনা Ma Sa La গী প্লেন অমা পাইখি। খুল অদু মফমসিদগী পংলাপ লাপ্তে। নংনা মফমদু য়েংনিংলবদি অদুম চৎপা য়াই মখোযনা খুলদুদা নেমনা এবোপ্লেন পাইথবগা মেছিনগন অমদি বোম থাদদুনা মীওই কয়া হাংখি। মদুদগী খুলদুগী মীওইশিং পুম্নমক KIA মতেং পাংখি। বোম থাদবা মতমদুদা খুলদুদা সবকাবগী লাশ্মী অমত্তা লৈতে পুম্নমক কৌথোকখি। বোম অদুনা মী শিবগী থৌবম অমদা তিল্লম্বা মীওই মক ওইনা নুপী অঙাং ১০ বোমগী পুন্সি মাঙহনখি। য়ুম কযা অমা মাঙহন তাকহনখি, অদুবু পাইলোট অদুনদি মখোযনা চত্থবিবা এটেক অসি মীচমশিংদনি হায়বদি খঙই। অদুবু মখোযদা চিংনবা অমত্তা ফাওদে। ত্রাইঙ্গলগী জগাদা অসিগুম্বা থৌদোক অসি তত্তনা থোকই।

ইং ১৯৮৫ গী মার্চ ২৭ তা Hkındung Yang অমদি Bum Noı খুলদা N'Ban Bum দা এবোপ্লেন এটেক তৌখিবা অদুগা চপ মান্নবা থৌদোক অমসু থোকখি। অদুবু Ma Sa La সবকাবনা পৃথিবীগী মীযামদদি মখোযনা এটেক তৌবিবশিং অদু হুবানবা দাকুশিংনি হাযদুনা মীনম্বা ৱা ঙাংলি। মখোযনা অপুনবা বর্ম্মাগী শক্তম অদু মচেৎ তানা থুগাইবি।

ঐনা মখোযদা থাজবা পীখি, ঐনা ৱাবীশিং অসি বর্ম্মাগী ৱাংমদা শন্দোক্নুনা খঙহনগনি। অহানবদদি ৱাশিংটন্না বর্ম্মাগী লালহৌবা খুদিংমক ড্রগ ললোনবশিংনি হায়না উবি। অদুনা পৃথিবীগী লৈবাকশিং অমত্তনা মখোয়বু চুমনা উদে অদুনা ৱাশিংটন ফাওবনা মসি থিংনবা মখল কয়াগী খুৎলাই অমদি হেলিকোপ্টব ফাওবা পীথবক্লি। মসি পুম্নমক বেঙ্গুননা লাননা শন্দোকপনি হায়বসি খঙবা ঙমখি।

অমুক হন্না মানা লীবিবা অশাংবা ৱাবী অদু মীযাম খঙনবা ফোঙদোক্কনি হাযনা থাজবা পীববা মতুংদা অহল ওইববা অদুনা লুচিংলগা লাক্লিবা টিম অদু মখোযগী খুলদা হনখি। ঐখোযনা থোঙজিনদা মখোযনা চৎখিবা জঙ্গলগী লম্বী অদু লেপ্লগা য়েংহৌই। অহল অদুনা চৎত্রবা মতুংদা ঐনা Maȷ Kumhta A'Gam গা অমুক ৱাবী শাখি। মদুদা মফম অসিগী ওপিয়ম পোলিসিগী মতাংদা হংখি।

*য়েংউ ত্রাইঙ্গলগী জগা অসিদা পোপী হৌবা লবুকশিং উৱ্রা ?*


সেং নোং অমদি মচানুপী সেং টাই

– উদে ।

ঐনা পাউখুম পীখি । অদুবু N' Pawng Hkyet খুলশিংদদি মাগী ইস্কোলগী গার্দেন্দা পোপী হৌবা থেংনখি । মদুনা কা হেন্না কর্ম্মসিয়েলদা কান্নাবগী নত্তে ।

ইং ১৯৮৪ দা KIA না নোকেম্পঅরাং দিভিজনগী মফমশিংদা পোপী থাবা অমদি লোকপা অসি থিংজিনখি । পোপীদগী শেল যাম্না ফংলবসু অতোপ্পা মখল অমনা মহুৎশিন্নবা হোৎনখি । নোংচুপতা মমল যাম্লবা নুং জেদ অদুগা অরাংদনা সনা ফংই । Gawng Sha গী অরাং থংবা শরুক্তা গোল্ড ফিল লৈ। মফম অসিদা বর্ম্মাগী মফম পুম্নমক্তগী মীওইশিং লাক্তুনা সনা থিবৈ। মীওইশিং অদুদগী টেক্স খোমগৎলি । অদুবু মফম অদুদা লৈবা মীওইশিংদগীদি টেক্স লৌদে। অদুনা মফম অসিদা পোপী,ওপিয়ম থাবগী থবক অসি পায়খত্তে। নোংপোক অমদি মখা থংবা দিভিজন, অহুমশুবা অমদি মবিশুবা বৃগেদনা কোনবা জগাদা লৈবা মীওশিংদি মতম কুইনদগী চথবক্লবা ওপিয়ম অসি কেস ক্রোপ ওইনা শীজিন্নবা অসি তোকত্রি মবমদি মখোযগী অতোপ্পা শেন্দাল লন্নী অমা লৈতবদগীনি ।

Shan State কী লালহৌবশিংনা ওশিয়ম পুখোক পুশিন তৌবশিংদগী টেঙ্ক লৌদুনা মখোয়গী হিংনবা লম্বী শিল্লি। কাচিন লালহৌবশিংদি ওশিয়ম অমসুং দ্রগতা থবাই য়াওদে, খোনিদগী থোকপা পোখোক্না য়াম্ন লায়না শেন তানবা ঙম্মী। ওশিয়ম অমসুং দ্রগকী কববাব তৌববদি অঙাংশিংদা লাইচুবক্তুনা ঐখোয়না শেমগৎচরিবা ৱাখল্লোন অমদি ইহৌ অসি অবেম্বদা মাঙখিগনি। কে আই এ গী লাম্মীশিং দ্রগতা লায়চুবা অমত্তা য়াওদে। ঐখোয়না ওশিয়মগী কববাব অসি শৌগৎলবদি মফম অসিৱাইদা মীওই কয়া লাক্লনি। মীওইশিং অদুগী মরক্তা সবকাবগী পাউ পুখোক- পুশিন তৌবা মীওই কয়াসু য়াওবকপা য়াই। মদুনা ঐখোয়দা অকায়বা য়াম্না লাক্লনি।

*খুঙ্গা অমদা হেক্তা হংউ নংনা মফম অসিদা চহি ৫ গী মমাঙদা লাক্লম্বা থোক্লবদি মফম অসিৱাইগী চীংমায়শিং অসি পোপীনা পীক থন্না হৌবা উবমগনি।*

লায়চুবা মীওই কয়া অবাং থংবা কাচিন ষ্টেটতা পাক শন্না লৈবম্মী। হৌজিক্তি ওশিয়ম থাবা অমসুং থকপগী থবক অসি পুংলেপ লেপখ্রে।

Kumtha Gam না মখা চথবকখি।

*হান্না ওশিয়ম শিজিন্নবম্বা কয়াসু অহল ওইশিল্লক্লে, অদুগী ফত্তবা কয়াসু মখোয়গী ইমুং মনুংশিংনা ফজনা ময়েক শেংনা খঙলবনিনা দ্রগ অসিদগী লাপথোক্না লৈনখ্রে। কবিগুম্বা তুমীননা থাবম্বা য়োল্লম্বা থেংনববদি মীওইশিং অদু শাখিবা দাম্দি পীবগা লোয়নননা অকনবা থবক শুহল্লি।*

ঐগী খোঙ নাবম্বদুসু হান্নদগী হেননা য়াম্না ফগৎলক্লে। অনৌবা শযোন চিংখৎলকপগী মওংদা লাক্লে। ঐগী খোঙগী ফিভম অসি য়েংশিন্নবা N'Raw Kawng খুলদা লৈবা হোস্পিতাল অমদগী দাক্তর অমা থাবক্লবা কৌখি। মফম অসিদা ওপবেসন তৌবগী পঙথনবা খুদোংচাবা লৈতে। মদুগী চপ চাবা লৌখৎফম থোকপা থবক অদু হান্না শেম শাদুনা থম্মী।

ঐগী খোঙ অদু কে আই এ গী লাম্মী মবিমুক্না ফাদুনা থল্লগা অশোকপা মফমদু লেনখায়দুনা সবজবিকেল স্পিবিটনা ফজনা চামথোকপীবম্মী। মদু ঐনা খঙবদা খোঙ কাওবদু মখোয় মবিনা নমদুনা থমখিবনা কবিসু লেঙবা ঙমখিদে। চয়োলমুক্নী মনুঙদা ঐগী খোঙ অদু য়াম্না ফগৎপগা লোয়নননা হান্নগুম্না ঐগী খোঙ অদু চৎপা য়ারম্মী।




ফজনা চৎথোক চৎশিন য়াবকপা অদুদগী ঐগী ব্রাগী য়ুম অদুদা ঙাযহাক্তা ফমদুনা লৈনিংলমদে । অনকপদা লৈবিবা N'Raw Kawng খুলদা তোযনা চৎলম্মী মফমদুদা কেমেবাগী ফিল্মশিং অদু ফংবগা Hseng Noung না মনাক নকপদা লৈবিবা Gawng Sha গী সনাগী খনিদা চত্তুনা ময়াম্মা সনা খিবিবা অদু ফোতো নল্লম্মী। মদু ঐখোয়না অহানবা হেক থুংবগা ময়াম্মা তৌবিবা মওং অদু ফোতো নমদুনা থমনিংবনি। অদুবু হৌজিক্তি ফিল্ম থুংলববনিনা ময়াম্মা তৌবিবদু ফোতো লৌখি । মদুদা কববাব তৌবা মীয়াম, সবকাবদা পাউ পীবা মীওই কয়ানা তৌবিবদু উবা ঙমখি । Hseng Noung না কে আই এ গী অপিকপা এস্কোর্ট খুৎপু অমগা লোয়ননা Ja Reng, Ma Shwe, Khun Nawng গা লোযননা সনাগী ফংফম অদুগী অকোয়বদা চৎখি ।

অহানবা ওইনা ঐনা কেম্প অদুদা ইতোমতা লৈহৌখি। ঐনা ইতোমতা লৈবা মতমদা ইদুনা অমদি কোয়না চত্তুনা মতম লেনখি। নুমিদাংগী মতমদা ঐগী দাইবিদু অপদেট তৌদুনা BBC গী পাউ তাখি।

নুমিৎ খবনিগী মতুংদা Hseng Noung অমসুং মাগী কাঙবু হল্লক্লম্মী, মানা গোল্ড ফিলদ অদুদা তৌবিবা য়াম্মা পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা মানা উবকপশিংদু লীখি ।

- *নংনা ঐখোযগা লোযননা চৎহৌদবসি য়াম্মা নুংঙাইতে, মফমদুদা পুম্নমক লৈহৌবে ।*

হায়না Hseng Noung হায়বকখি ।

Kachın গী জঙ্গলদা লৈবিবা Gawn Sha গোল্ড ফিলদ অদুদা মীওই ২,০০০ বোমনা মখোযগী শেন্দাল লশ্বী ওইনা সনা খোল্লি । থবক শুবা মীওইশিং অদুনা Malıttka তুবেলগী তোবর্বান্দা লৈবিবা কেম্প অদুদা লৈবিবা ব্রাগী য়ুমশিং অদুদা মীওই ১৫ দগী ৩০ ফাওবদা লৈমিন্নদুনা, মখোয়না তুবেলগী লৈঙোই মবক্তা য়াওবকপা সনা মকুপশিং অদু তাশিনমীন্নদুনা থল্লি ।

সনা মিবা লাক্রিবা মীওই অয়াম্বা মকম অদুবাইগী লৌমীশিং অমসুং অতেম্পা সৈবা মীওই ঙাক্তনি । মীওইশিংনা অসি করবাব চাউনা তৌবা মীওইশিংনা মিক্সুইট জৌবকপনি, করবাৱশালেশিং অদুনা চাদা ৫০ সনা লৌবগা ঈশিংগী পম্প, জেনেরেটর অমসুং পেট্রোলশিং পীথবকখি । সনা থিবগী থবক অসি ওক্টোবর থাদগী মে থা ফাওবগী মতমদা মপুং ওইনা তৌই । নোংজুথাগী মতমদদি ঈশিং চাউখৎলকপনা মরম ওইদুনা খুদোং চাদবা কয়া মায়োক্নে ।

সনা থিবদা শীজিন্নবিবা খুজু খুৎলাইশিং অদুগী টেক্স লৌবগা লোয়নননা সনা কংলক্রিবা মীওইশিংদগী সনা ওইনা টেক্সকী মওংদা কে আই এ না খোমজিনহৌই । সনা খোনবা য়াবা মতম ওক্টোবরদগী মে থা ফাওবা অসিগী মনুংদা কে আই এ না সনা কে জি ৩০ গী মথক্তা খোমজিনবা ঙম্মী । মসিদা খোমজিল্লিবা সনা অসি Taiwan অমসুং Hong Kong গী সনাগী কৈথেলদা থাদোকই ।

Pa Jau চৎপগী লম্বী অদুদি ঐখোযদা কবিসু চিংননিংঙাই ওইখিদে, ঐখোয়গী কম্পনি অদু মী ১০০ বোম্না শাই, মখোযশিং অদু ঐখোযগী সেক্যুবিতিগীদমক্তনি । অপনবা হায়ববু Pa Jau য়ৌনবা চৎপদা চযোল অনিবোম চঙবদু খক্তনি । চীনাগা তাইনবদা লৈবিবা চীংজাওশিং অসি যৌদ্রিঙৈদা Waingmaw দগী Chipwe গী লম্বীদা শাংনা লাকখি ।

Pa Jau তানবা অশাংবা লম্বী লাকপদু Kumon বেঞ্জ অদোমদা লাকখি । নোংথক্তা এযাব ক্রাফশিংনা পাইবি, অদুবু ঐখোযনা উমং মবক ফাওনা লাকপনা মদুগী খুদোংথীবা কবিসু লৈখিদে । Triangle দা ঐখোয লৈ হাযবসি সবকাবগী অৱাংথংবা কমান্দনা খঙখ্রে । ঐখোয়না চৎলিবা লম্বী অসি সবকাবনা হান্নদগী লালহৌবশিংনা Pa Jau চৎপসি মসিদনি হাযনা খঙই। লম্বী অসিদা চৎপা তাববদি য়াম্না চেকশিন্না থুনা চৎপা তাবনি।

ইং কুমজা ১৯৮৬ কী মার্চ ৩১ গী অযুক অঙনবদ 'ঐখোযনা' কে আই এ গী প্লাটুন 2nd Lieut La Nu না লুচিংবা অমগা লোয়নননা হাবেমগীদমক্তা খোঙশাল্লকখি । ঐগী খোঙ নাবম্বদু ফবকপগা লোয়নননা ফজনা চৎপা ঙম্লকপা অদুদা কয়াদা নুংঙাইখিবা অদুবু অশোকপা অদুদি পুংফ ফবদি নৎত্রি । Ja Rengসু চৎপা হৌবকপদুদা হবাওবম্মী । মাদি হেক পোকপদগী হৌনা প্লোখাদনা লেপতনা ঐখোয়গী খোঙচৎ অদু যাওদুনা লাক্রবনি । ঙাম্বহাক্কী মনুংদা Hseng Noung না পোবদুদা তুমথখিবম্মী ।

অহানবা নুমিৎ হুমনিগী খোঙচৎ অদুদি ঐখোয়দা কবিসু নত্তবা থৌদোক থোকখিদে । য়াম্না নুংঙাইনা পুক্রিংদা চিংনবা অমত্তা ফাওদনা লাকখি। লম্বীদা থেংনবকপা খুলশিং অদুগী য়ুমগী থোঙজিনদা য়োং মকোক, ইবোই মচী কয়া থেৎলম্বা থেংনখি । ঐখোয়না ইবোয় লোয়না কে আই এ গী কন্ট্রোল মখাদা লৈবা Htarawng Zup কৌবা খুল অমদা থুংখি । মফম অদুদা কে আই এ গী অহেনবা ফোর্স অমনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈবম্মী। কে আই এ গী কেপতেন La Nan কৌবা অমনা ঐখোয়না Pa Jau তানবগী লম্বীদা খ্বাইদগী খুদোং থীনিংঙাই ওইবিবা Waingwaw - Chipwe কী লম্বী অদু চৎপগীদমক্তা থাবকপনি হায়বা খঙখি ।

La Nan না মাগী বেঙ্ক অদু লোৎশিন্দুনা মীচম অমগী ফিজোল শেৎখি। লৌমীগী খোঙগ্রাউ বেগী অদুদা ব্রাঙ্কি তোঙ্কী অমা য়াওবি। প্রোফেসনেল লাম্মী অমা ওইবগী হৌনবী মাগী দিউতি য়াম্না হৈশিংনা তৌই । কেপ্টেন La Nu অমসুং সাবজেন্ট মেজব Dingzing New Bawk না মতেং পাংখি । মসিগী NCO অসি Kesan Chanlam দা শিখিবা Maru Tanggun গা চপ মান্নে । মাগী মথৌদা পুক্রিং চঙবা কয়াদু নিংশিংলকখি ।

কে আই ও না ইং কুমজা ১৯৮৪ দগী হৌনা পোপী থাব লোকপা পুম্নমক নোংচুপ অমসুং অৱাং থংবা দিভিজন্দা, কে আই এ গী অনিশুবা অমসুং অহানবা বৃগেদ এবিয়াদা বেন্দ তৌখ্রে । পোপী নত্তবা অতোপ্পা শেন্দাল লম্বী অমদা মায় ওনশিল্লে । মদুদি সনা, জেদ অমসুং কবীনি। কাচিন ষ্টেটকী নোংচুপ থংবা শকক্তা মমল য়াম্লবা মীয়াম্না পাম্নববা জেদ অমসুং কবী ফংই । সনানা অৱাং থংবা কাচিন ষ্টেটকী শকক্তা ফংই মদুবু "Gawng Sha" গোল্ড হায়না খঙনৈ । হায়বিবা ফিল্ড অসিদা বর্ম্মাদা লৈবা মীপুম খুদিংমক্লা মফম অসিদা লাক্কুনা সনা থিবগী থবক তৌই । সনা থিবিবা মীওইশিং অদুনা কে আই ও দা টেক্স পী। মফমদুদা লৈবা মীওইশিংদদি কে আই ও না টেক্স লৌদে, মদুনা মবম ওইদুনা মখোযনা পোপী থাবা অমদি ওপিযামগী হৈনবী অদু থাদোকপা ঙম্লিবনি । নোংপোক অমসুং খা থংবা দিভিজন্দা লৈবিবা অহুমশুবা অমসুং মবিশুবা বৃগেদ এবিয়াশিংদদি অতোপ্পা শেন্দাল লম্বী লৈতবনা পোপী থাবগা ওপিয়ম শুংদুনা শেল তানবগী থবক তৌই । মফম অদুব্রাইদদি কে আই ও না পোপী থাবা অমসুং লোকপগী থবক অদু বেন্দ তৌদে । লৈবিবা মীপুম খুদিংমক কে আই ও না থাকপা ঙমদবনিনা মাগী মাগী হিংনবা হোৎনহনবা তাৱনি। নোংপোক অমসুং খা থংবা দিভিজন্দা পোপী থাবা অমসুং ওপিয়ম শুংবা অসি থীংবদা মতম কুইনা চঙখিগনি। গবক হেক

থীংজিল্লুরবদি ঐখোয়দা থাজদবা লৈখিবসু য়াই অদুনা মখোয়গী শেম্লোক লম্বী হান্না পীখিবা তাবনি ।

N'Raw Kawang খুল অসি স্কুল, চর্চ, হোস্পিটাল অমদি ভিলেজ হেলথ ৱার্কবশিংগী কম্পাউন্দ, মসিদা মক ওইনা অবাপ অবাপ্পা মনুং হল্লিন্না লৈবা মফমদগী মীওইশিংনা ত্রেনিং তৌদুনা লৈ। কে আই এ মিলিটবিশিংগীসু মেদিকেল এন সি ও শিংসু মখোয়গী ওইনা লৈজে।

খুলগী মীওই অয়াম্বা চম্মা পুল্সি লেল্লি। নোম্বদি কল্লি। নুমিৎ খুদিংগী নুংথিলদা নুশীশিংনা জঙ্গলদগী মনীংদা যাল্লিবা শমদা শীং পুব পুবদুনা পবেং হল্লকলি । নুপাশিংনা চীংদা লৈবিবা পামলৌ উনবা নুমিৎ চুপ্পা অমা থবক শুদুনা লৈবি । অঙাং অয়াম্বনা অহল অমা অনিগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লাইবিক লাইশুগী মতাংদা খংনবা হংলি, নুংথিলগী মতমদা উফুল হৌববা লম্বীদা থোবক্কুনা চেন চোংদুনা শান্নবি ।

চহি ৫০ হেল্লবা খুলগী মীওই খবনা মখোয়না এলাইদ ফোর্সকী মীচঙ চঙদুনা জপানিজশিংবু মাযথীবা পীখিবা অদুগী মতাংদা ৱাবী লীবি । ঐসু হান্না Lan Fellows - Gordon না ইবা ***The Battle of New Seng's Kingdom*** হাযবা লাইবিক অদুদগী কাচিনগী মবমদা খবা মখৈদি খঙবা ঙমখিবা অদুনা ঐঙোন্দা কাচিনগী মবমদা থোইদোক্লা লুবা মক্তি থোক্তে ।

চয়োল অমগী মথংদা চয়োল অমা হৌখিবা, অহানবা বৃগেদ হেদক্বাটবস অসি য়াম্না নুংঙাইবা মফম অমা ওইবক্লে । ঐগী অনাবা খোঙ অদুসু হান্নগী মতৌগুম্না চপ চানা চৎপা ঙম্লে । Pa Jau দা চৎখিবা Lieut Col Zau Hpang বৃগেদ কমান্দব অদুগী পাউ ঙাইবি । মহাক্না ঐখোয়গী চৎথোক চৎশিনগী সেক্যুবিটি পুম্নমক শীল্লক্কদবনি ।

মার্চ থাগী ১৭ তা Lieut Co Zau Hpang অচৌবা বেঙ্ককী মীওই খরগা লোয়ননা থুংলম্মী । মথংগী অম্মুক্তা মখোয় ঐবু উন্নবা লাক্লম্মী । ওফিসাব অদু মীনেম্বা ফুলৈনবা চহি ৪০ গী মথক্কী মীওইনি । মহাক্না ঐগী ৱাগী য়ুমদুদা চঙলক্লগা মৈনাক্তা ফমদুনা চুরুট অমা চল্লগা হায়বকখি ।

- *সবকাবনা নঙ মফম অসিদা লৈবে হাযবা খঙলে, অদুগা ঐখোযগী মুভমেন্ট অসি কুপ্পা শেম্নবি । অদুবু মখোয়না ঐখোযগী প্লান অসি খঙবিদ্রবৈদা নঙবু Pa Jau যৌনবা শিনবা হাযবসি ঐখোযনা তৌগনি ।*

- *ঐনা খঙই, নঙগী নখোঙদু ফংত্রি, অদুবু নঙ থুনা চংপা ঙমগদ্রা ?*

Pa Jau দা এন দি এফ কী দিলিগেসনশিং লৈবি । মখোয়গী মিতিং অদুদি লোইশ্রে হায়না Lieut Col Zau Hpang না হায়বকখি, মদু তাবদা য়াম্না লাংতক্লবা অমা ফাওবকখি । মিতিং অদুগীদমক্তা লাক্লগা মদু য়াওবা ফংদবা অমদি দিলিগেসনশিং অদু উন্নহৌদবা অসি য়াম্না লাইবক থীবনি ।

- *মখোয়শিং অদু কদাযদা লৈবমগনি ?*

- *মখোয সি পি বি (কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্ম্মা) গী হেদকার্টর Pangsang দা থুংলম্না যাই ।*

অদু ওইববদি মখোয়না থাইলেন্দ বোর্দরদা থুংপ্রিঙৈদা, ঐখোয়না হান্না উন্নহৌবনা ফগনি । থাই বোর্দরদা থুংখ্রবদি অতোপ্পা জবনেলিষ্টশিংনা পাউ ফংখিদুনা স্কুপ লৌখিগনি । অদুনা ঐখোয় ঙমলিবা মখৈ থুনা Pa Jau দা থুংদবা য়াদে । ঐনা Brang Seng গা উন্নদুনা এন দি এফ কী দিলিগেসন মীতিং অদুগী দোকুমেন্টশিং লৌবা অমদি ইন্টরভিয়ু তৌদুনা পাউ ফোঙখিবা অসিনি। Zau Hpang না ঐগীদমক্তা কবিগুম্বা খবা পুবকই হায়বসি ঐনা খঙই মানা প্লাষ্টিক পেকেট অমনা য়োমশিনবা অচৌবা পেকেট অমা পুখোবক্লম্মী। অদুগা হায়বক্লম্মী,

- *মসি নঙগীনি .*

ঐনা পেকেট অদু হাংদোক্লগা য়েংবদা, ঐখোয়না অনিশুবা বৃগেদ হেদক্বাটবসতকী বেদিওদা পাউ পীখিবা কলব ত্রান্সপবেন্সি বোল অমা ব্লেক এন্দ হ্বাইট ফিলম, অনৌবা কেমেবাগী লেন্স, লেন্স শেংনবা মহি, ব্রস, লেন্স শেংনবা টিসু পেপবশিং যাওবমখি।

- *মসি থা অমগী মমাঙদগী থাইলেন্দদগী চিনা ফাওবগা লাকপনি ।*

হায়না Zaw Hpang না নোক্লকখি । লেন্স অমসুং ফিলম লৈতবদগী কাচিনগী অৰাংথংবা শকক লানশিল্লকপদা দোকুমেন্ট অমদি জবনিগী ফোটোগ্রাফ অমত্তা লৌরকখিদে । Hseng Noung না অবোইবা ফোটোগ্রাফ লৌবকখিবদুসু Maili Hka লাম্ছোবকপা অহানবা বৃগেদ হেদক্বাটবগী লম্বীদা লৌবকখিবনি ।

ঐখোয়গী খোঙথাং অদুনা চীংগী অঙম্বা অমদি অকুৎপা কয়াদা লেপ্তনা থাংজিল্লকপা অদুনা Pa Jau য়ৌনবগী খোঙচৎতা চঙশিনবা য়াবা খবাদি

চঙশিল্লক্রে । নুমিৎ মঙানিগী খোঙচৎ অদুদা মী তাবা খুল অমত্তা থেংনখিদে । কায়নথংদা অৱাংবা চীংদোল অদুদগী চংথোক চংশিন য়াব লম্বী অমা উখি ।

Nmai Hka তুবেল অমসুং অতোপ্পা মায়কৈদনা Chipwe গী লম্বী উবা ফংখি। হায়বিবা লম্বী অসি Mandawng দা লৈবা বর্ম্মীজ আর্ম্মীগী অউট পোষ্ট অসিনা শেম্বগা লোযননা নিংথীনা ঙাক্লুনা লৈ। ঐনা বাইনোকুলব থাদুনা বর্ম্মীজ আর্ম্মী লৈব্রা, কবি চেকশিন থৌবাং তৌবিবগে হায়বদু য়েংখি, লম্বী অদুদা কবিগুম্বা খুদম অমত্তা উবা ফংদে, বর্ম্মীজ আর্ম্মীনা ঐখোয লাক্লনি হাযবসি হান্না খঙদবগী মওংনি ।

অঙন্বা চীং লম্বীদুদা কুমথবকপদা নুমিদাং মমলবা মতুংদা তুবেল খোঙবালদুদা থুংখি। বর্ম্মীজ আর্ম্মীশং লুমদুনা লৈবম্বা যাই হাযনা খনবদগী তুবেলদু তপ্পা লাম্বোক্লুনা, যাম্না তুমীন্না লাম্মীশিং অদু চাইখায়দুনা, কবিগুম্বা সবকাবগী লাম্মীশিং নোংমৈ কাপশিল্লক্লবসু অশোক অপন যাম্না নংদনবা শন্দোক্লুনা মওং তানা শিন্দোকখি ।

তাঙ্গাদুদা লায়বক ফবদগী Ja Reng সু নিংঙাইদনা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈবি । ঙাইহাক্কী মনুংদা Nmai Hka অমসুং লম্বীদা সবকাবগী লাম্মীশিং পেট্রোল্লিং চত্লুনা লৈবে হাযবা পাউ ফংখি । হান্ননা সবকাবগী লাম্মী পুবা ত্রক কযা মফম অসিদা লাকখিবগী পাউ তাখি। মদুগী লাম্মীশিং অদুনা ঐখোয লাকপা যাই হায়বগী পাউ ফংবদগী থংনবা শেম শাদুনা অমদি চেকশিন থৌবাং লৌখৎপা ওইনা মিলিটবি এক্সবসাইজ তৌবনি।

ঐসু কে আই এ গী ইউনিফোর্ম বেজ যাওদবদু শেৎচিল্লে। তুপী অদুসু উপশিন্দুনা মখোয়গা মান্ননবা হোৎনখি। ঐনা তৌবিবা মওংদু উবদা অউবা খবদি মমীৎতু লাওথোক্লুনা যেংলকখি । নুংথিলদা ঐখোয়গা লাকমিন্নবা কম্পনি অদুগী কলম অমা হল্লক্লুনা মাঙদা চঙশিনবদা কবিসু খুদোংথীনিংঙাই ওইববোই হায়না পাউ পুবকখি । ঐখোযনা এপ্রিল ৫ গী অযুক্তা Nmai Hka তুবেল লাম্বোকখি ।

Nmai Hka হায়বিবা মিং অসিমক 'খুদোংথীনিংঙাই ওইববা ঈশিং' হায়না কাচিনশিংনা খঙনৈ । তুবেল অদুদা ৱাগী পোঙ শাদুনা অমমঙদা মীওই ৫ - ৫ তোংদুনা লাম্বোক্লবা হোৎনবকখি । ঈচেল অদু কনবা মবম্না ঐখোয়না থুংনিংলিবা মফমদু চপ চানা থুংবা ঙমখিদে । ঈচেল কাল্লবা তুবেল অদুগী ঈয়াই য়ৌবদা ঐখোয়না তোঙলিবা পোঙ অদু মনিং মমাং চি[illegible]দা Hseng

Noung না পোবিবা Ja Reng অদু পাখৎপোই কিবোই কপলকখি । মাসু কবি খল্লুবনো খঙদে । পোঙ হোল্লিবদুনা ঈচেল অদুগী মায়কৈবোমদা মমায় চুমদুনা তপ্না হোল্লকখি ।

তোবর্বান অদুদা ঐখোয় পূম্নমক থুংলবা মতুংদা মথংগী লম্বী চৎনবা কাখৎলকপদা চাউববা চীংজাও অমনা মাঙদা চপ লেপ্তুনা লৈবম্মী । চীংজাও অদু হাইফেৎ য়াম্না কাখৎলক্লবা তুংদা নুমিৎ তাশিল্লকপদগী খুদোংচাগদৌবা মফম অমা য়েংলগা ঐখোয় ১০০ মুক্কুগী লেকফম চাফম, কেম্প অমা শেমগৎলম্মী । কেম্প অদুগী ইনচার্জ ওইনা Sgt Mj Dingring Naw Bawk হাপ্তুনা থমখি । মানা কেম্প অদুগী অকোযবদা কোয়চৎ চত্তুনা য়েংশিনখি । কেম্প অদুগী অকোয়বদা লৈবিবা জগাশিংদা সন্ত্রি কয়া থাদোক্কুনা নিংথীনা ঙাক শেন্দুনা লৈহনখি । পুং অমা মখাযমুক্কী মতুংদা নুমিদাংগী চাকলেনগীদমক্তা থোংবা থাকপা হৌগৎলকখি । জঙ্গলদা লৈববসু মী যাম্না অমদি নিংথীনা ঙাক শেল্লগা লৈবনিনা থোইদোক্লা নাচুংবদি ফাওখিদে ।

অযুক যাহৌবকপদদি নোংসু তাবম্মী, লেপ্তুনা চুবকপা নোং অদু অযুক চুপ্না অমা তাখি । নোং তাবা মবক্কুদা ঐখোযনা Manwing খুল যৌনবা চীংগী লম্বীদা লেপ্তুনা চঙশিল্লকখি । Manwing খুল য়ৌববদি Chipwe গী লম্বী অদু লম্ফোকখিনবা প্লান তৌবা যাবগনি । অদুনা য়ামদ্রবদা নুমিৎ লৈবিঙৈদা Manwing খুল যৌদবা যাদে । চীংগী অকা- অকুম মবক্কুদা লাকপদা ব্রাদুনা চীংযা অমদা ঐখোয ময়াম ঙাযহাক পোত্থাবগা চৎসি হায়দুনা ঐখোয় ময়াম ফমথখি । চীংজাওদুগী হেক হায়থখিবদা লৈতেম মান্নবা ঈশং- শংলবা উ- ব্রা কয়া মবাং কায়না হৌববা Manwing তম্পাক পাক সন্না মাঙদা উবিবা চীংখোঙ অদু তম্না শন্দোকখ্রি । তম্পাক অসিগী মথংদা জঙ্গলনা যোম্নবা চীংজাও কযাসু মাযকৈ কযাদা মায়ওন্দুনা চৎখ্রি। হৌবিবা উশিং অদু অয়াম্বনা চীংশু উ ঙাক্কনি। তশেংনমক বর্ম্মাগী চীংশু উ অসিগা অতৈ অতোপ্পা লমদা হৌবা চীংশু উ অসিগা মান্নদে । বর্ম্মাগী অসিনা খ্বাইদগী ক্বালিতি ফবা হেল্লি। মতম অমদদি বর্ম্মা অসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ইনাক খুনবা লৈবাকশিংগী মনুংদা অমা ওইবম্মী । অদুবু হৌজিক্তি খ্বাইদগী শোত্থবা লৈবাক অমা ওইবে। ঐখোযনা চীংথক্কুদা ফমহৌবগা Manwing তম্পাক্তা লৈবিবা Manwing খুলদা কে আই এ গী লাম্মী খবা খুঞ্জাশিংনা শেৎপা ফিজম শেৎহন্দুনা পাউ লৌবা থাখ্রি । লাম্মীশিং অদুনা হল্লকপদা পুবকপা পাউ অদুনা Capt La Nan গী পুক্লিং খোইবাংহনখি । 'সবকাবগী লাম্মী ত্রক মপোৎ অমা খুলদুদা থুংলবদা হৌবি',

হায়না Hseng Noung দা বর্ম্মাজ লোন্দা Capt. La Nan না ফোঙদোবকখি। ত্রক মপোৎ অমগী লাম্মীশিং অদুনা মখোয়গী খুৎশু খুলাইশিং অদু শেংদোকপগা লোয়ননা চেক তৌদুনা লৈহৌবি ।

ঐখোয়না চীংদা হৌবিবা উজাউশিং অদুগী মখোঙদা চঙশিন্দুনা ফন্নগা Manwing খুলদগী সবকাবগী লাম্মীশিং অদু চৎখিবা ঙাইখি । ঐখোয়না চঙশিল্লবদি শুংশোয় শোয়দনা লান তৌবা তাবনি। অদুবু মদু থোক্তনবগীদমক্তা ঐখোয়না লাম্মীশিং অদুনা Manwing খুলগী খুঞ্জা অমা কৌবক্রুবা হায়খিবা অদুসু হৌজিক ফাওবা য়ৌবক্ত্রি । খুঞ্জা অদু লাক্রবদি সবকাবগী আর্মীশিংনা খুলদুদা কবি তৌবিবনো হায়বদু চপ চানা খঙবা ঙমগনি । ঙাইহাক ফমলিঙৈ মতমদা Manwing খুলগী খুঞ্জা অমা ঐখোয়গী নাক্তা লাকখি । সবকাবগী লাম্মীশিং অদুনা য়ুম য়ুমদা চঙদুনা মখোয়গী অচোৎপা ফি- বোলশিং অদু মৈদা কংনবা ফৌহৌবি । মখোয়শিং অদু জঙ্গলদা পেট্রোলিং লাকপনি । য়াম্না থুনা চৎগ্রগনি । মশিঙসু য়াম্না নত্তে, মখোয় ১৫ মুক্তনি ।

খুঞ্জা অদুগী বাফমদু তাবদা ঐখোয়দা চিংনবম্বা পূম্বা কোকখ্রে । ঐখোয়গা লাকমিন্নবা কে আই এ গী লাম্মীশিং অদুদা কেপ্তেন La Nan না খুলগী অনকপদা নোংমৈ কাপনবা অমত্তা য়াদে, নোংমৈ কাপনববদি মবাল লৈজদবা মীচম কয়া শিবা নাবা থোকপা য়াই অদুনা মদু তৌবা য়াদে হায়না অকনবা পাউতাক পীখি ।

Chipwe চৎপগী লমখায় অদুদা Manwing খুল অসি চপ চানা লৈ। অদুগা Manwing য়ৌদ্রিঙৈদনা অশীকপা লৈকাই মচা Sailaw কৌবা অমসু লৈ। মদুদা Manwing খুলদা লৈরম্বা সবকাবগী আর্মী পূম্নমক মখোয়না পুবকপা অচৌ- অচৌবা খুৎলাইশিংগা লোয়ননা চঙশিনখ্রে হায়বা পাউ ফংখি ।

ঐখোয়না চীংদগী কুমথবকপদা তাবম্বা নোং অদুসু লেপখ্রে, মমলম্বা অতিয়া অদুদা তবং তবংবা নুমিৎসু থোবক্লে। লেপ্তুনা মাঙলোমদা থাংজিল্লকপা খোঙথাং অদুনা Manwing গী নোংপোক থংবদা লৈবিবা লম্বী অদু লাম্ভোক্রবা মতম য়ৌরকখি । লাম্মীশিং (কে আই এ) অদুনা য়াম্না থুনা Chepwe বোদ অদুগী নাকন্দা লেপ্তুনা পোজিসন লৌদুনা ঐখোয়না লাম্ভোক্রদৌবিবা মফম অদুদা লৈখি । ঐখোয়না লাম্ভোবকপা অদুদা বাজুকা, অমদি মেছিন গনশিং অদুনা খুল অদুদা ওনশিন্দুনা লৈখি । Hseng Noung সু ফোটো লৌবা লেপখি । ঐখোয়না মফম অসি য়ৌবক্ত্রিঙৈদা হান্না মীওই ৫ না শাবা আর্মী পেট্রোল পার্টি অমা থুংলম্লে ঐখোয়না লম্বী অদু লাম্ভোক্রবগী তৌরিবা মতং অদুদা

আর্মীশিং অদু Manwing দা চঙশিল্লক্লম্মী । সেক্সন কম্মান্দব অদুনা La Nan দা লাওবক্লম্মী,

- *নোংমৈ কাপ্পা হৌবগে*

- *য়াদে ! মখোয়না কাপলক্লিবা ফাওবা নখোয় কাপ্পা যাদে ।*

হায়না La Nan না হুকুম অমা তৌখি ।

নোংমৈ অমত্তা কাপনদনা ঐখোয়না পাল্লিবা থবক অদু পাঙথোক্নুনা জঙ্গলগী মায়কৈবোমদা চঙশিল্লকখি । জঙ্গলগী লম্বী লৈতবা মবক্তা তপ্না তপা কে আই এ গী অনিশুবা লম্বী অমগা অমুক থেংনখি । মফম অসিদদি সরকাবগী ক্রুপ লৈবমগদ্রা হায়না চিংনখি। ঐখোয়গী ফোর্স পুম্নমক মফম অসিদা লোয়নমক হাৎনবা শেম শাবম্বা য়াই হায়না চিংনদুনা Cap La Nan না জঙ্গলগী উজাউশিং অদুগী মকমদা কে আই এ গী লাম্মী অমমম থমদুনা বাইফলশিং অদু বেদিদা লৈহনখি । মখোয়না (সবকাবগী ক্রুপশিং) মফম অসিদা থৎলগা থল্লবা মতুংদা Sailaw দগী অহেনবা ফোর্স থুংলদ্রিবা ফাওবা ঐখোযগী লম্বী অদু ব্লোক তৌবমগনি হায়না খন্দুনা Cap La Nan না মায়কৈ অনীদগী, নোংপোক অমসুং নোংচুপ লোমদগী লম্বী অদোমদা কে আই এ গী লাম্মীশিং য়াম্না চেকশিন্না সবকাবগী লাম্মীশিং লৈব্রা হায়না য়েংশিন্নবা থাদোকখি । মতম অদুদদি Cap La Nan না উবগা কাপনবগী য়াথংসু পীখি ।

উগী মকমদা খুক খুদক কুল্লগা লৈবিবা কে আই এ গী লাম্মীশিং অদুনা লেঙদনা কদোমদা কবি লাকপগে হায়বদু মুন্না তাবি । মফম অসিব্রাইদা সবকাবগী ক্রুপশিং লৈত্রে হায়বদি খঙবা ঙমখি । তাঞ্জাদুদা অহল ওইববা নুপী অনি লৈকুৎ লৈতোংনা থল্লবা লম্বী অদুদা লাকখি । মখোয়গী মোং হাদবা খোঙচৎ অমদি য়াম্না নুংঙাইনা লাকপা অদুদগীসু ঐখোয়না লম্বী অদুদা সবকাবগী লাম্মী অমত্তা লৈতবগী মওং অদু খঙবা ঙমখি । ঐখোয় ময়াম জঙ্গলদগী মথং মথং ফাওদোবকপদুদদি নুপী অনিদু কিবোই হঙ্গোইবোই মখুৎশিংদু মমায়দা থল্লগা নানথখি । Cap La Nan না হাযখি।

- *নখোয চৎপা যাবগনি, অদুবু ঐখোয় শুমহাযনা লাম্থোকপ্রে হাযবদু সবকাবগী ক্রুপতদি পাউ পীবোইদবনি ।*

নুপী অহল অনীদু চৎগ্রবা তুংদা ঐখোয় কদোমদা চৎকনি খঙদবদগী নুপী অনিদু কে আই এ গী লাম্মী অমা থাদুনা কৌহল্লগা মখোয়গা লোযননা পুন্না Manwing দগী খবা লাপথোবকপা ঐখোয়দা খুদোংথীবা নংলোইদবা মফম ফাওবা থিলমহনখি ।

অহল ওইববা নুপী অনিদু ফিজেৎতুনা Shan গী মীওইশিংনি হায়বা খঙবা ঙমখি। ঐনা শেংলিবা কে আই এগী ফিজোল, অমুৰা সনগ্লাস অমদি খুৎলাই মতিক চানা পায়ববা কে আই এগী লাম্মী সেক্সন অমনা কোয়শিন্দুনা চৎপদা কলম কমান্দব অমা ওইনা খনবা জাৎনি। পুংখায় অমগী মতুংদা ঐখোয় Manwing গী খা থংবদা লৈবিবা ফৌ হৌবা লৌবুক অমদা থুংখি। খুলগা নকনবা মবমনা খুলগী হূইশিং চেৎথোবক্তুনা ঐখোয়দা ওনশিল্লগা খোংলকখি, য়েননা খোংবা কয়াসু তাবা ফংখি। ঐখোয়দা খুদোংথীবা নংগনি খলমবদু, মফম অদুদা সবকাবগী লাম্মীশিং লৈবমদবদগী মদুদি থোকখিদ্রে। করিমত্তা অপনবা লৈতনা লৌবুক অদু লাম্ভোবকপগা লোযননা খা থংবা Manwing গী জঙ্গলগী মচিন অদুদা থুংখি।

নুমিদাংগী চাকলেন অদু মৈঙাল থোকহন্দবা মৈশা অদুদা থোংখি। ঐখোয়না লম্বীদগী ফাদুনা পুবকপা অহল ওইববা নুপী অনি অদুদি ঐখোযনা তৌবিবা মওং অদুদা কবিনো তৌবিবদু হায়না পুংঙাও ঙাওস্রে। Hseng Noung না Shan লোন্দা ফজনা ৱাবী ৱাতাই শাদুনা পাখৎপা থকৎপা য়াওদনবা হাযখি।

- *হৌজিক নখোয কিনিংঙাই লৈত্রে অবোক, নখোযবু মাঙনবা কনানসু তৌবোই, নখোযবু মফম অসি তান্না ঐখোযনা পুবক্লিবসি ঐখোযগী অবোনবা খঙদনবা পুবকপনি, কবিগুম্বা সবকাবগী ক্রপনা নখোয ফাগ্রবদি ফুদুনা, ওৎপিদুনা ঐখোযগী মবমদা হংখিবা যাই, অদুবু হৌজিক্তি কবিসু তৌদ্রবনিনা, নখোয় হযেং নোংঙাল্লগা হনস্রো, লম্বীদা বর্ম্মীজ লাম্মী থেংনববদি লাল হৌবশিংনা ফাদুনা পুবীকবে হাযযু।*

অহল নুপী অনীদু মেন তানা নুমিদাং অদু পোখাজবম্মী। নুপী অনীদুগী মবক্তগী অমদি মাগী নুপা শিখিবগী ফ্যুনবেল নুমিৎ অদু ঙসি ওইবম্মী। Shan গী চৎনবী মতুং ইন্না পাংথোক্লবা চে চাং লৈনবা লুখ্রাবীদুনা হৌবগা পুবকপনি হায়বা খঙখি। ঐখোযনা পুবকপা নাগা সাল অদুগা Kyat ৫০ খক্তা ফ্যুনবেল অদুগী দোনেসন ওইনা পীখি।

অয়ুক অদু ঙনতানা হৌগৎখি, নোং তাখিবদুনবা ঈংবা ফাওই। Hseng Noung না অহল ওইববা Shan গী নুপী অনীদু নুংঙাইনা চৎখিনবা হায়খি। ঐখোয়গী খোঙচৎ অসিদা Manwing লোমদগী সবকাবগী ক্রপ অমত্তা লাকপগী ৱাফম লৈত্রে। ঐখোয়গী মাঙদা লৈবিবা উফুল হৌববা লম্বী অসিনা সবকাবগী ক্রপশিং লৈবিবা Washawng দগী Sailaw ফাওদুনা চৎত্রে, অদুগা চিনাগী তায়নবদা লৈবিবা লালহৌবা ময়ায়া লৈরিবা জগা অদু [illegible] । বর্ম্মাদা

তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকী লালহৌবা মশীং পুম্না ৩০,০০০ বোম লৈ। লালহৌবশিং অসিনা বেঙ্গুনগী মথক্তা তোঙান তোঙানবা মওংদা লাল হৌবি। Sailaw দগী লালহৌবগী মফম তাননা চৎলিবা লম্বী অসি কোলোনিয়েল ইবা মতমদা বৃটিশনা Kambaiti মনাক্তা লৈবা 'Fort Harrison' অদু মেনটেন তৌনবা শেমখিবনি ।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদ ঐখোয়না পাক্লবা ফজববা লম্বী অদুদা লাকখি। লম্বী অসিনা কে আই এ গী অহুমশুবা বতালিয়ন অদুবু কিলোমিটব ১২ বোম চৎলবা মতুংদা য়ৌহনখি । অহুমশুবা বতালিয়ান অদুদা লৈবম্না ওফিসাব ইন চার্জ অদুনা ফোবেন জর্নেলিষ্ট জুবা অমা লাকপদুদা ঙকখি ।

কেম্প অদুদা অচৌবা ৱানা শাবা বেবেক ১২ বোম লৈ । য়ুমশিং অদু উমংনা য়োম্লবা চীং অদুগী মখোঙদা ফজনা লৈবি। ঐখোয়না নুংঙাইনা দেক- চিয়াব অদুদা ফমথদুনা লৈবিগৈদা চা অশাবা পীথক্লকখি । ঙাইহাক ৱাবী শানববা মতুঙদা, মমাংগী নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা অটিলবি ময়াম পোকখায়বগী মখোল ময়াম অমা তাখিবদুগী মতাংদা হংখি ।

মদু Dabak Yang হায়বা খুল অদুদা থোকখিবনি, খুল অসি Myitkyina অমসুং Shan দগী Bhamo তবা লম্বীদা লৈবা খুল অমনি । খুল অসি কে আই এ গী কন্ট্রোল মখাদা লৈবা, সবকাবনা কন্ট্রোল তৌবা মফমগা তায়নবদা লৈবা খুলনি। অদুনা সবকাবনা কিনবা কাপশিল্লকপনি। বোম অমসুং নোংমৈ কাপশিল্লকপদু পুং অমা মখায়বোম চথখি। মদুদা খুলদুগী য়ুমশিং মাঙহন তাকহনবদা নত্তনা খুঞ্জা খবসু অশোক- অপন নংহনখি হায়না ওফিসাব অদুনা মাগী চুরুট অদু চিংলদুনা মৈখু শাংনা কামথোক্লগা হায়খি ।

মফম মবাং খঙদনা নোংমৈ কাপশিল্লকপা অদুদা ইপা পাখৎপা অমদি থক্কৎনা লৈবা অসি লালহৌবশিংনা কন্ট্রোল তৌবা মফমদা লৈবা খুলশিংদা তত্তনা থোকই। মীচম কয়াসু অকি অখংগা লোয়ননা লৈমিন্নবা হায়বসি ঙসি ঙবাংতগী নত্তে । খুল থাদোক্লুনা চৎখ্রে, মীচেলনি সবকাবগী ইনফোর্মবনি হায়খিগদবা, সবকাবগী মীওইশিংনা অমুক লালহৌবনি হায়দুনা কাল্লে ফুবে, কান্দ্রে ফুবে হায়বগী মওংদা লৈবি । Myitkyina-Bhamo লম্বী অসি কে আই এ না ইং শোক ১৯৭০ দগী হৌনা কিলোমিটর ৭৫ বোম শাংবা মফম অমা মখোয়গী মখাদা থমখ্রে । Myitkyina লম্বী অসি পূম্না কিলোমিটব ১৭৩ বোম শাংই ।

Dabak Yang হায়বিবা খুল অসি কে আই এ গী মখাদা লৈবা Myitkyina Bhamo লম্বীগী অন্নাং থংবা শকক্তা লৈ । মদুদা সবকাবগী লাম্মীনা মোবটাব কাপশিল্লক্লিবসি বিবেল কাণ্ডবুদা কিনবা তৌবকপা ওইবৰসু মদু য়াম্না খুদোংথীনিংঙাই ওই হায়বা খন্ননবা তৌবকপা লালওংনি । সবকাবগী লাম্মীশিং অদু ঙাইহাক কাপ্পন্নবা মতুংদা Myitkyina মনাক্তা লৈবা মখোয়গী লৈফমদা হনখ্রে ।

Pa Jau তানবা চৎপা লম্বী অসি অহুমশুবা বতালিয়ন হেদক্কাটবদগী লম্বী অনীদা চৎপা য়াই । খ্বাইদগী শম্বা লম্বীনা ঙমখৈদা লৈবিবা চীংজাউ অসি লাম্থোক্লগা নুমিৎ নিনিদা থুংবা ঙম্মী । অমনা চীংজাউ অসিগী মখাদা লৈবিবা লৈতেম মান্নবা শকক্কী লম্বী অসিনা মতম কুইনা চঙবা হেল্লি । ঐখোযনা অশাংবা লম্বী মতম কুইনা চঙগদবা অদোমদা লাকখি । লম্বী অসিদা চৎলবদি ঐখোযনা Myitkyina Bhamo লম্বী শোযদনা থেংনবগনি- তশেংনমক লম্বী অসি অবীবা Ledo Road হায়না খঙনবা ইন্দিযাদগী চিনা তাবা লম্বী অদুনি।

অযুক্কী ব্রেকফাষ্ট চাবা লোয়ববা মতুংদা Dabak তুবেল তানবা চীংগী মখাদা কুমথবিবা লম্বী অদুগী মতুং ইন্না লাকখি । চীংদুদগী তুবেল তানবা কুমথবকপা লম্বী অদু চাউবাক্লা পুং ৫ বোম চঙখি । তুবেল অদুগী মথক্তা লাল মমাংগী বেলি ব্রিজ অমা কে আই এ না কাপখাযখিবগী খুদম লৈবম্বা থেংনখি। বেলি ব্রিজ অদু কে আই এ না চহি ১০ বোমগী মমাঙদা কাপখাযখিবনি ।

Dabak তুবেলগী মপান্দা লৈগুনা, নাকল নাম্মগী তোবর্বান্দা যেংবদা য়াম্না চাউনা খুন্দা লৈতাবা মফম অমা Kachin ষ্টেটতা লাকপদগী অহানবা ওইনা লাপ্পা উবা ফংখি । ঐখোয়না তুবেলদুগী মখা পাংনা চৎলগা কে আই এ গী আউট পোষ্ট মচা অমদা চঙশিল্লম্মী । মফম অদুদা নুমিদাং অদু লেল্লসি হায়না লেপথোক্লবম্মী । অন্নাং থংবা বর্ম্মা ইন্দিযাগা তাইনবদগী শাংনা লাক্লবা মতুংদা তুবেল অসিদা কুমথদুনা নুংঙাইনা ইকজথোকখি। তুবেলগী ঈশিং অদু চিনাগা তাইনবদা লৈবিবা চীংজাউশিং অদু ফাওবগা চেম্থবকপনিনা কযাদা ঈংলিবা, লমশাং লাকপগী চোকথববা হকচাংদু খঙহৌদনা তেকখৎলকখি Ja Reng সু ইকজথোকপীবদুদগীদি নুংঙাইনা থুনা তূমথখি।

Dabak Yang দা লৈবা Shan নুপী অমগী য়ুমদা Khun Nawng না ঐখোয়গী নুমিদাংগী চাকলেন অমা শীনখি । Shan নুপী অদুগী য়ুমদা বেষ্টোবেন্ট মচা অমসু চলাইজবম্মী । নুপী অদু নেম্মী যেংবদা মশা মউ ফবা মাগী জাতিগী চৎনবী অদু ঙাক্লা লৈবী মীওইনি । Hseng Noung সু Shan নিংঙোলনি

হায়বদু খঙবদা মাসু নুংঙাইজবস্মী । নুপী অদু অখেঙবা ফাওবা থোংবা থাকপা তৌবদুদা চিঞ্জবস্মী, মানা ঐখোয়গীদমক্তা শেম্বীবকপা মথেলশিং অদু ওক অফুৎপগা লোয়ননা য়েকম, মক মবাং অমদি মনা মশীং য়াওবা য়েন অথোংবা, হবাইজাব মহি, কোবী অমদি খামেন অশীনবনা শেম্বা সলাদশিংনি। মসিগী মথক্তা য়ুমদা শেম্বা Shan গী য়ু, অমদি চিনাগী টিন বিয়াব অয়িংবসু য়াওবকখি। Shan নুপী অদুনা Hseng Noung বু চাকখুমদা কৌশিন্দুনা মানা শেম শাবিবা মথেল অদু য়েংহনখি ।

ঐনা Khun Nawng দা দিন্নব অদুগী য়ু টোচ তৌববা মতুংদা ঐনা মঙোন্দা হায়খি ।

- *অচুম্বনি কাচিনশিং অসি বর্ম্মাদা খ্বাইদগী ফবা ফাইটবনি, অদুবু Shan কাঙবুদা থোংবা থাকপগী মতাংদদি কনামত্তনা নমথবা ঙল্লোই ।*

Myitkyina অমসুং Bhamo লম্বী অসিদা ঐখোয়গী খোঙচৎ অদু চঙশিল্লকপসি য়াম্না নুংঙাইবা খোংচৎ মখল অমনি । মবমদি অসিগুম্বা লম্বী অসি অমুক্তা চৎলক্ত্রি । ঐখোযনা লাকখিবা লম্বী অদুদি অৱাংবা চীংজাও, অখুবা শাথীববা লম্বী কয়াদা লাকখিবনি । সেকেন্দ লেফটিনেন্ট La Nu না Hseng Noung গীদমক্তা সাইকল অমা ৱায়বিবস্মী, Khun Nawng, Mashwe ঐ ইশামক Ja Reng পুদুনা উফুল ৱা-ৱা হৌবিবা লম্বী অদুদা লাকখি। খোঙচৎ অদুনা খুঙ্গংগী মায়কৈ অদোমদা চঙশিল্লকপদদি সাইকল অদু থৌবা য়াদবদগী ইল্লগা লাকখি ।

লম্বীদুগী নাকন্দা মীওই কয়ানা লৌ- শুদুনা লৈবস্মী, তুবেলদা লৈবা মীওইশিংনা সনা ফংনবা কন্না থিবি । লম্বী অসিদা পোৎ পুথোক পুশিন তৌবিবা খুদিংমক কে আই এ গী আউট পোষ্ট মচা অমা লৈবিবদুনা লম্বী থৎতুনা অচৎ অওকশিং অদু চেক তৌদুনা মখোযগী টেক্সশিং খোমগৎলি ।

লম্বী অসি ফজনা নাল্লি, চখোক- চৎশিন্দা নুংঙাই অদুবু এবিয়া অসি ৱাইদা লৈবা থোং অমদি লম্বী খবদি কে আই এ না সবকাবগী লম্বীশিং চংলক্তনবা কাপখায়দুনা অমদি থদৎতুনা থমখ্রে । মফম অসিগী চখোক চৎশিন অমদি পোৎ পুশিনবগী থবক অয়াম্বা ষণগাডী অমসুং সাইকলনা তৌই ।

ইং কুমজা ১৯৮৪ দা মফম অসিদা বর্ম্মাগী আর্মী য়ুনিট অমনা Japu হায়বা লম্বী মনাক্তা লৈবা অচৌবা খুল অমদা চঙশিল্লকুবা হোৎনখি । আর্মীগী য়ুনিট অদু কে আই এ গী কাঙবুনা এম্বুস তৌদুনা তাম্থোকখি । মখোয়না

Myitkyina বোমদা হন্দোকখি, আর্মীশিং অদু মনাক নকপদা লৈবা বিবেল কেম্প অমগী মনাক্তা পুবকখি। আর্মীশিংগী নোংমৈ অমদি মব্দশিংদু কে আই এ গী অথোবিটিদা খুৎশিন্নখি অদুগা মখোয়বুনা লানফা ওইনা থমখি। অমীনা Japu দা এটেক তৌবা অদু মাই পাকখিদ্রবা মতুংদা সবকাবগী এয়বক্রাফনা মফমদুদা বোম থাদখি।

ঐখোয়না নুমিৎয়ুংবা অদুবাইদা Gandau Yang হায়বা অচৌবা খুঙ্গং অমদা চৎতুনা চাফম থকফমগী মফম চাবা অমদা লেপখি। Khun Nawng গা ঐখোয় লম্বী ময়াদা লৈবা ফুট ষ্টোল অমদা ফমথবদা ওায়বিঙৈদা, লোকেল স্কুল অমগী মপাদা মণগাড়ী ময়াম অমা থুংলবদু উখি। মণগাডীশিং অদুদা অচৌ অচৌবা বোবাশিংসু য়াওবকখি। মদু কে আই এ গী য়ুনিফোর্ম শেৎপা ওফিসাবশিং অদুনা লৌশিল্লম্মী।

ঐনা Khun Nawng দা হংখি,

- *মখোয়শিং অসি কনা কনানো ?*

- *মখোযশিং অসি সবকাবনা কন্ট্রোল তৌবা মফমদা লৈবা চেঙ- চাক ললোনবা Shan শিংনি।*

*মখোয়না কে আই এ দা চেঙ যোনবা লাক্লিবসি মবম অনীদনি। সবকাবনা লৌবুকতা থাবিবা ফৌ- চেঙশিং অসিগী শরুক অহুম থোকপগী অমদি মমল পীদনা লৌখি, অমবোমদনা মমল হোংনা চেঙ থুমোক অমদা Kyat ১০ দগী হেন্না পীদনা লৈখি। মদু পূন্নমক যেংলগা লৌমীশিংনা তুমীন্না মখোযনা থাজবিবা মহৈ মবোংশিং অদু মশাগী পোৎ মশানা হবাঞ্জদুনা পুবক্লগা লালহৌবশিংদা যোম্বোকই। মবমদি লালহৌবশিংনা সবকাবনা পীবিবা মমলদগী শরুক মবি হেনগৎনা লৈবী, অদুনা সবকাবদা, লৌমীশিংনা যোন্নিংদে।*

ঐখোয়না পুং খবা অমুক চঙশিল্লকপদা Hkala Yang কৌবা অচৌবা খুল অমা অমুক থেংনখি। Dabak Yang অমসুং Gandaw Yang দৌনা খুল অসি মেপ অমত্তদা মমিং শুকয়াও য়াওদে, খুল অসিদা লৈবিবা মীওই অয়াম্বা সবকাবনা কন্ট্রোল তৌবা মফমদা লৈবম্বা মীওইশিংনা অয়াম্বনি। নুমিদাংদা খুলদুগী স্কুল মাষ্টব অমগী ময়ুমদা ঐখোয় চঙখি, ফাগী ওইন্না য়ুম অদু অচৌবা বিফ্যুজি কেম্প অমনি হায়না নোকনখি। অদুবু মফম অসিদা পেট্রোলনা চলায়বা জেনেবেটব অমনা য়ুম খুদিংমক্তা মৈ পীদুনা থালহল্লি। দুকান লৈরিবশিং

অমদি অচৌবা ভিদিও হোল অমসু চলাইবস্মী । অচৌবা ব্লেক বোর্দ অমদা *The Last American Virgin* হায়বা সিনেমা অদু তৌরি হায়দুনা ইবস্মী ।

Hkala Yang দা নোংমগা অমুক লৈখদুনা La Nan না সেন্ট্রেল বিবেল অথবিতিগা পাউ ফাউনদুনা ঐখোয় থুংলবে হায়বা পাউ পীখি । মফমসি য়ৌববা কান্দা ঐখোযনা মখোয়গী হেদ কাটব অনী লৈ হায়বসি খঙখি । অমনা কে আই এ গী GHQ Na Hpa দা লৈবা, মফম অসিদগী পুং ৫ গী লম্বী চৎলগা লৈবদুদা কে আই এগী চিফ ওফ ষ্টাফ Maj Gen Zaw Mai লৈ । Pa Jau দা লৈবিবা অসিনা কে আই ও গী পোলিটিকেল হেদকাটবনি । মসিদনা চিযাবমেন Brang Seng লৈ ।

এপ্রিলগী তাং ১৩ দা ঐখোয় Na Hpaw দা থুংবদা ঐখোয়বু ওকপগী কম্মিতি অমনা হবাও তযাম্না ওপীবস্মী । ঐনা কে আই এ গী মতিক মথৌনা লৈববা মিলিটবি কমান্দব অদুগা খুৎ শোক্লখি । Zaw Mai অসি ঐনা ইহান হান্না ইং শোক ১৯৮৪ দা Chiang Mai হায়বা অবাংথংবা থাইলেন্দগী ঙমখৈদা লৈবা অদুদা উন্নখিবা মীওইনি । মদুদা মহাক্না ঐবু Kachin State তা লাক্লবা বার্ত্তন তৌবকপগা লোযননা Letter of introduction পীবকখি । মদুগী Leter of introduction অদু ঐনা ইন্দিযা অমসুং নাগা হিলসতা পুবকখি ।

Hkala Yang দগী চীংজাও অমা লাম্বোক্লগা লাক্লবা তুংদা Na Hpaw দা থুংবদা Zaw Mai না উনা শাবা অচৌবা যুম অমদা ঐখোয়বু লাক্লবা খঙহল্লকখি । কে আই এ গী ওফিসাবশিং ময়ামসু ফমদুনা লৈবস্মী । মখোয়না ঐবুসু ফম্নবা হাযবকখি ।

- *যেংউ ঐখোযনা নংবু থা কযাগী মমাঙদগী ঙাইবিবনি, নঙ ঐখোযগী মাযকৈবোমদা লাক্লে হাযবসিদি ঐখোয খঙলে ।*

Zaw Mai না মাগী হৈনবী মকালাম্না নোকপা মীনোক অদুগা লোয়ননা হায়বকখি।

ঐনা শুগায়না, থেংথবিবা অদুগী মবমশিংদু হায়খি । ইন্দিযাদা এন এস সি এন গী কন্টেক ফংদবদগী ঙমখৈ লাম্বোবকপদা থেংথবা, নাগা হিলসতা থেংনখিবশিংদু হায়খি ।

- *ঐখোয খঙই, নখোযনা থেংথবিবা অদু ।*

হায়বদুনা চুরুট অমা লৌথোক্লগা চমখৎলম্মী ।

- *ঐনা ঐগী মীওই খবা নখোয়বু ওকপা থাখি । নও নিংশিংলিব্রা ? এন এস সি এন গী হেদ্কাটর Kesan Chanlam দা নখোযনা লৈবিথৈদা মীওই অনিখক শান্তিগী বাবীগী লাকপনি হায়বদু ।*

বাফমদু খওনিং নিংশিংলক্কুনা চিংনবা খওহেন হেনগৎলকখি ।

- *মখোয ইন্দিযাগী ইন্টেলিজেন্ট এজেন্টশিংনি । মখোযনা মফমদুদা লাক্লম্বগা থুনা য়াওনা কোহিমাদা হনখি, মখোয়না শোয়দনা মফমদুদা লৈবা ওথোবিটিদা পাউ তল্লমগনি । অদুগা মফম অদুব্রাই হাযবদি Kesan Chanlam গী মনাক্তা লৈবা Ma Sa La গী কেম্পতা পাউ পীববা মতুংদা এটেক তৌহল্লকপা ওইবমগনি ।*

Major - General অদুনা ঐখোয়না Chipwe লম্বী লাম্লোবকপদা থেংনখিবা অদুগী পাউ অদুসু মানা খওলম্মী ।

ঐখোয়না Na Hpaw দা থুংলিবা মতম অসিগা বুদ্ধিষ্টকী নিউ ইয়াবগা ফাংজিন্নবম্মী । অদুনা চহি হৌবগী জগোই কুমহৈ ম্যুজিক অমসুং অমগা অমগা তান্নদুনা ঈশিং হৈজিন্নবী কয়া তৌনখি । কে আই এ গী সেন্ট্রেল মীটিং হোল অদুদি চে, লৈ অমদি মখল মথেলগী পোংলম কযানা ফজনা লৈতেংদুনা থনম্মী। মদুগী নুমিদাং অদুদা কে আই এ গী হৈববা ফাগী জুগায় তৌবা অমদি জগোই শাবা কয়া লাক্কুনা হোল অদুদা মখল মথেলগী কুমহৈ উংখি । অদুম ওইনমক Kachin গী মীওই অয়াম্বদি খৃষ্টিয়ান ওাক্তনি, কে আই এ গী এলাই ওইবিবা এন দি এফ তা য়াওবিবা Shan অমসুং Palaung তি বুধিষ্টনি ।

কুমহৈ য়েংলিবশিং অদুগী মবক্তা বঙ্গলাদেসকী ওমখৈদা লৈবা Arakan শিং অমসুং সবকাবগী লাম্মীদগী চেম্লোবকপা কয়াসু যাওবম্মী। হোল অদুদগী থোবকপা দ্রমগী মখোল অমদি ম্যুজিক অদুগী মখোলদা কে আই এ গী লাম্মীশিংনা থাবল মঙালদা জগোই শাদুনা লাওলি ।

নুমিৎ খবনি Na Hpaw দা পোখাববা মতুংদা এপ্রিল ১৬ তা মফম অসি থাদোক্কুনা লাকখি । নুমিৎ অসি Hseng Noung গী ২৫ শুবা মপোক নুমিৎসু তাবি । ঐখোয়গী হন্দক্কী খোঙচৎ অসিনা ইন্দিযাগী অবোইবা ওমথৈ Longya দগী কি মি· ৯০০ শাংবা ত্রেক অসিঔ Pa Jau ফংবদা লোয়গদৌবিবনি হায়না খনবা য়াবে ।

নুমিৎ অসি ঐখোয়না বর্ম্মা বোর্দব লানশিল্লক্লবগী নিউ দিল্লিদা নাগা ইহান হান্না উন্নখিবা, Vemesu গা কোফি থকমিন্নখিবা নুমিৎ অদুনি । ঙসিগা থানা চপ চানা চহি অমা মপুং ফাবে ।

*নাপীনা খুকউমুক বাংনা হৌববা চীংলম্বী অদুদা পুং ৭ লোম লাক্লবা* মতুংদা অপীকপা তম্পাক অমদা অচৌবা কৈথেল অমা উবা ফংখি । ঐখোয়না উনা শাবা তাইলনা কুপ্পা যুম অমগী মপাদা লেপখি । Hseng Noung অমসুং ইবানি হান্না যুমদুদা চঙলক্লবা হায়বকখি, অদুগা ক্রশ অদুগা Ma Shwe না Ja Reng পুদুনা মথং মথং চঙলকখি ।

অচৌবা মার্কেট অদু য়ৌদ্রিঙৈদা মীয়াম্না লম্বী অদুগী মতুং ইন্না পবেং লেপ্তুনা লৈবম্মী । অহল ওইববা নুপা অমা ময়ামদুগী মাঙদা চংখৎলক্লগা ঐখোয়দা ধমকা তৌবকখি । মদু Maj N'Chyaw Tang নি । মহক্না কাচিনগী ইহান হানবা ওফিসাবনি, মহাক্না ঐগা ইং শোক ১৯৮২ দা থাই বোর্দবদা উন্নম্রে । মহাক অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা বৃটিশ আর্মিদা য়াওবম্বা মীওইনি, মহাক ইংলিস ফজনা ঙাংই ।

- *নং ঐবু নিংশিংলিব্রা ?*

হাযনা মাগী মখুৎ অদু তিংথোক্লকখি। ঐনা য়াম্না হবাওনা মাগী মখুৎ অদু শোকখি ।

- *কবিগী কাওগদৌবিবনো Major, নংগা অমুক হন্না উন্নবা ফংবদা কযাদা নুংঙাইবিবা ।*

কাচিনগী নুপী খবসু মাঙলোমদা কাখৎলক্তুনা ঐখোযদা তগৎ তগৎ তেক্লিবা লৈ কযা পুবক্তুনা নুংশিনা পীবকখি । Hseng Noung অমসুং ইবানিসু পবেং চত্তুনা তিংথোবক্লিবা মখুৎশিং অদু শোক্লখি । তৌবিবশিং অদু Video কেমেবামেন অমনা বেকোর্দ তৌখি । ঐ ইতোমতা খঞ্জখি, অমেবিকাগী প্রসিদেন্টকী কেন্দিদেট অমনা মীখলগী টুব তৌবদু অসুম্না তৌবমগনি ।

লম্বী অদুনা লোকশিল্লকপগা লোইননা মীয়ামগী পবেং অদুসু লোইশিল্লক্লে । উনা শাবা যুম অনীগী মবক্তা লৈবা লৈবাক্কী অব্রাংবা প্লেট ফোর্ম অমগী মথক্তা কাখৎলকখি । তবাম্না ওকপগী কম্মিতি, Shan অমা CPB গী অমা অমসুং কাচিন ওফিসাব খবনা ঐবু ঙাইদুনা লৈবম্মী । লৈবল্লিবশিং অদুগী মনুংদা ব্রাউন সুট তৌবা, অঙৌবা ফুবিৎ অমদি ব্লু তাই ফজনা পোলিস তৌববা ব্রাউন কলবগী খোঙউপ উপ্পা অমা যাওবম্মী । মী নেম্বা মশা মউ ফবা নুপা অদু কে আই এ গী Chairman Brang Seng নি । ঐনা ঐগী তুপীদু লৌথোক্লগা মাগা খুৎ শোক্লখি । অদুগা মানা কাচিন লোন্দা থৌদোকঅদুগীমতাংদা বাফম খবা হাযখি । ঐনা কাচিন লোন্দা অমুক হায়খি ।

- *Ningbuw Kabu gajai*

*কমদৌবি লুচিংবা?* মহাক্না নোক্লগা মপুং ফাববা ইংলিসতা পাউখুম পীবকখি,

- *নঙোন্দা কনানা তম্বীবকই ?*

ঐখোয়না ওই থংবদা লৈবিবা য়ুমজাও অদুদা চঙশিনবদা কাচিন নুপীশিংনা ঐবু পীজ পীথক্লবা চেঙগী বিয়াব, চাক, য়েন থোংবা কয়া লাঙদুনা থনম্মী। মীপুম খুদিংমক্না ঐখোয়দা ওনম্লিক্লগা ঐখোয়না লাক্লিবা খোঙচৎ অদুগী মতাংদা ৱাহং কয়া তৌবকখি। Ja Reng দি মায়কৈ খুদিংমক্কগী তিংথোবকপা খুৎ ময়াম অদুনা তৌফম খঙখিদে। ঐখোয়বু নুংশি চাননা তৌবীবম্বা কয়াদু হনথ্রবদা ঐখোয়গী অনৌবা লৈফম অদুদা নুংঙাইনা ঙাইহাক পোত্থাখি।

Pa Jau দা লৈবিবা খ্বাইদগী ৱাংবা চীংশাং অমগী মখোঙদা অচৌবা উনা শাবা য়ুম অমসু লৈবি, লালহৌবশিংগী সিভিল এদমিনিষ্ট্রেসনগী হেদ কাটবনি। মসিগী নাকন্দা কাচিনগী ফিবাল অমা মথক থংবদা অঙাংবা মচু মখানা অশংবা মচু অদুগা কাচিনগী ক্রোস অদুনা অঙৌবা মচুনা নমদুনা থমলি। নুমিদাং পুং ৮ দগী ১০ ফাওবা পেট্রোল জেনেবেটব অমনা কেম্প পূম্নমক অদু ইলেক্ট্রিক পীদুনা ঙালহল্লি। Pa Jau অকোইবদা চীংলোন ১০ না শন্দোকখ্রি। চীংশিংসিগী ময়ায়দা লৈবিবা লৈতেম মান্নবদা কৈথেল অমসু লৈবি। খুন্দাবিবা অমদি য়ুমলৈ কৈবৈশিং উনা ফজনা শাবগা তাইলসনা অয়াম্বা কুপ্পী। চয়োলগী কাবা চর্চ, টেলিফোন এক্সচেঞ্জ ওফিস, অচৌবা স্কুল শঙ অমসুং তম্পাক্কী লৈতেম মান্নবদা লৈবিবা কৈথেল ময়াদা ভিদিও হোল অমগা লৈ। অয়ুক্কী চাক থোংবা মতমদদি উনা শাবা য়ুমশিংগী চেমনিদগী থাদোবকপা মৈখুনা আতিয়াদু পুংমম মম্মী হায়বা যাই।

থা তবক্কমুক বর্ম্মাগী অৱাং থংবা শকক্তগী মফম মফমদা খবা খবা পোত্থা পোত্থাবগা লাকপদা Pa Jau য়ৌবদা যাম্না অকে অমৌগা লোয়ননা পোত্থাবা ফংখি। নে-না তানা লৈবা ঙমগনি হায়না থনখি।

ঐখোয়গী য়ুম অদু চীংগী নাপোমদা ককথবগা শেম্বা উনা শাবা য়ুমজাও অমদা লৈহনখি। ঐখোয়দা য়োৎকী ষ্টোপ অমা পী। মদুনা নুমিদাং ইংলবা মতমদা শিজিন্নবসু য়াহনখি। ঐখোয়গী তূম্ফম কা অদুসু ইন্দিয়াদা তৌবদৌনা মোম্পাক অমসুং মোম্পাক ক্সিদক মোন ফজনা [illegible] কাংথোল

পীখি । ঐখোয়গা লোয়ননা Ja Reng শেন্নবীবকপা Ma Shwe অমসুং Atom KIA গী নুপী লাম্নী অদুসু লৈমিন্নবি । মখোয়গীসু ঐখোয়গা চপ মান্নবা তুস্ফম কা পীবিবি । ঐগী ইফম, অচৌবা দেস্ক অদুদা টাইপ বাইটব, বেদিও অমসুং লাইবিক ইন্টর্নেসনেল মেগজিন Brang Seng না পীবকপশিংদু থাঙ্গৎলি। তশেংনমক য়ুম অসি Ja Reng পোক্লবা মতুংদা অহানবা নুংঙাইনা পোথাবা ফংবা য়ুমনি।

Pa Jau দা থুংবা অহানবা চয়োলদুদা নুমিৎ খুদিংগী ওইনা Kachin শিংগী কম্যুনিতি হোলদুদা thingyan ফেষ্টিভেল পাংথোক্লুনা ঈশৈ, জগোই পাওথোক্লুনা লাওদুনা লৈখি । ফেষ্টিভেল অসি Ja Reng গী দিলিগেসনশিংনা পীন্দুনা Kachin গী হেদ কাটব অসিদা পাওথোকপনি ।

যৈবকপা দ্রম অমসুং সিম্বলগী মখোল অদুনা চীংমায় অমদগী অমদা য়ৈদুনা নুমিদাংগী মতমদা নিন্দুনা লৈখি । মতমদুদগী কেম্প অসিগী মবমদা খঙনবা হোৎনখি । Pa Jau কৈথেল, মসিবু মখোয়না Gat Yang হায়না খঙনৈ। কৈথেল অসিদা থোইদোকপা অখন্নবা পোৎ চৈ অমতা থা অমবোমসিদা উবা ফংখিদে । বেবী পাউদব, অঙাংগী হীদাক লাংথক, অঙাংগী ফিবোল চিনাগী পেকেটকী চানথক্লবা, উহৈ, পাউদব শঙ্গোম Mandalay দগী পুবকপা Sheve Kyaung কোফি অসিনচিংবনি । নিউ জিলেন্দদগী থাজিল্লকপা চিনগী বত্তব, অষ্ট্রেলিয়াগী চিজ, য়েকম অতাউবা কোফিগা শঙ্গোম অদুগুম্বা কয়াদুনা ঐখোয় ইংলিস ব্রেকফাষ্টকী মওংদা হোৎনখি । থৌদোক অদু ঐখোয়না কলকত্তাগী Fairlawn Hotel দা তৌবকপদু খঙনিং নিংশিংখি ।

মফম অসিদগীদি পৃথিবী অসি খুৎনা লাম্বা ফংবগা চপ মান্নখি । হান্নদি ঈ- পাউ অমত্তা ফাওনবা ঙমলমদবনি । Pa Jau গী Brang Seng গী হেদক্বব অসি মফম অসিদগী কিলোমিটব ৬০০ বোম লাপ্লা মফমদা লৈবিবা থাইলেন্দ বোর্দবগী কে আই এ কেম্প অদুগা নুংত্তিগী পাউ ফাওদোক ফাওজিন তৌনবি । ঐখোয়না মসিদা হেক থুংবা মতুংদা, ঐনা কাচিনগী কেম্প অসিগী খুত্থাংদা থাইলেন্দদা লৈবিবা "Far Eastern Economic Review" গী Bangkok Bureau দা ঐখোয হিংলি য়াম্না নুংঙাইনা লৈবি হায়না পাউ পীখি । নুমিৎ হুমনিগী মতুংদা য়ুনিফোর্ম শেৎপা বেদিও ওপবেটব অমা লাক্লগা সলাম তৌবগা নমথোক্লবা মেসেজ অমা পীবমখি ।

*Please to hear from you Hong Kong informed All your letter in hand Hang in there Regards John End*

বেঙ্কোক Bureau Chief তগী মেসেজ ফংবদা Hseng Noung ইবানি য়াম্না নুংঙাইবম্মী, মসিনা তাকপদি অনিশুবা বৃগেদ হেদকাটবস Danal Yang দা লৈবিঙেদা ঐখোযনা ইখিবা চিঠি অদু ফংখি হায়বনি ।

অদুবু ঐখোয়গী খ্বাইদগী মকওইবদি এন দি এফকী মীটিং য়াওবা লাক্লগা নংহৌদবদুনি । ঐখোয়না মফমসি যৌনবা বোর্দব ক্রোস তৌবগা লাক্লিবসিসু মদুগীদমক্তনি । অদুম ওইনমক নোংমা Brang Seng না ঐখোযবু মাগী যুমদা কৌবক্লুনা Pa Jau গী এন দি এফ কনফবেন্স অদুগী ভিদিও তেপ লৌহৌবদু য়েংহনখি । কনফবেন্স অদু জনুৱাবি থাদা লোইশিনখিবনি । ঐখোয়না অচৌবা লিভিং কম অমদা ফমথদুনা লৈখি । মফম অসিমক কাচিন লুচিংবশিংগী মীটিং হোলনি । কা অসিদা অচৌবা উগী তেবল অমা থাবি । যীশুগী পোত্রেট অমসু ফকলাংদা য়াল্লি । নাকন্দনা ইবোই মচি অনি থেৎলি। টেবল অদুগী অকোয়বদা থাবিবা উগী বেঞ্চ অদুদা Pa Jau দা লৈবা মীওইশিংনা লাক্লগা ফমদুনা ভিদিও য়েংলি ।

Brang Seng না মোমোন নোক্লদুনা হাযবকখি ,

\- *নখোযনা কে আই এ গী অনীশুবা বৃগেদ হেদকাটবদা থুংলবে হাযবা পাউ তাবদা ঐখোয মফমসিদা গেট টুগেদব অমা পাওখোকখি ।*

হায়না Brang Seng না ভিদিও বেকোর্দব অদু মখুৎনা লৈবদুনা মখা চখবকখি,

\- *হৌজিক হৌজিক মিষ্টব লিন্টনব Hukawng তম্পাক্তা থুংশ্রে যাম্না থুনা মাগী শক্তম উবা ফংলগনি। হাযনা ফোঙদোকখি । মযাম্নদি থাজদবগা লোযননা মতৌ কবম্না মহাক্না মফমদুদা, যাম্না মীষ্ট্রি ওইবা লম্নীনি মদুদি, ঙসিদি নঙ থুংলবে, নঙনা এন দি এফ কী মীফমদু যাওবা নংলম্নবদি কযাদা নুংঙাইবমগদবা, অদুবু নঙনা মতম শাংনা ইন্দিযাদা লৈখিবদুনা শোযবনি।*

এন দি এফ কি কনফবেন্স অদুগী বিক্যুএন্স হৌবকপদা চহি ৬০ মুক সুববা কাবেন লুচিংবা U Sor Aung না লুচিংদুনা Kachin গী অশংবা তম্পাক অদুদা Kachin এক্মোর্ট ময়ামগা চৎমীন্নবা অদু উবদা ঐ নুংঙাইবা ফাওখি। Shan অমসুং Palaung লালহৌবশিং কে আই এ গী কেম্পতা থুংলবদা শিফাই অমদি মীচম কয়ানা লৈ পবেং হুক্তুনা ওকপা অমদি কাচিনগী অহল অনিনা স্কোটিষ্ট বেগ পাইপ খোংদুনা হবাউনা ওকপদু উখি। এন দি এফ কী অশেংবা মীফম অসি Pa Jau গী কম্যুনিতি হোলদা পাওখোকখি । কাচিনশিংনা মখোয়গী

পোলিসি অদু হায়খি, হান্নগী তোখায়না তাবগী ৱাফমদু তোক্লগা হৌজিক্তি ইঠনিক মাইনোবিতিশিংগী বিজন অসি ওতোনোমী পীথোকপগী ৱাফমনি। ৱাফম অসি এন ডি এফ কী মেম্বৰ খুদিংমক্তা য়ানখি । অদুম ওইনমক মকুপ মতা থিজিন্নৰুববা মতুংদা য়ানদবা অমদি কন্ত্রোবৰসি অমা থোবকখি । য়ানদবগী মবক্তুদা এন দি এফ কী মিলিটৰি ফ্রন্ট অমা CPB গা লোয়ননা শেম্নবগী ৱাফমসু পুখৎলকখি । অদুম হায়না তৌদুনা ভিদিও তেপ অদুসু লোইশিনখি। এন ডি এফ কী দিলিগেসনশিং অদু Pa Jau থাদোক্তুনা CPB গী হেদকাটর য়ৌনবা অশাংবা ত্রেক অমা চংখি । CPB গী হেদকাটব Panghsang দা অনিশুবা মীটিং শাংথোক্তুনা United Front শেম্নবা ৱাফম খন্নগদৌবি ।

- *ঐ Panghsang দগী হল্লকপা কুইদ্রি ।*

Brang Seng না হায়বকখি । মহাক্তা ভিদিও টেপ অদু মুখৎলদুনা ঐখোয়গী ইবক্তা ফমথবকখি । এন দি এফ কী মেম্বৰশিংনা মার্চ থাগী ২৪ দা CPB গা লোয়ননা দিফেন্স ত্রিতি অমা সাইন তৌনখ্রে । মদুদা কবিগুম্বা য়েৎনবা অমদি ফত্তবা খন্নদনা থবক খুদিংমক পাওথোকখি ।

- *মসি য়াম্না থাজদবা পাউ অমনি,* ঐনা হংখি,

- *এন ডি এফ কী দিলিগেসনশিং কদাযদা হৌজিক উন্নবা ফংগনি ।*

- *মখোয় লোইনমক Panghsang থাদোকখ্রে, হৌজিক্তি মখোয় থাই বোর্দৰ লোমদা হন্নখ্রে ।*

ঐনা অসিগুম্বা থৌদোক অসিগী মতাংদা য়াম্না খুনা নিউজ রিপোর্ট অমা শেমদুনা পৃথিবীগী মীয়ামদা খঙহনবা পামখি । Brang Seng না সেক্যুবিটিগী মবমগীদমক্তা দিলিগেসনশিং অদু থাইলেন্দ বোর্দৰ থুংবা ফাওবদি ঙাইখিসি হায়বকখি । ঐনা মদু য়াখি, মবমদি চহি অমবোম চঙনা ঐনা পাউ অসিগীদমক্তা লাক্লগা ফজনা শেমদোক শেমজিন তৌদ্রিঙৈদা পাউ থাখিবা অসিসু ফজবা ৱাংকনি, অদুবু বেঙ্কোক্কী ৱায়াব সাবভিস অদুনসু ঐখোয়গী পাউ থাখিবা অসিবু থৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবিবনি । কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্ম্মাগী বেদিওনা Panghsang দা মার্চ ২৪ দা পাংথোকখিবা মীফম অদুগী ফুল টেক্স বিপোর্ট অমা ব্রোদকাষ্ট তৌবকখি । মদুদগী ঐনা ষ্টোবি শেমদুনা পাউদু ফোঙনবা হায়খি । নুমিৎ অদু Brang Seng গী পার্সোনেল ফিজিসিয়ান Hein Wom গী লুহোংবা নুমিৎ থোকই হৌবগী প্রোগ্রামদু ঐ য়াওবা নংহৌদে। মদুগীদমক্তা ঐনা ঙাকপীনবা হায়জখি। ঐগী ৱাবীদু লোইৰগা চৎপদা মীয়াম্না কুঙনা লৈববা চর্চ অদুদা চঙলগা য়াওখি ।



কাচিনশিংনা সনা থিবা



# পা জাউ

বাইবল পাবিবা খ্রীষ্ট অদুগী মমাংদা হবাওববা মতৈ মনাও অদুনা মখোয়গী ফজববা ফিজোল অদুগা লোযননা ফমলি । Hein Wom না গ্রেফিজেল নোংচুপ লোমগী সূট তাই, কাচিনগী লেংবান্দা য়ানবা খাও অমদি অচৌবা Dah য়ান্দুনা লৈ । মাগী নুপীসু নর্সনি, কাচিনগী চৎনবী মওংদা ফিজোল শেত্তুনা লুপাগী লৈতেং কয়া শিবি, নাকন্দা থাবিবা চর্চকী বেঞ্চ অদুদনা Brang Seng ফম্লি। ঐনা Brang Seng গী মনাক্তা চঙশিল্লগা তুমিননা এন দি এফ কি পাউদু বেক্কোক্কী বিভিযু ওফিসতা থাখিনবা মঙোন্দা হায়জখি । ঐনা পুবকপা ষ্টৌবি অদুগী কোপীদুনা দিউটি ওদবলি অমদা পীখিদুনা চর্চ অদুগা মায়োক্লবদা লৈবিবা ব্রাযাবলেস ষ্টেসন অদুদা চৎতুনা থাখিনবা শিন্নখি। লুহোংবা সিবেমোনি অদুদি মখা চত্থদুনা লাইশোন ঈশৈ শক্তুনা মযাম্বু নুংঙাইনবা হোৎনবি । মসি লোইশল্লবা তুংদা মনাক নকপদা লৈবা কম্যুনিতি হোল অমদা Hein Wom অমসুং মাগী নুপীনা বিসেপসন পাঙথোক্তুনা লাক্লিবা মকপ মপাং কয়া অদুবু ওক্লি । ময়ামদুনা নুংঙাইনা পুক্নি নুংশাংনা পাল্লু হায়না হায়বীবমখি ।

বিসেপসন পার্টি অদুদা CPB গী বিপ্রজেন্টেটিভ অনী, Zaw Win অমসুং মাগী এসিস্তেন্ট Kyaw Nyunt সু য়াওবম্মী । মখোয়শিং অদু চহী ৩০মুক্কী মমাঙদা বেঙ্কুন্দা লাইবিক লাইশু তমদুনা খঙ- হৈববা মীওইশিংনি। মখোয় অনীমক বেগী খোঙগ্রাউ অমদি চাইনিজ আর্মিগী তুপি, প্লাস্তিক বেদ স্তাব য়াওবা শীজিন্নৈ । ঐনা খঙই Kyaw Nyunt দি ইংলিস ফজনা ঙাংই, মখোয়না ফম্লিবা টেবল অদোমদা ঐনা চিংশিল্লি । Kyaw Nyunt অসি ফাগি জুগাই তৌগনবা য়াম্না নুংঙাইবা মীশক অমনি । বেঙ্কুন্দা লৈবিঙৈদা মখোয় ছাত্রগী লুচিংবা ওইকব্বদগী পুলিসনা ফানবা কোয়তান তান্নখী। মাগা চৎমিন্নবা মীওই খবা ফাখি। মদুদগী মহাক্লা অব্রাং নোংপোক থংবদা লৈবিবা ঙমখৈ অদোমদা লাক্তুনা CPB দা যাওখি। মহাক অসি পার্টিগী ভেতবান ওইবতা

নত্তনা ইং কুমজা ১৯৫০ গী অদুব্রাইদগী খুৎলাই পায়দুনা স্ত্রগল কয়া তৌবকখি। চিনাদা মতম কুইনা লৈবব্বা তুংদা ইং কুমজা ১৯৬৮ দা চিনাগী ফিবান্দা চঙলক্তুনা অনৌবা বেজ এবিয়া শাগত্তুনা থবক তৌবকখিবা মীওইনি। ঐনা মখোয়দা Panghsang চৎপা পাম্মী, মফমদু ঐ য়াম্না উনীংই, মবমদি ইকুই কুইদ্রিঙেদা CPB গা NDF গা তৌনখিবা পেক অদুগী মফমসু ওই। ঐনা হান্নরিবদু Kyaw Nyunt না Zaw Win দা অর্থ হন্দোক্লগা হায়খি। Zaw Win না য়ানীংবগী মওংদা বর্মিজ লোন্দা Kyaw Nyunt দা অমুক হায়খি।

ঐখোয়না নঙবু মফমদুদা লাকপীনবা তবাম্না ওকচবি। অহানবদা ঐখোয়গী লিদরগা পাউ ফাওনদুনা মখোয়না কবি হায়বকপগে হায়বদু ঙাইখিসি। অদুম ওইনমক ঐখোয়গী লিদবশিংনা নঙগী নমিং খঙই। "Far Eastern Economic Review" হায়বা খববদু পাংশাংদা চয়োল খুদিংগী ফংই, অদুবু নঙনা মফমদুদা চৎপদা কবিসু প্রোব্লেম লৈবোই। পাউখুম ফংবদা মতম খবদি চঙগনি।

CPB গী মফমদা চৎপা হায়বসি য়াম্না নুংঙাইবা খোঙচৎ অমদি ওইগনি। CPB হায়বিবা ওর্গেনাইজেস অসি ইং কুমজা ১৯৪৮ দা বর্ম্মানা নীং তম্বা লৈবাক অমা ওইবে হায়না লাউথোকখিবদগী হৌনা বেঙ্গুনগী মথক্তা খুৎলাই পায়বা লালহৌ চত্থবকপা কাঙবুনি। মফমদুদা ঙসি ফাওবদা ফোবেন জর্নেলিষ্ট অমতা চঙদ্রি। মবম অদুনা মখোয়গী মবমদা ইবা হায়বসি যাম্ন নুংঙাইগদবা অমদি তোপ তোপ্পা মখলগী মহাও অমা ওইগনি। CPB গী লিজেন্দবি চিয়াবমেন Thakin Ba Thein Tin গা উন্নদুনা ষ্প অমা পুথোকপা হায়বসি য়াম্না নুংঙাইগনি হায়না ঐনা ৱাখল কয়া পুথোক্তুনা শাগৎখি।

পাংশাং হায়বিবা মফম অসি নত্তনা মাওইষ্ট ইন্সবজেন্ট লৈবা মফম অমতা লৈত্রে। ঐনা পাংশাংগী মতাংদা SSA গা পাউ ফাউনবা হৌবা অদুব্রাইদগী খঙবা ঙমখি। Shan লালহৌবশিংনা CPB গা মিলিটরি এলাইয়েন্স থম্নদুনা থবক তৌবা ইং কুমজা ১৯৭০ দগী হৌৱবনি। বর্ম্মাদা CPB নত্তনা অতৈদি খুৎ-শু খুৎলাই মতীক চানা লৈতে।

চয়োল অমবোমগী মতুংদা Hseng Noung ইবানি CPB গী ওফিসতা চৎলম্মী। মতমদুদা Ja Reng দি Ma Shwe অমসুং Atom দা শিন্নবম্মী। CPB গী ওফিস অসি Pa Jau গী আউটকর্টতা কি·মি· অমরোম চৎলগা লৈ। কম্যুনিস্ত লাম্মীশিংনা মফমদু ফজনা ঙাকশেন্দুনা লৈ। মখোয়শিং অদু Wa কাঙবুনি। Wa হায়বিবা জাতি অসি CPB না কন্ট্রোল তৌবা মফমদা লৈবা



কে আই এগী লুচিংবা ব্রাংসেংনা বার্টিনদা থুংলবগী তবম্না ওকপা

অচৌবা কাওলুপকী ওইবা চীংমী ত্রাইবনি । মখোয়শিং অসি মশাগী ওইনা কুচু মুবগা ফুলৈনৈ, নাগাশিংগী শাবানগা হাইফেৎ মান্নে। মখোযসু লালহৌ অসিদা যাওদ্রিঙৈগী মতমদা হেদ হস্টবগী থবক তৌবম্মী। Wa জাতি অসিনা যাওশিনখিবদগী CPB গী লাম্মী মশীং খণ্ডহেন হেনগৎখি। মতমদুদা হায়বদি ইং ১৯৭০ দা Wa জাতিনা CPB দা যাওখিবসি পূন্না মীওই লিশিং তবাবোম্নি ।

ঐখোযনা CPB গী ওফিসতা লাকপা উবদুদা Jaw Win না মোমোন নোক্লকখি । মহাক্না Wa লাম্মী অমা থাদুনা Kyaw Nyunt বু কৌহনখিবম্মী। মাগী মাযথোঙ অদুদা ঐখোযদা কবিগুম্বা মকওইবা খবদি হাযনীংবা মাল্লি অদুবু হায়বদি হাযবকখিদে। ঙাইহাক্কী মতুংদা Kyaw Nyunt মখুত্তা চে অমা পায়বগা ঐখোযগী ইনাক্তা য়ৌবকখি ।

- *অহা ! নঙ ঙসি ঐখোযগী ইনাক্তা লাকপসি যাম্না নুংঙাইবে হৌজিক্তা পাংশাংদগী বেদিও মেসেজ অমা ফংবদা ঙাযবি ।*

য়ুমদুগী ময়াইদা হৌবিবা মৈদুগী অকোয়বদা হেক ফমথবগা চেদু ঐঙোন্দা খুংশিন্নবকখি । Zaw Win গী নুপী চিনা নিংঙোল অদুনা চা লাল্লকখি। চে অদু চিয়াবমেন Thakin Ba Thein Tin দগী লাকপনি। নঙবু CPB গী এবিয়াদা লাকপা কম্মুনিষ্ট লিদবশিংনা ঙাইবি, লোয়ননা পাংশাংদা লাক্লনবা বার্ত্তন তৌবি হায়না মেসেজ অদুদা পল্লি ।

- *মসিদি য়াম্না নুংঙাইবা ৱানিনা ।*

*ঐনা* Zaw Win অমসুং Kyaw Nyunt দা ফোঙদোকখি ।

পাংশাং চৎপসি নোংজুথাদদি নুংঙাইবোই অদুনা সেপ্টেম্বর নত্রগা ওক্টোবর থাদা চৎপা তাবনি । হৌজিক্তি মে থা হৌবক্লে, নোংজু থা লাক্লে। হৌজিক চৎপদা লম্বীদা খুদোং থীগনি । নোং ঙাইবদা ঐখোয়না Pa Jau দা মতম খবদি লৈথবা তাবনি । কবিসু কায়দে, ঐখোয়না লৈবিঙৈ মতমসিদা কাচিনশিংগী মুভমেন্টশিং অসিগী মতাংদা ঐগী বির্সাচ লোইশিনখিগনি। Ja Reng সু পোকপদগী পোত্থাবা ফংদনা নাগা হিলসতগী কাচিনগী Pa Jau য়ৌবদা চহী অমা চঙনা লাকপদু খব পোত্থাজবা য়াবি । CPB গী ওফিস অদুদগী ঐখোয় Pa Jau দা লৈবিবা ঐখোয়গী য়ুমদা হল্লক্লে ।

ঐখোয়না অনৌবা খোঙচৎ অদুগীদমক্তা শেম-শাবা হৌখি । অদুগা লোয়মনা বর্ম্মাদগী মতৌ কবম্না মপান থোকখিগদগে হায়বসিসু অচৌবা প্রোব্লেম অমনি । ইন্দিয়াবোমদা হনবা অসিসু খন্নবা য়াদবা অমনি, থাইলেণ্ড তম্না ব্রেকিং তৌবসিসু য়াম্না শাংবা অমদি খুদোংথীবনা পীক থল্লি । অদুবু ওইথোকপা য়াবা লম্বী অমদি চিনা ফাওজিল্লগা হোং কোং তাখিবা অসিনি । চিনা চঙবা অসিসু ওফিসিয়েল ওইনা চঙলবদি ওথোবিত্তিনা য়াবকপগী মচাক অসি ওইনমদে। অদুনা অয়াবা য়াওদনা চিনা লানশিল্লগা চঙলকই হায়দুনা ফাবগা দিপোর্ট তৌবকপদুনা ফগনি খন্নখি । মসিগী ৱাফম অসিদা Ja Reng না অচুম্বা সার্টিফিকেট ওইগদৌবি । অসুম হায়না খন্নববা তুংদা, পাংশাং চৎপা অদুসু ঐখোয়গী খোঙচৎ অসিগী মশা অমনি অদুনা মতমদু ঙাইবা ওইনা Pa Jau দা থা খবদি ঙাইবা তাবি ।

ঐখোয়না Pa Jau দা লৈবিঙৈদা NDF কী মীফম যাওবা SSA গী দিলিগেসন খবা উন্নখি । মখোযগীসু তোঙানবা য়ুম Pa Jau দা লৈ, মখোয়গী লুচিংবদু Capt Sai Tu কৌই, মতম কুইববগী মমাঙদগী খঙনবক্লবা মীওইনি। মহাক্লা নহা ওইবিবা Shan গী লাম্মী অমসুং বেদিও ওপবেটবশিংনা এসিষ্ট তৌবি, মখোয়শিং অদুগী মবক্তা Pui Hpa কৌবা অমদি ঐখোয়গ' য়াম্না নক্লবা মীওই ওইবকখি । মহাক চহি ২০ গী লেঙ্গানি, Shan অমা ওইনা ৱাংই অমসুং মুই মহাক্কী য়ুম লৈবিবা খুল অদু Mong Hsu কৌই, খুল অসি Shan ষ্টেটকী ষ্ট্রোঙ হোলনি । মহাক্লা মশাগী চহি ১৫ শুবকপদগী লালহৌবা য়াওখি। মহাক্কী ৱাবী অদুনা বর্ম্মাদা লৈবিবা টিন এজবশিংগী হিংনবক্কী লম্বী অমা ওইবি হায়বদু খঙখি । Pui Hpa না মাগী খুৎনা লৈবা বুধিষ্ট খোনাষ্ট্রি অমদা লাইমিং

লৌদুনা মীয়াম ওকথোক ওকশিন তৌদুনা লৈবম্বনি । অদুম ওইনমক Shan লালহৌবশিংনা খুলদু ফাওবগা লাকপদা পেগোদা মনাক্তা হৌবা সনা খোংনাং পাম্বী মখাদা ফমদুনা মখোয়না লাক্লিবা খুদিংগী পোত্থাখি । খুঞ্জাশিংনা ঈশিং চান থক্লবা, অমদি ব্রাবী- ব্রাতাই শান্নবদু অঙাং ওইবিবা লেভিষ্ট Pui Hpa না লাপনা য়েংদুনা লৈখি । অঙাং ওইবিবা Pui Hpa না বিবেলশিংগী মওং অসি য়াম্না নুংঙাইবা অমদি রোমান্টিক ওইবা মওংনি হায়না খঞ্জখি । মদু উবদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইজবা অমা ফাওখি, মখোয়গুম্না ঐসু লাম্মী অমা ওইবা পামজখি । Shan অমা ওইনা, সবকাবগী লাম্মীদা য়াওসিবা হায়বা অমত্তা খন্দনা Shan State Army দা য়াওখি । লাম্মীশিং অদুনা রাইফল, খবনা মখব্রাংদা হঙ্গামপাল মচুগী অচৌবা যেকম মানবা কয়া মখ্বাংদা ফাজিন্দুনা চৎপদু কযাদা পামজবম্বা - অদুবু ঙসিদি মখোয়না মখ্বাংদা য়াল্লিবদু M-79 গী গ্রেনেদনি হায়বা খঙখি ।

Pui Hpa লাইবিক লাইশুগী মঙাল ফংলক্তে । মাগী এদুকেসনগী মঙাল হাযবদু লেভিস অমা ওইনা চহি খবগী Pagoda দা ট্রেনিং তৌবকপা অমনি। মহাক্না SSA দা যাওবকপদগী মহাক হৌজিক হৈথোই- শিংথোইববা রেডিও ওপরেটব ওইনা থবক পুবি, Cipher Clerk অমা ওইনবা কন্না হোৎনবি।

Shan অয়াম্বা বৌদ্ধ ধর্ম্মবু থাজে, অদুনা Capt Sai Tu বুধিষ্ট অমা ওইবতা নত্তনা বৌদ্ধগী মন্ত্র অমদি Chant শিংসু ফজনা থীবা ঙম্মী । অদুনা ঐখোয়গী ইচানুপী Ja Reng অসি মহাক্না বুদ্ধিষ্ট Shan গী মমিং অমা থোনবা পামলম্মী। Shan গী চৎনবী মতুংইন্না অঙাং মমিং থোনবা অসি পোকপদগী চযোল অমা ফাবদা থোন্নে। অদুবু Ja Reng গীদমক্তদি মে তাং ৯ ইবাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১ ৩০ তাবা পুংফম অসি যাম্না চান্নবা নুমিৎনি হায়না Sai Tu না হোৎপদা থেংনখি । নুমিৎ অদুদা মহাক্না SSA গী যুনিফোর্ম অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অখন্নবা লাযশোল খব মখুত্তা পুবক্লম্মী ।

ঐখোয়গী পীক্লিবী ইচানুপীগী অনীবকশুবা মিং থোনবগী থৌবম অসিদি ইমুং মনুংদা তৌবা অদুগুম্না চথবম্মী । মাগী অহানবা মিং থোনবদু Tanai Yang দা খুলদুগী চাকলেন অমগা লোয়ননা পাঙথোকখি। ঙসিদি ঐখোয বুদ্ধিষ্ট নত্রগা লোয়ননা মাগী অনৌবা মমিং অদু থোনখি । অনৌবা মমিং অসি Hseng Tai, Shan Jewel হায়না কৌখি ।

অনৌবা মমিং অসি ঐখোয অনিনসু পামখি, অদুবু Ja Reng নত্রগা

Hseng Tai অসি কবম্বা কৌগনি হায়বসি খন্নখি অদুবু Hseng Tai কৌবসি হায়না য়ান্নববসু Ja Reng বু শেন্নবীবিবা Ma Shwe অমসুং Atom গী খন্দুনা Ee Ying, little girl হায়না মতম খবা কৌখি।

নুংথিল অদু ঐখোযনা Pa Jau দা লৈবিবা মকপ- মপাং পুন্নমক কৌদুনা মিংথোনবা থৌবম অদুগী দিন্নব পার্টি অমা লাওখি। ঐনা পামখি, মদুদি ঐগী ইচানুপীগী মিং অসি কাচিন Shan অনি পুন্না Hseng Tai, Ja Reng Lintner কৌবা, মসিদা কে আই এ অমসুং এস এস এ অনিগী মবক্তা অনৌবা য়ুনিটি অমা লৈবিবসিদসু মতেং পাওগনি।

অঙাং অদু মিং থোনবা চয়োল অমগী মতুংদা ঐনা ইনবা হিউবিকান লেম্পথাল্লিবা দেস্ক অদুদা ফমথবদা ঙাযবিঔেদা, কনাগুম্বা অমনা থোঙদা থীল্লকখি। ঐনা থোঙদু হাংদোক্লগা যেংবদা অহল ওইববা মেজব N'Chyaw Tang না মখুত্তা বেডিও ট্রান্সজিসষ্টব অমা পাযবগা লেপলম্মী।

- *ঐ BBC গী পাউ তাবিবনি।* মানা হাযবকখি। *নংনা Far Eastern Economic Review দা NDF কী মিটিংগী মতাংদা Pa Jau দা CPB গা ত্রিতি অমা তৌনখিবদুগী মতাংদা BBC না কোট তৌদুনা ষ্টোবি অদু লিবি।*

ঐসু মদুগী বিপোর্ট অদু তাবদা কয়াদা নুংঙাইখিবা। BBC না ব্রোদকাষ্ট তৌখিবা নুমিত্তুগী মথংদা, ঐগী ষ্টোবি অদু অতোপ্পা বেডিও ষ্টেসন অমসুং খববশিংদা অমুক বিভাইস তৌবকপদা কয়াদা নুংঙাইখিবা। ঐগী ষ্টোবিদু Pa Jau দা লৈবিবা মীয়াম্না তাবদা হবাওনখি। ঐনা অচৌবা হিগোক মচুগী ময়েক্লা "*Far Eastern Economic Review*, Pa jau Bureau" হাযনা থাদুনা ঐগী থোংদা থেৎখি। মদু ঐনা Hseng Noung কৌথোক্লুনা যেংহনখি। য়ুমথংনবদা লৈবা মীয়াম্নসু য়েংনখি। মসিনা ঐঙোন্দা কবিগুম্বা ইনোৎ অমা পীখি।

নুমিৎ কয়া হৌখবে, নোংসু লেপ্তুনা চুবনা ইমুংদগী মপান শুকথোক থোক্তুনা লেনখিবা নুমিৎ কয়ানিবোমসু য়াওখি। Hseng না থাইলেণ্ডগী ফিলম পুবক্লবা হায়খিবদু ঙাইনা ঙাইনা হান্নগী লৈবিবা ফিলম অদুনা খবা খবা শীজিন্নবি। অদুম ওইনমক Bangkok কী "বিভিউ" Bureau দগী বর্ম্মাগী চীংদা লৈবিবা অপিকপা ওফিস অসিদা Baht 10,000 খক Bangkok তা লৈবিবা কাচিন কন্টেক্তা পীবকখি। শেনফম অদু Pa jau দা লৈবিবা চিফ একাউন্টেন্টতা বেডিওগী খুৎথাংদা হায়বক্তুনা Kyaw তা ওম্ভোক্তুনা পীবকখি।

Brang Seng গা ঐগা য়াম্না তোয়নদি উন্নখি, অদুবু মাদি থবক য়াম্না চিনবা মীনিনা মাগী ইন্টর্ভিয়ু তৌবগী মতম ফাওবা য়াম্না তাঙনা ফংই । ঐনা এন এস সি এন গী হেদকার্টবদা লৈবিঙৈদা মখোয়গী লিদবশিংদি ঐগীদা লাক্কুনা তোয়না উন্নখি। অদুবু Brang Seng দি দিলিগেট ময়াম অমা লাকপা উন্নবা, বিবেলনা লৌশিনবা এবিয়া অমসুং সিভিলগী কেস কয়াদা অমদি থবক য়াম্না চিনবা মীওইনি হায়বা ঐনা খঙখি ।

Brang Seng হায়বিবা মীওই অসিগী তোপ- তোপ্পা পার্সোনেলিটি অমা লৈ, ইঠনিক বিবেলশিংগী মবক্তা তোপ- তোপ্পা গুণ চেনবা লুচিংবা অমনি। মহাক লাইবিক লাইশু ফজনা হৈববা ইংলিশ ফজনা ঙাংবা, পোলিটিকেলগী নোলেজ ফজনা লৈবা অমদি বিজনেল ইসুশিং অমদি মনুং হঞ্জিন্না লৈবা মফমশিংগী পোব্লেম ফজনা খঙবা মীওইনি ।

Brang Seng ফকান জেদ মাইগী মনাক্তা লৈবা অপিকপা খুল অমদা ১৯৩০ দা পোকখি, লাইবিক লাইশু হৈতবা লম্লোনবা অমগী মচানুপানি । মহাক্কী মপানা মচীন মনাও তবেৎমক ময়ুমদা পূন্না লৈদুনা ইমুংগী অৱাৎ অপা যেংশিনবা পামখি । পিক্লিবা Brang Seng গী হৈথোই শিংথোইবা, ইন্টেলিজেন্ট ওইবা মতৌদু উবদগী, মাগী মখুবানা স্কুলদা থাবীখি। মাগী লাইবিক লাইশু তম্বদু জপান লান্না থুগাযখি (১৯৪২) কাচিন অয়াম্বা ত্রাইএঙ্গলদা চত্তুনা জঙ্গলদা লোৎনখি । লাল লোইখ্রবা মতুংদা মাগী লাইবিক লাইশু তম্বদু মখা চখদুনা লোইশিনখি । মহাক্না বর্ম্মাগী YMCA গী দিলিগেসন অমা ওইনা সিঙ্গাপুবদা থা খবা লৈকববা তুংদা মাগী পোক্লফম কাচিনদা অমুক হন্নকখি । Kachın Baptıst Hıgh School, Myıtkyına দা লৈবা অদুদা হেদমাষ্টব অমসুং প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুবকখি ।

ইং কুমজা ১৯৬৩ দা Brang Seng না কাচিন লালহৌবদা য়াওখি। হান্নদগী বর্ম্মা ওথোবিটিনা মহাক অসি কাচিন নেসনেলিষ্ট ঈহৌ অসিবু শৌগৎপা মীওইনি হাযবা মহাক্না Myıtkyına দা লৈবিঙৈদগী চিংনবা হৌখি হায়বা মানা খঙখি ।

কাচিনশিংদি শোক ১৯৬১ ফাওবা বেঙ্গুনগী মথক্তা খুৎলাই পাযদুনা মুভমেন্ট শাগৎলমদে । মাইনোবিটিশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মতম থেঙনা ঈবাং হৌবকপা কাঙবুনি । Karen শিংনা ১৯৪৯ দা হৌখি। Shan শিংনা ১৯৫৮ দগী হৌখি । অসুম হায়না তৌদুনা কাচিনশিংসু ইং শোক ১৯৬১ দগী বেঙ্গুনগী মথক্তা লাল হৌখি । চহী অসিদগী হৌদুনা বর্ম্মা সবকাবনা বুদ্ধিজম্বু ষ্টেট


বাটিলগী মচানুপীগী অহানবা মপোক নুমিৎ পাংথোকপা

বিলিজন ওইনা পার্লিযামেন্টতা লেপনদুনা চৎনবা হৌখি । অসিগুম্বা সবকাবগী রাবেপ অসিবু য়ানিংদবা ফোঙদোকপা ওইনা নহা ওইবিবা খৃষ্টান নেসনেলিষ্ট কাচিনশিংনা মদুগী মাযোক্তা লেপখি ।

কাচিন লালহৌ অসিগী অশেংবা লুচিংবশিংদি মখোয় মচীন- মনাও অহুম Zau Seng, Zau Tu অমসুং Zau Dan নি হায়বা যাই । মখোয়গী অহানবা বেজদি কাচিন ষ্টেট অসিদা ওইবমদে। Shan State কী অৱাংথংবা কাচিননা নম্বা লৈবা হৌজিক্তা কে আই এ গী মবিশুবা বৃগেদ হেদক্বাটব ওইবিবা মফমসিদনি। অহানবদা মখোযদা ব্রার্ন্ড ব্রাবগী রাইফল ৩০ খক পাযবা মীওই ৩০ না হৌদোকখি । Zau Tu না Shan State কী ত্রেজুবি লুট তৌদুনা Kyat ৯০,০০০ বোম খোমগত্তুনা মখোয়গী ফন্দ খোমগৎখি। অসুম তৌদুনা লালহৌবা কাঙলুপ অসি শন্দোবক্তুনা কাচিন ষ্টেটকী মকওইবা মফমশিং যৌশিল্লকখি । অদুগা ত্রাইএঙ্গলদা গেবিলাশিংগী ষ্ট্রোঙহোল শেমগৎখি । অসুম্না মপাল লমগী মতেং য়াওদনা লালহৌবগী মপুং ওইবা অকনবা খুৎপু অমা কাচিন ষ্টেট শিনবা থুংনা শন্দোবকখি ।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা বৃটিশনা নেকপা কাচিনগী যাম্না হৈথোই শিংথোইবা Naw Seng কৌবা লাললোই অমা য়াওখি । মতমদুদগী মাগী রাখলদা নেপালগুম্বা নীংখা তম্বা লৈবাক অমগুম্না কাচিনসু থম্বা পামলম্মী। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও লোইশিল্লকপদা নাউ সেংবু বর্ম্মাগী গেলেন্টবি মেডল পীদুনা ইকাই খুম্নখিবা মীশক্লি ।

পৃথিবীগী লাঙ্গাওদা যাওখিবা কাচিন লেবিজ অদু কাচিন রাইফলস হায়না ওল্লোক্তুনা চপ চানা মিলিটরিগী মওংদা শেমগৎতুনা বর্ম্মাগী অনৌবা আর্মী য়ুনিট অমা ওইখি । Naw Seng না কাচিন আর্মিগী অহানবা বটালিয়ান অসিগী কমান্দর ওইখি । মহাক্না বর্ম্মীজ কম্যুনিষ্টকী মাযোক্তা রেঙ্গুনগীদমক লানথেংনখি । বর্ম্মানা ১৯৪৮ দা বৃটিশকী মখুত্তগী নীং খা তম্বা ফংলবা মতুংদা Karen লালহৌবগী মথক্তা ওপরেসন চথনবা ওর্দর তৌখি । ওর্দর অদু ইন্দনা মাগী বতালিয়নগী মীওই অযাম্বা Karen লালহৌবদা য়াওশিন্দুনা সবকাবগী মাযোক্তা অরাং থংবা বর্ম্মাদা লাল হৌবকখি ।

শোক ১৯৪৯ গী লোইশিল্লকপা অদুরাইদা Naw Seng অমসুং মাগী খোঙবুনা কাচিন ষ্টেট লোমদা লাক্তুনা মাগী খুঞ্জাশিংবু শেমগৎলকখি । মখোযশিং অসি Shan State তা লৈবা কাচিনশিংনা নমনা খুন্দাবা, চিংগী শরুক্তা লৈখি । ১৯৫০ দা চিনা অমসুং বর্ম্মাগী ঙমখৈদা লৈবা Mongko খুলদা চঙশিনখি । Naw Seng গা লোযননা কাচিন রাইফলদগী পোথাববা মীওই ১০০ রোমগা লোযননা চীনাগী Guizhou Province তা লৌউশিংউবা অমদি ত্রেক্তর ফেক্তরি তৌদুনা লৈখি । ইং কুমজা ১৯৬৮ ফাওবা লৈখি । মতমদুদা চিনানা CPB গী মিলিটরি কমান্দর ওইনা যাওবকখি । মতমদুদা KIA সু লিংখৎপা কুইদ্রি - অদুবু CPB গা থেংনদুনা লানশোক্লখি । New Seng ইং কুমজা ১৯৭২ দা শিখি, অদুবু মানা শিখিবগী মরম অদু CPB না ফজনা পীখিদে, মানা Wa চীংদা শাদানবা চৎপদা চীংদগী ওল্হদুনা শিবনি হায়। অদুবু কাচিনশিংনদি মহাক CPB না লৌতুনবগা হাৎখিবনি হায়না থাজনৈ, মবমদি মহাক্না KIA গী মথক্তা লান্দাবদু যানিংদবা উৎপদগী ওইবম্না যাই ।

অদুম ওইনমক লালহৌবা অনীগী লাম্নীশিংগী মবক্তা নুংঙাইনদবা লৈবম্বদু ১৯৭৬ তা Brang Seng না KIA গী চিযাবমেন ওইবকপা মতমদা লোইশিনখি । অসুম্না KIA গা CPB গা নোংমৈ কাপনবা তোক্তুনা য়ানবা পুবকপদগী শান্তি ওইনা লৈখি । অদুদগী KIA না মখোয়গী মনুংগী ওর্গেনাইজেসন্দ কন্না শেমগৎলক্তুনা ১৯৭০ গী লোইশিল্লমদাইদা বর্ম্মা সবকাবগী মথক্তা কেম্পেন কয়া চথখি । অদুগা KIA না Myitkyiana অমসুং Bhamo লম্বীগী মবক্তা লৈবা লম খবা লৌশিন্দুনা মখোয়গী মখাদা থমখি । কাচিনশিংনা মখোয়গী হেদক্বাটর ত্রাইঙ্গলদগী Pa Jau দা পুবকপগা লোযননা লৈনবা মবীদা য়াম্না ফগৎলকখি ।

KIA গা CPB লৈনবা মবী অদু ফগৎলকপগা লোযননা Brang Seng না মায়কৈ য়াৎতুনা চিনাগা লৈনবা মবীদা পোলিসি অনীখক চেঞ্জ তৌখি।

Kachin লালহৌবশিংগী ৱাখলদা লৈবন্বা তোখায়না তাবগী ৱাফমদু থাদোক্তুনা বর্মা য়ুনিয়নগী মনুংদা বিজনেল ওতোনোমী তানবা অসিনি। হায়বিবা ৱাফম অসিদা KIA বু হৌদোকপীবশ্বা Zau Dan, Zau Seng অমসুং Zau Tu গী ৱাখল্লোন অদুগদি মান্নখিদে।

Zau Dan অসি KIA গা CPB গা থেংনখিবা লানফমদা ১৯৭৪ দা শিখি। অদুগা Zau Seng অমসুং Zau Tu না ১৯৭৫ দা থাইলেণ্ড ডমখৈদা লৈবা Liaison Camp তা হাৎখি। অদুবু ঙসি ফাওবদা মচিন- মনাও অহুম অসি Kachin লালহৌ হৌদোকখিবা মীওইশিংনি হায়না ময়াম্না খঙনবি। প্রাইভেট কয়ানসু অমদি কেদব কয়ানসু নিংশিংনবি।

Pa Jau দা পাঙথোকখিবা NDF কী মীফম অদুদা CPB দগী মীলিটবি কোপবেসন থম্বগা লোয়নন্না তোখায়না তাবগী ৱাফম অদুদি বিজেক্ট তৌখি। অতোপ্পা এজেন্দাদা NDF কী কন্সটিট্যুসনেল মেম্ববশিংগী মবক্তা অমনা অমবু মতেং পাংনবা অমদি, ফ্রন্ট অসি কমান্দ অহুম থোক্না খায়দোক্তুনা থম্বা হায়নসু য়ানখি। Central কমান্দনা Wa, Pa-O অমসুং Karenni ফোর্সনা ওইগনি, অৱাং থংবা কমান্দনা KIA, SSA অমসুং অপীকপা Palaung গী লালহৌবগী ফোর্সনা অদুগা খা- থংবা কমান্দনা Karens, Mons অমসুং Arakanese ফোর্সনা ওইবা হায়নসু যান্নখি।

খা- থংবা অমসুং সেন্ট্রেল কমান্দগীদি পুল্লিবা মশেল ৱা অমত্তা ঙাংনখিদে, অৱাং থংবা কমান্দগীদি পুল্লিবা KIA, SSA অমদি Palaung দগী আর্মি কম্পনি অমমম লৌবগা অপুনবা বতালিয়ন অমা শেমদুনা ফোর্স অমা শেম্বা হায়না য়ান্নখি। অনৌবা অপুনবা অৱাং থংবা কমান্দ অসি হৌদোক্লবা Shan State কী অৱাং থংবা চীংদা লৈবিবা KIA গী ৪ শুবা বৃগেদ হেদকাটবদা Brang Seng, Maj-Gen Zau Mai অমসুং অতোপ্পা Kachin লুচিংবশিংসু চৎখি। Hseng Noung সু মফম অদুদা চৎতুনা সিবেমোনি অদুগী ফোতো লৌনবা বার্তন তৌবকখি। মখোয় পুম্নমক চৎখ্রবদা ঐ ইতোমতা Pa Jau দা লৈহৌখি।

মে থাগী অবোইবা মতমদা Na Hpaw দগী Maj-Gen Zau Mai অমসুং মাগী মীওইশিং Pa Jau দা শগোল তোংদুনা লাকখি। মদুদা Zau Mai গী পার্সোনেল এসিষ্টেন্ট Khun Nawng সু য়াওবকপদুদা ঐনা কয়াদা হবাওখিবা। নুমিদাং অদু ঐনা Pau Jau দা ফংবা খ্বাইদগী ফবা চীনাগী Brandy অদু থকমিন্ননবা কৌখি, মানা ঐগী য়ুমদা চঙলক্লগা Beretta সব- মেছিনগন অদু নাকন্দা হেক থম্বগা, ঐনা প্রজেন্ট অমা পীখি।

- *মসি ঐগী বাইনোকুলবনি । মসি Hong Kong দগী লৈবকপনি ।*

*ঐনা অহানবা খল্লম্বদি* NSCN *গী হেদ ক্বাটব নাগা হিলসতা* Yaw Htung লাকপদা পীগে হায়না খনবনি, অদুবু মাদি লানফম অদুদা শিখ্রে, অদুগা নংনা ঐখোয়বু মতেং পাংবীবকপা অমদি অৱাবা কয়াদা হোৎনবীবকপগীদমক্তা বাইনোকুলব অসি নঙোন্দা পীবগে হায়না খনখ্রে । ঐখোযনা নংগী তৌবীমল কাওবোই । Khun Nawng না বাইনোকুলাব অদু লৌদুনা মাগী আর্মি বেলটতা ফাজিনখি ।

- *মসিদি নংনা Kachin State ফাওবা মতৌ কবম্না লম্বীদা পুবকই ? Yaw Htung হাযবিবা মীওই অদু ঐগী খ্বাইদগী চান্নবা মরূপনি ।*

মথংগী নুমিত্তা চাইনিজ বোর্দববোমদা পার্টি অয়াম্বা Hseng Noung, Hseng Tai and Ma Shwe গা লোযননা পাজাউগী চীং লান্না চৎখি । ঐদি Atom গা লোযননা লৈহৌই।

মখোয চৎখ্রবা মতুংদা ঐনা টাইপ তৌবা অমদি লাইবিক পাদুনা মতম লেনখি। অহল ওইববা Major N'Chyaw Tang না Kachin গী ইতিহাসকী মতাংদা খোমজিনবা কযা পীবক্লুনা পাবা ফংখি । নুমিদাংগী মতমদা মানা পীবকপা মচাকশিং অদু ঐগী নোটবুক্তা ইশিনখি । নুমিদাংদু কযাদা মমলিবা, নোংজু লাক্লবনিনা শাবসু ফাওবকখি।

নুংথিলগী মতমদা ঐনা KIO গী জেনরেল সেক্রেটরি Zawng Hra গী যুমদা কোযবা চৎলি । মাগী কম্পাউন্দ অদু নান্না থম্মী । লৈ-সু কযানা কোযনা থাবদুগী মবক্তা মানা-মশিংগী প্লোট মচা-মচা কযাসু লৈবি । মাগী যুম মনুংগী ফক্লাংদুদা "Happiness is the Spirit of christmas" হাযনা যাদ দুনা থন্নি ।

Zawng Hra গী কম্পাউণ্ড অদু Pa Jau গী বেটমিন্টন পামজবশিংগী পুনফম জগানি । অদু ঐদি য়াওখিদে, মখোযনা তৌবিবদু যেংদুনা লৈখি । ঐনা Pa Jau দা লৈবসি যুমদৌনা যাম্না নুংঙাইনা মতম লেনখি । ঐনা Pa Jau দা লৈবিঙৈদা ওজা অমা থিখি । মাদি যাম্না নক্না ঐগী নাক্তা লৈবম্মী। Zawng Hra অসি হান্না স্কুলগী ওজা ওইবম্মী । মাগী নুপীসু মাবু থাদোক্লুনা চহি কয়াগী মমাংদা চৎখিবদগী নাইতোম লৈহৌবে । মঙোন্দা ঐনা Kachin তম্বীয়ু হায়রুবদা হবাউনা য়াবকখি ।

Hseng Noung, মযাম পুম্নমক ৩ শুবা বৃগেদ হেদ ক্বাটবদগী নুমিৎ

১০ বোমগী মনুংদা হল্লকখি । Kachin-Shan-Palaung গী অপুনবা বটালিয়ন অমা হাংবগী থৌরমদু ঈশৈ নোংমাই ভাসন পীবা, নুংঙাইববা কুমহৈ কয়া তৌখি হায়। অসিগুম্বা অনৌবা বতালিয়ন অসি হাংবগা লোয়ননা অকনবা থবক পায়খৎতুনা ফাইটিং ফোর্স অসিবু মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা হোৎনগনি হায়না ৱাবেপ লৌনখি ।

Pa Jau দা হল্লকখিবশিং অদুগী মবক্তা SSA গী Col Sai Lek সু য়াওবকখি। Col Sai Lek অসি থাইলেন্দগী ঙমখৈদা লৈবা কেম্প অমদা ১৯৮১ গী অদুৱাইদা উন্নখ্রে, অদুবু নৌনা অমুক থেংনবদা কয়াদা নুংঙাইখিবা । মহাক্না চহি খবগী মমাংদা Shan আর্মিগী লুচিংবা ওইদুনা SSA বু অমুক নৌনা শেমগৎতুনা হেন্না মপাঙ্গল কনবা অমা ওইনবা হোৎনখি । Sai Lek মাগী চহি ৪৫ শুবা Shan বুধিজম থাজবা মীওই অমা ওইখি । অদুবু মহাক অসি Shan অমসুং ইন্দিযান মুসলিমগী যান্নবা মচানি।

Sailek না Pa Jau দা লাকপদা নহা ওইবিবা চহি ২০ গী লেঙ্গাগী Shan লাম্মী খবসু লোইনবকখি । মখোয়শিং অদুগী মনুংদা Than Aung অমসুং Pui Hpa সু যাওবকখি । Than Aung না Shan গেবিলা অমা ওইবকপগী মবমসু অতোপ্পা অমনি । Paui Hpa না গেবিলাগী মওং অসি যাম্না রোমান্টিক ওইবা মওংনি হায়না খনজখিবদুগা Than Aung গা থেন্নবা লৈ । Than Aung না লৈবিবা Hsipaw এবিয়াদা বর্ম্মীজ আর্মিগী য়ুনিট অমা লাক্লুনা মহাক্কী মপা অদু কবিগুম্বা মবম খবগীদমক্তা ফাদুনা পুখিবর্ম্মী । Hsipaw হায়বিবা মফম অসিগী SSA গী স্ত্রোঙ হোলনি । মাগী মপা ফাবিবদু লালহৌবদা মতেং পাংই হায়বগী চার্জদা ইভিদেন্স অমত্তা যাওদনা ফাজিনখি, অদুগা সবকাবগী লাম্মীনা মখোঙ পুনখৎলগা যাল্লবা মতুংদা ফুদুনা ইমুং মনুঙগী মমাংদা হাৎখি ।

*- ঐনা মদু কৈদৌনুংদা কাওবোই ।*

Than Aung না চম্না হাযখি,

*- ঐনা মতমদুদগী হৌনা যুম থাদোক্লুনা SSA দা য়াওখি । ঐনা মদুগী লমন খুম্না ওইনা বর্ম্মাগী লাম্মী মযাম হাৎকনি ।*

থৌদোক অদু ঙসিদগীনা চহি ৫০ গী মমাঙদা থোকখিবনি, Than Aung দি মতমদুদা চহি ৯ খক্তা ঙাইবি ।

বর্ম্মাগী মাইনোবিটি লৈবা মফমশিংদা থোকইবা থৌদোক ৱাথোকশিং অসি তোঙান তোঙানবা থৌদোকশিংনা থল্লি । সিফাইনা ওৎপিবা

হাৎপিবা কযা অমনি । মদুগী পেন্দবা কয়াদুনা লালহৌবা য়াওখিব, কয়া অমনি। অসিগুম্বা ৱাবী ময়াম অসি ঐনা চহি কয়াগী মমাংদগী তাদুনা উদুনা লাক্লবনিনা থোইদোক্লা অনৌবা অমদি নত্তে । ইং কুমজা ১৯৮৪ দা Hsipaw খুল মনাক্তা লৈবা Bung lin খুলদা সবকাবগী পেত্রোল পার্টি অমা লাক্লুনা নুপীশিংবু মখোয়গী সুমাংদা কৌথোক্লুনা থম্লবা মতুংদা বুদিষ্ট যোনাষ্ট্রি অমগী মমাঙদা কৌবকখি । মতমদুদা Shan খুঞ্জা খুদিংমক নোংমৈ চিন্দোলদা নুপী নত্তনা লেঙবা অমত্তা য়াহনখিদে। নুপী খুদিংমক মানা মানা শেৎলিবা ফিবোলশিংদু লোইনমক লৌথোকহন্দুনা মশাদা ফি অমত্তা থোংহন্দনা কবেমনদুনা অমদি রাইফল বেবেলশিং অদুনা থিন থিন্দুনা শান্নখি। থৌদোক অদু পুং কয়ামুক চথখি। নুপীশিং অদুনা SSA গী গেবিলাদা চত্নুনা থৌদোক অদুগী মতাংদা মবিক চুম্না পাউদমখি । SSA গেবিলাশিংনা নুপীশিংদুগী থম্মোই পেন্নবা সবকাবগী ত্রুপ কযা এম্বুস তৌদুনা হাৎখি ।

Sailek কী মতমদা SSA সি যাম্না এক্তিভ ওইবা মতমনি, Shan গী নুপা মচা নুপী মচা কযা মখোয মখোযগী বেঙ্ককী মতুংইন্না লালহৌবা যাওখি। অসুম্না লালহৌবা যাওশিল্লকপদগী Namkham অমসুং Muse স্কুলদা অমদি হাযস্কুলদা ছাত্র অমত্তা লাইবিক তম্বা লাকখিদে ।

Shan State তি লৈহাও চেনবা মফমনিনা চেং মবাং কাযনা ফংই। Kachin State তৌনা Jade, Gold অমসুং Precious Stone Shan State তা ফংদে । মখোযগী নোংমৈ, হিদাক লাংথক অমদি যুনিফোর্ম লৈনবসি ওপিয়ম ললোনবদগী ফংলম্বা যাই হাযনা সিন্দিকেট অমনা পাইশিন্দুনা বর্ম্মা মনুং অমসুং খা নোংপোক এসিযাগী শরুকশিংদা থাদোকই । অসিগুম্বা দ্রগ ললোন ইতিকী হৌবকফমদি চীনাগী ঙমখৈদা লৈবিবা অৱাং অমসুং অৱাংনোংপোক থংবা বর্ম্মাগী শরুক্তা লৈবিবা Koumintan শিংনি । অদুবু Shan লালহৌবা খবসু দ্রগকী কববাব অসি চথৈ । চিনানা দোমিনেট তৌবা মফম খবদা ইঠনিক Shan গেবিলা অমদি হিল ত্রাইবশিংনা দ্রগ শুংবা অমসুং পোপি থাদুনা মখোযগী শেন্দাল লম্বী ওইনা শীজিন্নে ।

Pa Jau দা নুমিৎ খবনি লৈবম্লবা মতুংদা Sailek কা লাকমিন্নবা Shan কাংবু অদু হনখ্রে । ঐখোয়সু হান্নগী কটিন ৱার্ক অদু চথখি । নোং কন্না চুবা নুমিৎ খবনি অদুদি য়ুমদগী মপান থোক্তনা Hseng Tai গা শান্নমিন্নদুনা লৈখি, মাসু নোংমা নোংমগী লেপ্তনা চাওখৎলক্লে । মাসু ৱা ঙাংনিংবনা লোইবে । মদুদা ময়াম্না নুংঙাইবোই কবিবোই Hseng Tai গী মনাক্তগী হেন্দোকখিদে ।

ঐনা হৈনিংবা নুমিত্তদি নুংতিগী চাদুনা লাক্লবা Kachin গী চীঙ্গাক অদু নত্তবা নোংচুপলোমগী মওংদা চাননবা Pa Jau দা ফংবা মনা মশিংনা থোং থাক্তুনা শেমখি । নুমিৎ অদুদি শা-ঙা য়াওবা চীঙ্গাক শেমখি । Kachin শিংদি মখোয়গী নোংমগী মথেলদা চাক অমদি শা য়াওদ্রবদি মদু চাক চাদবগা চপ মান্নৈ। Pa Jau গী কৈথেল অসি নুমিৎ মঙানি খুদিংগী যাম্না চিল্লি । মনাক নকপদা লৈবা লৌমী খুঞ্জা মযাম লাক্তুনা ললোন ইতিক্কী থবক তৌবৈ। মসিদা মকওইনা লৌউশিংউগী পোত্থোক, নোংমদা চংদবা য়াদবা পোৎচৈ অমদি Hpakan Jade মাইন্দগী পুবকপা মনি মুক্তা কয়াসু যোনখি । মনি মুক্তাশিং অদু চিনাগী ত্রেদবশিংনা মমল হুন্নদুনা লৈখি । মনি মুক্তাগী লৈতেং অসি *চিনাদা যাম্না পাম্লনা শীজিন্নৈ ।* Pa Jau *গী কৈথেলদা ওপিযম ফংই অদুবু যাম্না* মবাং কাযবদি নত্তে । ওপিয়মশিং অসি Fisu ত্রাইব অমসুং Pa Jau দা লৈবা ইঠনিক চাইনিজশিংনা মখোযগী জাগাদা থাবা অদু শুংদোক্লগা পুবকপনি । Pa Jau দা লৈবিবা বিবেল কাংবুশিংনা মফম অদুদা কোবী, চুজাক, হঙ্গাম অমদি অতৈ মখল মখা কযাগী মনা মশীং থাদুনা ওপিযমগী মহুৎ শিল্লি ।

Morton লানবন অসি ইং কুমজা ১৮৯২ দা বৃটিশনা ফ্রন্টীযাব অসি ঙাক্লবা শাখিবনি । লানবন অসি শানবা হোৎনবদা Kachinশিংনা বৃটিশশিংবু মায়কৈ কয়াদগী তাম্থোক্লবা হোৎনখি । কাযনথংদা Kachin শিংনা লানবন অদু লৌশিন্দুনা Capt Boyee Morton গা লোযননা বৃটিশ কযা হাংখি। কাযনথংদা বৃটিশনা অমুক Kachin লালহৌবা মযাম অদু লাকশিল্লবা তুংদা *লানবন অদু লৌশিন্দুনা লৈখিদ্রবা* Capt Boyee Morton *গী নিংশিংবা ওইনা* Fort Morton হাযনা থোনখিবনি । Kachin শিংগী ফাইটিং টেকনিক অমসুং মপুকচেল শেংবা, অদুগী যেংদুনা বৃটিশনা মিলিটবী পুলিস অমসুং আর্মিদা বিক্রুইট তৌদুনা ত্রেনিং কযা পীখি । গুবখা অমসুং Kachin শিংবু বৃটিশনা চপ মান্নবা ষ্টেতসতা থমখি ।

বর্ম্মানা নিংখা তম্বা লৈবাক অমা ওইদ্রিবা ফাওবা Fort Morton দা বৃটিশনা Kachin ত্রুপ অমত্তা থল্লমদে । Fort Morton বু সুপবভাইজ তৌবিবা অদু বৃটিশ ওফিসাব অমনা তৌই, অতৈনা গুবখাশিংনি, অদুগা গুবখা য়ুনিট অদুদা এটেচ তৌবা পঞ্জাবী দাক্তব অমসু মফমদুদা লৈবম্মী হায । ফ্রন্টিযাব অসিদা বৃটিশনা লানবন কযা শাবম্বগী খুদম ফংই, Fort Morton অসি নত্তবশিংদি লোয়না মাঙখ্রে, লৈবম্মী হাযবা মফমদুখক্তা ঙাযবে । Fort Morton দি মাগী ষ্ট্রকচব অদু ফজনা লৈবি মাঙখি তাকখিবা খবসু য়াওবে ।

মথং নুমিৎ অদু ঐখোয়না Sima Kawng দা লেকখি । লায়বক চাং যেংনিংদুনা চীংদুগী নাকন্দা লৈবিবা তুবেল অদুদা কুমথদুনা ঙা ফাবা চৎখি । ঐনা Dabak Hka তুবেলগী ঙাজাওদু নিংশিংলকখি। তুবেল অদুগী মথক্তা বৃটিশনা শাবম্বা থোং অহাইবী অমা উখি । থোং অসিনা Fort Morton গা Myitkyina গা শম্নহল্লি । ঙাযহাক্কী মনুংদা নোংসু খঙহৌদনা তাশিল্লকখি । KIA গী লাম্মীশিং অদুনা ঐঙোন্দা চৎহৌবসি হায়বকখি । লম্বী অদুনা ঙস্বগা নানবগনা চৎপদা নানথুবস্মী । হায়বগা তৌবগা কাকফৈ ময়াম্না ঐখোয়গী খোঙকাপ খুদিংমক এটেক তৌবক্লম্মী । ঐসু মিটব খবদি সুংলেপ লেপ্তুনা খোঙথাংদু থাংলকখি । খোঙদা কাকফৈ ময়াম অমনা  যোমদুনা লৈবদু ঐনা উবদা থুম থাকচিন্দুনা কাকফৈশিং অদু কেন্নবা হোৎনখি । কাকফৈ কেনখ্রবসু ঈদি থোক্লকখি । অদুবু ঐনা ঈশ্বরদা হান্নগুম ইনফেক্সন তৌহনবীগনু হায়না খুকমখি । ঐনা কাকফৈদা থুম থাক্লগা কেল্লি হাযবসি Hukawng Valley লাম্থোবকপদা খঙলখিবনি ।

ঙায়হাক্কী মনুংদা ঐখোযনা থোং অহাইবী অদুগী মনাক্তা যৌবকখি । থোং অহাইবী অদুগী অবোইবা মতোন তোবর্বান ব্রাংমা অসোমগী ষ্টিল কেবল অদু নুংনা ফজনা চেকশিন্না খাববা গেট-ব্রে অমা লৈবি । ঐনা চৎমীন্নবিবা Kachin লাম্মীশিং অদুদা হংখি,

- *মসি বৃটিশনা শাবম্ববা নত্রগা Kachin লালহৌবশিংনা শাখিব্রা ?*

তশেংনমক ঐনা অরাং থংবা বর্ম্মাদা মথং মথং ফাওবগা লাকপদা থেংনবকখিবগী মতুং ইন্না বর্ম্মা সবকাবনা লৈবাক অসিগী ইঠনিক ট্রাইবেলেশিংনা লৈবিবা মফমশিং থৌশাবীদ্রে হাযবিবসি লালহৌবশিংগী প্রোপেগন্দা নত্তে -  তশেংনমক সবকাবনা কবিসু শেমগৎপীদ্রি ।

নোংসু লেপত্রি ঐখোযনা অচৌবা উ অমগী মখাদা ফমথদুনা থুপখি। নুমিৎ য়ুংবা অদুব্রাইদা নোংদু হাংখি । নোং হাংলিঙৈ তাঞ্জাদুদা Sima Kawng দা হল্লকখি । ঙা ফানবগী থৌবাংগা অমত্তা তৌবকখিদ্রে । অদুবু খুদক্তা নোং অমুক হৈথবকখি । মদুদদি ঐগী খোংদা কাকফৈ চিক্তনবা কন্না অঙস্বা পাম্বৈ পুথোক্তুনা হোৎনখি । কায়নথংদা ঐনা ঐখোযগী লৈফম যুমদুদা ইচোৎ চোৎনা চঙবদা Hseng Noung অমসুং Hseng Tai না ঙায়দুনা লৈবম্মী । মৈনাক্তা হোৎচিন্দুনা খোঙউপ অমসুং যোজাদু লৌথোক্লগা ঈশিং অশাবনা হকচাং অমসং খোঙদু চামথোক্লম্মী । Hseng Noung না ঐগীদমক্তা কোফি কপ

অমা শেন্নীবকখি । ঐনা খনখি তুবেল অমসুং থোং অহাইবী অদু কয়াদা ফজনা শাবন্নিবা অদুবু মফমদুদা চৎপদা কয়াদা খুদোংথীবা মফম ওইবিবা - কাকফৈ অমদি অনানবা চীং লম্বী খল্লুবদা তুচুংঙী ।

মথংগী অয়ুক্তা ঐখোয় Pa Jau গীদমক্তা Sima Kawng থাদোবকখি, নোংদি লেপখ্রে, অয়ুক্কী লৈচিন পুবা নুংশিৎ অদুনা শিৎলকপদা ঐখোযগী হকচাংদা উথক্তগী ঈশিং মবিক মবিক তাবকখি । য়ুম য়ৌবগা য়োংকী ষ্টোভ অদুগী মনাক্তা ফমলগা ব্রাবেপনখি । নোংজু থা লোযদ্রিফাওবা অতোপ্পা মফমদা কোযবা খোংপা তৌবগুমসি হায়না যান্নখি। Hseng Tai দি হেক পোকপগা জঙ্গলগী লম্বীদা পোখাদনা লাকপনা মঙোন্দদি কবিসু থোইদোকপা অনা-অয়েক চংবা ঙমখিদে - মসিনা মাগী হিংনবগী লম্বী অমনি ।

ঐখোয়গী নোংমগী থবক অদু লেপ্তুনা তৌবকপনা জুলাই অমসুং আগষ্ট, থা হৌখিবা খঙহৌদে । ঐনা মীওই কয়া উন্নদুনা ব্রাবী ব্রাতাই শান্নখি, ইন্টবভিয়ু কয়া লৌখি, Hseng Noung না Hseng Tai শেন্নদুনা লৈখি । Pa Jau গী হব্রা নুংশিৎ অসিনা ঐখোযবু মপান থোক্তুনা থবক অমত্তা তৌবা ঙমহনখিদে । Pa Jau গী নোংজুথা মতমসি নোং যাম্না কন্না চুই । Darjeeling অমসুং Kohima দা চুবদৌনা তৌই - ঐনা মমাংগী নোংজুথাদা থেংনখিবা অদুনা শাক্ষিনি । নোং পুবা লৈচিন অদুনা Pa Jau গী অশংবা চীংথক অদুদা পাইবগা অকনবা নোংনা লেপ্তুনা নুমিৎ চুপ্পা অমা চুবা লেপখিদে । নোং অদুনা কবিসু তৌবা ঙমদবনা য়ুম অমসুং মৈশাগীদমক্তা ষ্টোভ অমা ফংবদুনা য়াম্না কান্নহনখি । Hseng Tai দি নিংঙাইদনা তুন্নি, ঐসু ইবা খোংপা, পাবদু লেপথোক্তুনা ঙায়হাক পোখাখি ।

অতোপ্পা নুমিৎশিংদদি ঐখোয়না এস এস এ না লৈবিবা য়ুমদা চত্তুনা Pui Hpa না মাগী বেডিও পায়দবা অহাংবা মতমদা মানা পামজবা ইংলিস অদু তম্বীখি । কবিগুম্বা মতমদসু মহাক্না ঐখোযগী নাক্তা লাক্তুনা ব্রাবী ব্রাতাই শাবখি । Hseng Noung ইবানিনা অঙাং অদুনা পামলিবদু ঙম্বা মখৈ হোৎনদুনা মতেং পাংবীবম্মী । বর্ম্মাদা অসিগুম্বা অঙাং ময়াম অমা লৈবি । মখোয়গী মবাইবক অসি সবকাবনা য়েংশিনবীদ্রবদি লালহৌবা য়াওখিবা নত্রগনা তৌফম খঙদনা লেনবা তাবনি ।

Panghsang দা য়ান্নখিবা, সি পি বি গী শেক অদু আগষ্ট থাদা Pa Jau বেডিওদা ষ্টেটমেন্ট অদু লাওথোবকখি । মদু Karen লালহৌবশিংদি য়ানিংখিদে। মবমদি মখোয়না খল্লিবা অদুগা য়ান্নখিবদুগা তোঙান্না তোঙনবনি।

ঐনা মতমদুদা Brang Seng গী মনাক্তা চৎপদা Karen শিংনা লৌবিবা ফিবেপ অদুগী মতাংদা মহাক নুংঙাইতবা ফাওখি ।

মফমদুদা লৈবম্বা এন দি এফ কী দিলিগেটশিংনা ঐঙোন্দা দিসেম্বব/ জনুৱাবি থাদা থাই বোর্দবদা লাক্কুনা মফমদুদা লৈবিবা মীয়ামশিংগা হীবম অসিগী মতাংদা খন্ননবা হায়বকখি । কনাগুম্বা অমগী প্রোব্লেম অদু মমুৎ তানা খণ্ডদ্রিথৈদা মীঙোন্দা মতেং পাংবা হাযবদু ওইথোক্তে - কাচিনগী চর্চ লিদব অমদি কম্যুনিতি লিদবশিংনা মসিগী মতাংদা যান্নবা অমা পুবক্কবা হোৎনগনি, অদু নত্রবদি চহি কুন / কুম্না অমগা অমুক লান শোক্কদুনা লৈবা তাবনি।

ঐনা কবি তৌবা ঙমগনি ওবজাবভব অমা ওইনা তুমিন্না যেংদুনা তাদুনা মখোয়না তৌবিবশিং অসি য়েংবা তাবনি । এন দি এফ অসিনা যুনিটি লৈতবা তাববদি থাইলেঙ বোর্দবগী খা অমসুং অৱাংদা যাম্না অকায়বা লাক্কবগী মচাক অমদি ওইবি ।

তাঞ্জা অসিদা ইন্দিযাগী অৱাং নোংপোক থংবা ষ্টেটতসু লালহৌবশিং অমসুং ইন্দিযা সবকাব অনিগী মবক্তা যান্নবা অমা পুবকপগী মতাংদা বি বি সি দা নুমিদাংগী পাউ অমা তাখি । মিজো (এম এন এফ) লুচিংবা Laldenga গা নিউ দিল্লিগা অনিগী মবক্তা Mizo Accord Sign তৌন্দুনা ইং কুমজা ১৯৫০ দগী হৌবকখিবা মিজো লালহৌ লোযশিন্দুনা, এম এন এফ (Mizo National Front) হাযবিবা অসি আইন্না যাবা সংস্থান ওইহন্দুনা লালহৌবা পুম্নমক থোবক্কুনা ভোট থাদবা যাহনখ্রে- মমাংদদি মিজোশিংনা তাল্লম্বা দিমান্দদি ইন্দিযাদগী তোখাযনা তাবা হায়বা পান্দম অদুদনি, মিজো লালহৌবা পুম্নমক্লা মখোযনা পাযবম্বা খুৎলাই পুম্নমক থাদোক্কুনা সবেন্দব তৌদুনা ইন্দিযা সবকাবদা শিন্নথোকখি ।

Hseng Tai গী অহানবা মপোক নুমিৎ অদু ঐখোয়না হান্না মাংজৌননা সেপ্তেম্বব ১৩ দা তাই হাযবসি লেপ্তুনা লৈম্রবনি, নুমিৎ অসি যৌবকপদা ঐখোয়না এস এস এ গী যুম অমদা বার্থদে পার্টি অমগা লোয়ননা পাঙথোকখি । মদুদা ইন্দো সান মাবচেন্ট অমসুং Namkham দগী হেক থুংলবগা যাওবখি । মহাক্লা পুবকপা চিনাগী যাম, যেকম, শঙ্গোম পাউদবশিং অদুনা কেক শেমখি। যুমদা শেম্বা জাম, আইশিং সুগব অদুনা কেক অদুগী মথক্তা তৈবগা মদুগী মথক্তা কেন্দল অঙৌবা মচা অমখক মৈ চুদুনা থমখি। বার্থদে পার্টিদা লাকপা মীপুম খুদিংমক কেক অদু মচেৎ খবা খবা চামীন্নদুনা Hseng Tai দা গ্রিটিং কয়া পীবমখি ।

বার্থদেগী মতুংদা চযোল অনি অহুমলোম হৌখ্রে। অঙনবা খৃষ্টমাস পাংথোকনবা শেম শাবা হৌখি। Brang Seng সু Kunming লোমদা চৎনৰা শেম শাবি, ঐসু চাইনিজগী ঙমখৈদা লৈবিবা কে আই এ না মেনটেন তৌবা লাইজন পোষ্টতা চৎনবা হোৎনখি। Hseng Noung অমসুং Hseng Tai দি যুমদা হায়বদি Pa Jau দা অদুম লৈনবা শিন্নখি। ঐনা অয়ুক অঙনবা অমদা কে আই এ গী লাশ্মী সেক্সন অমগা লোয়ননা Pa Jau থাদোবকখি। নোংজু থাদা হায়বদি জুলাই থাদা ঐনা Sima Kawngদা চৎপদা নোং অমদি কাকফৈনা যৈথবদ হকচাং শোকখিবদুগী মথংদা যুমদগী খোঙথাংদোবকপসি ঙসিনা অহানবনি।

Pa Jau দা থা মঙা তবক্কমুক ফমদুনা লৈকব্‌বা মতুংদা অমুক চৎপা হৌবকপসিদি য়াম্না ইচং থৌবা অমদি নুংঙাইবা ফাওখি। চিনাগী ঙমখৈদা লৈবিবা চীংশাং অদু য়াম্না লাযনা কাখৎলক্তুনা পুং খবদমক চঙবা ঙমখি। কে আই এ গী লাইজন পোষ্ট অদু উনা শাবা অচৌবা যুমজাওশিংনা পুনশিল্লি। যুম অমদা ঐখোয়না চঙবগা যোৎকী মৈ হৌবিবা ষ্টোভ অদুদা হকচাংশিংদু শাগৎহনখি। চেমনিদগী থোবকপা মৈখুশিং অদু নুংশিৎনা হুমদুনা চীংমাযশিংদা পুত্রি। চীংমায় অদুদগী যেংবদা Sima Pa হাযবিবা চীনদা লৈবিবা অশংবা ভেলি অদুনা পাক চাউনা শন্দোকখ্রি। নুংথিলদা Brang Seng অমসুং মাগী খোঙলোয় মযাম অমগা লোয়ননা শগোলদা তোংদুনা লাকপদু ঐনা উখি। ঐনা লাকপা উববসু, যৌবকপবা হাযনা ঙাইবদু কযাদা ৱাখিবা যৌবকপা সুকনাই নাইখিদে। পুং অমা বোমগী মযাদা ঙাইববা তুংদা Brang Seng না হান্নগী মতৌগুম্না ঐঙোন্দা হবাউনা লাউবকখি, ঐগীদমক্তা Bangkok তগী Kunming বোমদা থাবকপা অচৌবা পাবসেল অমা পুবীবকখি।

ঐনা কাংচুপ অদু শাংনা চিংলগা মৈখু অদু কামথোক্লবা তুংদা পাবসেল অদু হাংদোকখি, পেকেট মচা অমা যাওবম্মী মদুদা চহি অমগী মনুংদা ঐঙোন্দা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা লৈবিবা মকপ মপাংশিংনা নৱা নপাউ তাখিদ্রে, হিংলিব্রা শিত্রববা হায়না হংলকপা চিঠি কযা য়াওবমখি।

*নং কমদৌবি ? নংবু কদাযদা লৈবগে ?* চিঠি অমদি অসুম্না হৌবম্মী। *নংগী থবক্তি বেঙ্কোক্তনি, অদুবু কবিনো নং থবক যাম্না চিনব্রা চহি অমবোম ফাজিল্লক্রে - চিঠিগা অমত্তা ইবকখিদ্রেনা,* তৌববুদি ঐনা ১৯৮৫ গী মার্চ থাদা বেঙ্কোক থাদোকখিবদুদা ঐগা লোয়নবা মীওই খবা নত্তনা ঐগী প্লান বর্ম্মা চৎপা অসি অতে কনাদি খঙলম্লোই। চিঠি থাও অমদগা ঐনা ইন্দিয়া


ব্রাংসেং অমসুং বার্টিল কাইনবমদাইগী মীৎকুপ

অমদি পা জাউ দগী থাখিবা পাউশিং অদুগী শেনফমশিং ঐগী বেঙ্কোক্তা লৈবা বেঙ্ক একাউন্টতা চণ্ডখিবগী দিপোজিট সিলিপ মযাম অমা যাওবন্মী ।

ঐখোযনা পা জাউদা লৈবিঙৈদা বেঙ্গুননা অনৌবা বেঙ্কোক অমা পুথোক্লন্মী । ঐখোযনা দিসেম্বর ১৯৮৫ দা Kesan Chanlam দা লৈবিঙৈদা 100 Kyat কী মহুত্তা 75 Kyat অনৌবা অমা পুথোবকপা অসিনা মহুৎ শিল্লন্মী। অদুগা মসিদসু নত্তনা ফবক তাবা মশিং হাযবদি 15 Kyat অমসুং 35 Kyat কী Banknotes শিংসু পুথোক্লন্মী । বেঙ্গুন না অনৌবা শেল মযেক্কী বেঙ্ক নোটশিং পুথোবকপা অসিনা ঐখোযদা যাওবিবা অদু কবিসু কান্নহনখিদে । অতৈ মফমদদি পোৎ লৈথোক লৈশিনগী দবকাব লৈতবনিনা ঐখোযনা কবিসু খঙখিদে । Pa Jau দা লৈববা মতমদা ঐনা খঙখি । অদুবু হান্না চৎনবম্বা শেলশিং অদু খুদক্তা চৎনবোই হাযবগা খুদক্তা অনৌবা অমা চৎনবকপা অদুনা কববাব তৌবিবশিংদা - মখোযগী কেপীতেলশিং অদু মাঙবা তাবনি ।

কে আই এ গী লাইজন পোষ্ট অসিগী মনাক্তা থা খুদিংগী অনৌবা উগী যুম অমমম ইনখৎপা লেপতে । বর্ম্মা অমসুং চিনাগা ফাওনবিবা ঙমখৈ অসিদা ললোনবা লাকপা কযানা মফম অসিদা লমদল্লে । চিনানা বর্ম্মাদগী Jade Stone পুথোকখি বর্ম্মনা Yunnan দগী কঞ্জুমব গুদস পুথোক পুশিন তৌই । ঙমখৈগী কৈথেল মনাক্তা ভিদিও হোল অমা লৈ, মসিদা লল্লোনবা লাকপা মীযাম্মা চীক্ল চাইনবা ঙমদনা নুমিদাংগী মতমদা ইন্নৈ। ঐদি অহানবদা চাইনিজ Kung Fu অমসুং বর্ম্মাগী ওপেবা অদুগুম্বা তৌবমগদ্রা হাযনা খল্লগা পৃথিবীগী অফাওবা ফিল্ম Superman, Rambo, Gandhi, Guns of Navarone নচিংবা ময়াম্মা চৎনবিবা কযা বর্ম্মাগী চাওখৎখিদ্রবা অরাংদা লৈবিবা মফম অসিদসু চৎনবন্মী ।

ভিদিও হোনদা চৎপা অসিসু য়াম্না নুংঙাইবা থৌদোক অমনি, মফমদুদা থেংনরিবা মরূপ মপাং কয়াসু থেংনবা ফংই। অদুবু মফমসিদা শুংলাক লাক্তবা মীওই অমখক্তি অহল ওইববা Major N'Chyaw খক্তনি। মহাক্না নুংথিলগী মতম অয়াম্বা মাগী বেদিওদগী পৃথিবীগী থোক্লিবা থৌদোক রাথোক ময়াম অমা লাওথোক্লিবদু তাদুনা মতম লেনখি।

ওক্তোবর থা হৌগৎলকপগী অদুরাইদা রাওথাওনবা মচুগী খোঙগ্রাউ অমসুং অতৌবা ফুবিৎ লিৎপা চপ মান্ননা শেৎ- চাবা মীওই কাঙবু অমা Pa Jau দা থুংলখি। মখোয়শিং অদু Panghsai দগী লাকপা সি পি বি গী ওফিসাবশিংনি হায়বা খঙখি। মখোয়শিং অসি চিনা ফাওবগা সি পি বি না লৈবা জগাদা ফাওবগা লাকপনি। নোংমা নুংথিল অমা ঐনা গ্রুপ অদুগী খ্বাইদগী নহা ওইবা ওফিসার অমা ঐগী য়ুমদা কৌখি। মীওই মীতৌ ফজে য়াম্লবদা চহি ৩০ বোমগী লেঙ্গানি। মহাক চিনাদা পোক্লবসু সিপিবি গী তিন এজ ভলুনটিযাব অমা ওইনা ইং কুমজা ১৯৬৮ দা কলচবেল বিভোলুসনগী মতমদা য়াওবকপনি। মাগী অশেংবা মিংদি Zhang Zhiming কৌই। বর্ম্মাদা লাকপা মতমদগীদি Kyi Myint হায়না খঙনখি - মহাক কাচিন, বর্ম্মীজ অমসুং সান ফজনা ঙাংবা ঙম্মী।

ষ্টোভ মনাক্তা ফমথবক্লগা *ঐ তাবে নংবু Panghsang গী জেনেবেল হেদ কাটবদা লাক্লবা ইনভাইট তৌবে হাযবসি। মসি যাম্না ফবা বুদমনি। ঐখোযসু জনেলিষ্ট অমা যাম্না দবকাব ওই, ঐখোযগী জগা অদুদা লাক্লুনা তৌবিবশিং অদু যেংশিনবা দবকাব ওই। হৌজিক ফাওবদা কনামত্তনা ঐখোযগীদমক্তা ঙাংবীবা অমদি ইবিবা তৌদ্রি, নং লাক্লনি হাযবা তাবদা ঐদি যাম্না নুংঙাই। সিপিবি গী মতাংদা কনামত্তনা যাম্না লুনা এনালাইসিস তৌবা অমদি ষ্টদি তৌবিদ্রি। অদুনা নংনা লাকপীদুনা মেদিয়া কোভবেজ তৌবিদুনা পৃথিবীদা খঙহনবীয়ু।*

ঐগী বর্ম্মাগী খোঙচৎ অসি চহি অমা ফাজিল্লক্লদৌবে। ঐনা বেঙ্কোক থাদোবকপগা হাযববদি চহি হেল্লক্লবনি। অদুবু অনৌবা থেংনবগী নুংঙাইবা উনিংবা কয়া খুৎনা শোক্লগা উবা ফংবা অসিদা কযাগী মতিক নুংঙাইখিনা।

ওক্তোবর থা যৌশিল্লক্লবনিনা নুমিদাংগী অতিয়াদু কয়াদা তবং তবংনা ফজবিবা নোংজু থাদি লোইশিনখ্রে। Pa Jau থাদোক্লমদাইগী মতমদা ঐনা Brang Seng গা লোয়ননা তুবেলদা ঙা ফাবা চৎখি। ইমায় চোল্লবা তুবেলদা মপুক তপ্না ইমায় হন্থনা উমং ফাওদুনা চেনশিনখ্রি। অনৌবা অহোংবা ফজত্তবা লম্মীৎ তুমিৎ অমা Pa Jau দা উবা ফংখি।

# শি- শিনৱান

**ঐখোয়না** Pa Jau থাদোকপা নুমিৎ অসি কয়াগী মতিক ফজবিবা। Pa Jau গী অপীকপা অশংবা তম্পাক, লৈচিল নোংফাই থাংদবা তবং তবংবা নুমিৎনা থোবকপদা মাযকৈ খুদিংমক পুক্লিং হুনবগী মশক ওইবি। কনাগুম্বা কবি অমনা থাদুনা ইববদি মীপুম খুদিংমক মফম অসিদা লাকনিংগনি। নুমিৎ অসি ইং কুমজা ১৯৮৬ কী ওক্টোবব তাং ১৬ নি। ঙসিগা থাববদি ঐখোয়না Pa Jau দা থুংলবসি থা ৬ চপ চানা ফাবে। Brang Seng, Zawng Hra, Sai Tu, মখোযগী নুপীশিং অমসুং মকপ-মপাং কযামকম ঐখোয়বু বীদায পীনবা মযাম পুল্লখি। ঐখোযবু এস্কোর্ট তৌদুনা পুনবা কে আই এ গী লাম্মীশিং অমসুং ঐখোযবু ওকপা লাকপা সি পি বি গী কাঙবুশিং পুম্নমক পুল্লখি। কে আই এ গী কাঙবু অদুদি Nattpaw ফাওবা এস্কোর্ট তৌবল্লগা হনখিগদবনি। অদুগা অতৈ অহেনবা সি পি বি গী কাঙবু অদুনা Panghsang তান্না চৎমিন্নখিগদবনি।

খুদক্তা ঐখোয লোয়নমক উন্নদুনা ঙাযহাক্কী মনুংদা ৱাহৈ কয়া ফোঙদোক্লখি।

- *কবম্বা মতমদা ঐখোয অমুক উন্নগনি হাযবা কনানা খঙগনি।*

Brang Seng না মসি হাযবগা মাগী মখুৎ অদু তিংথোক্লুনা খুৎ শোক্লখি। মাগী মমিৎ কুপখিবদুগা লোয়নননা পিগী মবিক অমা তাবকখি। ঙায়হাক্তংগী থেংনবা ওইববসু থম্মোইদদি কবিগুম্বা মবী অমা ফাওনবগুম তৌবি।

*"Till Next time then"*

Pa Jau দা অবোইবা ওইনা ঐখোয়না Gat Yang গী কৈথেল, Pi Saitong গী বেষ্টোবেন্ট, চাইনিজ দুকান, কে টেন গী কোওপবেটিভ দুকান,

Pa Jau তাউনসিপ ওফিস কয়াদু কোযনা চত্তুনা য়েংলম্মী । য়ুমনি খল্লম্বা মফম অসি থাদোক্কুনা চৎনবগী পুংফম য়ৌবকপদা মফম অসিগী ফজববা অপীকপা অশংবা তম্পাক, মরূপ মপাং ওইবগী চৎনবী নুংশিনবা কয়া অসিনা পুক্লিংসি মথুম মবাং হৌখি । মবকসিদা নুংশিববা Shan State Army গী বেডিও ওপবেটব Puttpa দি উবা ফংখিদে । Pa Jau গী Kindergarten School গী যাম্না নুংঙাইবা ফাগী পুবা Kum Hpa Ka, Major, Nchyaw Tang ত্রান্সজিষ্টব অমা থাদবদু অমসুং অতোপ্পা খবসু উবা ফংখিদে।

*মখোয ঙম্নামক কদাযদা চৎত্রবা ?*

Pa Jau গী নোংপোকথংবদা লৈবিবা চীংশাং অদু পুং ৬ মুক চঙনা চত্তুনা লাম্থোক্লবা মতুংদা নুমিৎযুংবা মতুংদা Na Hpaw দা থুংখি । ঐখোযনা থুংলিবা যুম অসি থা ৬ কী মমাংদা থুংলম্বা যুমদুনি - ঐখোয লাক্কনি তাবদা মখোযনা অমুক ফজনা শেমজিল্লম্মী । কেম্প অদু যাম্না নুংঙাইবা ফেষ্টিভ মুদতা লৈবম্মী । ঐখোযনা এপ্রিল থাদা থুংবা মতমদুসু ব্রাতব ফেষ্টিভেলগী মতম তাবনা নুংঙাইখি । হন্দক্না "thadingyut" ফেষ্টিভেল তাখি। মতমদুদা Khun Nawng গী নুপীসু Mandalay দগী থুংলবদা ঙাইবি - অদুনা চহী ৮ গী মতুংদা মতৈ মনাও অনিদু পুনবদা নুংঙাইবদুগা লোযননা ঐখোযবু অমুক উবদা অমুক হেন্না নুংঙাইবা ফাওখি ।

Khun Nawng না

- *মকপ- মপাং, ইচিন- ইনাওশিংনা ঐগী নুপী অসি উন্নবম্মু - চহি ৮ গী মতুংদা মহাক মফমসিদা লাক্কুনা লৈবে । মহাক অশেংবা বর্মীজনি, ব্রা তপ্পা মেংনা ঙাঙবা, মায কোযদানবা, শওং শাদা ফজবী, অশাংবা শম অদুনা লুখমদা পুন্দুনা লৈবী বৌদ্ধ ধর্ম্মবু থাজবা মীওইনি ।*

বুদ্ধিজমগী ফেষ্টিভেল মবক অদুদা নুংঙাইতবা পাউ অমসু তাখি । Khun Nawng না ঐঙোন্দা হাযবকখি *নাগা হিলসতা কাচিন মীশল্লবি ওইনা চৎখিবা Labwi Htingnang মখোং হামথবদগী ওক্টোবব তাং ৪ দা Nam Byu দা লৈখিদ্রে* - মাগী মমিং হেক পনবদা থৌদোকশিংদু মাংদা শং- শং উবি, ঈশ্বব থাজবা অহল ওইববা কাচিনগী লোংগ্রী কৌনা শেৎপা নাকনগী খাওদা বাইবল অমা থাদবা নুপানি । মানা ঐঙোন্দা নাগাগী মবমদা ব্রাবী লিদুনা তাহনখিবনি ।

*Thadingyut* ফেষ্টিভেল অসিগী মপুং ওইবা নুমিৎভি ওক্টোবব

১৮ থাংজ নুমিত্তা তাবি । নুমিদাংগী নোংয়াই য়ৌদ্রিঙৈদা খুঞ্জা, লাম্মীশিং ময়াম থোবক্তুনা চেবোন থাগৎতুনা থৌবম অদু পাঙথোক্লবা থৌরাং তৌবি । মেবাগী থাবল ফববা অহিংদুদা ময়াম থোবক্তুনা চেবোন (fire balloon) শিং অদু থাগৎপদদি থাবলনা চামথোক্লবা চীংশাংশিং অদুগী মায়কৈদা পাইশিনখিবদা কয়াদা পুক্রিং হুবিবা ।

ঐখোয়গী মখা চখনবা খোঙচৎ অদুগীদমক্তা ওক্টোবব তাং ২০ দা Na Hpaw থাদোকপা হায়না লেপনখি । Hseng Noung না কে আই এ গী ভিদিও কেমেবা অমা রাইবগা দোকুমেন্টবি শেম্নবা প্লান তৌখি । Na Hpaw থাদোবকপদা ঐখোয়বু লাম্মী প্লাটুন অমনা এস্কোর্ট তৌবকখি । লম্বী অদু চাইনিজ ফ্রন্টিয়াবগা যাম্না নক্লবে - ঐখোযনা লম্বীদা থেংনবকপা খুল অসি য়াম্না প্রোসপবস লৈবা মখল কযাগী জাতিনা খুন্দাবা খুলনি - মসিদা কাচিনগী ত্রাইব Jinghpaw- Lisu অমদি ইঠনিক চাইনিজ ত্রাইব কয়ানা খুন্দাবি। খুল অসিগী অকোইবা অমদি চীংগী শকক্তা পোপী পাম্বীনা মীৎয়েংগী রাংমদা শন্দোকখ্রি। ওক্টোববগী অথেংবা ফাওবদা পোপী থাবগী থবক, মক হুনবগী থবক কযা অমা লমদম অসিদা লৈবিবা মীওইশিংনা পাংথোক্লি ।

নুমিৎ কযানিমুক হৌখ্রবা তুংদা, ঐখোযনা মাংখ্রবা বৃটিস ফ্রন্টিয়াবগী লানবন Alawbum দা লৈবা অমা থেংনখি । মদুদা নুংগী ফাউন্দেসন অমসুং নুংনা শাবা বিল্ডিং মচা খবা লৈবম্বা থেংনখি । মদুদা কে আই এ গী বেজ অমা ওইনা লৈবম্মী । কেম্প অমা ওইবদা যাম্না জগা চাবা মফমনি - কেম্প অসিগী ঈশিংগী সপ্লাই অসি থায়না বৃটিশনা তৌবম্বা অদুদগী হোংদোক্রি - কোল্লিং কাববা যোৎকী পাইপ অমনা মনাক নকপা চীংদোল অমদগী কেম্প তান্না পুথবক্তুনা ঈশিংদি মবাং কাযনা ফজনা শিজিন্নৈ । লানবন অদুগী য়োৎকী থোং অমদি মখোযগী Ping-Pong টেবল ওইনা শিজিন্নদুনা শান্নহৌই ।

নুমিদাং অদুগী টেম্পবেচব অদু জিবোগী ময়াদা লৈবমগদ্রা হায়না খনখি । রাফক্কী ফক্লাংদগী ফাওজিল্লকপা থাংমুক থৌববা অঙ্গৈংবা নুংশিৎ অদুনা তুম্বা যাহনখিদে । নুমিদাংদু ঈংবনা তুম্বা য়াদবগা লোয়ননা ঙন্তানা নুমিৎ থোক্ত্রিঙৈদা হৌগৎতুনা যাম্না নিংশিংনিংঙাই ওইববা লমদমদুগী নুমিৎ থোবকপদু ঙাইদুনা লৈখি । চাইনাবোম থংবা হোবাইজন অদোমদা পিঙ্ক অমসুং ক্রিমসন মচুনা ঙাম্লোবকপা উবকখি । মীওই অমা অনি ফম্মীন্নদুনা য়েংমিন্নববদি নুমিৎ থোবক্লমদাইগী ফজবগী মফজ অদু মত কয়া ফোঙদোক্লবকপা যাই অদুবু ঐদি ইথন্তা ফম্লগা য়েংবনিনা ঐনা খল্লিবা অদুদগী অহেনবা লৈবমগদৌবা মান্দে ।




কে আই এ গী অহুমসুবা বৃগেদ হেদকাটব অদু চাইনাগী ঙমখৈ অদুদগী নুমিৎ তককি চৎলবা মতুংদা Loiji কৌবা টাউন অমগী মনাক্তা লৈ। মফম অসিদা চযোল অমবোম লৈথোকখি । কৈথেল মযা ওইবনা মফম অদুরাইদা সবকাবগী অবোনবা মীওইশিং লৈবমগদ্রা হাযনা ঐনা যাম্না চেকশিন্না মীকুপ নাহুম শিংনা লৈখি । ঐনা, নোংমা টাউন অদুগী কৈথেল অদুদা কে আই এ গী য়ুনিফোর্ম অমসুং তুপীদু উপশিল্লগা মীৎ মযা ফাওবা চীংথবগা চকা অনি পানবা ত্রেক্টব অদুগী ত্রেল্লবদুদা ফল্লগা চৎলুই । মদুদা কে আই এ গী লাম্মী ১০ বোমসু যাওখি । কোংকুৎ লৈবা অমদি উফুল ব্রা- ব্রা হৌবা লম্বীদুদা গাডী তোংলগা চৎপা অসি মসিনা অহানবনি। মমাংদা ঐনা নাগালেন্দগী কোহিমাদগী মোন জিলা অমসুং লোঙভা তান্না লাকপদুদা তোংলকখিবনি মদু চাউবাক্লা চহি অমা ফাবে ।

Loiji খুলদু যৌবদা পুং অমবোম চঙখি । খুলদুগী হৌগৎলকপদা খুঞ্জাশিংগী ফার্ম, লৌউ- শীংউবা মফম কয়া ফজনা লৈবন্মী। খুলদু সাননা নম্না লৈ । বর্ম্মাগা চাইনাগী Yunnanগা থায়না মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনবকপা লল্লোন ইতিক্কী ওইবা খাইদগী লিববা লম্বী অমসু লৈরি । ঐনা খল্লম্বা অদুদগী লৈবল্লিবসিনা হেন্না ফজনা লৈবন্মী অমসুং চাউবন্মী ।

লম্বী অদুগী নাকন্দা চাইনাগী লল্লোন ইতিক তৌবা মীওইশিংগী মথোল অনিগী বিল্ডিংনা লাইন ওইনা লৈবি । য়ুমশিং অদু নুংলা শারগা উনা ভেবন্দা

তাদুনা শেন্দ্মী। কৈথেল অদুদা, বিউটি পার্লর, ভিদিও হোল, অচৌবা ওপন এয়ার মার্কেট অমদি ইলেক্ট্রিক্কী মৈ থান্নবা রায়ার তিংবা উখি ।

ঐখোয়না কে আই এ গী অহুমশুবা বৃগেদ হেদক্বাটরদা চয়োল অমবোম লৈদুনা সিপিবি না কন্ট্রোল তৌবা মফমদুদা হায়বদি অর্বাং থংবা সান ষ্টেট লোমদা চংনবা শেম শাখি । সিপিবি গী হেদক্বাটর যৌনবগী লম্বী অসি অনিনি অমনা Shweli তুবেল লান্দুনা চংলবা তুংদা বর্ম্মা আর্মিগী নিংথিন ঙাক শেল্লবা লম্বী Lashio দগী অর্বাং থংবা সান ষ্টেট তাবা লম্বী অদুদা চয়োল অনিবোম চংপা তাবনি। অর্বাং থংবা সান ষ্টেট অমসুং চাইনাগী ঙমখৈ ফাওদোকখিবা ফাওবা কন্ট্রোল তৌদুনা লৈখ্রে । অদুবু মদু তাদ্রিঙৈগী মবক অদুদি বর্ম্মা আর্মিনা ফজনা ঙাক শেন্দুনা লৈখ্রে ।

অতোপ্পা য়াম্মা লাযবা লম্বী অমনা Loiji দগী Ruili তাউন ফাওবগা চাইনা বোর্দর লানশিনবা অসিনি গাডীনসু চংপনা মতমসু পুং অনিবোমদং চংগনি হায়বকখি । মসিগীদমক্তা ঐখোয় মতম যাম্মা লৌদুনা খন্নখিদে ।

লোকেল পিপলশিংদি চাইনিজ অথবিতিদগী বোর্দর পাস লৌবগা লাযনা চংথোক চংশিন তৌবসু যাই । নাগালেন্দা তৌখিবগুম্মা ঐগী শম অদু অমুবা শংজিল্লে, Loiji দগী পুবকপা সানগী ফিবোলশিং অদু শেংচিন্দুনা ত্রক গাডি অদুগী মনিংদা লোন্না চংখি । অমুবা সনগ্লাস অমসুং চিনাগী রাচেংনা শাবা অচৌবা তুপী অদু উপশিন্দুনা হেক যেংলকপদা খঙদনবা হোংনখি । ঐখোয়না তোংলিবা ত্রক অদু লৈকাই অদুরাইগী মীওইশিংদা হায়নবগা রাস্টিং হাযবিবা চাইনাগী ঙমখৈদা লৈবিবা টাউন অদু ফাওবা চংনবা যান্নবকপনি। রাস্টিং হাযবিবা খুল অসিগা Pangshai গদি হেক মাযোক্লনা লৈবে । ত্রক অদু চাইনাগী ঙমখৈ মনুং লানশিল্লগা রাস্টিং খুল যৌবমদাইদা ববব পাম্বী ফজনা থাবা মফম অমদা থামহল্লম্মী । ত্রক্তগী ঐখোয়গী পোৎচৈশিং অদু খুৎলৈ থুনা থাংথদুনা পবেং নাইনা হৌবিবা ববব পাম্বী মবক্তা চংশিন্দুনা মিনিট ১৫ বোম ঐখোযগী খাওশিংদু লেংবান্দা থোংগৎলগা লাকপদুনা ঈশিং খোং অমগী মনাক যৌবকখি। ঈশিং খোং মনাক্তুদা ঙাইহাক ফম্লগা খোংউপ, খোংগ্রাউনচিংবদু লৌথোক্তুনা থুপচিল্লগা থমখি । বর্ম্মাদা অমুক হন্না চঙগদবনিনা লোংগ্রিগী দবকাবদু অমুক হেন্না ওইখি । Ma Shwe অমসুং Hseng Tai দি ঐখোয় Panghsai দা লাক্লগনি হাযবগী পাউ অসি পীনবা অবোনবা লম্বীদা হান্না থুংখ্রবনি । অদুবু মফম অদুদা উন্নবগী পাউদু পীবগা লোয়ননা সিপিবি গী মীওইশিংগা লোয়ননা লাক্তুনা ঐখোযবু ওক্লনবা

মাংজৌননা শিন্দুম্নবা হায়খিবনি। ঐখোয়না ববব পাশ্বী হৌবা মফমদুদা পুং অমবোম ঙাইববা তুংদা সিপিবি গী জুনিয়াব ওফিসিয়েল অনিখক লাকখি ।

ঐখোয়না মফমদুদা লৈবন্নদু উবদা মখোয়না খঙলদুনা 'চৎসি লাকও' হায়বকখি মবক্তুদা Ma Shwe সু Hseng Taı বু নক্সদা পোবদুনা য়াওবকখি। মানসু টাউনসিপ চিয়বমেন্দু উন্নবল্লে মখোয়নসু, ঐখোয় য়ৌশিল্লক্লে হায়বা খঙলে হায়বকখি । ঐনা লোইজিদগী পুবকপা মনামশিংগী প্লাষ্টিক খাউ অচৌবা অমা পুখোবক্লগা লেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা সান অহল অমগী মওংদা কৈথেলদগী হল্লকপা শাদুনা Panghsaı য়ৌনবা'লাকখি । Panghsaı অসি অচৌবা টাউন অমনি লোইজিদগীদি য়াম্না হেন্না চাউই । চাইনানা শাবা আর্মি ট্রক অমসুং মখল কয়াগী গাডিশিং লশ্বী নাক য়েত্তা খাল্লি । কৈথেল অদু অৱাং থংবা বর্ম্মাগী মীওইশিং, লল্লোন ইতিক তৌবশিংনা পীক থল্লি । অদুবু ঐদি মফমদুদা ফোংনা চৎপদি য়াখিদে ঐনা নভেম্বব তাং ১- ১৯৮৬ দা ডাইবিদা ইশিনখি ।

অপিকপা লম্বী অমগী মতুং ইন্দুনা ঐখোযনা সিপিবি গী লৈকাযদুগী পার্টি ওফিস তম্না লাকখি । কাযনথংদা উনা শাবা মথোল অনিগী য়ুম অমা থেংনখি। য়ুমদু সিপিবি গী অৱাংবা থাক্কী ওফিসাবশিং লৈবা মফম মাল্লি । ঐনা য়ুমদুগী মনুংদা চঙবদা য়াম্না শ্মার্ট ওইবা ৱাওথাংনবা মচুগী জেকেট-ফুবিৎ অঙৌবা অমসুং ৱাওথাংনবা খোঙ্গাও শেংপা নুপা অমা টেবল অচৌবা অদুগী মনাক্তা কোযনা থাবিবা চৌক্রি অমদা ফমদুনা লৈবম্মী । ঐনা খুদক্তা মাবু শকখঙখি - সিপিবি গী লুচিংবা অমা ওইবিবা চাইনিজ ওবিজিন Pa Jau দা থেংনখিবদুনি । মহাক্না বেফ্রিজেবেটবদগী Tsıngtao can beer অনি পুখোবক্লগা ফম্নবা হায়বকখি ।

ঐখোয়না Pa Jau দা থেংনখিবা নহা ওইবিবা চাইনিজ ওফিসাব Kyı Myıntতগী ফংবা লেটব ওফ ইন্ত্রদক্সন য়াওবি । মহাক্না হাযবকখি

- *য়াদি Mong paw দা চৎস্ত্রে Panghsaı দগী মফম অদু কিলোমিটব ২০ লাম্লি । নং মফমদুদা ঙসি নুমিদাং চৎপা পাম্না ?*

কেন বিয়াব অদু থৱাই তানা থক্লগা হায়বক্লম্মী ।

মানা হায়বিবদু ঐঙোন্দদি য়াম্না নুংঙাইজবা - অদুবু Panghsaı দা চৎপগী থবক অদু ঐ লেপ্লগে হায়না খনখি, মবমদি সবকাবগী মীওইনা ঐখোয় Pa Jau থাদোকস্ত্রে খঙদ্রি অদুনা তুমিন্না কনাবক্ত্র খঙহন্দনা লৈবা পামখি ।

ওফিসাব অদুনা হৌগৎলগা, মাগী মখা থাবা অমদা ঐখোয়গা পুন্না চৎমিন্ননবা জিপ অমা পুবকউ হায়না হুকুম তৌখি । য়াম্না খুনা জিপ অদু অতোপ্পা


সি পি বি না লান্দনবা চৎপা

নুপা সিপিবি গী য়ুনিফোর্ম শেৎপা তুপীদুদা প্লাষ্টিক্কী অঙাংবা ষ্টাব নপ্পা, লেংবান্দগী খ্বাং ফাওবা Sam Broune belt, অমসুং খ্বাংগী পেটিদা সউনগী নোংমৈ মখুমদুদা পিষ্টোল অমসু হাপ্পা নুপা অমনা থৌদুনা লাক্লম্মী । মহাক্না ৱাবী ৱাতাই চাইনিজ লোন্দা পংশাদা শাবকখি - মদু অযাম্বা শকক্তি খঙবা ঙমখিদে । কাযনথংদা ঐখোযবু পুগদৌবিবদু Mong Paw দনি হাযবা খঙলকখি।

ঐখোযনা জিপ অদু কাখৎত্রিঙৈদা Ma Shwe গা কাযননবগী মতম যৌবক্লম্মী । মাসু হযেংদগী Loiji যৌনবা হনখিগদবনি। Ma Shwe না ঐখোযগা কাযনবগনি খনবদুদা থম্মোযগী নুংঙাইতবদু মখোল থোক্লা থিংবা ঙমদনা কপ্লকখি । মহাক্না মক ওইনা পীক্লিবী Hseng Tai বু থা নিপাললোম শেন্নবীদুনা লাকপনি কাযনবমদাইগী মতমসিদা কপলোইদবা কনা লৈবগে ? ঐখোযদি চত্তবা যাদে অৱা নুংঙাই কযা অমা থেংন্দুনা লাকপনি ঐখোয চৎপ্রবদি নুংঙাইবোই হাযদুনা লৈথোক্লবদি ঐখোয়গী থবক অমত্তা তৌবা ঙন্নবোই। অবোইবা ওইনা Ma Shwe দা নুংশিনা কায়নবসি হাযনা মবাইবক্তা চুপ্পীবম্লগা ঐখোয়গী জিপ অদুদা কাখৎলকখি ।

Ma Shwe না কপ্পা কপ্পা Hseng Tai না হযেং অযুক হৌগৎলক্লগা ঐনা তুমল্লিবসিবু কদাইদনো হাযনা কপকনি, ঐগা মাগা নক্লবম্বদু ঙসিদগীদি শেগাইনবেদো । ঐখোয মফমদু থাদোবক্লে Ma Shwe না য়ুমদুগী মমাংদা লেপ্তুনা মতোমতা লৈহৌবদু জিপ অদুনা অখুবা অমসুং বম্পী ওইবা লম্বী অদুদা থৌবকপদগীদি উবা ফংখিদ্রে ।

টাউন অদু থাদোক্লগা যৌবকপনা বর্ম্মাগী মনুংদা লৈবা Nam Tao হায়বা জঙ্কসন খুল তানবা থৌবকখি । মদুদগী মেন বোদতা কিলোমিটৰ ১০ বোম চৎলগা সবকাবনা কন্ট্রোল তৌবা জগা অমসু লৈবি । Nam Tao য়ৌবগা ঐখোয়না Mong Paw য়ৌনবা নোংপোকলোমদা থৌগৎলকখি। Mong Paw য়ৌনবা লম্বী অদুগী মখা থংবা Hsı-Hsınwan চীংশাং পবেংনা লম্বী অদুবু ঙাক্লুনা থম্লি । নুমিদাংগী থাবল ফব্বা মতমদুদা Hsı-Hsınwan চীংশাং অদু লুপা মচুগী চীংদুম পবেং পবেং ওইনা লৈবগুম উখি। ড্রাইভবদুনা হায়বকখি *'চীংথক অসিদা বর্মীজ আর্মিগী আউট্ পোষ্ট অমা লৈ'* ৱিন্দ্ স্ক্রিন অদুদা মখুৎ থিল্লগা তাক্লখি। *চীংখক্তগী গাড়ীগী লাইট অসি উবা ফংলমগনি- অদুম ওইনমক ঐখোযগী লাম্মীশিংনসু আউট পোষ্ট অসিগী মায়োক্লবদা পোজিসন লৌদুনা লৈবমগনি।* কয়াম্না নক্লনা কম্ম্যুনিষ্টশিংনা সবকাবগী ক্রপকা লৈমিন্নবনো হাযবদু ঐদি খঙদে অদুবু মায়োক্লনা লৈ হায়বদুদা ঐনা মদুদি য়াম্না তোয়না তত্তনা কাপনবমগনি হায়খি ।

*মদু তৌদেদা, কবিগুম্বা মতমদা ঐখোযগী হেদলাইটশিং ফ্লাস তৌরুবা মতমদা থোকই* "Hsı-Hsınwan নোংপোকথংবা শকক্তা কাখৎলকপদা জিপ অদু কন্না ঙংদুনা ঙম্নবা হোৎনখি । লম্বী অদু শেমজিনবীদবনা যাম্না ফৎত্রে। Myıtkyına Sumprabum লম্বীদা থেংনখিবা থা নিপালমুক্কী মমাংদা লাম্থোবকখিবদুগা হাযফেৎ মান্নে । সি পি বি গী লাম্মীশিংনা চলাইবা চেক পোইন্ট অমা লাম্থোবকপদা সন্ত্রি তাবম্বদুনা জিপ অদুদা টোর্চলাইট কাপশিল্লদুনা অঙাংবা ষ্টাবগী তুপী অদুনা খঞ্জিল্লিবদু কনানো হাযনা য়েংলকখি- লাম্মী অদু চাইনিজ এসোলট রাইফল অদু মখুত্তা পাযদুনা চঙশিল্লকখি । ড্রাইভব অদুনা মখুৎ তিংথোক্লগা চাইনিজ লোন্দা কবিগুম্বা খবা লাওখি। থাদবম্না গেট অদু হাংদোকখি ।

ঐখোয হৌজিক্তা খঙলকই, ঐখোয় Mong Paw খুলদা চৎপা নত্তে হায়বদু সি পি বিগী লোকেল কেম্প অমদা থৌজিল্লগা ঐখোযবু অচৌবা ব্লাগী বিল্ডিং অমগী মমাংদা থামখি। য়মদুগী অকোয়বদু অশংবা হেদজশিংনা ফজনা নান্না লৈতেংদুনা লৈ । মদুগী মমাংদা থাম্বদা Hseng Noung ইবানি জিপতগী চোংথবগা য়ুম মনুংদা চংশিল্লি ।

*নখোয, মফমসি যৌবক্লেদনা ?* হায়বক্লিবদু Kyı Myınt নি, Pa Jau দা উন্নবদা শেৎখিবা সি পি বি গী ফিজোল অমদি তুপীদু থাবমদ্রি । ঐখোয়না থুংলিবা য়ুম অদু মীণি হোল অমা ওইবা জাৎনি । মদুদা উগী অচৌবা টেবল

অমগী অকোইবদা সিপিবিগী ওফিসাব তবেৎলোমদু ফন্নম্মী- মীতিং হোল অদুগী শিল্লিংদা কেবোশিন্না থানবা লেম্প অচৌবা অমা য়াল্লি। মঙাল অদুনা অতৈদি ঙাল্লবসু ফন্নিবশিংদুগী মমায়শিং অদুদি ফজনা উবা ফংদে । অদুবু তুপীগী মমাংদা থেৎলিবা ষ্টাব অদুদি লংনা উবি । Kyı Myınt না ঐখোয়গী মবমদা শুগাইনা হাযবদা ফন্নিবা ওফিসাবশিং অদুনা মোমোন নোক্লদুনা মুন্না তাখি ।

*ফম্মু, ফম্মু* মখোযনা ঐঙোন্দা তকশিল্লকখি । ঐখোয়গী লিববেটেদ এবিযাদা নখোযবু তবাম্না ওক্লি । টেবলদুদা walkıe-talkıe অমা ওন তৌবগা লৈ- নাকলদা ফেমিলি সাইজগী কোকা কোলা বোটল অনি লৈ । Kyı Myınt না walkıe-talkıe অদু পায়খৎলগা মেসেজ অমা লাকপদু ওকখি অদুগা ওর্দব অমসু তৌখি ।

মাগী মশাগী অকন্বা খোঞ্জেল অদুনা ঐখোয়গী অঙাংশিং চীংথক্তা লৈবনি, মখোযসু চেকশিননা মীকুপ নাহ্নমশিংনা লৈযু, অদুগা কবিগুন্বা নুমিদাংদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাবদা পাখৎতনবসু হায়খো নোংমৈ কাপথোক কাপশিন অসিদি হৌখিবা চহি ১০ দগী অদুম চথদুনা লাক্লবনি ।

ঐখোযনা Kyı Myınt কী মনাক্তা থুংজিল্লবসি মঙোন্দা য়াম্না থাজদবা ওইবনা ঐখোযগী লৈনবা যুম অমদি চান- থক্লবা শিনহৌদবনা, মাগী সবোর্দিনেট ষ্টাফতা শেম শানবা খুদক্তা যাথং পীখি । মতমদু ঐনা তুমথবদা নোংযাই চবুক তাবল্লে । চহি অমা মখায়বোমগী মতুংদা গাডিদা লাকপদুদা হকচাংসি ইতেক তেকখি ।

কাচিন ষ্টেটতা তৌবদৌনা লালহৌবা সি পি বি না কন্ট্রোল তৌবা মফম অমসুং সবকাবনা কন্ট্রোল তৌবা মফম হাযনা তোঙান তোঙান্না খাযদোক্তুনা চংথোক চংশিন তৌবদা অথিংবা, চেকশিনবা অদুম লৈনৈ খেন্নদে।

অয়ুক ঙন্তা হৌগৎতুনা অয়ুক্কী অঙ্গংবা নুংশিৎ অমসুং অয়ুক অঙনবদু যেংখি । Mong Paw খুল পুম্নমক লৈচিন্না পুংমম মম্না থাজিন্দুনা লৈবনা কবিগুন্বা অমত্তা উবা ফংদে । তপ্না তপ্না লৈচিলদু হাংদোকখিবগা লোযননা নুংশাগী মঙাল ফাওজিল্লক্লুনা চীংনা কোযনা লৈবিবা তম্পাক্কী শকক অদু খবা খবা উবা ফংলকখি । তম্পাক অদুগী ময়াইদা চীংদগী চেম্থবকপা ঈশিং খোং অমনা ফাওদুনা চেনখিদুনা লৌবুকলোম তম্না চেনশিনখ্রি । ঐখোযনা লৈবিবা কেম্প অদুদি অবিবা কাচিনগী মীসন কম্পাউন্দ অমদা ওইবন্মী। নাক য়েত্ত উহৈ পানবা উপাম্বী কয়া হৌবি, নুংগী যুম মচা মচা কযাসু লৈবি ।

Kyı Myınt না মেপ অমা পুথোক্তুনা ঐখোযনা হৌজিক লৈবিবা মফম অসি Mong Paw অমসুং Panghsaı অনিগী মবক্তা লৈবিবা মফম অসিনি হাযদুনা থিন্দুনা তাকখি। *য়েংউ Hsı-Hsınwan চীংশাং অসি ব্রাংবা খেন্নবগী মতুংইন্না মবি থোক্লা খাযদোকই। ঐখোযগী ফোর্স (সি পি বি) না অহানবা চীংশাংগী চীংথক্তা ষ্টেসন তৌদুনা লৈ, অদুগা বন্মীর্জি লান্মীশিংনা অহূমশুবা চীংশাং পবেং অদুগী মথক্তা লৈ । অদুগা অতোপ্পা চীংথক অমদনা মখোযগী হেদক্কটব শেমগৎতুনা লৈ । সবকাবগী লান্মীশিং অমসুং ঐখোযগী লান্মীশিংনা তৌনবিবা মওং অদু অমগা অমগা উন্নে- অদুবু কবিসু তৌনদে ।*

*ঐনা চীংদুদা যেংথোকখিবদা মখা থংবা শরুক অদুদি উমং ময়াম্না যোমদুনা লৈ । মথক থংবা শরুক অদুনা ইকোক কোকই- উটকী মনঙ্গন্দৌনা অকুৎ অতোং কযাসু লৈ- অহানবগী চীংশাং অদুদি ঐখোযনা লৈবিবা অসিগা যাম্না নক্লনা লৈ । অতোপ্পা অমদুদি নোংচুপলোম থংবদগী লাপ্পা লৈব্রি।* *ঐখোযনা যেক্লবগী কেম্প অদু খুদুম চন্নবা প্লান কযা তৌখি। মদুনা ঐখোযদা যাম্না নাতৈ চাদবা অমদি খুদোং থিবা হেন্না থোকপা যাই হাযনা খনবদগী মদু হৌজিক ফাওবদি পাংথোক্লি ।*

নভেম্বব ১১ দা ঐখোয মফম অদোমদা চৎকনি নংনা পান্নবদি লাকপা য়াগনি, হায়না মানা মখা চথবকখি । *ঐনা চৎনিংবা উনিংবদুনা খৌবাংবা হেনমন্দুনা মফম অসি তান্না লাক্লবনি ঐঙোন্দদি মদু হংবগী থোইদোক্লা দবকাব লৈতে,* Hseng Noung অমসুং Kyı Myınt নদি নুপীশিং পুবগা মাযকৈ অদোমদা চৎপা পান্নমদে লানফমদা নুপী চৎপসি পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইদে।

মফমদুদা খুৎথোক্লবা হাযবসি য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই ওই, নোংথক্তগী ফাওবা এটেক তৌনিংঙাইগী খুদোংচাবা যাম্না লৈ- অদুগা অঙাং Hseng Taı গীসু খন্দবা য়াদে - *নংনা পান্নবদি ঐখোযগা লোযননা চৎসি, নংগী নুপী অমসুং অঙাং অদুদি খুদোংচাগদবা মফম অমদা থনম্বা ফগনি ।*

Kyı Myınt কা লোয়ননা মেপ অদু ষ্টদি তৌবিগৈদা সান ষ্টেটতা লৈবিবা কে আই এ গী মবিশুবা বৃগেদ হেদকার্টবসতগী লেফটিনেন্ট কর্নেল Seng Hpung দগী মেসেজ অমা লাকখি, *Bertıl অমসুং মাগী ইমুং মনুং লাকপগী পাউ তাবে, ঐ হৌজিক Mong Paw দা মখোযবু ঙাইদুনা লৈবে* হায়বকখি। ঐখোযনা Kyı Myınt কী জিপতা কাখৎতুনা তম্পাক্কী শরুক অদু ফাওবক্তুনা Mong Paw তানবা লাকখি । খুল অদু ঐনা খল্লম্বগা লৈবল্লিবা অদুগা য়াম্না খেন্নবম্মী - ব্রা অমসুং উগী য়ুম ১০০ বোম লৈ - অদুগা চেক্কী মথোল অনি লোংবা য়ুম খবসু উবা ফংই ।


নহা ওইবিবা সি পি বি গী লানমিশিং

নুমিৎ যুংবা মতুংদা ঐখোযনা তোংলকপা জিপ অদু অমুক হল্লক্কুনা Pangshai তান্না চৎনবা হায়বকখি । Panghsai দা থুংলে, ঐখোয়বু সি পি বিগী পুলিস ষ্টেস্ন মনাক্তা লৈবা নুংনা শাবা মখোল অনি লোংবা বীল্ডিং অমগী মমাংদা খান্নম্মী । বিল্ডিং অদু য়োৎকী থোঙজাও মবি লৈ, থোঙশিং অদু অচৌবা যোৎলিনা চেকশিন্না যেৎলগা শোজাওশিংনা লোনশিন্দুনা থনম্মী । মদুগী জগা অদু মফমদুগী ম্যুনিসিপাল ত্রেজবিনি হায় । ত্রেজবি অদুবু সি পি বি যুনিফোর্ম শেৎপা ওটোমেতিক রাইফল পাযবা মশা মড ফবা মবৈ মবৈ তাবা ৱা জাতিগী মীওইশিং মানবা অনিনা মীকুপ নাহুমশিংনা চেকশিন্না য়েংশিল্লি । বিল্ডিং অদুগী অহানবা, মথক থংবা শরুক অদুদি সি পি বি গী ওফিসিয়েল গেষ্ট হ্যাউস ওইনা থম্মী - মদুদা ঐখোযবু লৈনবা শিনখি, অচৌবা কা অদুদা উপাক্কী ফমুং অমসু লৈ । ঈশিং অশাবা যাওবা চাইনিজ থর্মোফ্লাক্স অমসু টেবল মথক্তা লৈ, ইনামেল মগ অমসুং চাইনাগী চা মনা যাওবা প্লাষ্টিগ বেগ অমসু লৈবম্মী । ঐখোযবু নিংথিন ঙাক শেল্লবা যুম অদুদা থম্বীবম্মী - মদু নুমিৎ যুংবা মতুং ইকুই কুইদ্রিঙৈদনি নুংথিলদি যৌদ্রি- মতমদুদা ঐখোযবু উন্নবা লাকপা মীওই খবগী মখোল তাখি। মীওই অদু ঐখোযনা পা জাউদা উন্নখিবা সি পি বি গী নহা ওইবিবা ইন্টেলেকচুয়েল Kyaw Nyunt নি ।

Kyaw Nyunt না ঐখোযবু হেক উবগা মাগী হৈনবী *নখোয তেক্তা কাযদনা মফমসিদা লৈবে* হাযনা হায়বকখি । ঐদি মফমসিদা পুলিস অমা ওইনা

থবক তৌবি নখোয়গীদমক্তা ঐ লৈবি ৱাকনু হায়না হাযবকখি । মানা হায়বিবদু ইচম চম্না কবিগুম্না ৱাখল অমত্তা য়াওদনা হায়বকখিবা ৱাহৈনি । মথংগী নুমিত্তদি Panghsai তাউনগী সাইদ সিয়িং অমা ঐখোয়গীদমক্তা শিনবীখি ।

নুমিদাং অদু ঐখোয় অহুম, ঐ, Hseng Noung, Hseng Tai খক্তা ঙাইবনা চাউববা যুমজা অদু ইচিক চিকখি । হান্নদি Ma Shwe অমসুং Atom সু য়াওবম্বনিনা ইবাং লাংদুনা Hseng Tai সু নুংঙাইজবনি । নোংঙাল্লকপদা Hseng Tai না Ma Shwe বু কোইথি থিবকখি, কপ্লকখি, Hseng Noung না কযাদা ৱানা থেমখিবা ।

ঙাইহাক লৈবগা Kyaw Nyunit না নোংমৈ পায়বা সিপিবি গী সিফাই অনিগা লোযননা জিপ অমদা ঐখোযগী ইনাক্তা থুংলখি । অহানবদা ঐখোয়না Panghsai গী মেপ্তা যাওবিবা "Kyuhkok" তা চংনবা লেপনখি। তশেংনমক Kyuhkok অসি Pangshai এবিযাদা খ্বাইদগী লিববা টাউন অমনি মসিনা চাইনাগী ঙমখৈ তান্না শন্দোকখ্রি । মফমসিদগী এলাইদ ফোর্সনা অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা জপানশিং তকথোকখিনবা Kuomintang নেসনেলিষ্ট চাইনাদা লৈবশিংদা সপ্লাই পীশিন্নবা হোৎনবদা মফম অসি অচৌবা থৌদাং লৌখি ।

মফম অসিদগী পংলাপ লাপ্তনা Panghsai হাযবিবা সিপিবি গী হেদকাটব অসি লৈবে - মফমদু বর্ম্মীজ অমসুং Kyuhkok না চাইনাগী ঙমখৈ লাম্থোক লানশিন অসি কন্ট্রোল তৌনবা শেমগৎখিবা তাউন অমনি । অদুবু ইং কুমজা ১৯৭০ দা সিপিবি মপান ফনা ফাওগৎলকপা মতমদা মখোযগী খুবাম মখাদা থমখি । ঙসিদি বর্ম্মাগী মনুংদা লালহৌবা খ্বাইদগী যাম্না লৈবা তাউন অমা ওইনা লৈবি । টাউন (Panghsai) দা মীওই ৭০০০ বোম লৈ । মফমসিদগী চাইনাদগী পুশিল্লকপা আইন্না য়াদবা পোৎ চৈ কযা বর্ম্মাগী মফম পুম্নমক্তা থাদোকই । সিপিবি না চাইনাদগী মতেং ফংলক্কবা মতমদা পোৎ চৈ পুথোক পুশিন তৌবিবা মীওইশিংদগী টেক্স চাওনা খোমগত্তুনা মখোয়গী হিংনবগী লম্বী ওই ।

মেন বোদ অদুদা লাকপা লল্লোন ইতিক অমদি কৈথেল ফজনা লৈবা টাউন অমা থেংনখি । টাউন অদুদা ফজনা সাইনবোর্দ থেৎপা ব্যুটি পাল্লব, চাইনিজ রেষ্টোরেন্ট, পোৎ চৈ মযাম অমা পৈবা দুকান, স্কুল, চাইনিজ তেম্পল শানগী বুদ্ধিষ্ট পেগোদা, লোকেল পার্টিগী এদমিনিষ্ট্রেটিভ ওফিস লৈরম্মশিংদু লাম্থোবকখি ।

টাউনদুগী লমলোং মবি ফাংবা জগা অমদা চাইনাগী ত্রক অমসুং মী পুথোক পুশিন তৌবা বস কয়া থাদুনা লৈবম্বা থেংনখি । মোং পাউ এবিয়াদা লৈবিবা গাড়িশিংগী নম্বর অমদি বেজিষ্ট্রেসন অসি সিপিবিনা তৌই । মসিদগী খোমগৎলকপা বেভিন্ন্য অদুনা পার্টি ফন্দ ওইনা শিজিন্নে । Panghsai গী চীংথক অদুদগী যেংথখিবদা নাম যানগী ঙমখৈ ওইবিবা ঈশিং খোং মনাক্তা লৈবিবা ব্র ান্টিং টাউন ফজনা উবা ফংই । অচৌবা ঘাডিগী তব্রাব অদুদা চাইনাগী ফিবাল অমনা মথক্তা পাইবি, যোংকী থোং অমনা ঈশিং খোঙ অদুগী মথক্তা লাম্ব্রোক লানশিন তৌনবি । ঙমখৈগী লল্লোন ইতিক তৌনবা অসিনসু মফম অসিদা লৈবিবা মীওইশিংগী হিংনবগী অচৌবা লম্বী অমসু ওইবিবনি ।

নুমিদাং অদু ঐখোয মফম অদুদা থুংলবগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপগী চাকলেন অমা গেষ্ট হাউস অদুদা শিনখি । মদুদা Kyi Myint সু মোং পাউদগী সিপিবি গী ওফিসিযেল খবগা লোযননা লাকখি । চাকলেন অসিদা পুল্লিবা মীওই অযাম্বা ইথনিক চাইনিজনা অযাম্বনি - অহল ওইববা চহি ৬০ বোম শুববা অশেংবা বর্ম্মীজ, মায কোযদানবা, অমুবা, ফুলৈনবা অমা যাওবম্মী। মহাক্না মাগী টিন এজ মতমদগী Marxist-Leninist তা থব্রাই যাম্না যাওজবকপা মীওইনি, মহাক্কী মমিংনা Ohn Kyi কৌই । যাম্না নুংঙাইবা পার্টি অদু নুমিদাংগী পুং ১১ ফাওবা চথদুনা অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা ব্রাবী ব্রাতাই কযা শান্নখি।

ঐখোয নভেম্বরগী তাং ৫ দা মোং পাউগীদমক্তা Panghsai জিপ অমা তোংদুনা থাদোবকখি । মোং পাউদা কে আই এ গী মবিশুবা বৃগেদ হেদক্বাটবদগী ওফিসাব অমনা কৈথেলদুদা কেআইএ গী লাম্মী সেক্সন অমগা লোযননা ঙাইদুনা লৈবম্মী। ঐখোযগী পোৎ- চৈশিংসু গাধা অমদি শগোলনা পুবীবক্লম্মী। তম্পাক্তগী চীংথক্তা লৈবিবা হেদকাটব অদু তান্না কাখৎপা অখুবা চীংলম্বী অনানবা মফম কযা লাম্থোবকখি । তুংদা অখুবা জঙ্গলগী লম্বী অমা মুক ফাওদুনা চৎলগা Man Pi কৌবা কাচিন খুল অমগী মনাক্তা লৈবম্মী । কেম্প অসি অশুকপা উ মযাম্না কুপশিনবা মবক্তা লোৎতুনা লৈ - মতম মতমগী ওইবা গেবিলা ত্রেনিং তৌফম কেম্প অমনি- অসিগুম্বা মফম অসি ঐনা শান স্টেট তা চৎপদা এস এস এ গী কেম্পশিংদা উবা ফংখি । অদুবু Man Pi গী কেম্প অসিদি পোলিটিকেল মীটিং তৌফম জগোই শাফম অমদি অতৈ অতোপ্পা এক্টিভিটিজ কযা তৌফম ওইবনা যাম্না চাউই । ঐনা কেআইএ গী বেজ লৈবা মফমশিংদা উবকপদা বেদমিন্টন কোর্ট লৈবম্বা হাযবসিদি শোইদ্রে। ঐখোযনা কেম্প অদুদা চংলকপদা গেত্তা Seng Hpung না ঙাইদুনা লৈবম্মী, ঐখোয় লৈনবগীদমক্তা ব্রানা শাবা যুম অনানবা অমদা পুশিল্লকখি।

মনুংদা চঙলগা ফমথবদা ঙাইবি কোফি অশাবা অমসুং বিসক্যুট পীনকখি ।

Seng Hpung না কোফিদু চীংলগা *"নখোয় মতম চপ চানা থুংলবে।"* মহাকসু আর্মি বুট অদু মবি কোমহল্লগা ঙাইহাক পোথাখি। *যেংউ নভেম্বর তাং ১৬ তা সিপিবি না Hsı Hsınwan দা লান্দাগদৌবি । ঐখোয়না অহেনবা থোমজিল্লকপা সবকাবগী লাম্মী (Ma Sa La) শিংবু লম্বীদা এম্বুস তৌদুনা থিংবগী মতেং পাংনবা শেম শাবি । সিপিবি নসু মেন এটেক অদু তৌদ্রিঙৈদা বর্মা আর্মিগী কনভোইশিং লম্বীদ্ম লাকপদা হান্না এম্বুস তৌগদৌবি।*

মানা হায়বিবা ব্রাশিং অসি য়াম্না নুংঙাইবা ব্রাফম অমনি । ঙসিদগী চহি ১০ গী মমাংগী মতমশিংদা কেআইএ অমসুং সিপিবি অনিনা অকনবা লান থেংনদুনা অঙম অঙম্বা, হাৎতোক্লখি, ঙসিদি অনিসি পুল্লগা সবকাবগী লাম্মীগী মথক্তা লান্দাগদৌবি । ইং কুমজা ১৯৭৬ তা Brang Seng না চিয়াবমেন ওইবকপদগী নোংমৈ কাপনদবগী চুক্তি থমদুনা কাচিন বাবটিষ্ট অমসুং CPB-Marxıst - Lenınısts মান্নদবা অনি পুশিন্নদুনা ইউনাইটেদ ফ্রন্ট অমা শেম্নবা হোৎনখিবা অসি অবাইবা থবক অমদি নত্তে ।

*হৌজিক ঐখোয়না তৌগদৌবিবা থবক অসিদি ঐখোয়গী কমন ওইবা যেক্লবা অদুদা লান্দানবা অমনা অমবু মতেং পাংনবনি । কবিগুম্বা মতমদা সিপিবি গা পুনবগী ব্রাফম অসি হায়বদা যাম্না নুংঙাইতবা মতাং যাওই, ঐখোয়গী কাচিনশিংদি ধর্ম্মদা যাম্না থাজবা মীওইশিংনি - ঐখোয়না কম্যুনিজম অসি যাম্না কিজে । অদুবু কেআইএ না সিপিবি গা অমুক খুৎ থোক্লবা হৌবক্লবদি মীচম প্রজা কয়াদা অৱাবা মাযোক্লগনি ।*

এনডিএফ শেমখিবসিনা ফ্রন্ট অসি হেন্না পাকথোক চাউথোবক্নুনা বতালিয়ন ৮৬১ হেন্না লৈবে । Seng Hpung না মাগী কেম্প অসি কর্নেল Laı Lek কা পুন্না সিয়াব তৌমিন্নদুনা লৈবি, মদুদা এসএসএ গী ক্রপতা যাওবা Palaung গেবিলাগী কন্টিঞ্জেন্ট অমসু লৈ । অসুকপা জঙ্গলশিংদা এনদিএফ কী অমত্তা ওইনা পুনশিন্নখ্রবা ফোর্সশিংনা সবকাবগী লাম্মীশিংগী চথোক চৎশি কুপ্না শেন্নদুনা লৈবি ।

কালেন থা লৌইশিনখিবা নিংথমথা ফজনা হৌগৎলকপা মতম অসিদা ঐখোয়না লৈবিবা কা অদু কাংগী মখোললনা পুংনিল নিল্লম্মী। ঐখোয়না কাংদগী ঙাকথোক্লবা কয়া হোৎনখি, অদুবু খঙহৌদনা নুমিৎ কয়নিগী মতুংদা কেম্প অসিদা Hseng Taı গী মমায়দা মথা- মথা পোমখৎলকপগী খুদম খবা উবা

ফংই । মদু মেলেবিযা ওইবমগদ্রা হাযনা চিংনখি মফম অসি মেলেবিয়া লৈবা মফমনি হাযনা খঙবদগী Hseng Noung দা মেলেবিয়া ঙাকথোক্লবা গুলি পীজবগা মাগী খোমদগী Hseng Tai দা যৌখিনবা হোৎনখি। নুমিদাংদদি Hseng Tai বু কাংদগী ঙাকথোক্লবা কাংখল খন্দুনা থমখি । মহাকসু থা ১৪ মপুং ফাবক্লবনিনা নোংমা নোংমগী লেপ্তুনা চাউখৎলক্লম্মী । ঐখোযনা Man Pi দা লৈবিঙৈদা Hseng Tai গী অহানবা খোংকাপ থাংবা হৌত্রবনি ।

নুমিৎ অসি নভেম্বব ৯ নি । নুমিৎ যুংবা মতুংদগী নোংসু ফজনা তাথবকখি, মদুনা লম্বী অদু লৈনাং থোকপগা লোযননা যাম্না নাল্লম্মী। মতমদুদা মবিশুবা বৃগেদকী প্রোপেগন্দা তিমনা ষ্টেজদা মখোযগী লৈবাকনিংবগী ঈশৈ অদু ইলেক্ট্রিক গিটবগা লোযননা তম্বদু জঙ্গলগী মবক ফাওনা চৎখ্রি । ঐনা যুমদগী মাঙ্গোলদা থাবা ৱাগী চৌক্রি অমদা ফম্লগা দাইবিদু অপ দেট তৌবি । মতমদুদা Hseng Noung দি অঙাংগা লোযননা শান্নদুনা লৈবি ।

নুমিৎ যুংবা মতুং পুং ২ ১৫ বোম চৎপা অদুৱাইদা বর্ম্মাগী লম্বী অদোমদা নোংমৈ কাপনবগী অকনবা মখোল তাখি । ঈশৈ শকপা কাংবু অদুসু লেপ্তুনা মখোযগী বিট অমদা শক্লি অদুবু অবাপ্পগী নোংমৈ মখোলদুগা ঈশৈগী তান্থা অদুগা পুনখিদুনা মওং অমদা লৈখি । Seng Hpung ঐখোযনা লৈবিবা যুম অদুদা হাথু হাথু কাখৎলকখি, উবদা যাম্না হবাওবা মাযথোং মাল্লি ।

- *নং তাৱা ? এম্বুস অসি হৌখ্রে ।*

*মসি সিপিবি না Lashio, Kulkai অমসুং Muse বোমদগী হল্লকপা বর্ম্মীজ আর্মিগী মথক্তা বর্ম্মা বোদতা এম্বুস তৌবনি । অদুবু মসি চেকশিন্দবা যাদে সবকাবগী অহেনবা লাম্মী থাজিল্লক্লুনা মফম অসিদা যাম্না থুনা যৌবক্লগনি। অদুবু সিপিবিনা এম্বুস অসি মখোযগী তৌবা যাবা মওংদা তৌদুনা মায পাক্লবা হোৎনবগা Hsi-Hsinwan বুদি লাইনা খুদুম চনবা ঙম্লগনি ।*

নোংমৈ কাপ্পবা অদু চাউবাক্লা পুংখাই অমবোমদি চখখি । অদুবু নোং তাথবকপদগী য়েক্লবগী লাম্মীশিং অদু ফানবা অমদি হাৎনবা হোৎনবদা অপনবা খবা থোকখি । তৌববুদি ত্রক অমা মাংহন তাকহনবগা লোযননা সবকাবগী লাম্মী খবদি অশোক অপন নংহনখি হাযবা পাউ ফংবা ঙমখি ।

নোংমা নুমিৎ যুংবা মতুংদা, ঐনা লৈবিবা যুমদুগী মপান্দা মহৌশাগী মতৌগুম্না ফমদুনা লৈবিঙৈদা Seng Hpung নাক্তা লাকখি ।

- *ঐগা লোযননা চৎশি, নংগী মকপ অমা লাকই । হাযনা মোমোন মীনোক্তা লোযননা হায়বক্লম্মী ।*

ঐঙোন্দা চঙক্লবা অমা ফাউখি, খুদক্তা ঐনা ইবম্বা নোটবুক অনু থনম্লগা Seng Hpung গী মতুং ইন্দুনা চৎলম্মী । কেম্প অদুদগী লায়েছোবক্লগা থেকোই নাকোই তৌবা অখুবা লম্বী অমদা লাকখি । উমং মবক অদুদা ব্রাগী য়ুম অমা লৈবদু লাপ্পা উখি । য়ুম অদুগী থোংজিন্দা নোংমৈ পায়বা গার্দনা ফজনা ঙাক্তুনা লৈ । য়ুম মনুংদা চঙবদা কেবোশিননা থানবা থাউমৈ অমনা কাদু ঙান্দুনা লৈবম্মী ।

- *ও! মি· লিস্টনব, ঐনা নংবু Pa Jau দা লৈবিঙৈদা নুংঙাইনা কাযননবগী খুদোংচাবদু ফংখিদে । ঐনা ঙসি লাক্লিবসি অতোপ্পা কাযননবগী পার্টি অমা পীবা লাকপনি ।*

মী নেম্বা মশা মউ ফবা ঐনা হান্না উখ্রবা নুপা অমনা মাগী ফমুং অদুদা ফম্লগা নোক্লদুনা হাযবক্লম্মী ।

ঐনা হাযফেৎ যেংশিনবদা, নুপাদু Zawng Hra হাযবদুনি হাযবা খঙখি । Brang Seng সু যাওবমখি ।

- *ঐখোয পুং খবগী মমাংদা মফম অসিদা থুংলবনি, হৌজিক থাইলেন্দ চৎনবা শেম শাবে । মবমদি এনদিএফ কী অনিশুবা মীফমদা জেনবেল সেক্রেটরি অমসুং ঐ ইশামক লাক্রবা অকনবা ব্রা হাযবকখি । ঐখোযনা চৎকদৌবিবা খোঙচৎ অসিসু যাম্না লোন্না চৎকদৌবিবনি, কবিগুম্বা মা সা লা গী মীওইশিংনা উখ্রবদি ঐখোযদা যাম্না খুদোংথিনিংঙাই ওই।*

*হৌজিক্তি ঐখোযগী ষ্ট্রগল অসি ইন্টর্নেসনেলগী মমাংদা পুথোকপা যাবা মতম যৌবে । ঈশ্বরনা ঐখোযগী খোঙথাং অসিবু শোইদনা শৌগৎপীগনি । হায়বা ঐ খঙই । মসিগা লোযননা বর্ম্মাদা শান্তি হঞ্জিল্লক্লগনি। মপানগী লমনা ঐখোযদা মোবেল সপোর্ট পীনবা অমেবিকা অমসুং যুবোপ্পা চৎতুনা এনদিএফ কী মবমদা ব্রাবী শান্নবা পাম্মী ।*

জঙ্গলনা কোযশিল্লবা অখুবা লম্বীনা লমতাক্লিবা য়ুম অমদা ঐখোয পুং অমবোম হেন্না ব্রাবী শাদুনা ফম্লম্মী । Brang Seng, Zawng Hra সু সিপিবি গী লিদবশিংগা ব্রাবী শান্নবা ঐগা লোয়ননা Panghsang ফাওবা লাকমিন্নখি ।

- *হৌজিক যাম্না নুংঙাইবে, বেক্কোক্তা ঐখোয় খেংলবসি, মফমদুদা ঐখোয়গী মুভমেন্ট অসি তপ্না তপ্না অমুক শাগৎলসি।* হায়রগা কায়নখি।

ঐনা Man Pı কেম্প অসি নভেম্বরগী তাং ১৪ দা কেআই এ গী সেক্সন অমগা লোয়নননা থাদোকখি । নুমিৎ অদু য়াম্না তশেং তশেংঙি ।

Kokang চীংজাওনা শংত্রিক শংনা নোংপোক থংবা শরুক্তা Salween তুরেল তুরৎ ফাওদুনা চীংলেম্না লৈবি । ঐখোয়গী খোঙচৎ অদু চীংগী কুমথবা শরুক্তা চৎপনা অৱাবদী ফাওখিদে । Shan তম্পাক্কী Mong Hom অমসুং Mong Ya Lay না অশংবা তম্পাক্তুগী মরক্তা লৈবনা নুমিৎ মঙালনা ফাওজিনবদা জিজ্ঞগী যুমথকশিংদগী থক্তোবকপা মঙালনা মণি মুক্তাগী মওংদা লংলি ।

নুমিৎযুংবা মতুং অদুৱাইদা ঐখোয Mong Paw দা থুংখি, মতমদুদা খুলদুদা লৈবমবা মীওইশিং অদু থাঙ্গোল পাযদুনা লৌ খাওবন্মী । ঈশিংদা হৈনবী ঈবোইশিংনা লবুক অমসুং লম্বী অদুগী মরক্তা পবেং শানা শজিক চাবি। মীচম কযানা লবুক্তা লৌ উদুনা নোংমগী চানবা পৈশিন্নবা হোৎনবি, অমবোমদনা খুৎলাই পাযদুনা নে-না তাদবা নিংতম্বাগী পুন্সি মবেল অমদা চখবি। Mong Paw দা Zau Han না ঐখোযবু ঙাইদুনা লৈবে হাযবা পাউ তাবদগী মফমদু তম্না চংশিনহি । মহাক্না ঐখোযগীদমক্তা হাউববা চাইনিজ মীল শেমদুনা থম্বীবন্মী। লিববা মিসন কম্পাউন্দা লৈবিবা কেম্পস অদুগীদমক খোঙশান্দ্রিঙৈদা মানা শেম্বীবম্বা চাইনিজ মীল অদু চাথোক্লে ।

তাঞ্জাদুদা Panghsaı দগী Kyaw Nyunt সু ঐগী লমজিংবা অমসুং ইন্টবপ্রিটব ওইনা থুংলখি । নুমিদাংগী থাবল ফববা অহিংদুদা সিপিবি গী লাইবিক লাইশু হৈববা চাউবাক্লা চহি ৪০ বোমগী লেঙ্গা ওইগদবা মযাম অমসু থাবলগী মঙালদুদা ফমদুনা নুমিদাংগী অথেংবা ফাওবা ৱাবী শান্নখি । সিপিবি গী মীওইশিং অযাম্বা ১৯৭০ গী অদুৱাইদা Mao Zedong না কলচবেল বিভোলুসন্দা অকনবা শাফু অমা পীবকপা মতমদা যাওখিবনি ।

নভেম্বর তাং ১৫ দা সিপিবি গী লাম্মীশিংনা কেম্প তম্না ফেষ্টুন অমদি নোংমৈ মরুগী বেল্টশিং যাওবা পেতিশিং যাল্লদুনা অমদি ওটোমেটিক রাইফল, মেচিন গন, বাজুকা হেন্দ গ্রেনেদ মযাম অমা যানবা লাম্মীশিং অদু লাকখি। সিপিবি গী যুনিট খবসু থাযনা মমাংঙৈদা শিজিন্নবম্বা চাইনিজ আর্মি ত্রক্তা লাকখি। Kyı Myınt তি শিন্দোক্তা শিনজিনগা তৌবদা যাম্না চিল্লন্মী। থোক্লকপা মতমদা উগী যুমজাও অদুদা ঐখোযবুসু কৌশিল্লগা Hsı-Hsınwan গী মওংদা শেম্লবা মওং মতৌ অদু পুথোক্তুনা সবকাবগী লাম্মীশিংনা লৈবিবা মওং মফম্লনচিংবা কযাদু উতুনা তাক্লন্মী ।

নুংথিলদা Kyaw Nyunt ইবানি জিপ অমদা কেম্পতু থাদোক্লমখি। ঐখোয়না Mong Paw লাম্ছোকপদদি নুমিৎকী মঙাল উখিদ্রে। Nam Tao অমসুং বর্ম্মা বোদ অদোমদা লাকপদা জিপকী হেদলাইট অদুনা সিপিবি গী কলম অমদা তাকখি । মখোয়শিং অদু অফবা খুৎশু খুৎলাই পাযবা, মোর্টাব বোম অমসুং নোংমৈ মক শুনা, খুলদুদা লৈবা লাম্মীগী মীওইশিংনা মীচম শাদুনা ব্রানা শাবা ষ্ট্রেচবদুদা পুদুনা চৎলী বর্ম্মাগী জঙ্গল লালগীদমক্তা অফবা খুৎশু খুৎলাই মযাম অমা শিজিন্নবসি অমুক্তা উখিদ্রি ।

গেবিলা লাল্লোংগী মতুং ইন্নদি কাপ্পা- চেনবা অসিনা মাংওইনবনি । অচৌ- অচৌবা খুৎলাই পাযবিবা অসিনদি বিগুলব আর্মিগী মওং অমনি। দার্ক গ্রিন মচুগী চাইনিজ আর্মি ত্রক অদুনা খোঙলগা থৌখিবদা উফুলশিংদুনা লৈচিনগুম্না পুংমম মমখি । ঐখোযগী জিপ অদুসু Hsı-Hsınwan গী নোংপোক থংবা বোমদা থৌগৎলকখি । ঐখোযনা জিপ অদু সিপিবি গী লানগী পোজিসন লৌবিবা জগা অদুগী চীংখাদা থনম্লগা ঐখোযনা কাখৎলগা অশংবা নাপী হৌবিবা লম্পাক অদুদা ফম্লগা চুকট থক্কুনা পোত্থাখি । ঐখোযনা ফম্লিবা অদোমদা সিপিবি গী ফিজোল শেৎপা সিফাইশিং অদুনা অশাংবা পবেং অমদা খুৎশু খুৎলাই পুদুনা চীংদোল তম্না কাখৎখ্রি । লম্বীদা লাক্লিবা ত্রকশিং অদুনা উগী অচৌবা উপুশিং অমদি লাম্মীশিং থাথদুনা লানগীদমক্তা কন্না শেম শাবি ।

*মখোযনা তৌবিবসি কবিনো ?* ঐনা হংখি ।

"*মখোযনা জঙ্গলদা অহাংবা উপুশিং লোংশিল্লম্লিবসি, মখোযনা লালদগী মায পাক্কুনা হল্লক্লগা মযুমদা পুদুনা শিজিন্ননবা থনম্লিবনি ।*"

পুর্ণিমাগী থাজনা চীংদোলদুদা লিৎখৎলকপগা লোযননা ঐখোযসু সিপিবি গী ক্রুপকী লাইন অদুদা য়াওশিন্দুনা চৎখি । ব্রা অমত্তা ঙাংনদে, মখোল হাযববু মযামদুগী খোঙথাং অদুগী জপ- জপ হাযবদুনা চীংগী অচিকপদু থুগায়খি। চাউবাক্লা নুমিদাংগী পুং ১০ বোমদি তাবে, ঐখোযনা চৎকদৌবিবা মফম অদু থুংদ্রিঙৈদা চীংথক অদুদা মহৌশা লাইবেম্বীগী পীথোবকপা অচৌবা প্লেটফোর্ম মানবা নুংপাক অমা লৈবম্মী । মদুদা ঙাইহাক ফমথদুনা অব্রাবা পোত্থাখি । মসি ঐখোয়দা যাম্না খুদোং চাগদবা মফম ওইখি । সিপিবি গী লাম্মীশিং অদুনা মখোযগী খুৎশু খুৎলাই ময়ামদু পৈশিন্দুনা থম্লবা মতুংদা মখোয়না সবকাব লাম্মীশিংগী মথক্তা মতৌ কবম্না লান্দাগদগে হায়বদু লেপথোক্লখি ।

কাপ্লবা হৌবা নুমিৎ, নভেম্বব ১৬ অদুদি সবকাবগী লাম্মীশিং মশিং যামদবগা লোয়ননা খুৎশু খুৎলাইসু য়াম্লমদে । সবকাবগী কেমপ অদুদা লাম্মী ১৩০ খত্তমক লৈবা মতমনি । সিপিবি গী ফোর্সতি লিশিংগী মথক্তনি।

অতোপ্পা য়ুনিট খবসু বর্ম্মা বোদ থাদোক্তুনা অহেনবা সবকাবগী ফোর্স হুদুমচন্নবা হোৎনবদি অরুবা অমদি ওইববোই হায়বা খঙলে, অদুবু মসি থেংনব্বা মতুংদা বর্ম্মা সবকাবনা কবি তৌবক্কদগে হায়বদুদি খঙদ্রি ।

Kyaw Nyunt কা ইবানিনা ব্লাঙ্কেট অমমম পুবকপদু লা মনাদু ককথৎলগা লৈমায়দা ব্লঙ্কেট অদু তিংথোক্লগা হিপ্লন্মী। চিংথক ওইবনা ঈংবগী চাংসু হেল্লন্মী, Kyaw Nyunt না পুবকপা চাইনিজ ব্রান্দি অদু পুথোক্তুনা ক্রিম ক্রেকব পেকেট অদুগা মাবিবগা থকচিল্লন্মী । ঙাইহাক্কী মনুংদা নিশা লাকপদগী তুমথখিবা খংহৌদে ।

নোংঙাল্লমদাইগী ঈংবা অদুনা খঙইং ঈংশিল্লকপদগী অযুক্কী পুং মবি তাবা অদুৱাইদা তুম্বা যাদদুনা হৌগৎলন্মী । মীনিট ১৫ বোমগী মতুংদা অবাপ্পদা বোম পোকখাইবা অমদি নোংমৈ কাপ্পগী মখোল লেপ্তুনা তাখি । Kyaw Nyunt ইবানি যাম্না ঙকপগা লোযননা ঙকচান্নদুনা লৈখি, মতাং অদুদা Kyi Myint সু ঐখোযগী নাক্তা লেপ্তুনা লৈবন্মী ।

*"মখোলসি তাব্রা ?"*

মহাক্না হায়বকখি, *"ঐখোযগী ফোর্সনা বর্ম্মা বোডতা লৈবা থোং খবা কাপখাইদুনা অহেনবা সবকাবগী ফোর্স চঙলকপদু থিংনবা হোৎনব্রে, মদুনা নাকলদগী ঐখোযনা এটেক তৌবিঙৈদা চঙলকপা অমত্তা ঙম্নবোই।"* ঐখোযনা লান্দাবা অদুগী কো- ওর্দিনেট তৌবিবা কমান্দ পোষ্ট অদোমদা লাকখি । কমান্দ পোষ্ট অদুদা ঐখোযনা থুংবদা নোং পুংঙান ঙান্দ্রি । ঐবুদি মখোযনা নোংথক্তগী এটেক তৌবক্লবসু শোক্তনবা হাযদুনা নুংজাও মযাম্না কোযশিনবা মথকসু হাযফেৎ খনবা মফম অমদা থম্নীবন্মী ।

নোংঙাল্লবসু অযুক্কী লৈচিন অদুদি Hsi-Hsinwan অমসুং Mong Paw দগীদি থাদোক্লি । Kyi Myint, গা ঐখোয নুংদুম মচা মচাগী মথক্তা তোঙান তোঙান ফম্মীন্নদুনা মখোয়না লান্দাবিবা মফম অদু থিন থিন্দুনা তাক্লন্মী। অহানবগী এটেক অদুনা মবিশুবা চীংদোলদা লৈবিবা, খ্বাইদগী শোনবা আর্মিগী পোজিসন্দা লান্দাবদুনি । মফমদুদা লাম্নী ২০ বোমদমক লৈ । অদুগা সি পি বি গী লাম্মীনা অমম্বদুদা ২০০ গী মযাদা অঙম্বা চীংদোল তম্না কাখৎতুনা লাকশিন্নবা হোৎনখি । চীংদোলদুদা হেক থুংবগা মখোযনা মবিশুবা চীংদোলদুদা ১২০ এম এম গী মোবটাব অমা কাপশিনবগা লোযননা বাইফল খবা কাপশিনখি । মদুগী মথংদা কেম্প অদু পুংথু থুগাইদুনা হিংহৌবিবা সিফাইশিং অদু মথং মথং ফাজিনখি ।

Kyi Myint না ব্রাকি- তোকিদু পাযদুনা কবম্বা মওংদা এটৈক অদু চণ্ডশিন্নিবা হাযবদু মীকুপ খুদিংগী পাউ লৌখি ।

অয়ুক্কী পুং ৫ ১৫ বোম তাবা মতম অদুব্রাইদদি মবিশুবা চীং অদোমদা মণ্ডাল ফংদবনা ফনা ফজনা মন্নি । বম্মুলা থাবগী মণ্ডাল গুম ফেৎ ফেৎ চীংদোল অদুদা ঙাল্লকখি । সেকেণ্ড খবগী মনুংদা বি- ৪০ বোকেট কাপশিল্লকপা মখোল ১২০ এম এম মোবটাব পোকখাযবগী মখোলনা পুমনিল নিনখি । Kyi Myint না মাগী ব্রাকি তোকি অদু পাযখত্তুনা চাইনিজ লোন্দা যাম্না থক্কৎনা ব্রাবী শান্নখি। ঐনা Kyi Myint কবি তৌববগে হাযনা হংখি ।

*"অচৌ অচৌবা নোংমৈ পাযবশিং অদুদি কাপ্পু যাদ্রে, মখোযনা হুকুম অমা হযাব ওথোবিটিদগী তৌদ্রবদি যাগদৌবা মান্দে"।*

অয়ুক্কী পুং ৬ তাবদা নোংসু ঙাম্থোবক্লে মবিশুবা চীংদোল অদুদি মৈখু অমসুং উফুলনা পুংমম মল্লস্মী । আর্মি পোষ্ট অদুসু বোম তোপ মযাম অমা কাপশিনবদগী পুংথু থুগাইবে । সি পি বি গী লান্মীনা বঙ্কব অমসুং কোমশিং অদুদা চণ্ডশিন্দুনা যেক্লবশিং কযা অমা হাৎখ্রে । অতৈনা অতোপ্পা মফমদা মথ্বাই হিংনবা চেন্নখ্রে।

হৌজিক সি পি বি গী লান্মীশিংনা অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা চীংদোলদা লৈবিবা অদোমদা বোম তোপ বোকেট মযাম কাপশিন্দুনা এটৈক অমুক হৌবকখি । ঐনা বাইনোকুলব থাঙ্গৎতুনা যেংবদা চীংদোল অনিদুদা বোকেট অমদি মোবটাব বোম অমগী মথংদা অমা কাপশিন্দুনা থুগাযবা হৌবকখি। বর্ম্মাগী বেদিও ত্রাফিক অদু ইন্টবসেপ তৌদুনা পাউ অমা ফংখি ।

*"Mong Yu অমসুং Namhpakka দগী কম্পনি অনি থাজিনখ্রে।"* হাযবা মেসেজ অমা ফংখি মদু সি পি বি গী ফোর্সনা থিংহৌদ্রবদি মফম অসিদা যাম্না থুনা থুংলবগনি ।

পুং ৮ গী মমাংদা প্রজা খবা কমান্দ পোষ্ট অদুদা অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট পুদুনা লাকখি । ব্রেকফাষ্ট অদুদা চাক, হব্রাইজাব অমসুং ইঞ্চাংগা পুদুনা লাকখি। বোম পোকখাযবা থুগাইবগী মৈখু অমদি উফুলনা পুংমম মমখি । ঙাইহাক্কী মনুংদা *" অনিশুবা চীংদোল অদুসু সি পি বিগী লান্মীনা খুদুম চল্লে"* হাযবা মেসেজ ফংখি । Kyi Myint না কযাদা হবাওজখিবা মতম অদু চপ চানা ঐগী ঘড়ীদা পুং ৮ তাবে। লন্মী খুদিংমক সি পি বি গী লান্মীশিংনা থিংজিনখ্রবনিনা

সবকাবনা Meiktial এযাব বেজদগী ফাইটব বোম্ববশিং পাইখৎতুনা শিজিন্নবা তাবনি । ঐনা হায়বিবদু ৱাদি ঙাংদনা Kyi Myint তা যেংলগা ইঙ্গিৎ পীখি।

Kyi Myint না ফাগী ওইনা, *"কবিগুম্বা বোম থাদবক্লবদি নং চেনখিবা তাবনি, মদুগী বিক্ত ঐখোয় লৌবা ঙম্লোই অদুবু ঐখোযগী চীংদোলশিংদা এর্ন্টি এযাব ক্রাফ নোংমৈ ৭ লৈ । কবিসু চিংননিংঙাই লৈতেদা "* চীংদোলদুদা অমুক এম এম ১২০ গী মোবটাব অমসুং এম এম ৭৫ গী রাইফলশিংনা সবকাবগী লাম্মীনা লৈবিবা বঙ্কব অমদি কেম্পশিংদা কাপশিনবদা মীওই কয়া অমা শাথিনা শোকহনখি। কম্যুনিষ্ট লালহৌবশিংনা মখোযগী হনবা নাইদবা থৌনা অমদি মাওইষ্ট মিলিটবিগী পাউতাক মতুং ইন্না চাউবাক্লা টেন তু ৱান হাযবা লান্দাবগী থিওবি অদু শিজিন্নদুনা হোৎনখি । অদুবু কনাগুম্বা অমত্তনা সবেন্দব তৌবা উখিদে । ঐনা কম্যুনিষ্টকী মাযকৈদগী যেংবদা সবকাবগী মাযকৈবোমদগী ঙাকথোকচনবগী উপাই অসি যাম্না শোনখি। কেসান চলামদা সবকাবগী লাম্মীনা লান্দাবকপদা নাগা মযাম মফম মবাং খঙদনা চেন্নবদুগুম্না তৌখি । অহানবগী কাপ্পবা নুমিৎ অদুদি অশোক অপন যাম্না সবকাবগী মাযকৈদা নংখি । অদুম ওইনমক সি পি বি গী মাযকৈদসু অশোক অপন নংবা অসি মশিং যামখি । ফিল্ড ক্লাসকী মতেংনা ফুনববদি অশোক অপন মীশি মীনা মাযকৈ অনিমক্তা ফংবা তাবনি । অশোকপা অশিবশিং অদু মীওই খবনা ৱানা শাবা ষ্ট্রেচবদা থাংদুনা পুবদু উবি ।

অযুক্কী পুং ১০ ৩০ বোম তাবদদি চীং অহুমমক সি পি বি গী মখুত্তা তাবে । হৌজিক হেদ ক্বাটব হিল ওইবিবা Hsi-Hsinwan খক্তা ঙাইবে হাযদুনা Kyaw Nyunt না ঐঙোন্দা যেংলকখি ।

*"হিংহৌবিবশিং অদু অমুক পুনশিন্নদুনা মফমদুদা শিবা চংবা খঙদনা মযামশিং (যেক্লবা) অদু লৈবে"* হাযবা পাউ পীবকখি ।

সি পি বি কমান্দ পোষ্টকী কলমশিং অদুগা পাউ ফাওনবা ঙমদবদগী অমদি কোওর্দিনেসন লৈতবদগী Namhpakka অমসুং Mong Yu বোমদগী থোমজিল্লক্লিবা অহেনবা সবকাবগী ফোর্স অদু থিংনবা হোৎনবদা অপনবা থোকখি । অদুম ওইনমক লাম্মী খবদি নোংচুপ থংবা অমসুং অৱাং থংবা ফুট হিলস (Hsi-Hsinwan) বোমদা থুংজিনখি ।

*"ঐখোযগী লাম্মী পূম্নমক্তি হেদক্বাটব হিল অদোমদা পুক্লিং চংদুনা ১২০ এম এম গী মোটব বাউন্দ অমগী মথংদা অমা কাপশিন্দুনা তার্গেট*

*অদুদা চায়খাইখি । মদুনা মবম ওইদুনা মফম অদু মচেৎ কয়া থোক্লা চাযখাইদুনা থমখি ।"* মফম অদুদি মীশি মীনা অশোক অপন কয়ানা পিক থন্না লৈবম্মী ।

সবকাবগী মায়কৈদগী বেজ কমান্দবদা বেডিওগী মতেংনা পাউ হায়বকখি। *" নখোযনা লালহৌবশিংদা খুৎলাই থাদোক্লগা চঙজবা যাবোই, হৌজিক ঐখোযনা খোঙ লাম্লী, অমদি খুৎসু খুৎলাই কযা অমা অমদি নোংথক্তগী মতেংনা তকথোক্লবা হোৎনগনি ।*

নোংমৈ কাপ্পা অমসুং বোম পোকখাইবগী মখোল অদুদি চীংদোল অমদগী চীংদোল অমদা খোম্থাং যৈদুনা লাকখি । Kyaw Nyunt না হাযবকখি। *" ঐখোয মফমসি থাদোক্লগা চৎলসি, কবিগুম্না নোংথক্তগী লান্দাবক্লবদি নংঙোন্দা খুদোংথিবা থোকপা যাই ।"* ঐগীদি মদুদা কবিসু হাযনিংঙাই লৈতে। হৌবকপগী লান অদুসু লোইশিনখ্রে । তেপ বেকোদব অমসুং ফোটো লৌবা অদুসু লোয়শিল্লে অদুনা Kyaw Nyunt ইবানি চীংখাবোমদা কুমথনবা খোঙ থাংদোবকখি । ঐখোযনা কুমথবকপদা সিফাই মযাম অমা থেংনখি, মদুদা ওফিসাবশিংনা হিদাক লাংথক তৌবা অমদি অশোকপশিং সেবা তৌবা কযা অমা থেংনখি । মখোযশিং অদু সি পি বি গী কুচু মুবা Wa ত্রাইবসমেন কাংবুশিংনা অয়াম্বনি। অযাম্বন' নহা ওইবিবা টিনএজগী কাংবুনি, স্কুল লোযশিল্লকপগী লেঙ্গাদু ওইবমগনি। ঐনা মখোযগী মবক্তুদা ফাওবগা লাকপদা অব্রাংবা বুস হেট উপ্পা কেমেবা পাযবা ফোবেনব অসিনা কমদৌনা মফমসিদা লাক্লিবনো হায়বগী মওংদা মমিৎতু ফল্লপ ফল্লপ যেংলকখি ।

কাংবু খবদি উজাওশিং অদুগী মখোংদা হিপুনা তাদুনা লৈবসু থেংনবকখি । ঐনা খনবদা শিববা মীওইশিংদু যামদ্রবদা মীওই ১৭ নত্রগা ১৮ বোম ওইবম্না যাই। অইংবা নুংশিৎ অদুনা শাফু কন্না হুন্নবসু শেৎলিবা খাকি অশংবগী ফিজোলদু নত্তনা অতৈদি লেংদনা হকচাংশিংদু তাদুনা লৈবি ।

খুৎ চুন্নবা বর্ম্মীজ খোঙলাম্প্রীশিং অদুনা কাপলকপদা সিপিবিগী লাম্লীশিং অদুগী মমাই মমাইদা চপ চানা পান্দুনা অঙাংবা ঈখেংশিং অদুনা লৈমায় অমদি ফিবোলদা চেম্থবি ।

*চহি নৌবিবা অঙাংশিং অদুনা ঈঙাং পাক্তক্লনা লৈমায়দা তাদুনা মখোযগী আইদেন্টিটিগীদমক্তা মথ্বাই কথোক্লিবদু কনানসু খঙবীবোই । লাযবিক লাযসু তমদুনা লৈবা যাবিবশিং অসিনা আইদোলোজি অমসুং আইদেন্টিটিবু কবম্না থাজবিবনো ?* ব্রাখল অসিনা Kyaw Nyunt ন' খঙবদগী হায়বকখি।

*"লাল হাযবসি যাম্না তমথিবা পোৎশক অমনি ।"* ইবানি ব্রা অমত্তা ঙাংনদনা চীংখাদা লৈবিবা Mong Paw তম্না কুমথবকখি। মীচম প্রজা অয়াম্বা মোংশোং অমদি লৈকুৎ লৈবাইদা লোৎনদুনা, নোংথক্তগী লান্দবক্লবদি ঙাকথোক্লবা হায়দুনা লৈনখিবনা খুঙ্গং অদু খুন্তাক লানশিবগা চপ মান্ননা মীওই অমত্তা উবা ফংলমদে। অদুবু Khao Soı ভেন্দব অমখক্তদি হাংলম্মী, মদুদা ঐখোয় অনি ফমদুনা Khao Soı বোল অনিগা বাইস বিয়াব বোটল অমগা চাখি ।

*"যেংউ,মীপুম খুদিংমক্না নঙোন্দা যেংশিল্লক্লে ।"* Kyaw Nyunt না ঙাইহাক অৱাবা পোৎখানবা ফাগী হৌবকখি । *"মখোযনা নংসি জবনেলিষ্ট অমনি হাযবা থাজবা ইঙম ঙমদে ।"*

*"কবিসু কাযদেনা, মখোযনা খন্নিংবা খঞ্জসনু ।"*

*"মখোয অযাম্বনা নংসি সোভিযেটতগী লাকপা এদভাইজবনি হাযনা খল্লি । মখোযনা সিপিবি অসি চাইনাগসু মবি ফজনা লৈ অদুনা কম্মুনিষ্ট সোভিযেটকসু অফবা মবি লৈবমগনি হাযনা থাজবদগী নংসি Laos ফাওবগা লানফম অসি যৌনবা লাকপা সোভিযেট এদভাইজবনি হাযনা খল্লি, তোকঙাদু ফজনা শন্দোবকখিনু ।"* ইবানি পুন্না অহৌবা খোঞ্জেলদা নোকমিন্নখি।

Hsı-Hsınwan দা অবটিলবি মযাম পোকখাযবা অমদি নোংমৈ মখোলগী খোন্থাং অদু নুমিৎ যুংব মতুং ফাওবা ফনা ফজনা তাখি । অদুবু কাযনথংদা হেদক্বাটবগী চীং অদু খুদুম চনশিনখি ।

*"হৌজিক লোইবে ।"* Kyaw Nyunt না হাযবগা লোযননা মীসন কম্পাউন্দা লৈবিবা সিপিবি গী কেম্প লোমদা উফুল ব্রা ব্রা হৌবা খুলগী লম্বীদুদা লাক্লম্মী । ঐঙোন্দা চিংনবা অমদি ফাওখি । শোযদনমক্কী সবকাবগী অহেনবা লাম্মীশিং থাজিল্লক্লমগনি । বর্ম্মীজ আর্মিশিংসু লালহৌবা থেংনবা অমদি জঙ্গল ব্রাব ফিযাবদা যাম্না হৈথোই শিংথোইবা কাংবু অমনি হাযবসি ঐনা হান্ননা খঙখ্রে । অদুম ওইনমক মখোযনা নোংথক্তগী এবোপ্লেননা লান্দাবক্কনি হাযনা কিনবদু হৌখিবা নুমিত্তগী হৌনা এবোপ্লেন মখোল অমত্তা তাবা ফংদে, অদুনা মদুগী চীংনবা অদুমদি শুকফাও ফাওখিদে। অদুগা ঐখোয়না কোননা তাবদসু মবম চাদ্রবদি নোংথক্তগী এটেক তৌবদু তৌবোই মবমদি লালহৌবগী মাযকৈদসু এন্টি এযাব ক্রাফ মযাম অমা লৈবনা এবোপ্লেন অমা মাংজবদা সবকাবদসু মাংজবা যাম্না লৈ । ঐনা মনাক নকপদা লৈবিবা দুকান

অমদগী চাইনিজ হ্বিসকি বোটল অমা লৌবগা নুমিদাং অদু অবাপ্পদা নোংমৈ মখোল তানা তানা Kyaw Nyunt ইবানি থকমিন্নখি । নুমিদাংগী নোংমৈ মখোল অদু কনানা কাপলিবনো হায়বদু খঙদোক্লবা ইবানিনা কন্না হোংনখি কান্নবা ফংদে ।

মথংগী অয়ুক্তা Kyı Myınt, Ohn Kyı অমসুং সিপিবি গী ওফিসাব খবগা লোয়ননা ব্রেকফাষ্ট লৌমিন্নখী । ওফিসাবশিংদুদি লানফমদগী হল্লকপদা ঙাইবিবা ঙাক্তনি ।

*ঐখোয়না কাপনবদুদা যেক্লবগী লাম্মী ৪৩ নাস্থোক্তুনা চেনখ্রে, ঐখোয়গী মীয়ামগী লাম্মীনা শাথিনা শোকপা ১১ যাওখি ।* হায়না Ohn Kyı না মযাদা চাক শায় শাযদুনা ঙাংলকখি । মানা হেক ঙাংবা লোয়বগা ঐনা মাগা মীৎচান্নবগা *"হৌজিক নখোয়গী অশোকপশিংদুনা কমদৌবা ।"*

*"মখোয় ১২ না লানফমদা মখোয়গী অবোইবা যাহিপ তানখ্রে । মদুমনা মখোয়গী থবক লোইখ্রে । হৌজিক লৈবিবা অশোকপশিং অসিদি ঐখোয়না যেংবা তাবনি ।"* Ohn Kyı না হায়বকখি ।

যেক্লবগী হেদক্কাটব হিলস্তা লৈবা বতালিয়ন অনি পুংচায় চায়খ্রে অতৈশিংনা চেনখ্রে ।

*"এবোপ্লেনশিংদি কমদৌবা ?"*

*"মখোয় ঙবাংগী লানফম অদুদদি লাকখিদ্রে, ঙসি নত্রগা হয়েং লাকপা যাইনা, কাউন্টব ওফিসতকী থবক লৌখৎনবা হোংনখ্রে ।"*

চেকশিন থৌবাং ওইনা, কবিগুম্বা নোংথক্তগী লাল তৌবক্লবদি, মদুগী ঙাকথোক্লবা ঐখোয়না ব্রেকফাষ্ট চাববা মতুংদা কেম্প অদুগী মখাদা লৈবিবা শুকং অমদি নুংজাও ময়াম লৈবা মফম অদোমদা চঙশিনখি । ঐনা Kyı Myınt তা Hsınwan গী লৌশিল্লিবা শকক অদোমদা চত্তুনা যেংনিংঙি হায়বদা, মহাক্লসু যাবকখি ।

ঐনা Hseng Noung গী কেমেবা অদু বেগ অদুদা হংপচিল্লগা Hsı-Hsınwan গীদমক্তা Kyaw Nyunt অমদি ঐখোয়গী এস্কোর্ট অহুমগা লোয়ননা মফমদু থাদোবকখি । যাম্না লিববা চাইনিজ ত্রক অমনা Mong Paw মার্কেট অমসুং Panghsaı অনিগী মবক্তা চৎথোক চৎশিন তৌবি, ত্রক অদুগী কেবিন দা ঐখোয় অনি কাখৎলে অদুগা মনিংদনা বোম তোপ ময়াম পোকখায়রগী মখোলনা থক্কৎলবা খুঞ্জা ময়াম অমা ফম্লমখি ।

Mong Paw দগী কি মি খবা থৌদোবক্লবা মতুংদা সিপিবি গী লান্‌ মীশিংনা অশোকপা ময়াম অমা এস্কোর্ট তৌদুনা লৈবম্বা মফম অমা থেংনখি। অশোকপশিং অদু Mummy গী মওংদা মমায়শিং অমদি মখুৎশিংদু বেন্দেজনা থুংনা যেৎশিন্দুনা লৈবম্মী। মখোযশিংবু সবক্কী নাকন্দা ষ্টাফশিংনা ঙাকলৌ পীদুনা লেপহল্লম্মী।

*"সবকাবগী অশোকপা লাম্মী অমসু মখোযগী মবক্তা যাওবিবসি যেংউ"* হায়না Kyaw Myunt না খুদোম্বী থিল্লগা হাযবকখি। সবকাবগী অশোকপা সিফাই অদু হেদক্বাটব হিলদগী চেম্বোবকপনি। মাবু সিপিবি গী মীওইশিংনা ফিল্ড হোস্পিটালদা পুদুনা লাযেংলবা মতুংদা লাকমীন্নবনি। কম্যুনিষ্ট ফিলোসোফিগী মতুং ইন্না লাম্ছেংনবদা হিংনা ফাববা মীওই অমবু কৈদৌনুংদা হাৎতোকতে, মখোযগী অশোক অপন কযাদু যেংবীববা মতুংদা মাগী ৱাখল অদু হোংনবা হোৎনবগী আইদোলোজি অমদি লৈ।

ঐনা হংখি, *"অশোকপা লাম্মী অসিদা ইন্টববিযু তৌবা যাগদ্রা।"*

পাউখুমদি - যাবোই।

*"মহাক যাম্না থুনা মফমসি থাদোকহনখ্রগনি, কবিগুম্বা নংনা পিকচব লৌবা পামলগনা লোবীগী থোংনাওদগী ফোতো লৌবা যাগনি। মতমদুদা নংগী ৱাবিসু শাও।"*

Kyaw Nyunt গাডীদগী মখুত্তা নোটবুক অমা পাযবগা কুমখিদুনা ইন্টোরোগেসন হৌখিবম্মী।

*"নংনা নমীং কবি কৌই ?'*
*"সাবজেন্ট San Aung কৌই।"*
*"নম্বরদি "*
*"২৮৯৩৪৬"*

ঐনা কেমেবাগী লেন্স ফাউদুনা, নুপা অদুনা ঐগী কেমেবাবোমদা যেংলক্লে হাযবা খংবদগী অহানবা স্নেপ লৌখি। অদুবু মাগী মমায অদুদি বেন্দেজনা যেৎশিনবনি ভুটকা চপ মান্নখি।

ঐখোযগী ত্রক অদু Hsi-Hsinwan গী হেক মখাদা থান্নম্মী, ঐখোযসু কুমথদুনা চীং কাবা হৌবকখি। বেজ কেম্প অদুদা কাখৎলকপদা খুগু- খুৎলাই কযা পৈখৎতুনা লৈবা উখি, মদুদা ষ্টেন্দব G-2 অমসুং G-3 বাইফল, লাইট অবতিল্লবি ৭৫ এম এন, বিকোইল বাইফল ৯০ এম এন, ইউ এস মেদ বোকেট লঞ্চব, মোর্টাব বোম কযা, গ্রেনেদ অমসুং বাইফল মেগজিন বর্ম্মীজ অর্মিনা পায়বম্বশিংদু লৈবমখি। ঐনা মফমদুদা মিনিট খবা ফোটো লৌখি।

চীংদু তপ্পা তপ্পা কাখৎলকপদা সিপিবি গী লাম্মীশিংনা মমাংগী নুমিত্তা লাল শোক্ল খিবদুগী অন্না পোথাবা ওইনা নিংথমগী নুংঙাইববা নুংশা অদুদা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈবম্মী । হন্না- নুংশিং অদুদি যাম্না নুংঙাইববসু কবম্বা মতমদা পোকখাযবক্কদগে অমসুং কাপনবক্কদগে হাযবদুদি খংনদবনা টেনসন অমদা লৈনবম্মী ।

ক্রপ অয়াম্বা ঐখোযগা লোযননা অন্নাংবা নাপী ইলিফেন্ট গ্রাস মবক্তুদা কাখৎমীন্নবকখি। চীংগী নাকল অমদি বোম যুম্মদুনা যেক্লবশিং কাখৎপা ওমদনবা থমখি । নুমিৎ চপ যুংবগী অদুন্নাইদা, পুং অমবোম চৎলবা মতুংদা অনিশুবা চীংদোল অদুদা থুংখি ।

চীংদোল অদুদা লৈবমলিবা মওং অদুদি যাম্না মওং তানা লানবন শেমদুনা লৈবম্মী । উজাও অমদি লৈবাক্লা বঙ্কব শাদুনা, টেবেন্স অমসুং টনেল শেমদুনা চীংদোল অদুদা লৈবম্বদু ঐদি থাজবমদে । বঙ্কব অদুদা ঈ তৈববা কমপোব, ন্নাগী ফমুং অদুগী মখাদা অশোকপশিংগী ঈ তাবম্বা অমদি ফমুংদা তৈবম্বা কযা থেংনখি । মপান্দা ন্নানা শাবা বুদিষ্ট লাই খুকমফম অমসু শেমদুনা লৈবম্মী, মদুদা লৈসু কযা অমদি ধুপ কযা থাদুনা লৈবম্বদু মুৎলমদ্রি, ন্না লাম্মী ৪০-৫০ বোম্না ওতোমেতিক বাইফলশিং অদু লৈমাইদা থমলগা ঙাযহাক পোথাবা ওইনা ফমদুনা লৈবম্মী । মতাং অদুদা Kyaw Nyunt না নংগী ফোটো নমগদৌবিবদু নম্মো, যেক্লবগী লাম্মীশিং অন্নাং থংবা চীংখোংবোমদা থুংজিল্লবে হাযবা পাউ ফংলে, থুবো । নুমিৎ যুংবা মতুংদা ঐখোযনা মফমদু থাদোক্তুনা Mong Paw মনাক্তা লৈবিবা কেম্প অদুদা হল্লকখি । Kyı Myınt না যেক্লবগী মাযকৈদগী ফাগৎলকপা খুশু- খুৎলাইশিং অদু কন্না যেংশিল্লি । ঐনা টেবল মথক্তা লৈবিবা মেপ অদুদা মীৎযেং থমলুবি । Hsı Hsınwan দা বর্মীজ আর্মীগী পোজিসন অদুগা চীংখাদা টেঞ্জে থিন্দুনা Nam Tao, Mong Paw অমসুং Panghsaı ফজনা উৎলি ।

ঐনা হংখি *"মসিদা উৎলিবা এবিযা অসি লৌশিন্নবা প্লান লৈব্রা ?"* ঐনা হাযবিবা ন্নাফম অসি মখোযদা যাম্না চান্নদবা অমা ওইবমগদ্রা হাযনা খনখি। মতমদুদদি Hsı-Hsınwan দা এটেক তৌবগী মতম অদুনি, কনানা হান্না ষ্ট্রাইক তৌগদগে হাযবদুগী মতাংদা কন্না খন্নবা মতমনি ।

টেবল মথক অদুদা মবী- মতা ময়াম্না লাম্মীশিং অদুদা ইবকপা চিঠি ময়াম অমসু তাদুনা লৈবি । চিঠি অমা লৌখৎলগা ঐনা Kyaw Nyunt তা মদুগী অর্থ হন্দোকপা য়াগদ্রা হাযনা হংখি ।

লশ্বী অদুনা চীংলশ্বী হায়গৎলকপদদি নুমিদাং নোংচুখিবগী নানবনা জিপ অদু থৌবদা শ্লিপ তাবদগী থৌবা য়াদদুনা চকাদু উংদুনা লৈখি ।

*"কুমথবকউ"* Kyaw Nyunt না হায়বকখি ।

ঐখোয়না জিপ অদুদগী কুমথবগা চীং লশ্বীদুদা কাখৎপা ঙম্বা হায়দুনা ইনখৎলম্মী - তয়াব অদু উংবনা ইনখৎপা ঙম্লমদে ।

ঐনা লাওখি *" প্লেন লাক্লে "।*

এবো- ইঞ্জিনগী মখোল অদুনা চীংলক্কুদা ঙংলগা পায়বকপদুনা মখোলদু পুংনিল নিলম্মী । বোম পোকখাইবগী মখোলসু লেপ্তুনা তাখি । প্লেন অদু লাম্থোকখ্রবা মতুংদা জিপতুদা তোংখৎতুনা থৌনবা হোৎনখি । অনানবা চীং লশ্বী অদুদা ইনখৎপা যানবা ঐখোয়না জিপ অদু ইনবোই লাকপোই অমদি ঐগী পাঙ্গল পুম্বা শিজিন্নদুনা ইনখৎলম্মী ।

প্লেন অদু ঐখোয়না লৈবিবা মায়কৈবোমদা অমুক পায়শিল্লক্লম্মী। Kyaw Nyunt দি পাখৎপনা মশাদু নর্ভসতা লৈবম্মী । মখোয়না ঐখোযগী থক্তা পায়দুনা জিপ অসি উথ্রবদি, CPB গী পোৎ চৈ পুথোক পুশিন তৌবা ট্রান্সপোর্টবনি হায়দুনা তান্নদুনা কাপ্লক্কনি । লৈজবী শক্তিগা লোয়ননা ইনখৎলকপদা হুমাংনা পুংলুপ লুপ্লে । জিপ অদুনা মনাক নকপদা লৈবা - *উশা ময়াম থুদেক্লুনা কেমোফ্লেজ তৌদুনা থমখি । উচিন নাচিন্না ঐখোয়না তৌবিবা* থবকশিং অদু এবোপ্লেন অদুনা উবা ফংদবদগী কবিসু তৌদনা পাইখ্রে । অমুক হননা জিপ অদুদা কাখৎতুনা Mong Ko বোমদা কন্না থৌবকখি ।

উমংগী অখুবা নাতৈ চাদবা লশ্বী অদুদা গাডী অমত্তা চৎপা উখিদে। অদুবু ট্রক অম খক্তি পোৎ- চৈ থাদবা, এম্যুনিসন উপু থাদবা উখি । ট্রক্কী মীওইশিং অদুগা Kyaw Nyunt কা উন্নদুনা ঙাইহাক ৱাবী শান্নববা মতুংদা ঐখোয়না চীংযাং অমদা থুংখি । মফমদুদগীদি Hsı-Hsınwan ফজনা উবা ফংলে ঐনা হন্না য়েংখিবদদি মৈখুগী মপৈ অমা অৱাংবা চীংথক অদুদগী কাখৎপা উখি ।

*"ঙাইখো"* জিপকী ইঞ্জিন মখোলদু মুথৎনবা হায়খি । *Hsı Hsınwan থুগাইবে* । ঐখোয়না জিপতগী কুমথবগা হেন্না ফজবা মীৎযেং লৌনবা হোৎনখি। অবাপ্পদগী এবোপ্লেন পাইশিল্লক্কুনা বোম থাদবা অমদি নোংমৈ কাপ্পা কয়াসু উখি । ঙাইহাক্কী মনুংদা চীংদোল অদু মৈখুনা কুপশিনখিদুনা পুংমম মমখি ।

ঐনা খনখি, মফম অদু হান্না ঐখোয়না চৎলুবা অদুগী মওং অদু ভাবনা চিংশিল্লগা তৌবমগদবা মওং অদু খনখি । মফম অদুদা Wa ট্রাইবসমেনশিংনা

মখোযগী ঙাকথোক্লবা মতিকচানা বঙ্কব, ত্রেঞ্চ কয়ামকম শেমদুনা লৈবিবা মফমদুদা, বর্ম্মাগী এযাবফোর্স PC-6 অমসুং PC-7 গী এটেক অদুদি অকনবা লানফমদা তৌবগা মান্ননা চংখি ।

ঐখোযনা যাম্না নুংঙাইতনা অমুক হন্না জিপ অদুদা কাখৎলক্লগা থৌথবকখি । পুং অহুম লোমগী মতুংদা Mong Ko তম্পাক চীংথক্তগী উবা ফংখি । মসিনা Mong paw তম্পাক্তগী য়াম্না ফজবা চাউবা হেল্লি । মুল্লবা ফৌগী লৌবুক, লমম্মাং কয়া উবা ফংই । Mong Ko খুল অসিনা তম্পাক অসিগী মযাইদা য়ুম ১০০ মুক তাবি,, ব্রাপন ময়ামনা যুমশিংদু কোযশিন্দুনা লৈবি । চীংদগী চেম্থবকপা ষ্ট্রিম অমনা তম্পাক অদুগী মযাই ফাওদুনা চেল্লি, মদুনা চিন অমসুং বর্ম্মাবু খাইদোক্লি । অতোপ্পা নাকল অমদনা চীনাগী ঙমখৈ মনুংদা লৈবা Man Hai খুল লৈবি ।

ঐখোযনা খুলদু ফাওবগা লাকপদুনা কৈথেলদু লাম্থোক্লুনা (CPB) গী অব্রাং থংবা ব্যুবো হেদক্বাটব বোমদা থৌজিল্লকখি । হেদক্বাটব অসি কৈথেলদুদগী নোংপোকলোমদা কিলোমিটব খবদমক চৎলগা লৈ । হেদক্বাটব কেম্প অদুগী চঙফমদা কম্যুনিষ্টকী ফিজোল শেৎপা অর্ম্মী অমনা সম্ত্রি তৌদুনা লৈ । বেবেল অনি লোংবা, এন্টি এযবক্রাফকী মেচিনগন অদুনা লম্পাক অমদা পোজিসন লৌদুনা লৈবি । ঐখোযগী জীপ অদুনা চেকনা শাবা বিল্ডিং অমগী মমাংদা খামখি । বিল্ডিং অদুদা পার্টি ওফিসিযল অহুম্না ঐখোয থুংলবা ঙাইদুনা লৈবমখি। ঐখোয খুৎ শোক্লবে, ওফিসাব অহুমদুগী খ্বাইদগী সেনিযাব ওইবা অদু ঐঙোন্দা শক তাক্লুনা খঙনহনখি । মহাক অদু ব্রাং চাওবা তনাপ তনাপ্পা কম্যুনিষ্ট ভেটবান Kyaw Sein নি হাযবা খঙখি । অতোপ্পা অনিদুনা নহা ওইবিবা চহি ৩০ বোমগী লেঙ্গা ওইবা মন্দলেদগী মীওইশিংনি হাযবা খঙখি। ঐখোয় খুৎশোক্লদুনা শকখঙ মাযখনববা মতুংদা ফমথদুনা কোফি অমদি বিস্কুট চামিন থকমিন্নখি । ফকলাং অদুদা অঙাংবনা বেকগ্রাউন্দ পীবগা হঙ্গাম মপাল মচুগী নুংথং অমসুং থাঙ্গোল যেকপা ফেস্টুন অমা য়াম্থবি ।

*"নং মফমসিদা মতম খবা লৈথবা তাবে, মদুগী মতুংদা খোঙনা Panghsang তান্না চৎলগনি । মফমসিদগীদি গাড়ী চৎথোক চৎশিন যাবা লম্বী লৈত্রে "*। Kyaw Sein না Kyaw Nyunt কী খুত্থাংদা হায়বকখি । অহল ওইববা নুপা অদু ইংলিস মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংদে, অদুবু মানা হাযবকপা ব্রাহে অদুগী ইংলিস ট্রান্সলেসন লোয়বা খুদিংগী নোকলকখি । ঐনা Hsi-Hsinwan গী মতাংদা হংখি, তৌইগুম্বসুং মদুদা পাউ অমত্তা ফংবা ঙমদে হায়খি । ঐনা Hseng Noung অমসং Hseng Tai গীদমক্তা খনবদা ব্রাখি।

'মখোয়বু হৌজিক ফাওবা KIA গী ৪ শুবা বৃগেদ হেদক্বাটব Man Pi দা লৈবম্বদি য়াবি । Mong Paw অমসুং চীনাগী ওমখৈ অদুদি অকনবা লানফম অমা হৌজিক ওইবি', অদুনা মবম ওইদুনা মখোয়না Panghsai যৌনবা চৎপা হাযবসি খুদোংথিনিংঙাই মচাক অমনি ।

মথংগী নুমিত্তা Mong Ko, Kyaw Sein কোযকনবা গাইদ অমা পীবকখি । বেগী খোঙ্গ্রাউ চাইনিজ আর্ম্মীগী বুট কম্যুনিষ্টকী টুপি অদুদা প্লাষ্টিক্কী অঙাংবা ষ্টাব থেৎপা অদুগা লোইননা লেকেল পার্টিগী কাদব খবগা লোযননা কৈথেল অদোমদা লাকখি । কৈথেল অদুদা শগোল অমদি লোলাদা পুবকপা পোৎ- চৈ কযা লৌথদুনা, অমদি Palang নুপীশিংনা সমদা পুবকপা মনা মশিং কযা থাংদুনা লৈবম্মী । কৈথেলদুদা লৈবিবা দুকান, মরুওইনা ফুবিৎতুফমশিং অদু ফি তুথোক তুশিন তৌবদা যাম্না চিল্লম্মী । ভিদিও হোলশিং অদুদনা অনৌবা কুংফুগী সিনেমা চীনাবোমদগী লকপশিং অদু এদভবটাইজ তৌদুনা মীয়াম্মু যেংহন্নবা হোৎনবম্মী । Hsi-Hsinwan দা, বোম তোপ পোকখাইদুনা মীওই কযা শিবিবদু মফমসিদদি কবিসু খঙদনা যাম্না ঈংনা লৈবম্মী । তৌববুদি মফম অসি Hsi-Hsinwan দগী লাপ্না লৈবনা ওইবমগনি ।

ঐখোযনা Mong Ko প্রাইমাবি স্কুলগী মনাক্তা লৈবা চুজাক মওং মানবা মমায মবি পানবা নুংগী যুম্বী অমদা যাম্না শিংথানিংঙাই ওইববা ১৯৬৮ গী জনুৱাবি থাগী সিভিল ৱাব অদুগী খুদম ওইনা অঙাংবা নুংথং অমসুং থাঙ্গোল অদুনা মোন্যুমেন্ট অদুগী মতোন্দা থেৎলি ।

Kyaw Sein সু বর্ম্মীজ কম্যুনিষ্টকী গ্রুপ্তা যাওবম্বা মীওইনি । ইং কুমজা ১৯৪৮ দা বর্ম্মনা নিংখা তম্বা ষ্টেট অমা ওইববা মতুংদা বেঙ্গুননা কম্যুনিষ্ট পার্টিদা অচৌবা থ্রিটন অমা তৌবকপদগী, Pegu Yoma চীংশাং, জঙ্গল অমসুং Irrawaddy তুবেনগী দেলতাশিংদা লোৎখি ।

ইং কুমজা ১৯৫০ গী অদুৱাইদা, Kyaw Sein মশামক যাওনা চীংলম্বীদা চাইনা ফাওবা চত্তুনা মীলিটবি অমসুং পোলিতিকেলগী ত্রেনিং লৌখি। U Nu না বর্ম্মাগী প্রাইমমিনিষ্টব ওইবা মতম অদুদগী বৈজিংগা বেঙ্গুন অনিগী মবী অসি য়াম্না ফগৎনবম্মী । ইথা থাজদনা জেনবেল Ne Win না বর্ম্মাগী পৱাব অসি আর্ম্মীনা সিজ তৌখিবদগী বৈজিংনা মতম কযাদগী শাগৎলম্বা অশা অদু মাংখি- মসিগা লোযননা বৈজিংনা বেঙ্গুনদা আর্ম্মীনা পানখিবদগী কম্যুনিষ্টশিংদা ফোংনা সপোর্ট তৌবগী ৱাবেপ লৌখি ।

*লৈজবী থাদুনা লান্দানবা খুদক্তগী শেম শাবা হৌখি*

বর্ম্মাদগী চাইনাদা এক্সাইলদা লৈবা লুচিংবা New Seng পোলিটিসিয়ন অমসুং মীওই ২০০ বোম্না পুনশিন্দুনা *"পিপলস আর্ম্মী"* হায়বা অমা শেমদুনা, চাইনাদগী বেদ গার্দকী ভলন্টিয়াব লিশিংগী মথক্তা লাক্নুনা মপাঙ্গল কনখৎহনখি নিংতম্বগী ব্রাখলদা ইং কুমজা ১৯৬৭ কী লোইবমদাই অদুব্রাইদা তকখায়বক্নুনা সিপিবিগী লিববেটেদ জোন শেমখি ।

ইং কুমজা ১৯৬৮ গী জনুৱাবী অমগী অয়ুক অঙনবদা কম্যুনিষ্ট ফোসনা ঙমখৈদা লৈবিবা খোং অদু লান্থোক্নুনা অনৌবা চহিগী নুঙাইবা ফোংদোকখি । মতমদুদা বর্ম্মীজ আর্ম্মীনা নোংমৈ অমসুং বোম কাপশিল্লক্নুনা থুগাইখি । মদু পুং অমবোম হেন্না চখখি । অদুগা কমান্দব হাংখি । চয়োল অমবোমগী মতুংদা Mong Ko অমসুং Salween তুবেলগী নোংপোক্তা লৈবিবা ইথনিক চাইনিজশিংনা লৈবিবা Kokang দিষ্ট্রিক্টতা সিপিবিগী ফোর্সশিং হায়জিনখি । হাযবিবা মফম অদু ১৯৬৮ গী চহি লোইশিন্দ্রিঙৈদা কম্যুনিষ্টশিংগী খুবাম মখাদা লৈখি । Khun Hai অমসুং Man Hlo হায়বিবা বর্ম্মীজ টেবিটোবি মনুংদা অশীকপা অনি Shween তুবেলগী মায়োক্লবদা লৈবিবা Namkham অমসুং Muse, Mong Paw, অমসুং CPB গী হেদ কাটব Panghsai হাযবিবা মফমশিং অসি নুমিৎ নিনি চুপ্পা অকনবা লান শোক্লববা মতুংদা ইং কুমজা ১৯৭০ গী মার্চ ২১ অমসুং ২৮ গী মনুংদা খুদুম চনখি ।

Kyaw Sein না ব্রাবিলিবদা য়াম্না মকওইবা ব্রাফম খবা চিংখহৌবা মাল্লি । মদুদি Mong Ko-Mong এবিয়া অসি KIA গী মতম অমগী ষ্ট্রোংহোলনি । মহাক্না মতমদুদা সবাকাবগী লাম্মীশিংগী মথক্তা লান্দাবদা নত্তনা কাচিন গেবিলাশিংগসু অকনবা লান শোক্লখি । অদুবু ইং কুমজা ১৯৭৬ তা CPB অমসুং KIA অনিনা সিজ ফযাব এগ্রিমেন্টে তৌববা মতুংদা তুমিন্না লৈনখি ।

হৌজিকসু Hsi-Hsinwan দা নোংমৈ কাপ্পবা লেপত্রি অদুবু থিংনবা কন্না হোৎনবি অদুম ওইনমক সেন্ট্রেল বর্ম্মাদগী Hsi-Hsinwan গী অকোইবদা আর্ম্মী বতালিয়ান কয়া থাজিল্লক্নুনা লাল অদুদা য়াওহনখি । লাল অসি চহি তবেৎকী মমাংদা Min Yan Aung দা শোক্লখিবা লাল অদুদগী হেন্না শাথিবা অমা ওইখি ।

ঐখোয়না Mongko দা ঙাইহাক কোয়থোক্লিঙৈদা অবাক্লদা বোম পোকখায়বা অমসুং নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাখি । ঙাইহাক কোয়থোকলুববা

মতুংদা ঐখোয় অমুক্তা চেক্কী য়ুম অদুদা হল্লক্তুনা কোফি অমসুং বিস্কুট চাদুনা ফমথখি । Mong K১ দা নুমিৎ খবনিগী মনুংদা Brang Seng অমসুং Zawng Hra থুংলবগনি হায়বা পাউ তাখি ।

*"নং মখোয় লাক্লিঙৈদা মফমসি থাদোকখিবনা ফগনি"* হায়না Kyaw না হায়বকখি । মানা হায়বিবসি কবিগীনো, হায়বা ঐনা ভাবনা শাবদা লাম্বা ফংখিদে । অদুবু মখোয় উন্নবা উন্নদবদি কৈদৌকনি Panghsang দা থুনা চত্তুনা Hseng Noung অমসুং Hseng Tai উন্ননিংবনা ইশাসি মথুম মবাং হৌখি ।

ঐনা মফমসি থাদোক্কদবা নোংমা ব্রাংলিঙৈগী নুমিদাং চাকলেন অমা শিনখি । চাকলেন অদুগা লোযননা চাইনিজ ফিলম ক্রশিংনা CPB না কন্ট্রোল তৌবা জোনশিংদা চত্তুনা ইং কুমজা ১৯৭৮ দা নমখিবা 16mm গী দোকুমেন্টবি প্রোপেগন্দা ফিলম অমা যেংহনখি । মদুদা য়াম্না শিংথানিংঙাই ওইবা CPB গী লুচিংবা Thakin Ba Thein Tin না লাকপদা মীযাম্না হবাও তয়াম্না ওকপা লন্মীশিং অদুনা মখোযগী নোংমৈশিং ফজনা শেংদোক্তুনা লৈবা লাম্মীগী ফিজোল তুবা, ব্রাযাবলেস সেটতগী মেসেজ তৌবা কয়া উবা ফংখি । মীযাম মবক্তুদা নুপা অম চঙলক্লগা মীয়ামদুদা যাম্না নুংঙাইবা মীৎকুপ অমা খুদক্তা মীযামশিংদুনা উৎহনখি । যাম্না ক্রিটিকেল ওইবা মীৎযেং অমনা চিযাবমেন থুংলবা মফমদুদা লৈবা ব্রাগী য়ুম ৪ /৫ দি হঞ্জিন হঞ্জিন মাযকৈ হোংল হোংলগা নমখি । মদুনা কবি দোকুমেন্টনো হাযবা খঙবা ঙমখিদে । চিয়াবমেননা নুংশা মঙালদা খোযকম মোমোন তৌদুনা মীযাম মবক্তা লেপ্পদু উৎলকপদগী ক্রপশিংনা

*" Long live the communist party of Burma "*

*" Long live Chairman Thakin Bathein Tin !"*

*" Long live Marxism - Leninism Mao Zedong Thought !"*

# কোকাং অমসুং ব্রা চীংশাং

নোং ঙাল্লকপা ফাওবা লেপতনা নোংমৈ কাপনবগী মখোলদা নিন্দুনা লৈবি। ঐখোয়বু লমজিংবীগদবা অমদি ঙাকপী শেনবীগদবশিংদু ঙায়বা ওইনা কোফি থক্লুনা ঙাহাক ফমথবি । চাউ সিন অমসুং চাউ নিউ অনিদু য়েংবদা ইথক থকৎনা উই । Mangko দা চথখিবা নোংথক্কী লাল অদুম হায়না চথবক্কদ্রা অদুবু অব্রাংথংবা ব্যুবো হেদক্কাটবসগী অকোয়বদা মচিন অনি লোংবা অচৌবা মেছিনগন শিংদি এবোপ্লেন কাপ্পা য়ান্নবা শেমদুনা থমখ্রে ।

কোকাং অমসুং ব্রা চীংশাং লোমদা চৎকদৌবিবা খোংচৎ অদুগী লমজিংবদু কাচিন ষ্টেটতগী ছাত্র ওইবিবা San Mai নি । মহাক্কী ফিভম অসি য়েংবদা পুবা ইন্দিয়াননি মহাক্না কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্ম্মদা য়াওদুনা ছাত্র ওইনা থবক তৌবা হৌবকখি । ইংলিস ফজনা ঙাংবা ঙম্মী । Mong Ko দগী Xiao Yang কৌবা চাইনিজ নুপা মচা অমসু ঐখোযগী থোং থাক্লবা অমদি পোৎ চৈ পুবিবা সগোল, অমদি গধাশিংদু শেন্ননবা যাওবকখি । গধাশিংদুগী মথক্তা থাঙ্গৎলিবা পোৎলুমশিং অদু উবদা ঐঙোন্দা তশেংনমক ঙকপা ফাওখি । চাইনিজ ব্রান্দি, বিয়াব, মীবন্দা, বর্ম্মীজ চেরুট, নেস কেফি, বীসকুইট, নোদলস, চাইনিজ টিন মীট মখল কযা হাপচিল্লকখি । এসকোর্টতা যাওবক্লিবশিং অদুদি ব্রা লাম্মী ১২ বোমনি । মখোয় খুদিংমক্না মক থন্না থন্না হাপচিল্লবা মেগজিনশিংদুগা লোয়ননা বাইফল লোয়নমক পাযবি ।

চাউবাক্লা অযুক্কী পুং ১১ বোম তাবা অদুৱাইদা মফমদু থাদোক্লে, ইকুই কুইদনা ঐখোয়না চৎলিবদুগী নোংচুপলোম থংবা শকক্তা পোকখাযবগী অহৌবা মখোল অমা তাখি, লোযননা নোংথক্তা ঙংবগী মখোল অমা নুংশিংনা পুবকখি ।

সি- সিনবান্দা অমুক হন্না বোম থাদববা চার্ড নিউটনা য়াম্না হৈনিংদনা মখোং অদু থাংনিংবোই থাংনিংদবোই নোংথক্তা য়েংলগা চৎলি । ঐখোয়গী তুং ইন্নদুনা তপলি তপলি Mong Ko গী নোংপোক পাংনা লাকলম্বনি, অদুবু মাগী মতৌদু উবদা মঙোন্দা, কায়নবসি হাযদুনা খুৎ শোক্লবগা থাদোকলমখি। ঐখোযদি চৎতবা য়াদবনিনা মাংলোমদা খোং থাংজিনবা লেপতে ।

*"কবিমতা খল্লুগনু, নখোযদা কবিসু শোকলবোই । সালবিন তুবেলগী নোংপোকথংবা শরুক অসিদি ঐখোযগী খুবাম নুংদা লৈবনি।"* মতম পুন্নমক্তা নোক্লুনা লৈববসু, মাগী লাংতকনবা অদুদি কুপশিনবা ঙমদে ।

Mong Koদগী লাকপদা অনকপদা কাঙশিং কৌবা খুল অমা থেংনখি। খুল অদু চীংগী অব্রাংবা মফমদা কাখৎলগা লৈবনা কাপনবগী মখোল অদু ফজনা তাবি । অর্ম্মীগী অফবা খুসু খুৎলাই অমদি অবটিলবি অমসুং বোমশিং কাপ্লা লেপত্রি । মসিদা CPB না লেপতনা থেংনবিবা অদু ঐঙোন্দা ঙকপা ফাওখি ।

কাঙশিং খুল অদু যুম ১৬০ বোম লৈবা স্কুল শঙ কৈথেল লৈবা, চৎনবা যাবা মফমনি। San Mai না *ঐখোযবু মথোল অনি লোংবা য়ুম অমদা* পুশিল্লি। য়ুম অসি মতম অমদা কাচিনগী লৈঙাকপা অমগী ওইবম্মী । ইং ১৯৬৮ দা CPB না মফম অসি লৌশিনখিবদগী থাদোক্লুনা চৎস্ত্রে । য়ুম অসি CPB না টেক্সেসন ওফিস ওইনা শিজিন্নবি ।

চহি ২০ বোমগী লোন ওইগদবা, যেংবদা খিংখিং লাওবা, ব্লু জিন অমদি অর্ম্মীগী ফুবিৎ লিৎপা ব্রা ওফিসাব অনি ফমদুনা লৈবম্মী । ঐখোয় চংশিনখিবা অদুদা, তবাম্না ওকলদুনা কৌতাদা হানবা সোফ ড্রিকশিং লানশিল্লকই। খুঙ্গং অসি চাউখৎ থৌবাং সেনিটেসনগী থবকশিং টেক্সেসন ওফিসতগী কাবকপা বিভিনিউ অদুনা শিজিন্নে । অদুবু খুল অসিহায়ফেৎ ফজনা মোৎলি । খোংহামফম অমাংশঙ লৈতে, অমোৎ অকায ফৎত হাওদি হুন্দোকপশিং অদু অচৌবা অমুবা ওকশিংনা শেংদোক্লবা শিজিন্নে ।

ঐখোয়গী মাংদা তাবিবা খোংচৎ অসিদি চীনাগী ঙমখৈ পবিং লৈবিবা অদুগী চপ মান্ননা বর্ম্মাগী মায়কৈদা ওইবি । চপচাবা মফম অদুদি শম্বল খাদুনা লৈতে গার্দ পোষ্ট লৈতে । অদুবু কবম্বনা চিনাগীনো, কবম্বনা বর্ম্মগীনো হায়বদুদি ফজনা খংই । বর্ম্মবোম থংবা ঙমখৈগী পবিং অসি পোপী পাম্বীশিং ফজনা হৌবি। চীনাগী মায়কৈদনা চীং য়াপোমদা ফৌ ফজনা থাই। মসিনা লৈবাক অনিগী খেন্নবা তশেং তশেংনা পুক্লোকই ।

ঐখোয়বু পুবিবা এস্কোর্ট কমান্দৱ অদু সান মচানি। Sam Law ২৫ কৌই। মহাক চাইনিজ, কাচিন, পালাঙ, বর্মীজ অমদি ময়া লোল সান নিংথিনা ঙাংঙি অমদি খংই। শক চু চৎনবা য়ানা ফজে। মাগী মখা থাবা লাম্মীশিং অদু ফজ্জ ফজনা লোয়নবা ঙম্মী।

চীংলোন অমা লাম্ভোয়রক্লবা তুংদা লাক্লিবা মফম অদু অঙম্বা উ- ৱা অৱাংবা লেপমুক ৱাংবা *'কোগোন'* নাপী অমদি পোপীনা কুংনা হৌবা মফমনি। মফম অসিগী মীওইশিং অসি চাইনিজ, কাচিন অমদি পলাঙ কংলুপশিং য়ানশিন্নদুনা তাই। লোয়ননা অমগা অমগা তাবা খুল অমা য়ৌবদা ঐখোয় ঙাইহাক পোত্থাখি। Xiao Yang 'খাও সোই' গা 'মা লিং' গা থোংবা (চৌ চৌগা, চাইনিজ টিন মীট) অদু অয়ুক্কী চাকলেন ওইনা চাখি। খংহৌদে বোম পোকখায়বগী অহৌবা মখোল তাখি।

*"মখোলসি যাম্না নকই"* Sam Mai দা হায়খি।

*"মসি Mong Ko ওইবমগনি?"*

*"Mong Ko মফম অসিদগী কিলোমিটৱ ২৫ বোমদমক লাপ্পী। শোযদনা ওইবমগনি। চীংদা বোম পোকখাযবা অসি নাক যেত্তা লৈবিবা চীংদোংশিং অদু এমপ্লি ফাইদ তৌদুনা হৌনা অমদি নক্রা তাহল্লি শি- শিনৱান্দা লাল লেপ্পুনা চত্থবি।"*

চপ চাবা মফমদু কদায়দনো হায়বা খংদ্রবসু মথৱাইদু নুংঙাইতবা মাল্লি, ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদ্রে। ৱা লাম্মীশিং অদুদি লেপ্পুবা নোংমৈ মখোল অমদি বোম পোকখাযবগী মখোলদুদা হুবাওবগী মওংদা লৈ। মখোয় মশেল মবক্তা ফাগী তৌন্দুনা নোক খেদুনা, লৈবিবা অচাপোৎশিংদু য়াম্না লামনা চাশিল্লি। মখোয়শিং অদু লাম্মীগী মওংদা লালশোক্লবা অদুদা নুংঙাইবিব্রা খংদে। থা ১১ বোমগী মমাংদা নাগাশিংগা থেংনখিবদুদা খিগ্রবনি। অদুবু মখোযদদি খবা শেংনা তৌবা মাল্লি।

লাম্মীশিং অদু, চাইনিজ অর্মীগী খোংগ্রাও (বেগী) দুগী মথক্তা সউনগী পেতি। টুপীদা অঙাংবা থৱানমীচাক থেৎপশিংদু উপলি। মখোয়গী ফুবিৎশিং অদুদি সিফাইগী খবা মীচমনা লিৎকদবা খবা লিৎলী। অমখক্তি *"লিভৱ পুল ৩৩"* থাবা স্পোর্টকী টি সার্ট লিৎলি। মখোয় অয়াম্বনা ময়াদু সনাগী তোপশিনবনা খিগৎলকপা মতমদা লংত্রিক লংই। মদুনা মখোয়দা অকে অমৌগী মওং অমনি হায়না খঞ্জে। পাঙসাই অমসুং Mong Ko দা য়াশেম্বা খবা




থেংনবকখিবদু মশাগী ময়া অদুদা সনা তোপশিন্নবা নত্রগা, হান্ন লৈবম্বদু তেকখ্রগা সনাগী য়ানা মহুৎশিন্নবা কয়া শেম্না থেংনখি ।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী শাংলবা খোংচৎ অমনা Salween তুবেলগী তোববাল তাননা পুবকখি । তুবেল অসিদগী কোকাওগী ঙমখৈ হৌখ্রে । চীংগী হায়থখ্রিবা অওম্বা অদুগী শকক্তগী Salween তুবেলগী মপান লৈখ্রে । Salween তুবেলদগী সান ষ্টেটকী খা থংবা শকক অদু তুবৎ থৎখি । চীং অনিগী মবক্তা লৈবা অমদি ঈচেল কনবা এসিয়াগী তুবেলশিংগী মনুংদা Salween তুবেলসু অমনি । তুবেল অসি লাম্ব্রোকপা হায়বসি অচৌবা খুদোংথিনিংঙাই ওইবি। তোবর্বান অদু য়ৌবগা, লাম্ব্রোক লানশিন তৌনবা শেমদুনা লৈবিবা মায়কৈবোমদা চংশিনখি ।

ঈচেল অসি মখোল থোক্লা, চেম্বুবি । ইচম চম্লা লাম্ব্রোকপা হায়বদুমদি ওইথোক্তে । ঐখোয়দা পোৎলুম পুবিবা শাশিংসু য়াওবি । ঈচেল কল্লবা তুবেল অসি, সান ষ্টেট অমদি কোকাং অসি ফাওননবা হান্নদগী শেমদুনা লৈববা মফম অমা লৈবি। তুবেলগী তোবর্বান অসিমক্তদা হৌবিবা উজাওদা মীগী খুদাংমুক চাউবা ষ্টিলগী য়োৎলিনা পুন্দুনা উনা শাবা পোং অমা থমদুনা তোবর্বান অমদগী অমদা লাম্ব্রোক্লবা শেমলি । অমুক্তদা পুল্লপ লানবা য়াদবনা, পোৎলুম পুবা শাগা ৱা লাম্নী খবগা, মথং মথং লাম্ব্রোকনবি ।

কোকাং লোম থংবা তোবর্বান অদু য়ৌবগা পোৎলুম পুবিবা গধা অদু তুবেলগী তোবর্বান্দা চোংখৎলে তৌবদা তুম্লেলদা তাশিনখি । ঈচেল

অদুনা চেম্থিবদা মগুক্তা পুম্লিবা থৌবি অদুনা লাকহংখি। গধা শেন্নবিবা বা লাম্মী অদুনা তোবর্বান লোমদা চেনখংখিদুনা শা অদু মপাদা পুশিন্নবা, চীংখংনবা লাকনখি চীংখংপা য়াদবদগী লাম্মী অদুনা ঈশিংদা চোংথদুনা ঈশিংদগী ময়াম চংদুনা চিংখংখি ।

তুবেল অসি লাম্থোক্রবা হোংনবদা চাউবাক্লা পুং অমাবোমদি চংখি । Salween লাম্থোবকপাগীদি অবাবা পোখাখি ।

নুংমিদাং বাইবমগী মশেক মগুাল অদুগা লোয়ননা Salween তোবর্বান দগী হায়গংলক্লিবা অগুম্বা অদু তপনা তপনা কাখংলকখি । নুমীদাং বাইবমগী লুম্বু লুম্বু শাবা নুংশাগী মৈশা অইংবা নুংশিং- নুমিংনা লৈথবকপা মতম ওইবনা Salween তুবেলসু লুপা মহি শৌদোবকপগী তগুপ তবেংবা মতৌদা লৈপ্লে। বা লাম্মীশিং অদুদি মবেংবান্দা বাইফলশিং অদু থাংগৎলগা অগুম্বা শকক অদু কাখংলখি ।

অগুম্বা অদু কাখংলকপগা লোয়ননা নুমিৎসু তাশিনখি । ঐনা মমাংঙৈদা ইউ এস নাবকোটিক্স ওফিসিয়েলগা বেক্কোক্তা উন্নখিবদু নিংশিংলকখি। মহাক্না হায়বকখিবদু *বর্ম্মাদগী পুথোকপা দ্রগশিং অসি Salween তুবেনগী মবিন্দা পোং তোংলগা ষ্টৈনাসেবিন মপান্দা মলেসিয়া অমসুং শিঙ্গাপুর বোমদা পুথোবকই ।*

অদুবু তুবেল অসিদা পোং পুথোক পুশিন তৌবা হায়বসি খুদোংথীনিংঙাই অমনি, মানা হায়বদু তুবেল অসিগী ফিভম উবগা ওইথোক্কনি থাজদে । ওপিযম কাববাব তৌবশিংগী অমতা ঙায়ববা মায পাক্লবগী লম্বীদি সালবীন তুবেল লানবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবা থবক অমনি । য়ামদ্রবদা তুবেল মবীন অসিগী মথকলোমদা কিলোমিটর ১৫০ বোমদি অন্দমান সমুদ্রদা হাইগৎনা তাবি । নত্রগনা গর্ভনমেন্টনা কন্ট্রোল তৌদনা লৈবিবা মসিগী তোবর্বান্দা চৎপা নত্তনা অতৈ লম্বী লৈতে ।

অদুদগীদি ওফিসিয়েল অদুনা ঐঙোন্দা বাহং পাওহং চথবকই :-

*"ঈকং থাগী মতমদদি কমদৌবগে ? মদুনা থবক পাওথোকপদা হেন্না লাযদ্রা ?"*

*"মদুনা অমুক্তা হেন্না খুদোং থীনিংঙাইনি। লৈমায়দা য়ুংখত্তুনা লৈবিবা অথৌবা নুং অকাযবশিংগী খুদোং থীবশিংদু নহাক শোযদনা থেংনবা তাই ।"*

*"তুবেল মপানশিংসিগী মতাংদদি কমদৌবগে ? শোযদনমক্টী হবান*


সালৱীন তুবেন লাম্বোক্তবা হোৎনবা

*পোৎয়োন তৌবশিংনা তুবেল তোবর্বনশিং অসিদা দ্রগ থাদোক থাজিন শোযদনা তৌবমগনি ।"*

হীবম অসিদা চপ চাবা পাউখুম পীনিংদ্রদুনা ঐনা নাথৈবগা খুশ্মী - *"চীংদা হৈনবা শা- ষণদদি বিমোট কন্ট্রোলগী মত্তেংনা শীজিন্নবা ঙঙ্গসু মযাই । বোক ক্লাইম্বিং বেকোর্দ লৈত্রিবা কনাগুম্বা অমনা থবক অদু তৌবা ঙম্বগী মতীক লৈতে। সালৱীন তোবর্বানগী লমশাং চৎনবা হোৎনকুবা হাযবসি অবেম্বনি।"*

এবিয়া অসিগী অকোযবদা নাবকোটিক থিংনবগী থবক লৌখৎলকপদা মফম অসিগী খঙজদবশিংনা অয়েৎপা পীবি। ফোবেন ওফিসিয়েলশিংনা বেঙ্কোক অমসুং বেঙ্গুন্দা লৈবা এয়াব কন্দিসনগী ওফিসশিংদা ফমদুনা নিংঙাইদনা লৈথোক্লি । নত্রগা মফম অদুদা ওইবিবা ফিভমশিং যেংদুনা লৈবি। মখোয়গী ঈ- পাউ হায়ববু মখোয়গী মবৈবাক্কী ওফিসিয়েলশিংগা মখোঙ খঙদনা ফাওনবা অদুনি। মসিদি মশাগী মখোঙদা মশাগী শীংজংনা য়ানশিঞ্জবনি। মখোয়না দ্রগকী লাল অসিদা মফম অদুগী ইনফোর্মবশিংদগী পাউ লৌবগী থবক অসুক্কী মতীক শোল্লি । লোয়ননা হীবম অসিদা দোল্লব কয়ামুক সপ্লাই তৌশিল্লকপগী চিংনবা লৈবিবসিদা ফোবেনবশিংনা ক্রোশ চেকিং তৌবগী ব্রাফম শুংলৈ লৈতে । নোংদম নাইদবা থৌঙং অসিনা মমৈদদি পুল্লপ

মাঙমিন্নবগী ফিভমদা লাক্লি। মসিগী মহৈনা খা থংবা এশিয়া, অষ্ট্রেলিয়া অমসুং ইউনাইটেদ ষ্টেটসতা হৌজিক হেবোইনগী ঈচাও খোক্লি ।

ঐগী শক্তি হন্থবকপগুম তৌবে । ঐগী হৈনিংবা পূম্বা খাঙঙমদবা অমা ফাওবকই । তৌইগুম্বসুং ঐ অবাপ্পদগী তাবিবা অচৌবা নোংমৈগী খোঞ্জেল ঙংবা লাউবা অদুনা মঙ হাগুম অনিকপা ফাওহল্লি ।

*"সুম চৎপা তাবনি "* ঐনা সাম মাইদা হায়খি । *"হোয, অদুম ওইনমক ঐখোয মফম অসি শাফবদি ওইগনি । কবিগুম্বা মখোযনা Mong Ko নত্রগা Hpaungh Saing দা থুংগে হাযবগী রাফম লৈববদি মখোযনা কৈদৌউঁদসু সালৱীন লাম্লগা লাকপা ঙম্লোই । ঐখোযগীসু অফম্বা মখলগী নোংমৈ অচৌবা যাওবি ।"*

ঐখোয় পুং খবগা অমুক মখা চথবম্মী । মমৈথংদদি চৎপগী লোইবা নাইদবা মবৈ মবৈ তাশিন্দুনা লৈবগুম্বা অমা তৌবম্মী । খব চৎলগদি নোংপোক থংবা ফিজিনগী চীংলক অমদা থুংলুবে । চীংশাং অকোযবদু হৌজিক ফাওবা অথেঙবা থাবলগী মমি তাবল্লি। চীংমায খবদনা মৈঙালগী কুফেৎ কাফেৎ তৌবা মঙাল ফাওবক্লি । কবিগুম্বা মফম খবদনা হুইনা খোংবগী খোঞ্জেল তাবি।

নুমিৎ অদুগী অবোযবা থুংফম অদু যৌদ্রিফাওবা হাযবদি Pangkhushan, কোকাংশিংনা হান্না খুন্দাবম্বা সালৱীন হিবানফম অদু যৌদ্রিফাওবা ঐখোয় পোখাবা তৌবমদে । ঐখোযনা নূং ঙাক্তো ঙাযবা যুম অনী কাবক্কী লম্বেল অদু যৌবকপমক্তদা হুই মপৈ অমনা ঐখোয তম্না ঙাওনা ফৈনা চেনশিল্লক্লম্মী। হুইশিংদু তম্না নুংনা থাবম্মী । নুংনা পাল্লবা হুইশিংদু যাম্না শাউনা খোংলম্লগা চেনখিবম্মী । যুম কযা লাম্থোক্লুনা লাক্লে । মফম অদুদা লৈবল্লিবশিংদু জাৎ অনী তিন্নবগা পোকপা ফজদবা লীচৎ চৎপা কাঙবুনা নম্না লৈবগুম তৌই ।

অৱাং থংবা বর্ম্মাদা লৈবিবা ঐনা উবকপা তোঙান তোঙানবা চিনাগী খুঙ্গংশিং শম্না হাযববদা Pangkhushan শিংগী যুমশিংগা হাইবপ মান্ননা শাই। তৌইগুম্বশুং খম থেংনা লাযববগী মতৌ অদুদি উবা ফংই । খুঙ্গং অদুদা লৈবিবশিং অদুক হাক্লা শাফবা ফিভম ওইদে । অমুবা ওকশিং অদুনা খোং লাউবদুনা লৈখোম লৈনাং মবক্তা লৈওন্দুনা শান্নবি ।

Sam Mai না লমজিংদুনা লাক্লিবা অহানবা হোজং অদুমক্তদা শগোল অমদি ঈবোইশিংনা অপনবা পীনবা হোৎনবকই । ঐনা ওক্লিবদি মীওইবা অমনা লৈনবিবা য়ুমশিং অদুগী মতাংদনি । চহী কয়ামুক শুরক্লদগে হায়বা খওদবা চাইনীজ লৌমী, হিগোক মচুগী কিজোল শেংপা নুপা মরীখক অপিকপা উগী কাল অমমম্দা ফন্নদুনা য়োংশবী অমদা মুশিন মুবা কেটলি অমা থাজংলগা মৈ তিক্কুনা লৈরম্বদু হেক থেংনরে । মখোয়শিংদু মখুত্তা চিনাগী তেঙ্গোৎ অমমম্ পায়বদুনা তুমিন তুমিন ফম্নবম্মী । ঐখোয়না হেক চওখিবা অদুদা অব্রাবগী মায়খোঙ উংপা তৌদনা হাইফেং য়েংখৎলকই ।

ঐনা খওবদা Sam Mai না বর্ম্মীজ লোন্দা কবিগুম্না খবদি হায়খ্রে। মানা হায়বিবদু ঐনা সুম ব্রাখল তৌবদা সুমাইনা হায়বমগদৌ মাল্লি *"হেল্লো নুংশিববা অহনশিং, নখোয় ময়াম্বু উন্নগে হায়দুনা মফমসিদা লাকপনি ।"* খব অহন ওইবা অমনা চওক্লনা য়েংখৎলকই । মখোয় পূম্নমক বর্ম্মীজ লোল অমতসু খওদবা মাল্লি । Sam Mai ঐখোয়বু কনবীবা ওম্বা চাইনীজ লোল খওবা ঐখোয়বু লমজীংবীবা মীশক্লি । মহাক্কী হৈনবী অথোংপা লোন্দাদা অহন অদুবু মাগী শেংফাত্তবা লোল অদুনা ভাব তাহল্লে । হৌজিক্তি ঈ- পাউ পূম্বা ফাওদোক্লবে।

*"মহাক্লা হায়বিবসি, মফমসি খুল্লাকপগী য়ুম্নি অসিনি । ঐখোয মফমসিদা ওসি অহিং পনবা তাবে । ঐখোযনা হযেং চংকদৌবিবা Chaulucha1 গী খোঙচং অসি মখোযনা লমজিংবীগনি । মফম অদুদগী Kokang হেদ কার্টব য়ৌবা ফাওবসি নুমিৎ হুম্নিগী খোঙচংনি ।"*

মতাং অসি য়ৌববসিদদি ঐখোয়না পূনবক্লিবা পোৎলুমশিং থাংথন্দুনা ইশা ব্রাই শংদোক্লবে । X1ao Yang না ঐগী তৃম্ফম্নি হায়দুনা কাচিন অমদা লৈবা উগী ফানশাং অমদা শেম শাবীবে । শা- ষণ ওক্লচিংবগী খোং লাউবদু তাদনবা ঐখোয়না Mong Ko দগী পুবকপা চাইনীজ বিয়বদু থকচিল্লগা অহিংদুমা ফজনা তুম্নবা থৌবাং তৌবে । ঐনা বোটলদু ময়াম থুংনবা লাল্লি। মৈনাক্তা কোয়না ফমদুনা লৈবল্লিবশিংদু মখোয়গী চাদু থকপা লোইশিন্নখ্রে। হাওলবা তেঙ্গোৎশিংদুদা ব্রান্দিদু থন্না থন্না হৈজিনবীরে । মখোয়শিংদু অঙাংব মহীদুদা মুন্না য়েংই । মনম শুৎ- শুৎ নন্নগা খজিক খজিক থকপা হৌখি । Sam Mai ঐঙোন্দা হাইফেং য়েংলগা নোক্লকই ।

*"মখোয়শিংসি চেঙ নত্রগা মনা মশীংদগী শুংবা য়ুদমক থকপা কাওবুনি । মসিমদি মখোযদা ওহ্মোক্লা নৌনা থোক্লল্লনি ।"*




অঙাংব মহীদু হেক থক্লুবদগী নুপা অমনা মনাতোন্দা পংনোয়দা নোয়বা হৌবকই । অতোপ্পা অমনা মমায়দু শুক্তোবকই। মখোয়গী মবক্তগী অমখক্তংদি মঙক্রু নোম্লকই । মহাক্কী মওংদু হীদাক্তুগী মথৌ মঙম ফজনা পাংথোবকইদা হাইনা খনবা মাল্লি ।

ব্রান্দি অদুগী মহাও ফজনা খঙলবা মখোয়গী মবক্তগী অমনা চীংলোন লান্না কাপ্পবগী মখোল তাবিবা অদুগী মতাংদা ঐখোয়দা হংলকই। Sam Law অমদি Sam Mai না বিএক্সনবি ওইববা সবকাবগী লাম্মীশিংগী ময়োক্তা চত্থবিবা লানফম অদুগী মতাংদা মচা খায়না ব্রাবী লীবন্মী । মখোয়গী ব্রাখলদা লৈবিবা চনৈনবা ময়ামদু নীংবা কায়হন্দনা য়োংলম নাইনা তৌথায়বা তাবি । ঙাইহাক বাজনিতিগী ওইবা ব্রাবী শানববা মতুংদা টেপ বেকোর্দবদু পুথোক্লন্মী । ঙাইহাক্কী মতুংদদি কাদু নোংমৈ কাপ্পবগী মোটাব বোম্ব পোকথায়বগী মখোলনা পূম্লিল নিল্লন্মী । মদু তাবদা ময়ামদু পিশুম শুকতোক্লদুনা হৈনীংদবা মতৌ উংলকই ।




তুমদ্রিঙৈ মমাঙদা ঐগী দাইবিদু পুথোক্লগা কোবোসিন থাউমৈগী মৈঙালদা কবিগুম্বা খবা ইশিন্নবা হোৎনবি ।

*"নভেম্বর ২২, ১৯৮৬ নোংমাইজিং নুমিৎ অসিদা Kokang দা থুংলে। মফম অসিদা খুন্দাবিবসি চাইনীজনা অযাম্বা ওইনা তৌই । মফম অসিদা লৈবিবশিংসি শা- মণ, ইবোই, ওক অমদি হুইশিংগা তুম্মীন চামিন্নদুনা লৈবগী মওং ওইনা উই । লৈবিবা প্রজাশিং চাক্কী মহুত্তা থুমদা শদুম পুমহন্দনা লীবগা চায । মখোযগী হৌবিবা মনা মশীং হাযববু মাইবেল, হঙ্গাম, মোবোক অসিনাচিংবা খবসিদনি । দিকেদ অসিগী মনুংদা কোকাংদা লাকপা নোংচুপকী মী হাযববু ঐ ইতোমতনি । অঙকপা পোক্তবা যাই - কনানবু শগোল শঙদা তুম্বা পামগদগে ?"*

Pangkhushan দগী ঐখোয় লৈহাও চেন্দ্রবা উ- ৱা নিংথীজনা হৌদ্রবা চীংশাং পবেংদুগী দৃশ্যশিং যেংবগা লোয়ননা চীং অনীগী কাবক্তা চেল্লিবা তুবেল অদুদা কুন্নগা লাক্লম্মী । খুলদু পিকই । য়ামদ্রবদা য়ুম ১০ /২০ মুক্তংনা খুলিংবনি । চীংমায় অদু লাম্ফোক্লগা পোপিগী লৌবুক লৈম্রি । পোপি পাম্বীশিং অদু মপুং ফজনা ফাবে । মথংগী থা নত্রগা মদুদগী খব চোম্ববগা

মপান শোয়দনা শাবগনি । ঐনা মতমদুদা মবক ফাওবগা লাক্তবগীদমক নুংঙাইতবা পোক্লম্মী । অদুম ওইনমক মী হাৎপা পাম্বী, অঙৌবা, অঙাংবা অমসুং মক্সা মচুগী পোপিশিংনা মকা লাম্না ফুগাইনা শাৎলি ।

নুমিৎ অদুগী থুংফমদু Chauluchai গী খুঙ্গং অমদনি । চাইনীজ ষ্টাইলদা লৈখোম অমদি চেক্লা শাবা অচৌবা য়ুম অমদা ঐখোয় পোখাবম্মী ।

ঐনা শাখিনা ঙকপা হায়ববু খুঙ্গংগী মপান থংবদা লৈবা অপিকপা পুম্ব্রি অমদা অকবা অফবা ইফুৎকী ঈশিং লৈবম্বদুনি । ঐ মদুদা ফজনা ইরুজখোক্লে । চাইনীজ চৎনবীদা ধর্ম্মগী ওইনা খুৎশা শেংদোকপগী থবক অসি অপিকপা টাব্রেল অমনা অশাবা ঈশিংদা লুপ্লগা মায় অমদি শেগ্রাক তৈথোকপনি । ঐদি মাঙজৌননা মসিগী টাব্রেল মচাশিংসি খোমজিন্দুনা থম্লবনি। মখোয় পুম্নমক অদু চাইনীজ কবেক্তবদা মান্ননবা ইংলিস ময়েক্তা Good Morning হায়বা মেসেজ অদু থাজিল্লম্মী ।

অকক্লনা কবিগুম্বা অহিংদু ঈংলবা নত্রগা নুংথিলগী অশাংবা খোংচৎ অমসুং উফুল ব্রাইফুল তৈবম্বা থোক্লবদি মসিগী শেংদোক চামথোকপগী মেথদ অসিনা হকচাং তেকখৎহল্লি হাযবসি য়াদবা ঙমদে । তৌইগুম্বসুং ইফুৎকী ঈশিংদুনা শাথীনা ঈংলফাওবদসু ঐনা লোংগি অমা শেৎলগা নাকন্দা খুনীং কাঙদুনা ইথক্তা চাইথবম্মী । মসিগী নুংঙাইববা কুম্মে অসি খুল অদুগী অঙাংশিংনা শকখঙদবা ঙৌশ্রোক ঙৌবা অব্রাংবসি মশা মতোমতা অব্রাবা পীজবে হাযদুনা মখোয মশেল নুংঙাইনা য়েংমিন্নবি ।

Chouluchai না পিক্তকপা নুংঙাইবগী লম্বী অমা পী হাযবসিমদি ঙক্লিংঙাই ওইদ্রে । খুঞ্জাশিংগী থাঙ্গেশেংনমক অমতা ঙায়ববা পুক্লিংচিংশিননিংঙাই ওইবদি ঐখোয়না লৈবিবা য়ুমদুগী লমপাক্তা শঙ শাদুনা থম্লিবা মচা লৌননবা গধাশিং অদুনি । চীংশাং অদুগী অব্রাং থংববোমদা শগোলশিং অমদি খচব ময়াম অমা লৈখ্রি । ঐ Sam Mai গা লোযননা শাশিংদু য়েংনবগীদমক সেদ অদুদা কুমথবম্মী । শাশিংদু মঙক্তা থৌবী লিশাং অমমম্লা পুল্লদুনা খাজিল্লিবা মফমদুদা লৈবি । মখোয়না ঐখোযবু উবদা লোংখুমদুনা লৈমাযদা কিৎ কিৎ নেৎলদুনা পোখাফম খঙদনা খোংলি ।

*"অফবা কববাবনি"* Sam Mai না কংনোক অমা নোক্লদুনা হায়বকই চাইনীজ ললোনবশিংনা মখোয়গী শগোল অমোমশিংসি লিংথীনা সেবা তৌবীনবা মপুশিংদা মমল পীবিবনি । Kokang দা লৈবা লল্লোনবশিংনা শগোলদগী খচবনা হেন্না পাম্লে । চীংদদি মখোয়না মশা কনবা হেল্লি ।

মফম অল্লাইগী মমিং লৈববা অনৌবা শা মণগী পোত্থোকশিং য়েংশিল্লবা মতুংদা ঐথোয় য়ুম অদুদা অমুক হল্লরক্লে । Sam Mai অমসুং Xiang Yang মথোয় অনীনা লৈমায়দা থাৱগা তুল্লে অদুগা ঐবুনা অত্তিথীনি হায়দুনা তিন- কাঙ চিক্কনবা কম্পোব য়াওবা উগী কাংথোল অমা পীবীরে ।

মথং নুমিৎকী খোঙচৎ অদু খন্ননিংঙাই ওইনা শাংবা অমসুং কল্লা হোংনবগী তঙাইফদবা লৈবি । ঐথোয় মথং নোং হেক ঙানবগা মফম অদু থাদোক্লল্লগা অৱাংবা নাপী মবক ফাওদুনা খোঙচৎ মখা চত্থবক্লে। লম্বীদা ঐথোয়না লল্লোনবা কাঙবু খবখক থেংনবকই । মথোয়না খচবশিং পোৎ পুনবা মণ লাবশিংনা মনা- মশীং, থুমহিদা পুমহন্দনবা তিংথোক্লবা শদুম পুবি। শিজিন্নদবা য়াদ্রবা পোৎচৈশিং অমসুং টোর্চ লাইট, বেটবিনচিংবা কয়া চিনাদগী পুবক্লি। ঐথোয় য়েংবদা মথোঙ হুক্লবা অতেক অকাযগী য়ুম্মা নম্মা লৈবা খুল অদু লাপ্লোবক্লে । Tuggangho য়ৌবে । মফম অসি থাক থাক নাইবা ঙমথবা অমসুং ৱাগী পিত্তকপা উমং অমনি মফম অসিদা ঐথোয় চা থক্লগা ঙাইহাক পোথানবা ৱাবেপ্লবে। মফম অসি পোত্থানবগীদমক্তি য়াম্মা নুংঙাইববা মফম অমনি । ঐথোয়গী খচবশিংদু থল্লগা ঐথোয় পুম্নমক মৈনাক্তা ইকোয় কোযনা ফমথনবে । মফম অসিদা ফংবা হীদাক মনাদু পাইগুা হাপ্লগা থকপা নুপা অমা লৈবস্বদু হেক থেংনৈ । মহাক্কী খদাংদু কোই পাতক্লা হৌই অমসুং মাগী মশুপ মশুপ্লবা মায়থোঙ অদু হাইবপ মকা লাম্মা ঐবু উবদা নোক্লকই। ঐ মৈনাক্তা লৈরিবা নেমতক তৌবা ফাল অদুদা ফমথবে। মহাক্লা Sam Law দা চাইনিজ লোন্না কবিগুম্বা খব হায়খি ।

*"মহাক্লা হাযবি, নঙগা শকমান্নবা মী মমাঙদা কয়াবক উত্রে, নহাক বৃটিশ ওইবমগনি সিনি ।"*

ঐ চুমথোক্লে খল্লুদ্রে, পুক্লিং চঙনা তানবা হোংনবি ।

*"লাল মমাঙদা অনিশুবা লাঞ্জওগী খচব থৌবা পান্নবা ওইনা বৃটিশ আর্মিদা থবক তৌবন্মী । ঐনা মথোযগী চান- থক্লবা সপ্লাইগী পোৎলমশিং Myit Kyina দগী Fort Harrison তান্না হেক হেক পুৱন্মী ।"*

Fort Harrison হায়বসি কাচিন ষ্টেটকী সেদোনগা মায়োক্লানা লৈবা ফ্রন্টিয়ব আউটপোষ্ট অমা ওইবন্মী । মসিল্লা লাল মমাঙগী অমখক্তা ঙায়ববা খচবগী লম্বীদু ওইবন্মী ।

অহন ওইৱবা নুপা অমগা লোয়ননা খুন অদু নুমিৎ য়ুংলল্লা মতুংদা থাদোক্লল্লে। পাকচাওববা অশাবা লমগী নাপি হৌবা লম্পাং ফাওদুনা




কুমথবক্রে। ঐখোয়না খুঙ্গংশিং ফাওদুনা লাকপদা শঞ্জাবুংগী মতাইদা হামেং শঙ্গু শঙ্গু শজিক চাদুনা লৈবিবদু উবা ফংই ।

যাচংলকপাগা লোয়ননা ঐখোয লুংতাংচাইদা থুংলবে । ঐনা কোকাংদা উবকপা খুলশিংগী মনুংদা মসিনা খ্বাইদগী চাউবা খুলনি। মফম অসি কুইনা খুনদা লৈতাবকপগী মমি তাবি । খেন্নবা হায়ববু মতমদুদনা কুমিন্তাং জামিদাবশিংনা লৈঙাক্লম্মী অদুগা হৌজিক্লা বর্ম্মিজ কম্যুনিসনা লৈঙাকপগী থবক তৌবি ।

ৱাউথাংনবা উৎমচুগী চেক অমদি লৈবাক্লা শাবা য়ুমশিং অদুগী মনুংদা হাংদোক্লুনা লৈবা কা অমদা য়েংশিল্লুবদা মচু শিথববা স্লোবমেন মাওগী শক্তম অমা ফক্লাংদা য়েক্লিবদু উবা ফংই । লমদম অদুগী চাইনিজ লৌমীশিং, অচৌ অশাংগী ওইবা ফিজোলশিং হিগোক নত্রগা অশংবা ফুবিৎশিং অমসুং কম্যুনিষ্ট কৈদাগী তুপিশিং য়ান- য়ান্দুনা লৈবি । মসিদসু নত্তনা খুদোন শেগায়ববা লাম্মীগী খোঙউপশিংসু লৈবা উই । মফমসিদা লায়ববগী মতৌ কয়া উকবগা থম্মোয়দা নুংঙাইতবা অমা পোক্লকই ।

Sam Mai না লোকেল Peasants Union গী ওফিস য়ৌগদবা লম্বী হংলম্মী খোঙশেকপা অহলদুনা উমশাইনবদুনা কোকাং লোন্দা কবিগুম্বা খব হায়বকই । মদু Sam Law খক্তনি খঙলিবা । মহাক্লা গেট অদু হাংদোকলম্মী অমসং ঐখোয়না লৈগদবা কা অদু উৎলম্মী । মৈ য়াওদ্রবা ফুঙ্গা অদুদা ঈশিং

খকং অমা লৈরি । অতৈ অচৌবা কাশিংদু ইহাঙ হাঙই । মফম অসিদা থোইদোকপা থবক্কী লমদা শীল লাঙবগী মমি তাবা উদে । কেবানি লৈতে ওফিসকী ফাইল লৈতে, টেবল চৌক্রিন্নচিংবা অমতা লৈতে । ভুট মকোল মাল্লবা য়ুম অদুদা করিগুম্বা ফর্নিচব অমতা লৈতে । ঐখোয় কা অমগী অইংবা নুংগী লৈমায় অদুদা কেম্প তৌবা তাবি ।

*"মসিগী য়ুমসি ওম্বোক্রা চাউস্লে । মসিবু চহি কয়া শুববা য়ুম্লো ?"* ঐনা অহাঙবা কাশিং অমদি সিলিংদা হাপ্পিবা উজাওশিংদু কোয়না য়েংলুবগা Sam Mai দা হংই । য়ুম অসি মফম অসিগী উমংশিং কোক্লিভৈগী মমাঙদা শাবা শোয়দনা ওইবমগনি ।

*"লিববেসন মমাঙগী এদমিনিস্ট্রেটিভ বিলদিংনি । মফম অসিদা প্রাইমারি স্কুলসু ওইবম্মী।"*

*"লিববেসন মতুংদদি "*

*"স্কুল লৈখিদ্রে ।"*

Lungtangchaiদগী ঙমথবা লমদম অদোমদা ঐখোয় খোঙশানবা হৌবক্লে। ঐখোয়গী মায়োক্লবিবা মফমদু হেক লাম্থোকপগা কাববাব ব্রালাশিংনা খচব অমদি ষণ লাবশিংদা মপোৎ থন্না থন্না হাপ্লগা পুবকপদু থেংনৈ । শাশিংদুগী মঙক্তা শিবিবা শবিকশিংদুগী মখোলদু লুম্না তাবি ।

পোপিগী লৌবুকশিং খব খব অহোংবা নাইববকপনা হৌজিক্তি ফৌ থাববোমদা মায় ওনশিল্লক্লি। নোংচুপকী মীওইশিংনা অবানবা ব্রাখল অমা খল্লি মদুদি মফম অসিগী লৌমীশিংনা শেন্দোং হেন্না তান্নবগীদমক পোপি থাবদা পুক্লিং থৌগৎলি । মসিমক্তি অবানবা ব্রাফম্লি । অতৈ অতোপ্পা মহৈ মবোংগীদমক অব্রাং থংবা থাইলেন্দদা ফোবেন স্পেশ্যালব স্কিম কয়া অমসু হেন্না ফবা মওংদা পায়খৎলক্লি । অদুম ওইনমক লৌমী খবদি পোপি থাবদা পুক্লিং অদুমক চঙনবি।

গোলদন ত্রাইঙ্গল খক্তদদি পোপি থাবগী থবক্তগী কা হেন্না শেন্দোং তানবা ঙম্লি । কাববাব ব্রালাশিং সবকাবগী ওফিসিয়েলশিং অমসুং থাইলেন্দ অমদি বর্ম্মাগী মিলিটবি পার্সোনেলশিংনা মসিদগী শেঞ্জা থুমজা মবাং কায়না ফংনবি। মসিদগী লাকপা অচৌবা শেন্দোংশিং মবাল শীবা তৌদনা ইন্টারনেসনেল নাবকোটিক্কী অচৌ অশাংশিংনা বেঙ্কোক হোংকোং অমদি সিঙ্গাপুবদা লৈবা এয়াব কন্দিসনগী ওফিসশিংদা নুংঙাইনা ফমদুনা খোমগৎলগা নুংঙাইখোক্তুনা লৈবি । মসিগী মথী মকুমগী অব্রা অনানা কোকাংদা লৈবা

লৌমীশিংনা পুবি। লৌমীশিংনা লায়ববগী পনখে য়োবফাওবা পৃথিবীগী মীয়াম্না নাথেদুনা লৈনবি। ড্রগ ইনফোর্সমেন্ট এজেন্সিশিংনা মখোয়গী মায়োক্তা কবিসু তৌবা ঙমদ্রি ।

কিহন খংহনবনা মরম ওইদুনা লাইবিক লাইশু হৈজ্জদবা খুঙ্গংগী লৌমীশিংনা মখোয়গী অশেংবা রাবী শীংবুন লীথোক তমথোকপা ঙমদনা লৈনবি । লোকেল অমসুং নোংচুপলোমগী নাবকোটিক্কী লৈবিবা ওফিসিয়েলশিংদগী নাম্থোক্তুনা চেনবা হায়বসি অকবা ফিভম অমনি। নবকোটিক নমথনবা হোৎনবদা বাজনিটিগী ঈথিল চঙবদা নত্তনা শেঞ্জা থুমজাগী থবক কা হেন্না চখে ।

খা থংবদা ঐখোয়না ফাওদুনা লাক্লিবা লম অসি তশেংনমক লৌউশীংউগী লমদা হেন্না শাফগদবা কোকাংগী শরুক অমনি। অদুবু লায়ববা চীংগী লৌমীশিং অসিবু মখোয়গী পোপিদগী লাকপা শেনফম অদুনা য়াম্না উশিং থৌওইদনা অতাংবা মমলদা চেঙ চাক লৈহল্লি । ওইবিবা ফিভম অসিদা চাইনীজশিংনা ঙমখৈগী শরুক অসিদা ঈথিন চঙলন্লোই হায়বসি ওইথোক্তবা রাফম্নি ।

ঙমখৈ অদু লাম্থোবকপদগীদি ববব অমসুং চা পান্বীগী মহুত্তা খুদক্তা শেল ওম্থোকপা যাবা পোপি পান্বীনা মহুৎ শীনপ্রে । নুমিদাংরাইবমদা ঐখোযনা থুংলুবা খুঙ্গংগী কৈথেলদু Nang kaw কৌই । খুঙ্গংগী মীওইশিং কৈথেলদগী ময়ুম ময়ুমদা হন্নবক্লি । নুপা অযাম্বা নুপী মাল্লি । মখোযগী মনঙ্গন্দা লীগী থুম্মোক অমমম যাল্লি । মদুদা মাইবেল অচৌবা অমসুং অঙৌবা কেবোটশিং পিক পিক থন্না যাওবি । অঙাং অনিখক ঐখোযগী মপা লান্না চৎখিবদু উবদা ঐনা কেমেবা পুথোক্লগা ফোটো নমখি । চহী ৭ / ৮ মুক শুবন্নগদবা শেগাযবা ফিজোল শেৎপা খোঙউপ তোংদবা ঙাওশিন্নবা মানবা নুপা মচা অমখক্তি চপ লেপ্পগা ইঙক ঙক্লা য়েংলকই । মহাক মমায়দু মখুৎনা খুমজিল্লগা মমিত্তগী মপি তাবমখৈ কিনা য়েংলি। ঐনা কেমেবাদু হাপচিল্লগা মাবু কিদনবা খুদম তৌদুনা খঙহল্লম্মী । মানা মোমোন নোক্লগা মপাগী মতুং ইন্নবগা চৎখিবম্মী। মদু উবদা Sam Lawদু ইশি শিন নোক্লম্মী ।

*"মাদি নঙগী কেমেবাদু নোংমৈ ওইনা উববজাংনি, নোংমৈনা মঙোন্দা কাপ্লোসিনি ।"*

ঐসু নোক্লম্মী। অসুক চাউখৎলবা কুন শুবা চহী- চা হেল্লক্লবসিদা কেমেবা উদবা মীসু লৈবল্লি। অদুম ওইনমক চহী ৭ / ৮ শুবক্লবা হায়বসি নোংমৈ কবিনো হাযবসি খঙনববা ঙাক্তনি। অদুবু মফমসিদদি পুবা তাইয়োন্নে।


পাংসাংগী কৈথেল

Nang Kawগী ৱাংমদা লৈবা অপিকপা সহব অমদা ঐখোয় থুংলুবে। মফম অসি Tashwehtang হায়না কৌই । ঐখোয় মাঙলোমদা লৈবিবা কুদ্রুক কদ্রাকপা নূং থাবা লম্বী অদুদা কাববাব ৱালাশিংগী নূংনা শাবা উনা থোঙ অমসুং মাঙ্গোল তপথবা মথোল অনীগী য়ুমশিং লৈখ্রি । লোযননা চাইনিজ কৈদাদা শাবা মনম পোনবা নূংগী থোংশিং লৈবি । সহব অদু চীংদুম মচা অমদা চীং লেম্লবা অচৌবা নূংগী য়ুমশিংনা কোয়শিন্দুনা লৈবি । অমোৎপা মায়থোঙ চেনবা অঙাংশিংনা কোয়চৎ চৎলি । মখোয় লোয়নমক লমদম অদুগী তৌদবা য়াদ্রবা অশংবা তুপিদা অঙাংবা থৱানমিচাক থেৎপা অমমম লোয়নমক উম্মী । ঐখোয়না CPB গী ওফিস য়ৌনবা চৎপা লম্বী অদুদা মখোয়না ঐখোয়গী তুংদা কোইন ইন্নদুনা ঙাহৌ ঙাহৌ চত্তুনা লৈবম্মী । য়ুম অয়াম্বগী নাকন নাকন্দা মিবাং কাববা যেক্তুন ময়াম থেত্তুনা লৈবি । হঙ্গাম মপাল মচুগী চেশিংদা মখোয়গী লৈঙাকপগী তৌবা ঙম্বা শক্তিগী মতাংদা ইদুনা কোল লিক থম্লবা উপুশিংদা থেৎপদু উবা ফংই । মসি মখোয়গী অকনবা ৱাশক অমগুম উহল্লি।

ওফিস অমসুং টাউন অনীথক পুল্লপ অদুম পুল্লে । অদুম ওইনমক হেন্না ফগৎনবা, থবক্তা থৌশাদবা অমসুং মাঙদা খোঙ থাংজিল্লকপগী মমিদি তশেংনা উবা ফংদে। Mong Ko দা ফিলম স্নুন্দা উখিবদুগা হায়করবদি লু- নানবগী মতাংদা মফম অসিগদি অসুক্কী মতীক খেন্নখ্রে । চাইনিজশিংনা


সান ষ্টেটকী অরাংদা লৈবা মোং পাও কৈথেল

পীবিবা মতেং কযা মফম অসিদগী নাম্থোক্লুনা খক চেনবা য়াববোই। পাটিনা হেন্না যাইফগদবা নুমিৎশিং য়েংদুনা লৈবি । অহিং অদুদা ঐনা বি বি সি ৱার্লদ সার্ভিস ফাদুনা তাবম্মী অমসুং ঐগী দাইবি ইবগী থবক চথবম্মী । ইলেক্ট্রিক ৱায়াব অমসুং বল্বশিংনা টাউন ওফিসকী সিলিংদা য়াম্থদুনা লৈবি । মবোল থোক্তবা শাক্কিশিংনা হৌত্রবগীদমক হেন্না পাঙ্গল হাপ্পল্লি । ঙংলম্বা জেনেবেটবদু মখোল থোকখিদ্রে। মদু পেট্রোল লোইথোকখিবসু ওইবম্বা য়াই । মথোঙ চাদবা উগী টেবল অদুদা কেন্দল অমা থাল্লগা ঐগী থবক মখা চথবম্মী। Tashwehtang ঐনা খঙবদা কোকাং চীংগী কোনুংনি । কোনুং অসি ঙল্লিডৈ মতমদা লমদম অদুগী খুল্লাকপনা লৈঙাক শাসন তৌবম্মী । বৃটিশ কোলোনিয়েলগী ঈথিল চঙলমদে । কৈদৌঙৈদসু Salween গী নোংপোক থংবা মায়কৈদা মখোয়গী সাসন পাকথোক চাউথোকখিদে। অদুম ওইনমক নাকোইননা বৃটিশকী পাউতাক লৌবগা নিংথৌশিংনা লৈঙাক সাসন অদুম্মক চথবম্মী । সেন্ত্রেল কন্ত্রোলগী মখাদা কোকাংবু থম্লবা হোৎনবদা নীংখা তম্লবা বর্ম্মাগী লৈঙাকপশিং কোকাংদগী হেন্না শোত্থনা লৈখি । মফম অসি ইং ১৯৫০ গী অঙনবা শকক্তগী কুমিন্তাংশিংনা খুদুম চন্দুনা লৈবকখি । কুওমিন্তাং ফোর্সেসনা য়ুন্নান্দগী হন্দোবকখিবদগীদি চিনা মবোল লোইনমক ঙাংনখ্রে। মসিদসু নত্তনা বাজনিটিগী লমদসু শকক য়ামিন্নবা হৌখি । কোকাংগী চিফ অয়াম্বনা মখোয়গী মবায়বক চাংয়েংদা নেসনেলিষ্টশিংগা হেন্নদুম নুংঙাইথোক্লা লৈখি ।

তোইগুম্বসুং Tashween গী মীয়াম্না মখোয়গী শীংথানিংঙাই ওইববা কোকাংগী লেজেন্দরি Olive Yang বুদি মতম শুম্বদা নিংশিংগনি । মহাক্কী ওল্লিবৈঙে চহী ২০ শুবা অদুৱাইদগী খৌনা ফবী নুপী অমা ওইরকখি। খুল্লাশিংনা মহাকপু Miss Hairy legs হায়না মিংগৌনবকপদা নত্তনা নুপা লিশিং অমনা শাবা প্রাইবেং আর্মি অমগী কম্মান্দৰ ফাওবা ওইবকখি । সাসন পুবিবা সান ইমুং মনুংগী মচা মশুশিংগুম Olive Yang, Lashio দা লৈবা Guardian Angel's Convent School দা মহৈ মশীং তম্লকখি । মাগা লাইবিক তম্মিন্নবকপা অহল ওইববাশিংনা হায়বকপা ঐ কাউদ্রি । মখোয়গী অহল লম্মনশিংনা অসিগুম্বা হম্বুবা থাক্কী অপিকপা অঙাং নুপীমচাশিংগা শান্নবা থীংলম্মী । মখোয়না হায় *"Olive তগী লাপ্পা লৈয়ু, মহাক স্কুলগী লাইবিক খাউদা নোংমৈ হাপ্পগা চংপনি ।"*

মাগী ফোর্মল এদুকেসন্না মাগী তুংদা লৈথদুনা লৈহৌখি । Olive মাগী নোংমৈ অদু মতম কুইনা লোংশিনবগী কান্নবা লৈখিদ্রে । মহাক্না কোকাংগী Sawbwa(পুক্সি) কী মায়োক্তা লাউ খোংবা হৌবকখি অমসুং Tashwehtang সবকশিংদা উং মচুগী ফিজোল শেংলগা মখাংদা নোংমৈ য়াল্লগা চংপা উনরকখি ।

কুমিত্তাংগী বেকিংদা Olive কী ইনফ্লুয়েন্স হেন্না কনখৎলকখি অমসুং মহাক্না অহানবা ৱাবলোর্দ ওইবকখি, নত্রগা ৱাবলেদি অমা ওইনা মীয়াম্না শকখঙনবকখি লোয়নননা থাইগী ঙমখৈদা ওপিয়ম ত্রক কয়া থাদোকপা হৌবকখি। কোকাং ক্রুপশিংনা যাম্না লুম্না লৌবগা লোয়নননা খুদোং থীবা লৈতনবা ঙাক শেল্লি । মখোয়সিবু শম্না "Olive Boys" হায়না শকখঙনৈ । মখোয়শিং অসিনা বর্ম্মাবোমদা লৈবা শালরিন লাল্লগা Kunglong দগী Msenwi ফাওবদা লৈবিবা কটশিংদা ঙাকশেনবগী থবক তৌই । মসিদগী লাকপা শেনফম্না খুৎলাই কয়ামকম লৈশিল্লগা মাগী লাম্নীশিংবু শেমগৎলম্মী অমসুং মাগী নুংশিজবা মকপ মমিং লৈরবী বর্ম্মিজ এক্ট্রেস Wa Wa Win Shwe গীদমক খুদোল পোৎ কয়া তম্লম্মী । শীংথানীংঙাই ওইববা Olive ইং ১৯৬০ গী ময়ায় চল্লকপদা ফাখি । অমসুং মহাক্কী প্রিজন ৱার্দেন্না য়াম্না হম্বুবা থাক্তা বেঙ্গুনগী চিদাইদা লৈবা Insein Jail দা নমশিন্দুনা থমখি । মমৈথংদা মহাকপু থাদোবকখি অমসুং মতম অদুগী বর্ম্মিজ কেপিটৈলদা চাইনিজ রেস্তুরেন্ট হাংদুনা চলাইবকখি।

*তৌইগুম্বসুং* Kokang *দা ৱাবলোর্দকী হৌনা লোনচৎ* মতম অদু ফাওবা হিংদুনা লৈবি । Olive কী ময়াম্বা জিম্মি মতম অদুদা মীয়াম্না শক

খঙনরবা বেক্কর অমা ওইরম্মী । মসিদসু নত্তনা বর্স্মিজ পার্লিয়ামেন্ট অপ্পর হাউসকী মেম্বরনি । মহাক্না মখা তানা কুমিত্তাংশিংগা মখা তানা রাজনিতিগী মরী লৈনরকখি । হীবম কয়াদা থবক তৌমিন্নরকখি । ইং ১৯৬০ গী অথেঙবদা জিম্মির মাগী লোকেল কম্মান্দরশিংগী মরক্তা অমা ওইরিবা চিনা অমদি কোকাংগী ঙমখৈদগী গেংস্তর Lo Hsin-han কৌবা অমনা তাপ্লোকখি । মহাক চহী খরগী মমাংদা Olive yang গী মতুংদা লেপ্লগা শেল তাল্লম্বা মীশক অমনি ।

সেনিয়ার ইউ এস নারকোটিক এদভাইজর নেলসন গ্রোসনা Lo বু ইং ১৯৭২ দা ইন্টরনেসনেলগী ওইবা *"kingpin of the heroin traffic in South East Asia* হায়বা মিংথোল পীখিবদগী মহাকপু পৃথিবী পুম্বনা শকখঙনবা মীশক অমা ওইরকখি । মসিগী ফিরেপ অসি মতীক চাবা, রায়েন অমনি। মরম অমতসু য়াওদবা মিলিটরি ওথোরিটিশিংনা বেঙ্গুন্দা তৌনখিবা য়ান- চে অদুনা বর্স্মিজশিংনা Ka Kweye হায়না খঙনবা মাগী লোকেল হোম গার্দ ফোর্স অদুবু গোভর্নমেন্টনা কন্ট্রোল তৌরিবা সান ষ্টেটকী লম্বীশিং দ্রগ পুথোক পুশিন তৌবদা মনীং তমহনখি। মসি মখোযনা হল্লকপা মতমদা CPB গা অকনবা লান্থেং চথবা য়ানবগীদমক্তি ।

Lo গী হোমগাদশিং অসি বর্স্মাবোমদগী Lashio হাযবা লাম্মী তেঙ্গোল লৈফম সহর অদুদা লৈবনি । লোয়ননা ইং ১৯৭১ নভেম্বরদগী জানুৱারী ১৯৭২ ফাওবা Kunlong থোংগী মতাংদা বর্স্মিজ আর্মিগা লোয়ননা অকনবা লাল শোক্লখি । মসিগী রাখললোন অসি Lo গী তোঙনবা রারেপনি।

ইউ এসতগী নৌনা সপ্লাই তৌবক্লিবা 150mm howitzer শিং শীজিন্নবগা গোভর্নমেন্ট ফোর্সশিংনা CPB গী শীংনবকপবু থেংনবগা Kunlong খুদুম চলহন্দবা ঙমগনি। মসিগা লোয়ননা সালরানিগী নোংচুপ থংবা মায়কৈবোমদা থকথোকখিবা যাবা লম্বী যেঙখী। মসিদগী পেল্লবা বস্মিজ আর্মি কমান্দরশিংনা মতুং তাবকপদা মখোযগী ক্রুপশিং Lo গী ওপিয থাইলেন্দদা পুশন্নবা হোৎনবদা মতেং পাংহনখি। মখোযগী মনুংদগী অমদি Col Aye Ko নি। মহাক বর্স্মিজ আর্মিগী Vice Chief of Staff ওইবগা লোয়ননা দিফেন্সকী দিপুটি মিনিষ্টর ফাওবা ওইখি।

ইং ১৯৭৩দগী। অহোংবা নাইবা চনৈনবা বর্স্মাগী নারকো পোলিটিক্সতা অমুক হন্না হোংদোক হোংজিন লাকখি। বর্স্মিজ লাম্মীনা মাবু ঙাকশেনবদা অপনবা পীবকপদগী শাউনবকখি অমসুং সান স্তেট আর্মিগী বিবেলশিংদগী অথুবা দবকার লাকপদগী মখোয়না মাগী Caravan শিংদগী



য়ুন্নান ফ্রান্তিয়ারদা লৈবা বা অহল অমা

টেক্স লৌনবা হোৎনবকখি। পম্বুবা তৌদনা Lo বেঙ্গুনলোমদগী মায় ওল্লকখি। তশেংন হাযববদা মহাক্কী ফোর্সশিং SSA গা পুন্নবা হোৎনখি। মহাক্না অৱাং নোংচুপ থাইলেন্দা লৈবা Mae Hong Son, দগী হন্দোবক্ত্রিঙৈ মমাঙদা মাগী মাযযোক্তা লৈবা ৱাবলোর্দ অমনা মঙোন্দা নমথাক তৌবীখি। মহাক ফাববা মতুংদা বর্ম্মাদগী তাম্বোকখি অমসুং শিবগী চৈবাক পীখি ।

মহাক ফাখিবা অসিবু দ্রগকী মাযোক্তা চত্থবা লানফমদা অচৌবা মায পাকপা অমনি হাযনা ইউ এসকী নাবকোটিকপু নমথনবা হোৎনবিবা ওথোবিটিশিংনা তবাম তবম্না ওকখি অমসুং থাই অমসুং বম্মিজ ওথোবিটিনা মাবু ৱায়েনখিবগীদমক লৈবাক অনীবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকখি। অদুম ওইনমক Lo গী মথক্তা ৱায়েনবা মতমদা সবকাবগী মথক্তা লাল হৌই হায়না বেঙ্গুনা চার্জ তৌখি । অদুগা মাগী ওপিযম কাববাবগী মতাংদদি খুদম হাইফেৎ পীবা নত্তনা ময়েক কয়া শেংখিদে। অশেংবদি মীশক অসি বর্মিজ মিলিসিযা কম্মান্দব ওইনা আর্মিগা য়াম্না নকশিন্না মতেং পীনবম্বা মীশক অমনি। মতম অসিমক্তদা অৱাং থংবা থাইলেন্দা মিলিটবি সাবকলশিংগা অচেৎপা মবী লৈনবম্মী।

ইং ১৯৮০ দা Lo জেনেবেল এমনেস্তি পীদুনা ঙাকপীখি অমসুং Lashio দা হল্লক্লগা গোভর্নমেন্টকী মতেংদগী কাউন্টব ইন্সবজেন্সি ফোর্স অমা শাগৎলকখি । মথংগী চহীদা অৱাং নোংচুপ থংবা Shan State কী ওপিয়ম মার্কেটতা অমুক হল্লকখি। মতম অদুমক্তি ঐনা কোকাং দা থুংলুবা তঞ্জানি । মতমদুদা মাগী

এজেন্টশিং মতম অমা য়েক্কবা ওইবস্বা CPB গা কাববাবগী দিল তৌনবদা থবক ওখাক চিল্লম্মী।

মথংগী অয়ুক অদুদি অৱাং থংবা ইউৰোপিয়ানগী শবত খতু ওইৰম্মী। শীংলিবা নুংশিং তৈইং তৈইংই অমসুং লৈচিল ইথাং থাংই। লম্পাক অদুগী লৈমায়দা নুংশিংনা অকংবা উনা হুমজিল্লক্লি। Sam Law অমসুং মাগী লাম্মীশিংনা ঐখোয়না পুবকপা পোৎ-চৈশিং শাবলগী থাউ অদুদা কিৎ-কিৎ নমশিন্দুনা হাপচিল্লে অমসুং Khao Soi অমসুং মিটকী ব্রেক ফাস্ট চাববা মতুংদা ঐখোয় খোঙশাল্লক্লে। ঐখোয়না Tashwehtang থাদোবকপদু মীয়াম্না লেপ্পুনা ঐখোয়বু য়েংনহৈহি। পুং অমগী মতুংদা শকখঙদবা মায়খোঙশিংদু তুংওইনবল্লগা সহবলোমদা মায় ওনশিল্লক্লে।

ঐখোয়না তম্পাক লমদম অদু য়ৌবদা পুং অমবোম চঙই। অহানবা থেংনবা খুলদুগী মমিং Gong Sha কৌই। ঐনা ঙক্লিবদি Shan শিংনা চাইনিজশিংদগী খবমখৈ শাফবম্বদুনি। উহৈ ৱাহৈ পাম্বীশিং, ঈথৈ লৌখোং পীদুনা শেন্নবা লৌবুকশিং অমসুং মনা মশীংগী ইংখোলনা লৈতেংলবা যুমশিং লৈবি। মসিদা চাউখৎপগী মায পাকপা তশেং তশেংনা উবা ফংই। খুল অদুগী মযায়দা উনা শাবা অচৌবা বুদ্ধগী পেগোদা অমা লৈবি। নুমিৎ মঙালনা শন্দোক্লিবা লম্পাক অদুদা লাইনীংবা খব গেরুৱা মচুগী অচোনবা ফিজোল শেৎলদুনা তুমিন তুমিন মোং হাদনা ফমদুনা লৈবদু ঐনা হাইফেৎ উবম্মী।

অহল ওইববা খুঞ্জা অবংবা কোকযে যেৎপদুনা মহী হোম্বা অচৌবা অঙ্গুব খব ঐখোযদা পীবক্লম্মী। অদুদগী ঐখোয় অপাকপা সবক অদুগী মতুং ইন্না নোংপোক থংবা লৈতেম মান্নবা লমদম অদু লাম্থোবক্লে। চাইনিজ ঙমখৈগী মাযকৈদা লোকেল CPB দিস্ত্রিক্ট ওফিস লৈবি। ঈশিং নুংশিংকী ফিভম চীংশাং পবেংদগী হেন্না থোৎ নৌবম্মী। অদুম ওইনমক নুমিৎনা অতিযাদা মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎলি। মাগী মৈশাদা ঐখোযগী নাঙ্গলশিং হ্মাঙগী ঈবি চেল্লম্মী। মতম অসিমক্তি লৌবোক থানি। মীপুম খুদিংমক মফম অযাম্বদা লৌ যৈনবি। লম্বী অদুগী মতুং ইন্না ষণ গাড়িশিং লাউ খোংলদুনা লাম্থোকনখ্রি। মবক মবক্তা জপানিজ মোটোব বাইকশিং ধু-দা ধু-দা থৌনবি। মখোয়গী ঈঞ্জিনশিংগী খোম্থাং নুংগী চীংমায়শিং অদুদগী অমুক অমুক হল্লক্লি।

পুং অনীবোমগী খোঙচৎ অদুনা ঐখোয়বু তম্পাক অদুগী নোংপোক থংবা ফিজিন তম্না পুবক্লে। দিষ্ট্রিক্ট হেদ কাটব অদু চিনাগী নমুনাদা শাবা চেক্কী য়ুম ঙাক্তনি। অয়াম্বনা CPB না কোকাং লৌশিল্লবা মতুং ইং ১৯৬৮ -৬৯ দা শাবনা অয়াম্বনি। মনাক নকপা চীংদুম অমদা বেক্তেঙ্গুলব ওইবা অচৌবা নুংগী য়ুম্বী অমদা চাইনিজ অমসুং বর্ম্মিজ লোন্না কবিগুম্বা খব ইদুনা লৈবি অমসুং




মদুগী মতোন্দা অঙাংবা থবানমিচাক অমা য়েক্লি। মসিগী নিংশিং য়ুম্বী অসি লমদম অসিগী অথৌবশিংনা বর্মাদা কম্যুনিজম পুবক্ক বা লাম্লেংনবদা মথায় কৎলুবশিংগী থবায় অদুবু নিংশিংনবগীদমক য়ুংখিবনি।

থুংলুবা মতমদুদা চমন্নবা খবদি থেংনবে। ঐখোয় লাক্কনি হায়বসি মফম অদুগী মী কনা অমত্তনা খঙলমদ্রে। লোকেল পার্টি ওফিসিয়েল মশা মউ ফববশিংদু ঙন্নমক ইচোক চোকথনা উবে। মখোয় পুম্নমক Kokang চাইনিজগী শংবান্নবা লান্মীগী তুপীশিং উপ্লি অমসুং Sam Browne না মখৱাংদা পিস্তোল অমা য়েপ্পদুনা মকওইবা ওফিস অদুগী মনাক্তা লৈবিবা মীথুংফম শঙলেন অদু ঐখোয়বু য়েংহল্লম্মী। মতম অদুদা Sam Law না ঐখোয়গী ইন্টবপ্রিটবনি। Sam Mai না মখোয়দা লাউথোকই মদুদি ঐ অসি মীবৈবাক্তগী লাকপা পাওমীনি, মহাকপু Pangh Sang হেদ কাটবদা লাক্লবা পার্টিনা বার্তন তৌবনি। নোংচুপকী মী অমনা মখোয়গী মবমদম অসিদা লাকপা অসিদা মখোয়না মকোক নোন্নদুনা হবাউ নুংঙাইবা ফোঙদোক্লবম্মী।

ঐখোয় মতম খব Ko Kang হেদ কাটবদা লৈথবম্মী অমসুং লোকেল কেদবশিং অসি অসুক্কী মতীক ফজনা থবক তৌই হাযবসি ঐনা খঙখি। মখোয়গী মবক্তগী অয়াম্বদি Pheung Kya Shin গী তুংইনবশিংনি। মহাক মতম অমদা Olive অমসুং Jimmi Yang গী প্রাইভেৎ আর্মিগী ওফিসাব অমা ওইবম্মী। Mong Ko দা অনৌবা চহী লাক্লিঙৈ থা তরুক্কী মমাঙ ইং ১৯৬৭ তা CPB না Pheung বু য়াম্না কন্না কন্টেক্ট তৌনবা হোৎনখি। মতম অদুমক্তি Ko Kang লান্মীশিং মচেৎ তানা কায়থবকপা তাঙ্গা অমা ওইখি। Olive বেজ্জগী জেলদা হকচাং পাঙ্গল পুমহীক হীকথনা লৈবি। জিম্মি থাই ঙমখৈজীদমক খোঙশানখ্রে, Lo Hsinghan না Lashio দা বর্মিজ আর্মি কম্যান্দবশিংগা কন্টেক্ট তৌনবা কন্না হোৎনবি।

Pheung Kya-Shin অমসুং মহাক্কী মনাওনুপা Pheung Kya-Fu বু খুৎশু খুৎলাই মতীক চানা পীগনি হায়না বাশকপগা লোয়ননা থাজবা পীখি। মসি কম্যুনিস্ট স্ট্রেটেজিগী অচৌবা শকক অমনি হায়না লৌবা য়াই। জানুয়ারি ৫ ইং ১৯৬৮, Nan Seng না Mong Ko লৌশিনবা মতুং নুমিৎ মঙানি লৈবগা Pheung মাচিল মনাও অমসুং মখোয়গী মীওইশিং চাইনিজ ভলুন্টিয়ারশিংগী মতেংগা লোয়ননা য়ুন্নান মায়কৈবোমদগী কোকাং লোমদা থোমজিনখি। কোকাং, Salween তুরেল অমসুং চীংশাং অকোয়বনা ঙাক শেন্নবা Kunlong গী সহবশিং চহী অসি লোয়দ্রিঙৈ মাঙওইননা CPB গী মখুত্তা তাখি। কম্যুনিস্ট ইউনিফোর্মনা তক তকবা ওইবফাওবদা কোকাং কম্যান্দবশিংগী আইদিওলোজিকেল কম্মিটমেন্ট অদুগী মতাংদদি ঐঙোন্দ চিংনবা অমা ইবে লৈবম্মী। মফম অদুগী কাববাবগী লম খুদিংমক খুদুম চনশিল্লি। Olive অমসুং জিম্মিগী মতমদগীদি অহোংবা খবদি লৈবে।

সেক্যুবিটিগী মায়কৈদা য়েংলগা কোকাং ভেল্লিদা লৈবিবা Long Khai খুল মনাক্কী কৈথেলদা চৎপা য়াবগী পার্মিসন ঐঙোন্দা পীদে। অদুম ওইনমক নোংমদি লোকেল ওফিসাব অমনা ঐখোয়গী খোঙচত্তা শীজিন্ননবা দবকাব ওইবা পোৎ চৈ খব লৈবা চৎলুই। মহাক্না পুবকপশিংগী মনুংদা চাইনিজ ব্রান্দি, চাননবা মিট Ma-Ling, ইন্দিযাদা শাবা অচৌবা Nescafe পেকেট, অস্ট্রিয়াদগী লাকপা সিগবেট লাইটব অমা অমসুং থাইলেন্দা শেন্বা অচাব মখা ফাকপা পাত্র পিক থনবা অমা অসিনচিংবনি। Sam Law মফমসিদা তোয়না লাক্নুনা লৈবৈ অমসুং ঐনা লোল শুফাত্তবা Shan মবোলদা মাগা বাবী হেক হেক শাই। মাগী পুন্সি অবাং থংবা বর্ম্মাগী লাল মবক্তা হৌবকপনি। কনা লৈজদ্রবা অঙাং অমা ওইবম্বদগী CPB না মাবু য়োকপী থাকপীবগা লোইননা লাইবিক লাইশু অমসুং বর্ম্মা মবোল তম্বীবকখি। মহাক হৌজিক চহী ২৪ শুবে। মহাক মশাগী চহী ১২ শুবকপদগী CPB গী লাম্মী অমা ওইনা থবক তৌবল্লি।

*"নহাকপু য়ুম পাল্লব্রা ?"* ঐনা হংই

*"হোই পাল্লে"* মায়থোঙদা অবাবগী মমি অমা উৎলদুনা মহাক্না খুন্নকই *"ঐগী নুপীদু থা মঙাগী অঙাং অমা মিবোল্লবা মতুংদা লৈখিদ্রে। মসিনি মফম অসিগী লায়ংনবা খুদোংচাবা ফংদবগী অৱাবা।"*

মহাক্না মাগী লুহোংবা নুমিত্তা মাগী মকপ মপাংশিং বার্তন তৌদুনা ওক অমা হাংলগা চামিন্নখিবগী বাবী লীদুনা ঐবু তাহল্লি। ঐনসু থাইগী ঙমখৈ মনাক্তা লৈবা Shan গেবিলা কেম্পতা Hseng Noung বু ইং ১৯৮৩ দা মতৌ

কবম্না লুহোংখিবা হায়বনচিংবা লীদুনা তাহল্লি। ঐখোয় অনিগী মবক্তা মকপ মশাং ওইবগী নুংশিনবা লীপুন অমনা পুন্সিন্নখিবন্মী। মানা ঐবু Pı Kwe (সাংগী ইবাই) হায়বা ৱাহৈ লীজিন্নবকপদা ঐনা অসুক্কী মতিক নুংশিবা পোক্রন্মী।

ঐনা কোকাং হেদক্বাটবদা লৈথবিডে হুন্নি শুবদা Sam Law অমসুং Mong Ko দা লৈবা অৱাং থংবা ব্যুবোগী ৱা খুৎপু খবগা মফম অদু থাদোক্কুনা চংখি। মহাক্না কায়নবসি হায়বন্না মীৎকুপ অদুদা মাগী মীৎলুদগী লেপ্পা লৈতনা পিবাং শীন্থখি।

*"ঐ অমুক হনবা তারে Pı Kwe, নঙনা ঐবু কাউদবা ওইবসনু"*

মহাক্না ব্লেক এন্দ হ্বাইটকী ফোটোগ্রাফ মচা অমখক ঐগী খুত্তা পীবমখি। অদুদগীদি কোকাং তম্পাক্নোমদা মায় ওনখিবন্মী। অঙাংশিংনা কায়ন-পাউজেল পীবগা লোয়ননা মোংলবা খুঙ্গংগী লম্বীদুদা মবেংবান্দা নোংমৈ অমমম য়াল্লদুনা চংনখ্রি।

নুমিৎ অদুগী মতুং খব লৈবগা লোকেল পার্টি লিদবদগী মেসেজ অমখক ফংই। মদুদি Brang Seng মাগী ইস্কোর্ট Kachın অমসুং Shan ক্রপ চাম্ম হেনবগা লোয়ননা থুংলবগনি, হৌজিক হৌজিক লম্বীদা লৈবি। মহাক্কী খোঙচৎ অসি Panghsang ফাওবগা CPB লুচিংবশিং থাইগী ঙমখৈ মখা তানা চত্থদ্রিডে মমাঙদা উন্নবমগদবনি। কোকাংদা মপানগী মীওই য়াম্না লৈবা মবম্না চঙলক্কদবা মীৎয়েংদগী নাম্থোকপা য়াবোইদবদু উবদুনা ঐবু মফম অদু যাম্না থুনা থাদোকখিনবা থৌবাং পুন্নমক লোইশিল্লন্মী।

অদুম ওইনমক মথংগী খোঙচৎ অদু যাম্না চেকশিন্নিংঙাই ওইবনা দবকাব ওইবা খব শেম শাবা লোইবে। CPB গী বফব স্তেট ওইবিবা মফমদু কিমি ২০ দগী ৮০ফাওবা পাক চাওই। তৌইগুম্বসুং খঙজিনবা য়াবা অমদি Chınsweho (Jınshıhe) তম্পাক অসি কোকাংগা শন্নৈ অমসুং অৱাং থংবা ৱা চীংশাং পবেংনা কি.মি অমখক পাকই অদুগা শাংবনা কি মি খবখক্লি। মসি নোংমদা লাম্থোকপা ঙমগনি। কবিগুম্বা কোকাংদগী ঐখোয় চৎখ্রে হায়বগী পাউ অসি হেক লীক ওইখিবদা মিটব চাম্মবোমদং ৱাংনা লৈবিবা চীংদোন্দা পোজিসন লৌদুনা লৈবিবা বর্মিজ আর্মিগী কেম্পতগী Chınsweho গী অখুবা লম্বীদুদা মোর্টাব কাপশিল্লকপা হায়বসি শোয়দ্রবা ৱানি। তৌইগুম্বসুং তম্পাক অসি অমুক্তং ফাউদোক্লবা অমসুং নামতিং তুবেল তুবৎ লাম্থোক্লগদি ঐখোয় ৱা চীংশাং চঙশিনবা য়াগনি অমসুং তেক্তা কায়দনা অমুক হুল্লকপা য়াগনি। অশংবা চাইনিজ আর্মি ত্রক অমনা মথংগী অয়ুক্তা ঐবু লৌবা লাকই। দবজন তংখায়

মুক্কী ইস্কোট কাওবুদু মনিংলোমদা মথং মথং কাখৎখ্রে। Sam Mai না কবিনো অমা তৌবিঙৈ তাঞ্জাদুদা লোকেল ওফিসাব অমগা ঐগা কেবিন্দা চঙদুনা ফম্লস্মী। Xiao Yang দি মাঙজৌননা নুমিৎ থোক্রিঙৈ মমাঙদা লগগেজ ময়াম অমা খচবদা হাপ্লগা ঐখোয়না থুংলুগদৌবিবা মফম অদুদা খুদোং থীবা য়াওদনা থুংহনখ্রবনি ।

ত্রক অদু খুল ময়ায় লাম্থোবক্লে। Long Khai অমসুং Ching Khai না গাড়িদু তম্পাক অদুদগী লাপ্পা লৈখ্রিবা অপিকপা কৈথেল অদু তম্না থৌথবক্লে। মফম অদুদা ঐখোয় ঙাইহাক লেপ্লগা লম্বী চখোক চৎশিনগী পাউ লৌবগা লোয়নননা ইন্টবপ্রিটব অমা পুনবগীদমক থৌবাং তৌবা তাবি। হৌজিক Sam Law চৎখ্রে, দিষ্ট্রিক্ট হেদ ক্বাটবদা লৈবিবা কনাগুম্বা চাইনিজ ওফিসাব অমতনা বর্মিজ মবোল ঙাংবা ঙম্বা য়াওদ্রে।

*“মফম অসিদা মন্দলেদগী চাইনিজ কাদব অমখক যাওবি” Sam Mai না হায়বকই “মহাক বর্মিজ মবোল ঙাংই, মহাক ঐখোযগা লোযননা শোয়দনা* রা চীংশাং*দা লাক্কনি।”*

কানি ওপিযম মৈ চাকপগী মনম অমা রাগী যুম অদোমদগী চাইথোবক্লিবদু নাতোল অসিদা তাবা ফংলকই। মতম কুইনা ঙাইবক্লবা মফমদু য়ৌবদা চহী ৫০ মুক শুববা কা হেন্না মযাঙ কংবা চাইনিজ নুপা অমখক থোঙগুম্বা অহোবা অমদগী নুংঙাই মিনোক অমগা লোয়ননা থোবকই। মহাক্কা ঐখোয়গী অনৌবা ইন্টবপ্রিটব ওইগদৌবিবনি।

মহৌশাগা মান্নদবা খোংচ অদুগীদমক মাঙলোমদা পাউ পীবা তৌদনা পুং অমবোম খব হেন্না কোকাং মায়কৈবোমদা থৌজিলক্লম্মী। মফম অদুদা ঐখোয়না তোংলকপা ত্রক অদু থম্লল্লে। ঐখোয় ইশা ঙাক্তা খিং-খিং লাউনা মফম অদু লাম্থোক্লগা চীনসুই তম্পাক তম্না চঙশিল্লক্লে। নোংচুপ থংবা চীংদোন্দা লৈবিবা বর্মিজ আর্মিগী আউটপোস্ট অদু যেংবদা পিশক পিক্লা উবা ফংই। ঐখোযনা চঙশিল্লিবা লম্বী অদুদা চেনবোই চপোই লাকপনা মিটব খব চঙশিল্লবা মতুংদা চাইনিজ অমদি বর্ম্মিজগী ঙম্নখৈ ঐখোযগী ওইদা ওইননা লৈবম্মী।

শন্থি অমনা ঐখোয়না চৎকদৌবিবা লম্বী অদোমদা বাইনোকুলবদা য়াম্না কুপ্পা য়েংশিল্লী। ঐগী হেন্দ টাব্রেল অদুনা কোকসি কুপশিল্লগা মায়সি হাইফেৎ খুম্লগা শকলোৎনবা হোৎনবম্মী। মফম অদুদা লৈবিবা অপিকপা খুঙ্গং অনিদুদা লৈবিবা রানা শাবা লৌতাং শঙ মানবা য়ুমশিং অদু মক্রাং ইফাক ফাক্তোক্লদুনা তুবোই-ঙামলোই লৈবি। ঐনা চীংথক্তা লৈবিবা আর্মি কেম্প

অদুগী ওইবিবা ফিভমদু হাইফেৎ য়েংলম্মী, মদুদা মখোয়গী লান্দানীংবগী অশাম্বা অমতা উবা ফংলমদে ।

*"কবিগুম্বা মখোয়না ওপন ফাযাব তৌবক্লবদি ওইথংবদা লৈবিবা মোংশোং অসিদা নখোয় নশা নশানা চোংশিঞ্জগদবনি।"* Sam Mai না মুকম মুকম শোল্লকই।

পুং অনিমুক চংলবা মতুংদা ওইবোমদা লম্বী হোদোংক্লগা বর্মিজ পোস্ট লৈরিবা চীংশাং অদু ব্রাংমা লাম্থোবকপদগীদি অমুক উবা ফংখিদ্রে। ঐখোয় লম্বী অদুদা মখা তানা চখ্বম্মী। হৌজিক্তি ওমখৈগী লমদমদু লেংবানমুক ব্রাংবা নাপীনা পিক থল্লম্মী। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ঐখোয় CPB গী পিক্তক তৌবা কেম্প অমদা থুংলম্মী। মফমসিদা ব্রাগী য়ুম মবিথক লৈ। কেম্প অসি চহি ৩০ মুক শুববা ওফিসাব অমগা অঙাং চহি নৌবিবা নুপামচা খবগনা চলাইবম্মী ।

Chinsweho খুঙ্গং চঙশিনববুদি মফমসিদা অহিং অদুমা পম্থদুনা লৈবনা হেন্না ফবে হায়না Sam Mai অমদি ব্রা ওফিসাবশিংনা ব্রাবেপ লৌবে, মদুনা Namting তুবৎ শম্বদা যাইফবা ওইগনি। মাঙগী ওইবা ফিবেপ অমা লৌদুনা মফমসিদা পোত্থানীংবগী মবমদু ঐনা হংলম্মী ?

*"মতম অসিদা তুবেল অসি লাম্থোকপীনবা হি হোনবা অমতা মফমসিদা লৈতে।"* মখোয়গী পাউখুম্নি । ওইবিবা ফিভমদুদা ঐ অব্রাবা ওইবম্মী। কেম্প অদুগী ওফিসাব ইনচার্জনা হায়বদা গভর্নমেন্ট ফোর্সশিংনা মফমসিদা ঐখোয় লৈবে হায়বগী শামিন অমা হান্ননা ফংখ্রে। মবম অদুনা পেত্রোলিং চৎপা চাং হেনগৎলক্কি। ঐখোয়না লৈবিবা কেম্প অসিমক্তদা ঙবাংসু মোটাব কাপশিল্লকখি। Spotter প্লেনশিংসু মফম অদু লান্না লান্না পাইবি । মসি ঐখোয়দা তৌবিব্রা ? নত্রগা Brang Seng লাকপগী পাউ মখোয়না ফংখ্রবজাংলা ? ঐনা ব্রাফম অসি Sam Mai গা খন্নবম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক্না য়ানীংগুম য়ানীংদবগুম মবেংবান্দু শুপকৎলকই -

*"ঐ খঙদে । অদুম ওইনমক ঐখোয় মফমসিদা তুমথোক্লসি অদুগা হযেং অয়ুক অঙনবদা মখা তানা চখনবা হোৎনবসি ।"*

কান্নাবোই হায়বা খঙলদুনা ঐনা ঐগী বেগশিংদু মফম চানা থল্লগা ফৈজুপ মনুংদা চোংশিল্লগা অদুম্মক তুমশিল্লে। ঐখোয় নুমিৎ থোক্লিঙৈ মমাঙদা মতম চপ চানা হৌগৎলে। ঐনা কফি কপ অমখক হাথু-হাথু থকচিল্লগা মফম অদু থাদোবক্লে। ঐখোয়গা কোকাংদগী লোয়নদুনা লাকখিবা CPB ওফিসাব

অমসুং ইন্টপ্রিটবনা মাঙজৌননা Namting তুবেল লাম্থোক্লবা হোৎনখ্রবনি। Xiao Yang, খচবশিং অমসুং ক্রপশিংনা খব তপথনা মখোয়গী মতুংদা ইন্নবম্মী। Sam Mai অমসুং ঐগনা খ্বাইদগী তুংদা ইন্নবম্মী, ঐখোয়গী ইস্কোবটতগী কবি পাউ লাকপগে হায়বা ঙাইনা ঙাইনা, বর্মিজ আর্মি পোস্টতগী নোংমৈ কাপ্পকদ্রা হায়বদু মীকুপওইনা।

কবিগুমবা খোঞ্জেল অমতা তাখিদ্রে - আউটপোস্টতগী নত্রগা মাঙলোমদা চৎথ্রিবা মীওইশিং অদুদগী পাউ অমত্তসু ফংখিদ্রে। পুংদি অসুম চৎখি অমসুং ঐগী লাংতক্লবসু অসুম হেনগৎলকই।

"মখোয়দি কদাই চৎখ্রবা ? নুমিৎ চুপ্পা অমা মফমসিদা ঐখোয় ঙাইবা ঙম্লোই, ঐখোয অনিবু মফমসিদা ঙাক শেন্নবসু যাওদনা অসুম্মক য়ান্দনা লৈবদ্রা, কান্নদে চৎলসি লাকও।"

"ঐখোয উপাই লৈববোই অদুগা লম্বীগী মতাংদসু ঐ হায়ফম খঙদ্রে।

"ঙাইখো লম্বী অনিখক লৈবে। অমনা তুবেল লোমদা কুমথববা অতোপ্পা অমনা বর্মিজ আর্মি কেম্পতা কাখৎলবা, মসি নত্তনা অপঙবা মী অমগুম পঙচৎ চৎলবদি শোযদনা লম্বী লমাংনগনি।" ঐখোয অনি পুং অমবোম মবৈ যেৎনদুনা লৈবে। অদুম ওইনমক হৌজিক ফাওবা তুবেল খোংনুংদগী কবিগুম্বা মেসেজ অমতা লাকপা লৈত্রি। মমৈথংদা পুং ৯ ৪৫ মুক তাবগী অদুরাইদা Sam Mai দু চৎলসি হাযবা যাবক্লে। ঐনা ঐগী টাবেল মচাদুনা মায়সি অমুক হন্না খুমজিল্লম্মী। Namting দা থুংগদবা মিনিট ১৫ মুক্তা ঙাযবক্লে। লম্বীদা থেংনবশিংনা ঐঙোন্দা মুন্না মুন্না যেংলক খি।

Chinsweho, অৱাং থংবা তুবেল খোংবান্দা লৈবা অচৌবা খুঙ্গং কৈথেল অমনি। অযুক অদু কোকাংদগী লাকপা মীযাম্না কৃক-কৃক ইন্নবমখৈ তিল্লি। অবোয়বদা, ঐনা পাপ্লিবসি ইনফোর্মব খবনা পাউ পীশিন্দুনা গভর্নমেন্ট ক্রপশিংগা ঐগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা CPB ইস্কোর্টশিংগা কাপখায়নবকপদুনি।

কোকাং ওফিসাবশিং অমসুং অহল ওইববা হিবানবা নুপা অমগা তুবেল মপান অদুদা ঐখোবগা উন্নবে। মখোযগী হিবানমলগী মতাংদা কন্না তকখৎনবম্মী। মখোয ঐখোয়বু উবদা তুবেলদা প্রপ প্রপ কুমথখ্রে। মমৈথংদা মমল য়ানবদুনা মথক কুপ্পা অয়াঙবা হি মচাদুগী মনুংদা চঙদুনা ফম্লে। হি হোনবা নুপাদুনা মাগী হিদু তোর্ব্বান্দগী হেক হোন্দোবকপগা CPB ওফিসাব অমনা লিকব মখুমদু লৈখায়বগা ঐখোয়গী নাকল ওইবপ্পা থকপা হৌবকই। মহাক

Panghsang দগী বর্মন অমনি অমসুং Sam Mai দা ওনশিন্দুনা ব্বারী শাবা হৌবকই, মহাক্না মাবু মশক মুন্না খঙই। অদুদগী ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা বর্মিজ লোন্দাব্বা হংলকই। হৌজিক ফাওবা ঐগী মায়দু টারেলনা খুমজিল্লি। Sam Mai না মবক থংলকই -

"মহাক বর্মিজ নত্তে, নঙ খঙলেদনা, মহাক অবাপ্পদগী লাকপা অখন্নবা অতিথি অমনি।"

Panghsang দগী নুপাদুনা ঐবু চঙক্লনা মুন্না য়েংলকই। মাদি মখোয়গী মী মাল্লুববজাংবনি। ঐনা মায়দা খুল্লিবা ফিদু লৌথোক্লগা মঙোন্দা নোকফেৎ তৌনা য়েংলম্মী। মহাক তুংলোমদা হন্দোকখ্রগা ঐখোয়বু তুবেল মবীন্দা পুথবা হৌবে।

মহাক্কী চমন্নবদু কোক্লবা মতুংদা ঐঙোন্দা হায় মহাক Panghsang দা তশেংনমক তাখ্রবনি, ফোবেন ভিজিটব অমা লাক্কনি মহাকপু CPB গী জেনবেল হেদ ক্বাটব য়ৌনবা হোৎনবা য়াবা হোৎনগদবনি হায়বা।

মহাক্না ঐখোয়বু তুবেল ব্বাংমদা থম্বীবল্লে অদুদগী ঐখোয়গী কাঙবুশিংনা লাম্থোবকপদু ঙাইদুনা লৈবম্মী। খচবশিং অদুসু মথং মথং ঈবোইদুনা তুবেল ব্বাংমা লাম্থোবক্লে।

ঐখোয় নোংপোক পাংনা অমোৎপা লম্বী অমদা খোঙশানবা হৌবক্লে। লম্বী অসিমক্তি ঐগী লমকোয় মেপ অদুদা খা নোংপোক এশিযাগী অফবা হায়রেনি হাযদুনা ব্বাংনা থাঙ্গৎলিবনি। হোয মসি মতম অমদদি য়াম্না মকওইবা লম্বী অমা ওইবম্বসু য়াই অদুবু হৌজিক্তি কনাসু ইচৎ চৎনদ্রে। নোংচুপলোমদা চৎখ্রিবা লম্বী অদুনা Hopang গী সহব য়ৌগদবনি। মদু লাপ্না তাম্না উবা ফংলি মফম অদুদা বর্মিজগী অচৌবা লানবন অমনা ঙাকশেনগী থবক চথবি।

চীনাগী ঙমখৈগা মায়োক্লনা লৈবিবা লমদোং অদোমদা ঐখোয চঙশিনবা হৌবে। তশেংনমক গভর্নমেন্ট অমসুং CPB গী টেবিটোবিগা অনিগী মবক্তা তোঙান তোঙান খায়দোক্লুনা লৈবদু উবা ফংই। তৌইগুম্বসুং সবক্কী নাকন নাকন্দা Hopang লোমদা ওনশিল্লগা বক্কব মযাম শাদুনা লৈবি। মদুদা য়েক্লবনা নোংপোক পাংনা চঙশিল্লকপা মতমদা থীংগদৌবিবনি।

কিলোমিটব খব চৎলবা মতুংদা ঐখোয় অমোৎপা লিক্লমদু থাদোক্লল্লগা চীংথকলোমদা কাখৎপা হৌবম্মী। মদু Namting গী খাবোমদনি। তুব্রেল তম্পাক অদুদা লৈবিবা লৌবুকশিংদু ফৌগী মহুত্তা পোপিগী লৌবুক ওম্থোকখ্রে। মফম

অদু ফাওবগা পুং থরগী মনুংদা নুমিদাংবাইবম Ywin Chin গী টাউনসিপ সেন্টবদা থুংলুনবা চংশা তাবম্মী।

CPB ওফিসাব অনিথক্কা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈবম্মী। মখোয় অনিমক Wa কাঙলুপ্নি। য়েংবদা মুতক তৌবদনা থেন্দংনবা শক্তম ওইনা তৌই। মখোয় অনিগী মনুংদা অমদি ময়া অমা সনানা হাপ্পী অমসুং নোকপদা ইবং লংনা উবি। মহাক্কা ঐগী খুৎ শোক্লকখি । মহাক মশামক বটালিয়ন কম্মান্দবনি হায়না শক তাকচৈ । Kyinshan দা লৈবা মথংগী টাউনসিপ সেন্তবদা চংনবগী অমদি ঐখোয়বু ইক্কোট তৌনবগী অফবা মথলগী খুৎলাই পায়বা ক্রুপশিং মথংগী নুমিত্তা লাক্কনি হায়না ফোঙদোক্লম্মী ।

লম্বী অদু চীনাগী ঙমখৈ ওইবিবা চীংশাং পবেংশিং লান্না Hopang-Namting তম্পাক লোমদা লাপ্পা তাম্না শন্দোকখ্রি। বেঞ্জ অসি কম্যুনিস্টশিংনা যাম্না শেংনা কন্ট্রোল তৌবি। Hopang অমসুং Panglong গী খা থংবা শকক্লা গভর্নমেন্টনা মখৌ পাঙথোক্লি অমসুং Kunlong দা লৈবা Salween থোং অসিমক ইং ১৯৭১-৭২ দা তমথীবা লানফম অমা ওইখি। মতম অদুদগী হৌনা Salween গী নোংপোক্তা লৈবিবা গভর্নমেন্টকী Kunlong - Hopang-Panglong সেমজিনবগা লোয়ননা মায পাক্লা ঈথিল চঙদুনা খোঙথাফম শেম্বা হৌখি। CPB না কোযশিন্দুনা লৈবিবা টাউন খুদিংমক্তা আর্মি বটালিয়ন অমমম থমদুনা ঙাকশেনবগী থবক পাযখৎলম্মী।

চুম্লম্বা তাই মবমদি ঐখোয়না চৎলিবা বোর্দব বেঞ্জগী লমদম অসি মী লন্না-লন্না তাই । Sam Mai অমসুং Wa ওফিসাবগী ব্রাঙাংদগী ভাবনা লাকশিনবদা মফম অসি CPB না লাকশিল্লকপদগী চীংদগী মী মযাম অমা তম্পাক লমদা কুমথখি। খব অমনা খব শাফগদবা মফম Salween গী নোংচুপ Lasho, Hsenwi অমসুং Tang-yang দা ময়ুম হোংনখি ।

ঐখোযগী খুৎপু অদু মীওয় ৩০মুক্তি। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ঐখোয় Kyinshan তম্না চঙশিল্লক্লে। খুল অদু চাইনীজশিংনা নম্না তাই। যুম অযাম্বা মখা থংবা শকক্তু য়াম্না চাউনা চাউনা হাঙহল্লি। ইনা কুপ্পা যুমদুগী মখাদা ব্রানা শাবা বাগোস থম্বগা লোয়ননা গথাশিং পুল্লগা থম্মী। শাউগল্লবা হুইশিংনা মখোয়বু ঙাক শেনবগী থবক তৌই ।

ঐখোয়গী হোস্টতু চাইনীজনি । মহাক্কী চহি ৩০ গী মতম অদুব্রাইদা ঙমখৈগী চীংশাং পবেং কুক্রক কাদ্রাকপা লমদমবু তেমশীংনবদুনা অনৌবা পোখোক পুথোকপদা শীংথাবা য়াবা মীশক অমা ওইবম্মী। মহাক গ্রে মচুগী

মওং তাবা জেকেৎ অমা লীৎলি, হিগোম হিগোম লাউবা অমুবা খোঙ্গ্রাও অমা শেৎলি। চুরুট 555 অমা থক্লদুনা মদুগী তাম্ফিদু মখুত্তুনা কপ্থোক্লি। মহাক বর্ম্মা, Laos, থাইলেন্দ ভিয়েটনাম অমসুং চিনা থুংনবা কোয়কবগা চহি ৭ কী মতুংদা ময়ুমদা হল্লকপনি ।

"ঐ মতম খবগীদমক Luang Prabang দা লৈবম্মী" মহাক্না 555 কী মৈখুদু পাদক্লা কামথোক্লগা হায়বকই -"ঐ মরুপ মপাংশিংগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নবম্মী। ঐখোয়না মখল কয়াগী লল্লোন পোৎশিং শেম শাবম্মী। কবিগুম্বা মতমদনা চিনাদা হাইগৎলি । কবিগুম্বদনা থাইলেন্দদা পোৎ-চৈ তিক্লবগীদমক হাইথৈ। মদু Luang Prabang নত্রগা Vientiane দা য়োম্থোকই । তৌইগুম্বসুং মসি ঐখোয়না ত্রক অমদা কিৎ-কিৎ নমশিন্দুনা হাপ্লগা Hanoi নত্রগা বর্মিজ ওমখৈদা পুববদি হেন্না শেন্দোং ফংবা ওমগনি।

"লৈবাকশিং অদুগী ভিশাদি য়াম্না লায়না ফংবা ওস্রা?" ঐনা হংই। মহাক বর্মিজ আইদেন্টিটি কার্দ অমা ফাওবা পায়বা মান্দে ।

"ঐদি মসিগী ভিশা মখল অসি শীজিন্নে।" মহাক্লা নোকখি নোকখি ফুবিৎ খাওদগী বর্মিজ বেঙ্কনোট অমা পুথোক্লগা উৎলকই। কল্লক মিহৌবগী চৈনা অমা ঐঙোন্দা ফাওবকই। মসিগী হৈ-শিংলবা স্মগ্লব অসিনা পাসপোর্ট শুংযাও যাওদনা অচৌ অশাং অঙম্বশিংবু শেলনা মিহৌহল্লগা লৈবাক মঙাগী মবক্তা হঙ্গৎ হন্দা কোযচৎ চৎলি।

"নঙ ওপিয়মদি পুব্রা ?" ঐনা হংই -

"এ কদাইদগী, পুদে ।" মহাক্লা হাইফেৎ নোক্লগা শমতক্লা খুল্লকই। মাগী মতৌদুদা ঐসু হাইফেৎ নোকখি ।

মথংগী অযুক অঙনবদা খোঙয়াদা লৈবিবা উনশিং নেৎখায নেৎখাযদুনা ঐখোয খোঙশানবা হৌবে। Wa কম্মান্দব অদুদি Kyinshan দা পম্থদুনা লৈহৌবে । হৌজিক ঐখোয়বু লমজিংলিবসি Kokang দগী Wa ওফিসাব অমসুং ওপিয়ম পামজনা থকপা ইন্টবপ্রিটব অদুগা মখোয় অনিনি। মাদা নত্তে ওফিসাবদুসু পুবা এদিক্ত মাল্লি। ঐখোয় খুঙ্গৎগী কৈথেল অমা লাম্থোবক্লে। তাঞ্জা অদুমক্তদা মখোয অনিমক অপেনবা নুংঙাইবা ফংনবগীদমক যুম অমদা চঙখ্রগা মাঙথোকখ্রে। ওইবম্বা য়াই ওপিয়মগী অপেনবা লোকপা ।

খোঙচৎ অদুগী লুবিবা ৱাফমদি Panglong তম্পাক্কী [illegible] অদোমদা কুমথবা অদুনি- মদু গভর্নমেন্টকী লানবন্দগী কিংমি: খবখক চৎলগা লৈ । ঐখোয়

Wa চীংশাং কাম্রিঙৈদা Htahtein তুবেল হান্না লানবা তাবি। লায়বক ফবদি ঐখোয়না কুমথবিবা মফমদু উ-বানা পুংকুপ কুপশিনবা মফমনি। ঐখোয়গী লুচিংবা অনিদুনা Kyinshan দগী শগোল অনিখক বায়বগা পুবকই । মখোয়না মদু তোংলগা মাঙ থানা চত্তুনা তুংদা লাক্লিবা লাম্নীশিংবু লাউ খোংদুনা হুকুম তৌবি। হুকুম অদু থৌ-বা ইশা-শাদনা ঐখোয় য়াম্না চোকথনা মানা মানা খোকপা Htahtein তম্না কুমথবক্রে।

তুবেল অদুদা কোহিলং ইকা কাবা য়োংলি অমা তিংলগা মদুদা ফৈবেং তুবেংবা উপাক খব থাবগা শেম্বা থোং-অহাইবী অমা খক লৈবম্মী। থোং অদু ফেবে ফেবে হাইবমখৈ ঐখোয় অমমমতা ওইনা তুবেল বাংমবোমদা লাম্থোক্রে। মখোয়শিংদু নাপি মবক্তা পদ্রাক পদ্রাক হিপথখ্রে। মখোয়না তৌবিবদু কবিনো হায়না ঐনা Sam Mai দা হংই -

*"মখোযনা হাযবিসি, মখোয চোকথবে সিনি। বিস্মুট কুম্বা খব চাবগা মখোয পোখানীংলে ।"*

*"মফমসিদবো ?"* ঐখোয কবিগীদমক্তা মথংগী খুলগীদমক চীং অসি কাবোইদৌবিবনো ? Panglong যৌগদবা খজিক্তা মঙায়বে।

ঐগী সজেসন্দু Sam Mai না অর্থ হন্দোক্লগা মযামদা তাহল্লে। মখোয ঐবু শাউনীংবা মাল্লি। মখোয় অমতা ওইনা ঐঙোন্দা লাউশিল্লকই।

মখোয অশেংনা বাবে। Sam Mai না মোমোল নোক্নদুনা হাযবকই ।

*"নখোযদি শগোল তোংলিবনি, ঐনা খোঙনা চৎপা / কবিগী নখোযনা কমপ্লেন তৌগদৌবিবনো ? নখোয অতোপ্পা ওপিযম পাইপ অমগী দবকাব ওইবে, নত্রা ?"*

মমৈথংদদি মখোয় হৌগত্তুনা মখোঙনা চৎপা হৌবে । ঐসু লেংবান্দা বেগ য়ানশিল্লে অমসুং বাকিং স্তিক অদুমা পায়বদুনা Htahtein গী খাদা লৈবা চীং অদু কাখৎপা হৌবে। এদিস্ক্ট অনিদুনা লাউ খোংলদুনা কন্না কমপ্লেন তৌবি । Sam Mai সু কবিগুম্বা অমতা হায়করবা তৌদনা তুমিন্না অদুম্মক চৎলি। লাম্নীশিং অদু মখোয়গী বাইফলদু মবেংবান্দা থাঙ্গৎলদুনা হবাও নুংঙাইনা ঐখোযগী তুংদা ইন্নবক্লি।

Htahtein গী খা থংবা চীংশাং অসি Kokang অমসুং Kyinshan দগী হেন্না শাথীবা লমদম অমনি। শুক্রবা উমং অদুগী মপান্দা শুনু নুংশিংনা মচিন অতিয়াদা তুমখৎ তুমখত্তুনা লৈবি। উ-ব্রা কা হেন্না হৌজিনবনা চীংমায়

অদু ময়েক শেংনা উবা ফংদ্রে । ঐখোয় Wa গী লমদমদা চঙশিল্লক্রে। পুং অমরোম ফংখিদ্রবা লম্বী অদুদা কাখৎলকপগা লোয়ন্নবা ইহান হানবা ওইনা Wa খুঙ্গং অমদা থুংলুবে। মসি Htahtein হায়না কৌই, অপিক অপিকপা য়ুম ৫০ মুক লৈ। য়ুম খুদিংমক অব্রাংবা ব্রানা শম্বল ইকোয় কোয়না খাজিল্লি। উনশা খুইববী হনুবী অমা ফুবিৎকা অমতা লীত্তবমখৈ মাগী য়ুমগী থোঙ্গালদগী থোবক্লম্মী। মহাক অতৈ ফি অমতা শেৎ চাদে সুপ্নগী লুঙ্গি অমখক শেৎলি। ঐখোয়বু হেক উবদা ফি থোংদবা হকচাংদু খুমজিনখি ।

ঐখোয় পুং খবগা চীং মথকলোমদা কাখৎলম্মী । চপ মান্নবা Wa ঙাক্তা খুন্দাবা মফম অমসুং লাম্ভোবক্রে। Kokang দা লৈবা খুঙ্গংশিং য়াম্না মোৎলি, য়াম্নসু লায়বে। তৌইগুম্বসুং লমদম অদুগী কাববাব ব্রালাশিংনা খচব, ষণ লাবা অমসুং চাইনীজ শাজৎ কুম য়ুম খুদিংগী থোঙজিন্দা য়েক্লে। মসিনা চাউখৎপগী খুদম অমগুম লৌনৈ । চাংদম্নদুনা য়েংবদা Wa শিংগী য়ুমলিং খুল্লিংবগী মওং অসি নাগা হিলসকী প্রিমিটিভ এনভাইৰনমেন্ট য়াম্না কন্না নিংশিংহল্লি ।

মখোয় অসি কুচু মুবা, নেমতক্লা থীক-থা ফবা ফুকপ অমনি। Wa শিংনা খৌনাওদগী থোকপা অযাকপা লোন অমা ঙাংনৈ। Shan শিংগা চাংদম্ন দুনা য়েংবদা Wa মবোলসি হঙোইগুম ক্রেক-ক্রোক ক্রেক হায়বা খোম্ভোক অমা থোকপদৌনা তৌই। Wa গী লমদমদা ঙাংনবিবা লোন অসি Mon-Khmer ফেমিলিগী লোনগী মনুং চল্লি হাযবা তাই । Wa কাঙলুপ অসি মকওইনা Shan ষ্টেটকী শরুক খব অমসুং অব্রাং থংবা থাইলেন্দা খুন্দাবা হৌখি । মফম অদুদা মখোয়বু Lawa হাযনা খঙনৈ। পোলিটিকেল্লি য়েংবদসু মখোয় মশাগী ওইবা ষ্টেট অম ফাওবা লৈজদ্রি। বর্মাগী মোনশিং অমসুং কম্বোদিয়াগী Khmer শিংবু মখোযগী খ্বাইদগী চান্নজববা মচিন মনাওশিংনি হায়ববোমদা নম্না লৈ। অদুম ওইনমক সেঞ্চুবি অসিখক্তদা অব্রাং থংবা থাইলেন্দদা লৈবা চিযাব মাইগী লৈঙাকপশিংনা Lawa ত্রাইবপু মশাগী ওইবা লম লৈজবা (মপু) য়াহনখি ।

ঙসিদি থাইলেন্দা মহৈ মশীংগী লমদা জ্ঞান তাববা কয়া অমা লৈবে। মখোয়না থাইলেন্দদা নত্তনা মান্নবা সিভিলাইজেসন্দা বর্মা অমসুং চিনা মসিদসু নত্তনা ইন্দিয়াগী অসামদা ফাওবা থাই মচাশিং শন্দোক্লুনা লৈবি।

নুমিৎ খুব হৌখ্রে। অয়াকপা খোঞ্জেলনা ঙাংবা কাংবুনা খুন্দাবা লম, হায়বদি Maipalak, Nget Bruk, Ngai Brak, Yawng Hpre অমসুং Yawng Rieng শিংগী খুল লাম্ভোবক্রে। খুলশিং অসিগী মরুদি Baptist তৌখ্রে

লোয়ননা খৃষ্টিয়ান কেলেন্দবশিং য়ুমগী ফক্লাংদা থেংলি অমসুং জেমস নত্রগা ক্রোস মার্ক নচিংবসু থেংনবা উই ।

খুঙ্গং অদুদা লৈবা য়ুম অমদা চওলুই । থোঙজিন মপান্দা খোঙউপ থন্নগা অমসুং তুপীদু লৌথোক্লগা ব্রাগী লৈমায়দুদা থন্নম্মী। ঐবু উবদা লৈবল্লিবা ময়ামদু চওক্লনা মমীৎশিংদু লাউথোক্লগা থাজদবগা লোয়ননা য়েংনবকই।

অহলদু চাইনিজ লৌমীশিংগী অচৌ অশাংগী ওইবা ফিজেং শেংলি অমসুং কম্যুনিষ্ট লাম্নীগী তুপী অমা উপ্পী, মহাক্লা ঐঙোন্দা ইকাই খুম্নবা উৎলকই। লাইবিক্তু Wa মবোন্দা ইবনি, ময়েক্লা বোমান ময়েক্তি। চেখুমদা ইংলিসনা অসুম্না থাই - "Wa Hymn Book" অর্থ হন্দোকপা অমসুং খোমজিনবনা Rev Vincent Yang নি । অফোঙবনা Rev J Zol Khaw Swan, Rangoon নি । কোঙখিবা চহীদুদি পাবা থোক্তে । ঐবু ঙাইদুনা লৈবম্বা Sam Mai না মচা খায়না হায়বকই-

"মহাক্লদি নঙবু মিসন্নবি অমা ওইনা উকুববজাংনি। আমেবিকান Baptist শিং মহাক্লা কযাবক উপ্রে। অঙৌবা মীবু উববদি আমেবিকান Baptist নি হায়না মহাক্লা খল্লি। মখোয় মফম অসিদা চহি ২০ গী মমাঙদা লাক্লম্লে। হৌজিক অহলসিনা খল্লিবসি মখোয় অমুক হল্লক্লে সিনি। মদুননি মহাক্লা অসুক হবাওবিবসি। মহাক্লা নঙোন্দা উৎপা পাম্মী মদুদি মখোযনা Gospel বু খক কাউবা লৈতে ।"

Sam Mai না নুংঙাইববা কুম্মেদু উবদা ইবাঙ লাঙলদুনা নোক্লকই। ঐ ইশামক খৃষ্টান অমা নত্রবসু ঐনা থম্মোয শেংনা লাইবিকশিং অদু খুংনা শোক্লম্মী। লাইবিকশিং অদুদি Wa লোনদা হন্দোকপা "Onward Christian Soldier" অমসুং "Born in a Manger" হাযবসিনি।

অহল অদু লাইবিকশিংদু পাযখৎলগা ঐখোয়গী নাকন্দা ফম্লে। মতম অদুমক্তি ঐখোয় মফমদুদা ফংবা চেঙ অমদি শাগী মথেল অমা লৌখৎপা লোইবে । ইমুংগী মীওইশিং ঐখোয়না চাবদু লোইবা ঙাইবি। মখোয় লোইনমক নহা অহল বাক্তনা অশাংবা ব্রাগী পাইপ শীজিন্নদুনা মৈখু থকই। অপীকপা অঙাংশিং অদুনা অচৌবা লংশুং অমমম কিশিল্লি। খুঙ্গংগী পুন্সি অদুক হাক্লা নুংঙাইবা নত্তে অমসুং মখোয়গী মতম লেনবগী মওংদি মৈনাক্তা কোযনা ফম্লগা চুরুট বিবি থক্লগা ব্রাবী শাবনি। য়ুম খুদিংগী ইংখোলদা হীদাক মনা থানৈ । অব্রাং থংবা চীংশাংদনা ওপিয়ম পোপিদগী শীংথাবা যানা ফ্রি ওইবে। ওপিযম থাবা লমশিংদা হীদাক মনা য়োল্লগা খুঞ্জাশিং যাম্না লায়না হিংবা ঙম্মী। মসি পুক্লিং থৌগৎপা যাবা খুদম অমনি। ঐগী ব্রাখলদা Wa ফুকপ অসি ওপিয়ম থাবদগী হেন্না হীদাক মনা থাবনা পাম্নবকখিগনি।

ঐখোয়বু খা পাংনা নাপি ঙাক্তা হৌবা, উ পাম্বী অমতসু হৌদবা লমদম অমদা পুদুনা লাক্লে। অচৌবা চীংজাও অমা লৈবম্মী, মদু উবদা Wa লাম্নী অমনা ঐঙোন্দা হায় মসি চাইনিজশিংনা Loi-Mau নত্রগা Kungming Shan হায়না কৌনৈ। মসিদা উ অমা ফাওবা হৌদে। ঐনা ঙক্লিবদি মসিদা চমোংনবা লম্বী, মদুসু মোটোব গাড়িশিং চৎপা য়াবা চাইনীজ ঙমখৈগী নোংপোক থংবদা লম্বী অমা লৈখ্রি । ঐখোয়না নাম্ভক তৌবা লম্বী অমগী মতুং ইন্না চঙশিল্লি। Xiao yang না খচবশিংদু মাগী মমাঙ থানা লীচৈ অমা পায়বদুনা হোইবি। লম্বী অদু অপিকপা চীংদুম মচা অমদা কোয়শিন্দুনা চৎলি ।ঙাইহাক লৈবগা চীংগী নাকন্দা লৈবা অচৌবা খুঙ্গং অমদা ঐখোয় থুংলুবে। মদু Loi Mau নি। পংতি অনিগী ওইবা উনা শাবা য়ুম অমসুং চেক অমদি লৈবাক্লা শাবা য়ুমশিং লৈখ্রি। খব অমদি লোক নাইবা জিঙ্খুগুম্বনা কুপ্পী অমসুং অতৈনা খাপবা (tile) না কুপ্পী । লৌবুকশিং অদু য়াপললনা ইকোয় কোয়শিল্লি। মথংদা খুল মচা অমা থেংনৈ। মসি Shan শিংনা Mong Mau নত্রগা New Land হায়না খঙনৈ । কৈথেল অসি চাইনিজশিংনদি Chintefang হায়না কৌনৈ। অমবোমদা বর্মিজশিংনা Shan গী মবোল লৌবগা "Maing Maw" হায়নসু খঙনৈ। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা মফম অসিবু কৌনীংবা মিং কৌনববসু মফমসি অৱাং থংবা Wa দিষ্ট্রিক্টকী ওইনা CPB গী এদমিনিস্ট্রেটিভ হেদ কাটব ওইনা শীজিন্নবি ।

ঐখোয় মী চিল্লবা কৈথেল অদুদা চঙশিল্লক্লে। মনাক অদুৱাইদা ইনা কুপ্পা দুকান পবেং পবেং লৈখ্রি। ঐনা উবদা কাববাবৱালা খবনা "Liverpool 33" থাবা T-Shirt শিং য়োল্লি। মসিদা য়োল্লিবা ফিবোল অযাম্বা চিনাদগী লাকপা ঙাক্তনি।

ঙাইহাক লৈবগা মীয়াই চল্লবা অৱাংবা CPB গী ইউনিফোম শেৎপা Burman অমখক থুংলবে। মহাক মশা মউ মবৈ মবৈ তাই, ঐঙোন্দা হাইফেৎ নোক্লকই । Sam Mai না মাগী মমিং Mya Thaung কৌই, দিষ্ট্রিক্ট অসিগী পার্টি সেক্রেটরিনি হায়না ঐঙোন্দা শক তাকই। ঐনা মঙোন্দা Hsi-Hsinwan দগী কবি পাউ তাবগে হায়না হংলম্মী, অদুবু কবিসু থোইদোকপা লৈবমদ্রে । ঐখোয়বু লমজিংলকপা ওপিয়ম থকপা Kokang ওফিসাব অনিদু অথুবা মতমদা ময়ুম লোমদা হনখ্রে। ঐনা সুম য়েংবদা দিষ্ট্রিক্ট ওফিস অদুদা অহাংবা কা অমা লৈবা উই। মদুদা চঙশিল্লগা ঐ অদুম্মক তুমথবে।

মথং নুমিৎকী নুমিদাংদা ঐবু ইকাই খুম্না ওকপা ওইনা দিষ্ট্রিক্ট ওফিসকী মনাক্তা লৈবিবা লম্পাক অদুদা জগোই ঈশৈ পাঙথোক্লম্মী। Wa কাংলুপকী মীওই চাম্ম হেন্নবনা ঈশৈ শকপগা লোয়ননা দ্রঙ্গ [illegible] দুনা কুম্মে অদু পাঙথোক্লম্মী।

মতমদু ইংশিল্লক্লে। ঐগী ফিল্ড জেকেৎ অদু লীৎশিল্লগা মথক্তা কম্পোর অমা ইনশিল্লে। ঐগী অকোয়বদা পার্টি ওফিসাবশিং চিনাগী অথাবা গ্রেটকোট অমমম লীৎলদুনা অমসুং কম্যুনিষ্ট তুপীশিং উপ্পদুনা ফল্লি। মৈহৌবোন্দগী লৈবক্লবা ত্রাইবেল হেদ হুন্তবগী লমদম অসি হৌজিক্তি বর্মন মাক্সিস-লেনিনিষ্টশিংনা য়ানশিন্নবা কলচরগা লোয়ননা লৈঙাকপগী থবক তৌরি। পার্টি সেক্রেটরি Mya Thaung না Wa শিংগী নিংথৌ ওইবে হায়বসি অশেং অশেংলে। মহাকপু মফমসিগী মীওয়শিংনা কয়াগী মতীক ইকাই খুম্নবগে হায়বদু ঐঙোন্দা লীদুনা তাহল্লি।

মমৈথংদা ঐনা মাবু ইন্টরভিয়ু লৌবম্মী অমসুং CPB না অতোপ্পা মফমদা তৌবিবা অদুগা চপ মান্ননা Wa Hills তা থবক তৌব্রা হায়বনচিংবগী কান্নবা ৱাফম কয়া খোমজিল্লম্মী। লোকেল ৱাবলোদশিংনা মখোয়গী মবন্নাই খুশিনা শাসন তৌই ওপিয়ম কাববাবদগী লাকপা শেন্দোং বর্মিজ আর্মি কম্যান্দবশিংগা য়েন্নৈ। মতৌ অসুম্না Kuomintangশিং য়াম্না শক্তি লৈবা কাংবু ওইবম্মী। মখোয় ইং ১৯৫০ গী অঙনবা শকক্তগী Wa Hills তা বেজ তৌদুনা লৈবকপনি । লান তোয়না শোক্লবা নিংথৌ পান্দবা কাংখোং চাইবিঙে চৈবক্তা ইং ১৯৭১ দা কম্যুনিষ্টশিং কোকাং লোমদগী হাইজিল্লকখি। কুওমিন্তাংশিং য়াম্না লায়না মাযথীবা পীখি অমসুং কিবদগী থা-মায়কৈ থাইগী ঙমখৈবোমদা চেনখি। ইং ১৯৭১ গী মে অমদা কম্যুনিষ্ট ক্রপ লিশিং অমবোম্না Mong Mau অমসুং বর্মিজ লানবন কোয়শিল্লকখি অমসুং অকনবা লানফম অমা শোক্লখি । হিংহৌবা খবনা Panglong অমসুং Hopang লোমদা কুমথখি। CPB না মখোয়বু কবিগুম্বদসু ফাননবা থৌবাং তৌখিদ্রে ।

"চাইনীজ ওথোবিটিনা ঐখোয়দা অপেনবা ফোঙদোক্লিবনি।" Mya Thaung না চুকট অমা চিংলগা নোক্লদুনা হাযবকই। ঐখোযনা মফম অসিবু খুদুম চল্লবা মতুংদা মখোয় পুম্নমক অহিংদা নাখোকপমখৈ তুম্বা ফংজবিবনি। ঙমখৈ অসি থৌদোক ৱাথোক লৌতুনবগী ৱাফম কবিসু লৈত্রে।"

মসি চহী কয়াগী মমাঙগী ৱানি। হৌজিক্তি খুঙ্গাশিং অনৌবা লৈঙাকপা অসিগী ৱাখল্লোলগা চুশিন্নবা ঙল্লক্লে। খুঙ্গাশিং থাইনগী নোংমৈ অমসুং অনিশুবা লাঞ্জাওগী বাইফলশিং অমদি এম্মুস তৌবদা ফংহৌবা খুৎলাইশিংগা লোযননা Wa চীংশাংদা মপুং ফাবা কেম্প অমসুং ওফিসশিং লীংখৎখি । অসিগুম্বা শীংথানবা য়াবা খাঙবা কনবগী ইতিহাস অসি মৈহৌবোন্দগী লৈবক্লবা ইষ্টর্ন নাগাশিংগা হাইবপ চুশিন্নবা য়াই।

"মদু Khun Ma গী এবিয়াদনি। খুল মনুংদা চৎলগা মদুদা লৈবম্বা নুপী অঙাং পুম্নমক যুমশাং অমগী মনুংদা পুল্লপ হোইজিনবনি।" Mya Thaung

না হায়বকপনি "অদুদগীদি ঐখোয়না B-40 বোকেটতু য়ুমদুগী অবোইবা থোঙদুদা কাপশিনবনি। অদুদগীদি মখোয় পুমলোই।" মহাক হাইফেত্তং নোক্লকই।

চহী খবদংগী মনুংদা মফম অসিদা লৈবম্বা অথীংবশিং হুম্বুবক্লে অমসুং CPB গী শান্তিগী ওইবা অকনবা শক্তিবু য়াবা হৌরকখি। অদুম ওইনমক নাকোইনবা সাসন ওইনা খুলগী লুচিংববু মখা তানা লৈঙাকপগী থবক তৌহল্লি। Mya Thaung গী মকওইবা খুৎলাই ওইবিবা Chao Ngi Lai কৌবা Wa চিফ অসিনি। মহাক ৱাংই, মশা পায় অমসুং কুচু শেংনা ঙৌই। মহাক Wa দগী চাইনীজনা হেন্না মাল্লি।

ইং ১৯৬০ গী অদুৱাইদা Chao Ngi Lai মহাক মশাগী খুৎলাই পায়বা লাম্মীশিংগী লুচিংবা মকোক ওইবম্মী। কবিগুম্বা মতমদা বর্মিজ আর্মিগী মায়োক্তা লাম্থেংনবম্মী কবিগুম্বদনা Kuomintang নত্রগা বাইবেল ৱাবলোর্দশিংগা লান শোক্লবম্মী। ইং ১৯৬৮ দা CPB না অফবা মখলগী খুৎশু খুৎলাই কয়া খুদোলপোৎ ওইনা পীবগা মহাকপু কন্টেক্ট তৌখি। কবিসু ঙক্রি ংঙাই ওইদে, মথক্তা থোঙ্গৎলম্বা পোৎলুম অদু কম্যুনিষ্টশিংগা লোয়ননা লংথোকখি। অসুমনা Chao Ngi Lai অমসুং অতৈ ত্রাইবেল লুচিংবশিংগী মতেংদগী ইং ১৯৭৪ দা CPB না Wa চীংশাং পায়শিল্লগা মখোয়গী খুৎ চঙবা হৌখি। মসিদগী হৌনা হেদ হস্তিংগী থবক থুপচিনখ্রে।

"মতম অমদদি খুলদগী নাইতোম তানা হেন্দোকলুবা মী অদু অসুক্কী মতীক খুদোং থীবা তাবম্মী। মখোয়না লৌবুক্তা থবক শুবা তাববসু ময়াম পুল্লপ পুল্লপ শুমিন্নে।" মহাক্লা নোক্লদুনা মখা তাবকই -

"ঐখোয়গী কম্যুনিটিগীদমক কোকশিং অসি ইভিল স্পিরিটশিংদগী ঙাক শেন্দুনা থম্বা তাবম্মী। মসি পুম্নমক থাজনিংঙাই ওইদবা Feudal Superstition ঙাক্তনি।"

মহাক্লা শেম শাবিবা ষ্টেটমেন্টশিং খঙনীং হৈনীংনবা থাজহন্নবা অমসুং CPB দগী লৌখৎলকপা মার্ক্সিসপু পামহন্নবা মচাক ঙাক্তনি। মহাক্লা ঐঙোন্দা হায়- হেদ হস্তিং সিজন মার্চ থাদা চীংদোল অসিদা থুংলগনি অমসুং এপ্রিল থাদা পাংথোকপা বুদ্ধিষ্ট নিউ ইয়াবগী ৱাটব ফেস্তিভেল ফাওবা মখা চথগদৌবিবনি। Wa শিংগী মবক্তা বৌদ্ধ ধর্ম্মদা হোংলক্লবশিংগী মবক্তা মসি মহৌশানা পীবা ফেস্তিবেলনি স্পিরিটপু থৌনিজবনা মশীং হেনবশিংনা কুম্মৈ অসি মহে মবোং থাব, লৌ লীংবা হৌবা সিজন্দা পাংথোক্লে। তগৎ-তগৎ তেকপা কোকশিং ৱাতোন্দা থেৎলগা Wa খুলগী ফাওদোকপগী নাকন নাকন্দা

থেভুনা (য়ুংদুনা) থম্মী। অসুম তৌবগা অফবা চাথোক হেন্না ফংগনি হায়না থাজনৈ। অসিগুম্বা agrarian Wa tradition অসিগী হৌবকফম অসি চমন্নবা খঙদ উদবা অমসুং মপুং ফানা মুন্না খঙদে হায়বসিনা হেন্না চুমগদবা মাল্লি। তৌইগুম্বসুং Wa অয়াম্বনা অমসুং হিস্তোবিয়ানশিংনা অবীবা ৱাবী অমা লীনৈ মদুদি Three Kingdoms Period (AD 220-280) কী মতমদা অফাওবা চাইনিজ ৱাবিয়ব অমা ওইখিবা Chu Ko-liang না Wa মীয়ামদা ত্রিক শান্নবম্বনি। Chu না Wa শিংদা অফুৎপা ফৌ পীবগা থানবা হায়। মসি মহৌশানা শুংহৌ হৌববোইদবা পোৎনি। অদুদগীদি মহাক্না Wa শিংদা হায় নখোয়না মীগী মকোক কক্লগা লাইদা থৌনিজববদি শোয়দনা ফৌ অসি হৌগনি। অসুম তৌনা Chu না মতীক চানা হৌবগদবা ফৌ অদু পীদুনা থাহনখি।

মসিদগী হৌদুনা হেদ হন্তিং এক্সপিদিসন অসি Wa শিংনা চহী খুদিংগী পাঙথোক্লুনা লাকই। মসিদা পেল্লবা চাইনীজশিংনা অসিগুম্বা ত্রাইবশিং অসি মখোয মশেল হাৎনহল্লগা মখোযনা যাম্না লাইনা খুদুম চনশিন্নবা হোৎনবম্মী। চীংমীশিংনা নোংমগী শীজিন্নদবা যাদবা পোৎলমশিং চাইনীজ কাববাবৱালশিংগী মখা পোন্না লৈবকই। মসিনা মবম ওইদুনা চাইনীজশিংগী মকোক অমতা কেনগনি হায়বগী অকিবা লৈবমদে। অশেংনা হায়ববদা মসি চাইনীজশিংনা তৌবা অচৌবা নমথাক্লি, শেমজিনবা জেনেসিসনি, ৱাবী অসিনা Wa শিংগী মবক্তা এন্তি-চাইনীজ সেন্টিমেন্ট শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওইখি।

Wa গী অহল ওইববশিংনা হায মখোযনা সিখশিংবুনা হেন্না পাম্মী। কবিগুম্বা মকোই অমসুং কোযেৎ পুন্না যাওবা ফংলবদি Shan হিস্তোবিয়ান Sao Saimong Mangrai না মহাক্কী লাইবিক The Shan State and the British Annexation দা হায় "ইং ১৯৩৯ দা বৃটিশ ওফিসাব অমনা Wa ষ্টেটতা টুব লাকপদা সিখ দোক্তব অমখক্কা লোযননা হেদ-হন্তিং এবিযাদুদা থুংলখি, মখোয় সিফাই প্লেটুন অমনা ঙাক শেল্লকখি। মতমদুদা অসুম্না তাখি Wa শিংনা কেম্প পান্নবিবা মী খবদা লুপা ৩০০ পীবগা সিখ অদুগী মকোক অদু মখোযগী খুলদা পুবক্লবা হাযবম্মী।"

অতেনবা মতমগী মনুংদা Wa সোসাইটিদা হেদ-হন্তিংগী মপাঙ্গল শোম্বুবকখি অমসুং শেল-থুমগী লমদা পাক শন্না চাউখৎপা পুবক্লবা হোৎনববোমদা মসিনা অয়েৎপা পীবি হায়বা খঙলম্মী। চাউখৎলবা তমগী মীওইশিংনা মখোয়বুকি-তুকচৈ অমসুং চীংদা মায়োক্লগদৌবিবা খুদোং থীবশিং মনুং যৌশিন্না খঙবা ঙম্মী। Wa শিংনা অসিগুম্বা লমচৎশিং থাদোক্লগা অনৌবা

যুগ অসিদা মখোয় মশাগী ওইবা ওটোনোমী ম্যেন্টেন্ট তৌনবা হোৎনবম্মী। অমুকখক CPB না Wa চীংশাং খুদুম চনখি । মদুদা মখোয়না লাকশিনবদা ব্রাববা ত্রাইবেল ফাইটব কয়া লৈবম্বা থেংনখি। অমুক্তং ঙাকথোকখিবদা নহা ওইবিবা ত্রাইবেলশিং অসিনা গভর্নমেন্টগী মায়োক্তা লাল হৌবা হায়বসি অদুক হাক্লা খুদোং থীনিংঙাই ওইবমদে। মীবোল কয়া কয়াদগী হৌনা ময়খায় থীনগাইবা কয়া লাক্তুনসু চীংশাং পবেং অসিবু মখোয়না ঙাক শেন্দুনা লাক্লি। মপান্দগী চঙলকপা অথবিটিবু অঙম্বা পাঙ্গল শীজিন্নদুনা থীংবা হায়বা ত্রেদিসন অসি কম্যুনিষ্টশিং লাক্তিঙৈ মমাঙদা মখোয়গী থম্মোয়দা চুদুনা লৈম্ববনি ।

Mong Mau দা লৈববা চয়োল অমগী মতুং নোংমনি। ঐগী হকচাংসি ইশোন শোইছে অমসুং লাইহৌ হৌবনা মবম ওইদুনা চানীং থক্লিংবা পুম্নমক মাঙখিবম্মী। য়েকম অফুৎপগা চাকদু ফাওবা চাশিনবা ঙম্লমদে। লাইবক্তা হুমাং ঈবিক কাবম্মী অমসুং কোক ঙাওবনা কবিগুম্বা অমতা পাঙথোকপা ঙমখিদ্রে। মতুংগী নুমিৎসু ফিভম অদু থোইনা হোংলমদে ঐগী টেম্পবেচব ৪১ দিগ্রি সেন্টিগ্রেদতা লৈখি। CPB গী নর্স মশা নোয়বী চহি ৪০ গী লেং ওইগদবী চাইনীজ নুপী অমনা ঐবু লায়েংবগী থবক তৌবীখি। মহাক্লা ঐবু ইঞ্জেক্সন অমা কাপ্লগা টেবলেট অনিগা ঈশিং গ্লাস অমগা ঐঙোন্দা পীবম্মী। লোকেল CPB এদমিনিস্ত্রেটবশিংগা ইন্টবভিয়ু তৌবা মতমদা ঐনা থাজবা অমা ফংখি খুল অসিদা মতীক চানা খুৎলাই লৈববা হোসপিটাল অমা লৈবতা নত্তনা চাইনীজ ত্রেন্দ নর্স ২৯ সু লৈ। মসি হৌজিক্তি CPB গী হোৎনজমন্না মপুং ফানা থবক পাঙথোকপা ঙম্লে।

অহিং অদু ঐ কম্বল মপৈগী মথক্তা তুম্লম্মী। তৌইগুম্বসুং হুমাং তাবদি লেপত্রি । ঐগী উনশাশিং শোকপদা মৈ হৌবগুম শাবম্মী। মথং নুমিৎ খবনিফাওবা লাইহৌনা ঙাওনা ফৈনা নিকপগা লোযননা চোকথবম্মী। অমবোমদা থৌনা পীবা পাউ অদু লাকপদা ঐ হিংলগদবোই নিংলম্মী মদুদি Brang Seng অমদি মাগী Kachin অমসুং Shan ইস্কোর্টকা লোযননা Mong Mau দা থুংলবে। ঐনা মখোযবু অমুক্তা উন্নজগে হাযনা হাযজবম্মী, চিংননিংঙাই লৈতবা ব্রাফমদি Brang Seng মহাক্কী পার্টিদা হীদাক লাংথক্কী মবমদা য়াম্না ক্বালিফাইদ ওইবা মীশক অমনি। অহিং অদুমক্তদা Brang Seng অমসুং মাগী পার্সোনেল ফিজিসিয়ান Hein Wom গা লোয়ননা লাকই। মখোয়না ঐবু য়াম্না চেকশিন্না লায়েংবগী থবক চঞ্চবম্মী।

"নহাক মেলেরিয়াগী পালি অমা থুংলবে।" Brang Seng না তপ্না হায়বকই।

লায়বক ফবদি Hein Wom মখল খুদিংমক্কী হীদাক লাংথক পুবগা চৎপা মীনি। মহাক্না শৌদোকহল্লবা সিবিঞ্জ অমনা ঐগী নিংজোন্দা হীদাক কাপ্লম্মী অমসুং নুংতিগী চাং নাইনা চাগদবা প্লাস্তিক্না য়োমবা পিল খবগা পীবম্মী। Brang Seng না ঐগী পাঙ্গল কনখৎনবগীদমক মাগী বেগতগী চান থক্লবা খবসু পীবে। মপুং ফানা চাদ্রবা ঐনা মদুবু তবান্না লৌশিল্লম্মী। খবনিগী মতুংদা ঐগী ফিভম খব ফগৎলম্মী অদুম ওইনমক ঐগী খোঙ অসি শোল্লখিবনা লাপ্না চৎপা খোৎপদি ঙম্লমদে। ঐনা লৈবিবা য়ুম অসিদা নুংতিগী চাং নাইনা হকচাং শাজেল তৌবগী থবক চখবম্মী।

নুমিৎ খবনি লৈবগা Brang Seng অমসুং মাগী কাঙবু মফম অসি থাদোক্লম্লগা মখোযগী খোঙচৎ মখা চখখিবম্মী। মখোয়না চৎখ্রিবসি Panghsang অমসুং থাই ঙমখৈগী খা থংবা শকক্তনি। অমবোমদা Sam Mai, Mong Ko দা হনখিবা তাবে। হৌজিক ঐখোযদা অকুবা অমা ওইবিবসি মাগী মহুত্তা ইন্টবপ্রিটব ওইনবা মী অমা ফংনবা হোৎনবসিনি। ঐগী হকচাংনগা মপুং ফানা ফত্তবগা ইনাক্তা কোযশিন্দুনা লৈবিবা মীয়ামদুগা পাউ ফাওদোক্লবদা অৱাবা অমা ওইবম্মী।

খুল অসিগী অনকপা মফম অমদা ইংলিস ঙাংবা ঙম্বা মী অমখক লৈ। মহাকপু Mong Mau দা লাক্লনবা পাউ থাবম্মী। মহাক্কী মমিং Ba Maung হায়না কৌই। মহাক মী নেম্বা অমসুং চহী মীযায় চল্লবা Taunggyi দগী লাকপা ইন্দিয়া মচানি। মহাক ইং ১৯৭০ গী অথেঙবা শকক্তা CPB দা যাওখিবনি। মহাক মতম অমদা আবাকান কোস্টকী ঙাপালি বিচতা লৈবা লীববা স্ত্রেন্দব হোটেলদা ৱেইটব ওইনা থবক তৌবম্মী। ঐনা মাবু কৌবা মতমদা হোটেলদা থুংলবা অতিথীগী কাইদাদা কাদগী বেল খিংলগা হেক হেক কৌই।

"কবিনা ব্রেক ফাস্ট তৌবা পাম্বীবগে সাব?" মসিনা মাগী নোংমগী ওইবা অহৌবা সলামীনি। অদুদগী ঐনা চানা থক্লবা পুবক্লবা হুকুম তৌগনি।

ৱাবী ৱাতাই শানবদা খুদোং চাহন্নবগীদমক Ba Maung না লিববা খুৎনাং চাববা দিক্লনাবি অমখক পুবগা লাকই। মদু মহাক্না লৌয়াম চাবশিং ৩কখায়বকপা মতম অদুদগী চেকশিন্না থল্লকপনি। মদু অবীবা মওংগী লাইবিক্লি

অমদি হান্না বৃটিশ কোলোনি ওইবিঙৈদা শীজিন্নবন্বনি। "Abbreviations is common use" হায়বা হেদ লাইনসিগী মখাদা অসুম্না ইবি, inter alia, FACCA.

নোংমনি, কবিগুন্বা খঙহল্লকপা অমতা তৌদনা পাউ পুবা মী অমখক Panghsang দগী থুংলবে। মহাক্না মনা মনীল নাইবা তৌদনা মশাবু শক তাকচৈ।

"ঐগী মিং Aug Htet কৌই।" ঐনা লৈবিবা কা অদুদা চঙলক্লগা হায়বকপনি "ঐ নহাক্না লোয়ননা Panghsang দা চৎকনি।"

মানা হায়বিবদু মসি ওইবমদৌ মাল্লি । মাগী ইংলিসতু শেবাল তুবান্নবদনা কৈনো অমা ইতৌ তৌই। ঐনা সুম খনবদা মহাক মন্দলে য়ুনিভসিটিদা তম্লকপা ওইবমগনি। চহী ৪০ বোমগী লোন ওইনা তৌই। চাইনীজ আর্মিগী পিস্তোল অমা মাগী পেটিদুদা যাল্লি।

"অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু মসি নঙগীদমক্তনি।" পার্টিগী সিল নম্বা ব্রাউথাংনবা এনভেলপ অমা ঐঙোন্দা পীবকই। ঐনা মদু হাংদোক্লগা যেংই । মদুদা ইবন্নিবদু - Hseng Noung অমসুং Hseng Tai বসনা চিনা ফাওবগা খোঙচৎ অমা চৎলুববা মতুংদা তেক্তা কায়দনা Panghsang দা থুংলবে হাযবনি ।

ঐখোয় তোবোৎ খোইদাননা ব্রাবী শানববা তুংদা ঐনা খঙবা ঙম্লে Aung Htet মীয়াম্না শকখঙনববা বর্মিজ বাইটব অমগী ইমুংদগী হৌবকপনি। ইং ১৯৬০ গী অথেঙবদা মিলিটবি বিজীম্না লন্নাই চেফোঙ থিংজিন্দ্রিঙৈ মমাঙদা মাগী মপা Uhla অমসুং মমা Ah Ma বর্ম্মাদা অবোইবা নিং-তম্বা পাউচে ওইনা লৈবম্বা Ludu নত্রগা People হাযবসিগী এডিটব ওইবম্মী । Aung Htet মশামক ইন্দিযানা ওসিন্দা লৈবা কোকো আইজলেন্দা চহী কযা ফাজিন্দুনা থন্নুবে। বাজনিটিগী বন্দি ওইনা ইং ১৯৭০ গী অদুব্রাইদা মবৈবাক্তগী তাম্লোকখি।

মমৈথংদা ঐখোয দিসেম্বব ১৩ দা Mong Mau থাদোক্লম্লে। ঐ হৌজিক ফাওবা শোন্দম নাদল্লি অমসুং লাইহৌ খজিক খজিক লৈবি, ঐখোয়গী মাঙদনা Wa লৈবাক ফাওবগা Panghsang য়ৌগদবা নুমিৎ তকল্লিগী খোঙচৎ তাদুনা লৈবি। ঐখোয়গী কাঙবুদা Aung Htet যাওবে। অতোপ্পা Wa কাঙবু অমসুং পোৎ চৈ পুনবা খচব অনী থৌবাং তৌবে। ঐগী নুংঙাইনবগীদমক য়েংদুনা চীংগী নাকল নাপী হৌবা লমদম অদোম্বদা চৎপা হৌবে। মসিনা ঐঙোন্দা চৎপদা খব কোম্না থোক্লম্মী। ঈশিং নুংশিৎকী ফিভম থোইনা ফত্তবা তৌদে পাদকপা লৈচিলগা লোয়ননা চৎপদা অব্রাবা ওইদে। অদুম ওইনমক অঙম্বা চীং

হাইগৎলকপদদি ঐ খর চোকথবস্মী। খঙহৌদনা কোক ঙাওবগুম তৌবকই। বাগী চৈস্তু লোয়নদবনা কমারক হন্না তুশিল্লস্মী।

নুমিৎ তাখিবগা লোয়ননা Wa চীংশাংগী অবাং থংবদা লৈবিবা তুবেল মরু Nam Ma দা ঐখোয় থুংলে। অহল ওইববা উগী থোংদু নোংনা মাঙ তাকহনখিবদগী মদুগী মহুত্তা স্তিল য়োংলিনা তুবেল বাংম বাংমগী উদা পুল্লগা মদুগী মথক্তা বা অমদি লীনা ফোপ হাবগা শেম্বা থোং অমা লৈবস্মী। থোং অসি অমুক্তেদা মী অমখক লানবা য়াই। থোং অদুগী ফিভমদু ঐখোয় পালি নাইনা লানবা তাববসু য়াম্না হাই হুম্বনা খুদোংথীব তাবগী ফিভম লৈ। মিটব অহুমগী মখাদা ঈশিংগী ঈচেলনা হুক-হুক লৈদুনা খোংলগা কন্না চেল্লি অমসুং লৈচাক্কী মথক থংবা শকক্তা মচিন তুম্বা নুঙশিংনা থিনগৎ থিনগত্তুনা লৈবি। ঐনা তুবোই ঙাস্নোই লান্নবা হোৎনবিঙেদা Aung Htet না বুদ্ধি চমম্লনা হংলকই -

"ঙাইখো ঐ হংগদবা অমা কাউবে, নঙবু ঈবোইবা হৈব্রা ?"

"হোয ঐ হৈ, অদুম ওইনমক চীংগী অকনবা ঈচেলদদি ঙমদৌ মান্দে। কবিগুম্বা ঐনা মসিদা তাশিনব্রবদি ঐঙোন্দা লৈবিবা মেলেবিয়াসি Nam Ma তুবেলগী ঈশিংনা চামথোকব্রদৌনি।"

তুবেল অদু লাম্ছোক্লবা মতুংদা ঐখোয় অমুক হন্না কাখৎপা হৌবে। তৌইগুম্বসুং মমশিল্লকপগা লোয়ননা নুংথিল চুপ্পা শাবম্বদু ইংথবা হৌবক্লে। পুং অমগী মতুংদা বাগী যুম মচা মচা শাবা Wa গী খুঙ্গং মচা অমদা থুংলুবে। অহিং অসিমা মফম অসিদা পল্লসি হায়না বাবেপ্লবে। হুইশিংনা খোংলি,অঙাংশিংসু কপ্লি। যুমগী মখা থংববোমদগী ঈবোইনা খোংবগী খোঙ্গেলসু তাবি। মদুনা ঐবু থেঙলপ্পা হৌদোকপীবে। তৌইগুম্বসুং ঐ নুংঙাইবা অমদি ফাওবি মদুদি ঐগী হকচাং চৎপদা থোইদোক্পা খুদোং থীনিংঙাইদি ওইববোই।

ঐখোযনা মথংগী নুমিত্তা Nam Ma ফাওবগা খা থংববোমদা চৎলিবা মফমসি ঐনা নাগা হিলসতা উবকপশিংদগী হেন্না শাথীনা শুংগ্রং মাংগ্রাংবা লম্বীনি। মফম অসি য়াম্না লমহেন তুহেনবা Wa শিংগী মযুম্লি। মখোযগী খুল অসি চাউই যুম চাম্মবোম হেন্না লৈ। নাগা হিলসতা তৌবগুম যুমলৈ কৈবৈ মওং তাই । য়েক্লবা খুলদগী হেদ হস্তিং লাকপদা ঙাকথোক্লবগী মওংদা অকনবা থৌবাং লৌখৎপা উবা ফংই। খুল অদুগী অকোযবদা তিম্ভাং পানবা উনা ইকোয় কোয়না খাজিল্লি। খুলগী অবোইবা লমজিল খুদিং টনেলগী মওংদা হৎলি। উনা শাবা গেটনা মনুংলোমদগী যাম্না চেৎনা লোনশিল্লি।

খুল খুদিংগী *দ্রম হাউস* অমমম লৈনৈ। মসি নাগাগী মোবুঙগা মান্নে, মসিদা মকওইবা মিটিং পাঙথোকই। অচৌবা দ্রম অসি উনা শাবনি অমসুং শাগী মউন্না তিংলগা শেন্না এলাম মখল অমনি। মসিনা খুল ফাওনা খোঙ্খাং য়েনা থীল্লকবদি খুন্দাবিবশিংনা য়েক্লবা লাক্লে হায়বা খঙনৈ অমসুং য়াম্না থুনমক গেৎ লোনশিল্লি। দ্রম হাউস অদুগী মপান্দা যেক্লবগী মকোকশিং থুম্মোকশিংদা হাপ্পগা ৱাতোন্দা থেৎ থেত্তুনা থম্মী। মসিনা য়েক্লববু লাকথুবে হায়বগী খুদম ওইনৈ।

অসিগুম্না লানবন শাবগী থৌওং অসি Wa খুঙ্গং খবদদি উবা ফংদ্রে। তৌইগুম্নসুং ঐখোয়না অয়ুক অদুদা খুল অমদা চঙলুবদা অকিবা খোঙ্খাং অমা তাবা ফংলম্মী। চহী মতম কুইববা অমনবা খোংলম অমদি তিঙখং পানবা উনা শম্বল খাবম্বগী লেমহৌখাকশিং মফম অদুদা চাইদুনা লৈবি। খুল অসি অৱাংবা চীংদোলদা লৈবনি। মসিদগী য়েংবদা অকোযবগী ফিভম লোইনমক মযেক শেংনা উবা ফংই ।

অতোপ্পা খব লাপ্না অশংবা চীংমায়দা লৈখ্রিবা খুল অদুনা Konya কৌই। মফম অসিদা ইং ১৯৭২ দা Wa লাম্নীশিংগা CPB গা অকনবা লাল শোক্লখি । নোংমৈ, থাং-তা, টেন পাযবা ত্রাইবেলশিং অসিগী মথক্তা কম্যুনিষ্টশিংনা B-40 বাজুকা শীজিন্নদুনা মওং তানা অকিবা ফংনা শা হাৎপগুম লান্দাখি । ইং ১৯৭৪ দা ওইবা য়াই Chao Ngi Lai না মী মকোক খব Wa Hills কী Konya দা উখিবদু।

ঐখোয় য়াম্না ৱানা Lalai ফাওবগা চৎলম্মী। ঐনা অকোয়বদু খঙনীংবগা লোয়ননা কোয়না য়েংলম্মী। হৌজিক খুঞ্জাশিং অসিনা CPB বু মপুং ফানা শৌগৎলিব্রা নত্রগা কিবদগী মখোয়না হায়বা ইল্লিব্রা হায়বসিগী চাং ওন্নবগী তানফম অমা ওইবম্মী ।

ঈনা কুপ্পা য়ুম অদুগী মপান্দা মৌ নহা অমা ফন্নদুনা অঙাং অমা খোম শীথক্লুনা লৈবম্মী। অহল ওইববশিংনা ৱাগী ফন অদুদা ফমদুনা পোত্থানবি। মফি য়াওদবা অঙাংশিংনা লম্বীগী লৈখোম অদুদা ওন্ন-থোইনা শান্নবি।

অদুম ওইনমক মফম অসিদা মীওইবগী কোক্কী শকদি উবা ফংখিদ্রে, অদুগা শাগী মকোক্তি ৱাতোন্দা থেৎ-থেত্তুনা লৈবা উবা ফংই। খুঞ্জাশিং অদু তশেংনমক লায়ববা কাঙবুনি, অকোয়বদা লৈবিবা পোপিগী লৌবুক্লগী লাকপা শেনফম্না হিংনবগী লম্বী ওইনরি। মসি পুন্নমক অসি Möng Man গী অৱাংদা লৈবিবা Tame Wa গা য়েংনক্লবদা য়াম্না থীনা থেম্নে।

তোইগুম্বসুং Lalai অমসুং অতৈ খুঙ্গংশিং ফাওদুনা লাকপদা ঐনা তোঙানবা শক্তম খব উবা ফংই। ঐনা মফম অসিদা উবিবসি নুপী অঙাং অমসুং অহল ওইববখক্তনি । মফম অসিদা চহীগী খেন্নবসি হায়বদি চহী ১৫ দগীনা ৫০ ফাওবগী লেংসি অসুক্কী মতীক খেন্ননা লৈ। পার্টিনা খুদুম চনথবা মতুংদা Wa শিংনা CPB গী ওইবা অচৌবা ফাইটিং ফোর্স অমা শেমগত্তুনা লৈ হায়বসি ঐনা মাওজৌননা খঙখ্রে।

অহিং অদুদা ঐখোয় Ai Kyin দা থুংলে । থাইনা হেদ হন্তিং ওইবম্বা এবিয়াদা মসিনা খ্বাইদগী চাউবা খুলনি অমসুং কম্যুনিষ্ট সাসনগী মখাদা লৈবা টাউনসিপ সেন্টব অমনি । মসিদা ৱানা শাবা বেবেকশিং লৈবি অমসুং ফম্ম খিদ্রবা কৈথেল অমা লৈবি। ঐখোয় টাউনসিপ ওফিসতা চঙজফম লৌবা তাবে। ওফিস অসি থোইদোকপা থবক চালাইবগী মমি তাবা উদে। ওফিসকী স্তাফ ওইনা মী তকক লৈ, মখোয়না থবক পাঙথোকপদি ঙমদে। মখোয় মখোঙ মখুৎ শোযনাইববা ঙাক্তনি। নুপা অমনা মাগী মখোঙ অনীমক য়াওদ্রে অমসুং উগী চৌক্রি অমদা ফম্লদুনা চুকট থক্তুনা লৈবি। চিংননিংঙাই লৈত্রে, মদুদি Hsi-Hsinwan গী লানফম অদুনা মীওয কয়া অৱাবদা তাহনখ্রে অমদি শোযনাইহনবদা নত্তনা নুংগী যুগকী ফিভমদা থম্বীবল্লে। মীওয কযাদা অৱাবা চৈথেং পীখ্রে । মসিমক ২০শুবা সতাব্দীগী অৱাবা শকক অমনি।

Ai Kyin গী ৱাংমদা লৈবিবা লম্বী অদুদি থোইনা ৱানীংঙাই ওইদ্রে। লম্বীদু যাম্না কন্না শেম শাবগী থবক চখবি। শকক খবদা লৈবিবা অশুকপা উবী ৱাবীশিং খুঞ্জাশিংনা ককথত্তুনা অশম্বা লম্বী শেমখ্রে। মতীক চানা পাক্লবা গাডি ফাওবা চৎপা যাববা লম্বীনি অদুম ওইনমক শীজিন্নদবগী মমিদি তাবা উই ।

"*লম্বীসি পার্টিনা শেম্লিবনি*" Aung Htet না হাযবকই । তৌইগুম্বসুং মফম অসিদা তত্তনা চেন্থবকপা ঈচেল যাম্না লৈ অমসুং ঐখোয মতৌ কবম্না থোং শাগদগে হাযবা খঙদে । মবম অদুনা লৈবিবা ফিভমসিদা অদুম থম্লবনি । হৌজিক্তি সেন্তব অদুদা মোটোব ত্রাফিক্কী খুৎশিন থৌবাং লৈববনিনা চখোক চৎশিন্দা থোইনা অৱাবা লৈত্রে। নুমিৎ তকক্তি খোঙনা চৎকদবা খোঙচৎ অদু ঙসিদি জিপ নত্রগা ত্রক তোংলগা নোংমদা যৌবা ঙল্লে। চৎনা চৎনা Hsi-Hsinwan দা Kyaw Nyun না ঐঙোন্দা লীখিবা ৱাবীদু নিংশিংলকই । Wa কাঙলুপকী থকশি-খাশি লৈনদবা, মীবু অপঙবা শীদুনা থম্মোয শোকহনবগী ৱা কযা নিংশিংলদুনা ঐনা মখোযগী লালদা তৌবা ঙম্বগী শক্তি মতাংদা Aung Htet তা হংই। মহাক্লা শোল্লপ খুম্লকই -

*"হোয় মখোয় থৌনা কৈ মবমদি মখোয় কিবা হায়বসি কবিনো হায়বা খণ্ডদে। মখোয়না অনৌবা খুৎলাই কমদৌনা শীজিন্নগদগে হায়বসি খণ্ডনবা হোংনৈ তৌইগুম্বসুং মসিদা লৈবিবা অরাবদি মখোযগী ভাব তাগন্দবা অসিনি।"* মহাক নোক্লকই।

অমুকখক মহাক Kyi Myint তা চৎলুই। Hsı-Hsınwan দা লৈবা চাইনীজ কম্মান্দবনা অরাং থংবা Shan ষ্টেটতা লৈবা Mong Mıt কী সহৰ লোই চেনখি। মফম অদুদা লৈবা Wa কাণ্ডলুপ্পা অহানবা ওইনা হৱাগাড়ি কাব উবা ফংবগী খুদোং চাবা ফংখি। মখোয়না য়াণ্ডনা মতোমতা চেনবা পোৎশক অসি Panghsaı দা উবা ফংখিবনি তৌইগুম্বসুং মসি কবিনো হায়বসি মখোয়না মমুৎ তানা খণ্ডবা ঙমখিদে। Kyı Myınt গী ঙকচান্নববা মাগী কাণ্ডলুপ অদুনা কাবগী হেন্দ লাইটশিং লোইনমক থুগায়খি অমসুং Wa প্লেটুনগী কম্মান্দব Kyı Myınt দা লাক্লগা য়াম্না চাউথোক্লা লাউথোকখি।

*"কাবশিং অসিনা ঐখোয়গী তুংদা ইল্লকপা ঙম্নবোই হৌজিক্তি, মখোয ঙম্নমক মমীং তাণ্ডলবনি।"*

CPB না মখোয়বু অনৌবা লানওং কয়া তম্বীবকখিবগী মতাংদা তোঙানা তোঙানবা ৱাবী কয়ামুক লৈবি, মসিদগী Wa শিংনা এক্সপিবিয়েন্স কয়া অমা ফংবা ঙমখি। হৌজিকমকসু Wa কাণ্ডলুপ্পা লাল চৎলমদাই মমাঙদা ৱাব দ্ৰম থীল্লি অমসুং জগোই শাদুনা মখোয মশামক্কী চীংশাং পবেংদা হেদ-হস্তিংগীদমক লাঞ্জাবা চৎপা কাণ্ডবু য়াওবি।

পুং তকক্ষুক্কী খোঙচৎ অমা চৎলবা মতুংদা ঐখোয় Vıng ngun দা থুংলে। মদুদা পিকপা চাউবগী ৱা থিদনা Panghsang যৌবা লম্বী লৈখি। ৱা অমসুং চেক অমদি লৈখোম্না তোৎনবগা শাবা য়ুমশিং অদুনা য়াম্না চাউনা কৈথেল অদুবু কোয়শিন্দুনা লৈবি। Awang Htet অমসুং Ba Maung না কৈথেলদা চণ্ডখ্ৰগা কিহোম মহী, কমলা অমসুং Khao soı লৈদুনা পুবক্লম্মী। ঐখোয় হৌজিক লীববা হেদ হস্তিং জোন অদু থাদোক্লম্নগা অতোপ্পা "Tame wa" গী জাগাদা চণ্ডশিল্লক্লে।

Vingngun নত্ৰগা "Sılver Town" হায়না Shan দা খণ্ডনবিবসি Wa Hılls তা খুন্দাবিবা ময়ামদগী খ্বাইদগী লীববা খুল অমনি। মসিগা লোম্নবদা লৈবিবা খুলশিং বৃটিশনা কোলোনিএল এবিয়া ওইনা শীজিন্নবিঙেদা শেল্লম্বনি। নিং তম্নবা মতুং ইং ১৯৪৮ দগী Wa প্ৰিন্সকী সৌচা ওইদনা লৈহৌবে। চিনাদা কম্ম্যুনিস্টনা মায় পাকখ্ৰবা মতুংদা মহাক্কী মচানুপাশিং Kuomıntang

হোইদোকখিনবা হোৎনবদা চেন্নবা মীশক ওইখি অমসুং মখোয়তগী ওইবা মবন্নাই লাম্নী লিংখত্তুনা থাইলেন্দগা ওপিয়ম কাববাব তৌমিন্নবকখি । মসিদসু নত্তনা Yunnan দা ক্রোস বোর্দর বেদ চথনবা হোৎনবদা মতেং পাংখি ।

Vingngun গী ওইবা হিস্তরি অহিং অদুদা ঐগোন্দা লীদুনা তাহল্লি অমসুং খুলগী প্রোপেগন্দা টিম্না স্তেজ শেম শাদুনা ঐগীদমক বোলিবোল গ্রাউন্দ ওইবিবা লানবন অদুদা জগোই ঈশৈ উৎখি । Wa লৈশাবী কাণ্ডবু অমনা থাঙ্গোলগা নুংথংগা য়েকপা বেন্নব অমগী মমাওদা জগোই শাবি। লৈশাবী খুদিংনা অঙাংবা বিবোল অমমম পায়বদুনা মখোয় মশেল ওনশিন্নদুনা জগোই পংশাদা শাই মথংদা বিবোলশিং অদুনা মচিন মঙা লোংবা থন্নানমিচাক অমগী শক্তম শাবক্লম্মী । ঈশৈদুগী মবমদা Aung Htet হায় -

*"মখোযনা হাযবি মখোযনা লৈ পবেং লেংলি অমসুং মখোয় চংকনি চিযাবমেন মাওগীদমক ফজবা লৈ পবেং অমা থাখিগনি।"*

মসি হৌজিক্তি মতমগা চুনদ্রবা অমা ওইবে। বিভোলুসনবিগী মতম ইং ১৯৬৮ গী অদুন্নাইদদি অসিগুম্না শো অসি মবী খব শম্লবম্মী। লৈ পবেং লেংদুনা পুক্লিং থৌগৎপগী থবক অসি মাওইস্ট মতমদা যাম্না মকওইবম্মী। হৌজিক্তি অকোযবদা শাৎলিবা লৈবাং হাযববু ওপিযম পোপ্পি মপান খক্তা মঙায়বে । মসিনা কুমগী কুমজিন্দা মকা লাম্না লৈশাৎ তন্নি।

Vingngu গী খা থংবা লমদমদু মী লন্না লন্না তাই । Wa খুলশিং অদুগী নাকন্দা পোপিগী লৌবুক্লা কোয়শিন্দুনা লৈবি। ঐখোযনা চৎপা মতমদু ফাওবা পোপ্পি লোকপগী খুদম অমতা উবা যংদে। খা থংবা এশিয়াদা ওপিযম হৌবদা Kokang গী মথংদা Wa চীংশাং অসিনি হায়না খন্নে ।

Kokang দদি লৌবুকশিং অদু অন্নাংগা মাযোক্লনা চীংমায়দা লৈবনা নুংশাগী মঙাল নিংথিজনা ফংই। Wa শিংনা পোপ্পি পাম্বী থাবসি মওং চুম্না শুংথা থাজদে। ঐখোয়না লাম্লোবকপা লৌবুক অদুদা নত্তে লৌবুক খুদিংদা থাবিবা পোপ্পিশিংদু পবেং চানা অমতা থাদে। নুমিৎকা মায়োক্লবা পোপ্পি খবদি মশা মউ ফনা তগৎ তগৎ তেক্লা লৈবা উই অদুগা উকমদা হৌবশিংদুনা শোন্দম নাদম্না উই।

*"পাক চাউখ্রবা পোপ্পি ফার্ম অদু মেচিনগন পাযবশিংনা ঙাক শেল্লি। ইনবজেক্টশিংনা লৌমীশিংবু গন পোইন্টদা নম্ফু শীজিন্নদুনা থবক শুহল্লি।"* মসিনি ঐনা পাখিবা আমেরিকান রিপোর্টতু । মসি তশেংনমক পোলিটিসাইজ তৌববা রিপোর্টনি, অচুমবশিংদুদি শীত্তোক নাম্লোকপ্রে।

ওপিয়ম অসি খুদক্তা শেল ফংবা ঙম্বা মহে মবোংনি হায়বসি ব্রাশিংনা য়াম্না মুন্না খঙই। মসিদা নত্তনা মখোয়না অতৈ অতোপ্পা ইনকম লাকপা য়াবা পাম্বীসু থাই, মদুদি গঞ্জানি। চীং খুদিংদা গঞ্জা থারিবদু ঐনা উবা ফংই। মসিসু থকপা য়াবা দ্রগ মখল অমনি হায়বসি মখোয় মমুৎ তানা খঙই। গঞ্জাগী পাম্বীগী মশীং অদুনা অপৌবা কম্বলগুম্বা অমসুং লেংবান্দা য়ান্নবা খাউগুম্বা শাবদা শীজিন্নে।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ঐখোয়না Loi Leun গী মার্কেট ভিলেজদা থুংলে। লোয়ননা লোকেল CPB ওফিসতা অহিংদুমা লৈবা তাবে। Aung Htet লোকেল হিস্তবি তম্লকপা মীশক্লি। মানা ঐঙোন্দা হায় মদুদি লিববেসন মমাঙদা Loi Leun হায়বা লমদমসি Khun Nan কৌবা লোকেল চিফটেন অমনা লৈঙাক সাসন তৌবম্মী।

"*মহাক্না শা তানবা চৎপা মতমদা প্রজাগী মনঙ্গদা তোংলগা চৎলি মবমদি শগোল তোংলগা চৎলবদি চবাং খোইবাংনৈ, সিনি। ঐখোযগী পার্টিনা মফম অসিবু নিং তমহল্লবা মতমদা ঐখোযনা মাবু ফাখি অমসুং মহাক মতম খব লৈবগা নাবদগী শিখি।*" মসিসু তোঙানবা এক্সপিবিয়েন্স অমনি। ঐ থোইদোক্লা চিংনদে মদুদি - Wa গী চৎনবীদা মখোয়না ইনাক খুল্লে হাযনা লৌনবিবসি বাইফল অমা লোইবা ঙম্বা, চান্দিগী শেলয়েক খব অমদি মীনাই খব লৈবা অসিনি।

মীনাই লোইবগী থৌওং অসি Wa Hills তা মপা মপু হাক্তক্তগী চৎনবক্লবা নিতি নিয়ম ওইনা তৌই। মসি চাইনীজ লল্লোনবশিংনা হৌদোক্লম্বা শেঙ্গাও পায়বশিংগী চৎনবীনি। লৌমী শীম্মীশিংনা শেঙ্গাও পাযবা চিফশিংদগী শেল পুই অমসুং মদু কবিগুম্বা শিংবা ঙমদ্রবদি শেল পুবিবশিংগী অঙাংশিং মীনাই ওইহল্লি।

মসিগী থবক অসিদা খাইদগী চৎনবীদা নুপীমচাশিংবুনা হেন্না পাম্মী। মবমদি মখোয়না হায়বা ইল্লি অমসুং লাপ্পা চেন চোংবগী থবক তৌদে। মখোয়শিংসি অয়াম্বনা মাগী মপুদুগী ইমুংগী কনাগুম্বা নুপাশিংগা ফমুংদা তুম্মিন্নদুনা অপেনবা ফংনবা হোৎনবসু য়াওই। মসিদসু নত্তনা কবিগুম্বা মখোযগী মশক মতৌ অদুনা চঙখোল্লবদি মীনাইগী কৈথেলদা মমল ব্রাংনা হুনব ফাওবা য়াই।

Mong Mau দা ঐনা তাখি, মদুদি ইং ১৯৭১ গী অথেঙ্গবা মনাক নকপদা লৈবা Wa খুঙ্গংদগী নুপী লৈশাবী অমথক মহাজন জুমদা মাগী মমা

মপানা পীথোকখি, মদু মখোয়না মাগী শেন্দোন শিংবা ঙমদবগীদমক্তি। মদু CPB না কনবীবগা লোয়ননা থাদোকপীখি । মসিনা Wa Hills তা মীনাই য়োনবগী অবোইবা পন্দুপ ওইখি ।

Loi Leun দা ঐখোয়না লৈনবিবা য়ুমদু চেক্তা লৈখোমগনা শাবগা লৈমায়দু লৈবাক্তা ওইবা য়ুম্নি। অচৌবা উচিশিংনা সিলিং মখাগী ফৈবেলশিংদুদা কোইচেন চেন্দুনা মচিঞ্জাক থিবি। মদুদগী কন্নবা ঐনা খচবশিংগী মচিঞ্জাক ওইনবা পুবকপশিং ঙাক শেন্নবা হোৎনবন্মী। উচিশিং অসিনা Wa চীংশাংদা মখল কয়াগী লাযনা শন্দোকই হাযবসি ঐঙোন্দা ঙক্তা থোক্লমদে।

চাকশংদা Wa লাম্মী সেক্সন অমনা মখোয় মশানা চাজনবা চাক য়েন্সাং থোং থাকপা হোৎনবি। অচৌবা চফু অমমমগী মনাক্তা ফন্নদুনা মথেল লুকোই লাঙলম্মী । মখোযনা শেম শাবিবা মথেলশিংদু উবদা ঐ ওনীংবা পোক্লম্মী। মহী লাংবা চাক অমসুং মতুম চাওনা কক্লবা ওকশা অমদি অথোৎপা মনা মশীংগী ওইবা মথেলশিংনি ।

*"মখোয মতম পুন্নমক্তা অসুন্না চায"* Aung Htet না ঐগী মায়থোঙদা তাবিবা মমিদু উবদা হায়বকপনি । *চেঙ ফুৎলগা ফজনা থোংবা হাযবসি ইজৎকী ব্রাফম্নি অদুবু মখোয মদুগী মতম ফংদে। মবম অদুনা মহী লাঙবা চাক অসিদা পুন্নমক হাপচিন্নগা পুন্না থোংলগা চাবা তাবনি।"*

ঐনা থুনমক তেঙ্গোৎ অমা লৌবগা Vingngun দা শীজিন্নবা কিনিংঙাই লৈত্রবা Khao Soi অমসুং নৌনা সপ্লাই তৌবকপা Ma Ling দু শেন্নগা মদুনা ওইনা নোংমদুগী চাবা ওইনবে।

অহিং চুপ্পদুমা কেন্দল থাল্লগা উচিদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনবন্মী। অদুদগীদি নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবকপদা ঐ হৌগৎলে। খচবশিং অদু ইচাই চাইনা অহিং চুপ্পা লৈবন্মী । লাম্মীশিংনা উমংশিংদা নোংমৈ কাপ্পনচিংবা তৌদুনা ঙাকশেল্লি, কমবেদশিংনা নোক খেদুনা ঈশৈ শক্লি।

ঐনা সার্জন মেজব Dingring Naw Bawk অমসুং কাচিনশিংগী মবমদা খল্লম্মী অমসুং ঐনা ঙক্লিবদি কবিগীদমক্তা CPB না চিনাদগী ফংবা মতেংশিং অদুনা মখুৎ চাবা লাম্মী ময়াম অমা লিংখৎপা ঙমদ্রিবনো । মথংগী খুল Ting Aw দা থুংদ্রিঙৈ মমাঙ পুং ৬কীদমক Aung Htet অমসুং ঐগদমক থোবক্লম্মী। অবাংবা চীংথক্তা তাবিবশিংসি চাইনীজ ঙাক্তনি, অতোপ্পা নাকন্দনা য়ুন্নালশিংনা খুন্দাই ।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ঐখোয়না অবাপ্পদা অটিলরি কাপ্পগী খোঞ্জেল তাবা ফংলম্মী । পাউ অদু থুংলবে মদুদি Pangyang দা গভর্নমেন্টকী অনীশুবা ফ্রন্ত অমা হাংদোক্নে। মদু Panghsang দগী নোংচুপলোমদা কি:মি: ৫০ বোম চংলগা ওইগনি । মসি কম্মুানিস্ট ফোর্সকী অচেংপা কিশিবু থদংনবগীদমক থওইনা থৌবাং তৌবা মাল্লি। অতেনবা এটেক্ট অদুগী থা অমগী মতুংদনি মদু ফাওবা লাম্থেংনবগী থবক মখা তানা খব খবদি অদুম চথবম্মী ।

মশীং য়াম্বা মিলিসিয়ামেনগী পংতি অমা নুমিদাং অদুদা Ting Aw ফাওবগা Panghsang হেদ কাটবগী লানবন্দা পোত্থারুনবগীদমক বিগুলব দিউটিদগী লাক্লম্মী। CPB গী তোঙানবা বটালিয়নশিং Pangyang দা নৌনা হাংদোকপা ফ্রন্ত অদুদা মাঙজৌননা থাদ্রে হায়বা খঙলে ।

Ting Aw হায়বা খুল অসি মক্রক মক্রক লাউবা নুংনা শাবা য়ুম অমদি লৈবং তাদুনা শাবা য়ুম্না নম্না লৈবা মফম্নি । য়ুম্লে কৈবৈ মীগী মওং মতৌ ঈখেন খেন্নে । হুই মপৈ অমনা ময়া ইহি হিগৎলদুনা ঙংলি অমসুং ওক্কী মপৈ কয়া অমা লৈখ্রি । মনাক নকপদা লৈবিবা চীংমাযশিং অদুদা পোম্লিনা লৈশাৎ তন্নি। তৌইগুম্বসুং মফম অসিদা অতৈ মনা মশীং থাবদি অমতা উদে ।

"মসি চাইনীজ কাইদাদা লৈবা খুলনি।" Aung Htet না চেঙনা শুংব য়ুদু গ্লাস অমা থকচিল্লগা অহিংদুদা ঐঙোন্দা হায়বকপনি ।

"হোয়" ঐনা য়ানীংনা খুম্মী " মসি মোৎলি, Shan খুঙ্গংশিংগা মসিগা কেদৌঙেদসু মান্নদে।" ঐনা খঙহৌদনা হায়দোকখিবদুনা Aung Htet কী নুপীদুদা খব শোক্লমগদ্রা খঙদ্রে। মবমদি মহাক চাইনীজ নিংঙোলনি । মহাক য়েৎলকপা তৌদে মদুগী মহুত্তা হাইফেৎ নোক্লকই।

"নহাক্না হায়বিবদু চুম্মী, মবমদি নহাক্কী নুপীদু Shan নিংঙোলনি।" মসিদদি ঐসু নোক্লে। মদুগা লোয়ননা ঐখোযগী গ্লাসতা য়াওবিবশিংদু লোইশিন্নবম্মী । মসিনা Panghsang য়ৌগদবা মথংগী অবোয়বা খোঙচৎনি। নুমিৎ অসিমক্তদা Panghsang লোমদা কাপ্পবিবা অহৌবা নোংমৈগী খোঞ্জেলশিং তাবা ফংনবম্মী। মসিগা লোয়ননা Panghsang তম্না চৎলিবা মিলিসিয়ামেন ময়াম অমসু উন্নবা ফংলম্মী। মখোয় খব অমদি মখোঙদা খোঙউপ তোংদে, খব অমনা চিনাগী খোঙউপ তোংবসু য়াওই । লম্বী অদুগী চীংদোন্দা পেগোদা অমদি লৈবা উবি। মদু নুংনা শাবনি। থোঙ অমদা মদু শাখিবগী শক ১৯২২ হাযনা ইবি। মফম অদুদা ঐনা ঙাইহাক লেপ্লগা ফোটো নল্লম্মী।

লম্বী অদুনা ঐখোয়বু পুং খব পুদুনা লাক্লে। লম্বী অসুম চখবকপদা খোইদ্রিং খোইদ্রাংবা শগোল লোংখুমগী মওং ওইবা অচৌবা লম্পাক অমা Nam Hka ঙমখৈদা থেংনরম্মী। মফম অসিদা নুংনা শাবা য়ুম খর লৈবা থেংনৈ। খুল অসি অৱাংবা চীংজাও অনীগী কাবক্তা লৈ অদুগা অতোপ্পা নাকম্না Nam Hka লৈপ্লি।

"মসিনি Panghsang, Aung Htet না হায়বকপনি "ভুবেল অসি লাছোক্লগা চিনাগী মনুং চন্না লৈবা Meng A নহাক্তা উবা ফংলগনি। নহাক্কী নুপী অমদি নচানুপীনা নঙবু ঐখোয়গী হেদ কার্টবদা ঙাইদুনা লৈবি।"

Hseng Noung অমসুং Hseng Tai গী ৱাখল্লোন অদু ঐগী খোঙচত্তা ওছোক্লমক মতেঙ ওইববে। ঐখোয় চীংখাবেমদা কুমথবগা ত্রাইবেলগী য়ুম খব লান্দুনা লাক্লে। মখোয় অয়াম্বনা ৱাশিংনি । মখোয়গী য়ুম অয়াম্বা চীংদা ঙম্নমক শানৈ। মতমসিমক্তি Panghsang দা কৈথেল কানবা মতম ওইবম্মী। মখোয়না মনা মশীং পোলাং পোলাং পুনবক্লি অমসুং অক অহেনগী পোং- চৈশিং থেন্দুনা থল্লি।

Panghsang মীয়াম্না খঙনববা বর্মিজ কম্যুনিষ্টশিংগী হেদ কাটবনি। মদু ঙসিদি তশেংনমক উবা ফংলে। ওইবম্না য়াই মীৎয়েংগী পনখৈদগী নাছোকপা য়াদবা । মাক্সিজম - লেনিনিজমগী মবমদা ইবা বিভোলুসনবি ঈহৌগী ঈথিল পীবা পোস্টর কয়া অমা থেংপা উবি। মসিদা অহানবা হেক উবিবসি চিনানা শাবা গাবী ত্রক, উনা শাবা থোং, ত্রেক্টর অমা অমসুং লৈখোমগা চেক্লনা শাবা য়ুমশিং অসিনচিংবশিং অসিনি।

"মসিনি *ঐখোযগী কম্মান্দ হেদ কাটব*" Aung Htet না চাউথোকপগা লোয়নননা খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লকই মদু ঐখোয়না থোঙ্গাল অদু হেক লানশিল্লকপা মতমদুদনি ।

মতমদুমক্তি ঐ যাম্না তম্বে। তাল্লক অদুদা কোবদুবোই জেকেট অমা লীৎলদুনা অঙাং অমা মথাদা কোল্লগা মহাক চঙলক্লে। ঐনা মখোয়বু ইথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লম্মী। কয়াদি কুইখ্রবা কায়নবকপা, থা অমা পুবা হৌখ্রে। মসিগী মায় পাকপা অমসুং নুংঙাইবা অসে ঐ ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্নবোই। Hseng Noung না অচিকপদু থুগায়বগা হায়বকই -

"য়েংউনে Hseng Tai সে, মহাক হৌজিক্তি থবক ফজনা ঙম্নবনি।"

মহাক্তা মচা অদুবু মতম্বাক্তা পম্নগা ঐঙোন্দা নুংশিনা য়েংলকই, অদুগা মহাক্তা হায়বা পাল্লি " মহাক অসিবু কনানো ঐনা মমাঙদা মাবু উখিবগুম

তৌবে।" ঐনা মাবু ইখুৎ অনীসিনা নুংশিনা কোনশিনবীবম্মী। অদুদগীদি মানা ঐবু খঙলকপগুম তৌবে। Hseng Noung না মখুৎ অদুনা ঐবু কোননদুনা চাইনীজ আমিগী অবীবা ত্রক হেদ ক্বার্টরগী নাকন্দা থাম্লিবদুদা কাখৎলম্মী। গাবি অদুনা ঐখোয়বু খুল খুঙ্গং চীং কয়া লান্দুনা পুবক্লে। মতম অদুদদি ঐগী হকচাংদা লৈবম্বা মেলেবিয়া পুমকোক কোকল্লে। হৌজিক্তি ঐখোয় পুন্না Panghsang দা উন্নবে, হৌখিবা অরাবা পুম্বা কাউল্লে।

# পাঙ সাং

অঙনবা অয়ুক্কি, নুমিৎকী শোনশোন্নবা মঙালনা Panghsang গী অশংবা লৌবুক লমহাংশিংদা পানা শন্দোক্লি । মঙাল অদুনা খুঙ্গং শীনবা থুংলক্কুনা দিসেম্বর অহিংগী লিক্লা মনিল ওইনা পুখৎখ্রি। U মওংগী কংক্রিক্লা শাবা য়ুম অদুগী কা অমদা অয়ুক্কী ব্রেক ফাস্ট লৌবে । মদু ঐখোয়গী মতম খবগী ওইনা লৈনবা য়ুম্লি ।

বিলদিং অদুগী অকোয়বদু চেকপল ইকোয় কোয়না খাজিল্লি। Hseng Noung না ঐঙোন্দা হায় - মফম অসি CPB গী লীববা ব্রোদ কাস্তিং স্তেসন্নি । মসিবু "People's Voice of Burma" হায়না খঙনৈ। মসিদগী ঈ-পাউ অমদি লানফম কয়াগী মবমদা ঈ পাউ শন্দোকই। অশেংনা হায়ববদি CPB গী অহানবা ট্রান্সমিটর য়ুন্নান্দা লীংখৎখি ।

মতম অদুদা বৈজিংদা Deng Xiaoping গী শক্তি অমুক হল্লকখি, মদুগা ঈবোইননা চাইনীজ ফোবেন পোলিসি চৎনবা হৌবকখি। ইং ১৯৭৮ দা CPB গী মনুংগী ওইবা সেন্ত্রেল ওফিস ঙমখৈ লাল্লগা Pangh Sang দা হোংখি। ফিভম অসি য়ৌবকপদগী PVOB অমসুং বেদিও স্তেসন মফম অসিদা শাগৎপা তাখি । খুদোং চাবা অসি চহী ৭ লোমদি ফংদুনা লাকখি অদুবু খঙহৌদনা থাজবগী বাংমদা ইং ১৯৮৫ দা PVOB থিংজিনখি ।

ওবজার্ভব কয়ানা চিনাগী খুথাংদা CPB গী ব্রোদ কাস্তিং অসিবু থিংজিন্নবা ঈথিল কয়ামুক পীখি । মসিদগী হৌদুনা ইং ১৯৮৬ তগী হৌনা

অবোনবা মফম অমদগী ব্রোদ কান্তিংগী থবক চল্লাইবা হৌখি। চিনাদা বিবেল বেদিও স্তেসন অমা থীংজিনখ্রে । ইং ১৯৮৫ গী অঙনবা শকক্তা Ne win না বৈজিংদা থুংলবগা ঈবোইননা ঙমখে বাংমদগী খুদোংচাবা কয়া অমা ফংখি ।

চিনানা পরাব ককথংপদা অয়াবা পীখ্রে । তৌইগুম্বসুং মবক্তা শবকশিবা খব লৈপ্ত্রগসু লোবিদা হাপ্পা মোবাইল জেনেবেটব শীজিন্নদুনা হেন্না শক্তি লৈবা কম্পেক্ট ট্রান্সমিটব শীজিন্নবকখি । ব্রোদকান্ত তৌনবা টেপ পুম্নমক হান্না Pangsang দা লৈবম্বা অবীবা স্তুদিওদগী বেকোদিং তৌবকপা ঙাক্তনি অমসুং চিনা ফাওবগা Wa চীংশাংগী অব্রাং থংবদা লৈবিবা Mong Mau গী মনাক্তা লোবি বেজ তৌদুনা লৈবিবদুদা থাবকপনি।

ব্রেকফাস্ট লৌববা তুংদা কম্পাউন্দ অদুগী অকোয়বদা চত্তুনা য়েংবা য়াবা য়েংলম্মী অমসুং অমোংপা থোঙনাও অদু ফাওনা ট্রান্সমিটিং কাদুদা য়েংশিল্লম্মী। কাদুদা চিনাদা শাবা খুংলাইশিং য়াম্না চমোংননা লৈবিবদু উবা ফংলম্মী। অতোপ্পা কা অদুনা CPB গী প্রোপেগন্দা দিপার্টমেন্টকীওফিস ওইনা শীজিন্নবনি । পার্টিগী ওইবা লিটবেচবগী লাইবিক ময়াম অমসু লৈবি মসিদসু নত্তনা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তগী লাকপা কম্যুনিষ্ট মেগজিনশিংসু লৈবি। লৈবিবা ফোবেল পাব্লিকেসনশিং অদু CPB গী Sister পার্টিশিং হাযবদি হৌজিক হৌজিমক্তি থবক তৌদ্রবা ঙাক্তগী ওইনা তৌই। মখোয়শিং অদুদি The Forge, মসি কনাদিয়ান মাওইষ্টকী চেফোঙনি নত্রগা ইউ এসকী The Call অসিনচিংবনি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক ফাওবা চয়োল খুদিংগী পার্টিগা মবী লৈনবা চেফোঙশিং পৃথিবীগী কাচিন কোযাদগী লাকপা লেপত্রি । অস্ত্রেলিয়াদগী Vanguard বৃটেন্দগী Class Struggle, অব্রাং কোবিয়াদগী Pyong Yang Times অমসুং পুক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইবা কলকাটাগী লেফট ব্রীংনা ফোঙবা হপ্তাগী চেফোঙ Frontier সু য়াওবি। ওফিস অদুদা লৈবিবশিংগী মনুংদা ইং ১৯৮৫ মতমগী নাগা অমদি NSCN গী মবমদা ইবা লাইবিকশিংগী মতাংদা কুপ্না থিজিল্লম্মী ।

Pangsang পৃথিবীগী মনুংদা মাওইজমবু হৃকচিন্না থাজবা মফম অমনি। ইং ১৯৬০ গী মতম অমসুং ১৯৭০ গী মতমদা বেদিও স্তেসন অমা চলাইদুনা মফম শীনবা থুংনা নিংতম লালহৌগা মবী লৈনবা ঈ-পাউ শন্দোক্তুনা লাক্লবনি।

ফিভম খবদা খেন্নবা লৈবিবদু উবা ফংই। অমুকখক ঐনা ইন্দিয়াগী এথনিক ইন্সবজেন্সিগা হৃকথেংনবা ফংদ্রে অমসুং মখোয়গী রাজনিটিগী অকনবা ঈহৌ কয়া অমসু খঙবা ঙমখ্রে। রেঙ্গুন্দা লৈবিবা CPB ওফিসনা

Frontier গুম্বা চেফোঙ অমা পুথোকপদা কযামুক অকায়বা লৈগদগে ? বেঙ্গুনগী হৌজিক ওইবিবা নিতি নিয়মসি সিভিল ৱাব খক্তমক কাউদনা নিংশিংদুনা লৈনবা ওইনা তৌই ।

অমুক অদুদা পার্টি চিয়াবমেন Thakın Ba Theın Tın না ঐখোয়বু মাগী ময়ুমদা লাক্নবা বার্ত্তন তৌবক্লম্মী। চিনাদা শাবা ওলিভগ্রিন মচুগী জিপ অমনা ঐখোয় অহুম্মু লৌবা লাকই। ড্রাইভব অদুনা পিক্তকপা চীংগোল অমদা লৈবিবা থাইনগী বেদিও স্তেসন অমদা ঐখোয়বু পুদুনা লাক্লে। চেক পোষ্ট খুদিংমক নহা ওইবিবা Wa লাম্মীশিংনা ঙাক শেল্লি। কিলেমিটব অনীবোম থৌবক্লবা মতুংদা পেবেদ গ্রাউন্দ ওইনা শীজিন্নবা অচৌবা লম্পাক অমদা ঐখোয়বু পুশিল্লম্মী। মখোযগী মনুংদগী অমনা জিপতু পুথোকখ্রে ।

কম্যুনিষ্টকী অশংবা ফিজোল শেৎপা অহন ওইববা নুপা অমনা মপান্দা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈবম্মী। মহাক অথাবা শক্তি যাম্না লৈবা আনোক অমা উম্মী। মাগী মখুত্তা ৱাকিং স্তিক অমা পায । মাগী নাকন্দা খুৎলাই পাযবা লাম্মী অনীখক লেপ্তুনা লৈবি ।

"ৱেলকম বর্টিল " অহল অদুনা অমেংবা খোঞ্জেলদা হায়বকই "অবোইবদদি নহাক ঐখোযবু উন্নবা লাক্লেদনা ।"

মহাক মশামক Thakın Ba Theın Tın নি । ঐনা মাগী মখুৎ অদু শোক্লম্মী। ঐখোয় মাগী ময়ুমগী কা অমদা চঙশিল্লে, মফম অদুদা অতৈ পার্টিগী লুচিংবা কযা অমসু তিন্দুনা লৈবল্লে। ইহান হান্না ঐঙোন্দা শক্তাকখিবা নুপাদু Khın Maung Gyı কৌই, মহাক CPB সেন্ত্রেল কম্মিটিগী সেক্রেটবিনি। মহাক পার্টিগী মবমদা খঙহৈববা চহী ৬০ মুক শুববা মীওইনি। মাগী মমীৎ অদুদা য়াম্না খঙ-হৈবা, ৱাখল লৌশিং লৈবগী মমি অমদি তাবি । মহাক Thakın Ba গী মকওইবা ৱাঙাংলোই অমনি। ইংলিস ফজনা ৱাহৈ চুম্না ঙাংবা ঙম্মী। অবায়বা লোন্দাদা মচা খাযনা মীবু ভাব তাহনবা ঙম্মী। মহাক্কী মকমদা লৈবিবসি Kyaw Mya হায়বা নুপা অসিনি। মহাক বাঙ্গলাদেশ ঙমখৈদা লৈবা Arakan Yoma দগী লাকপা ভেটবান কম্যুনিষ্ট অমনি। মহাক Panghsang দা ইং ১৯৭৯ দা লাকপনি। মহাক হেক য়েংবদা ইন্দিয়া মচা মাল্লি অমসুং মশা পাদক তৌই । Aung Htet সু মফম অসিদা সেক্রেটবি অমা ওইনা ঐখোয়না খন্ন-নৈনবিবশিং ইশিন খোৎচিন্দুনা লৈবি।

ফক্লাং অদুদা হান্না CPB গী চিয়াবমেন ওইরম্বা Thakin Than Tun অমসুং Thakin Zin গী অয়েকপা ফোটোশিং থেংলি। Than Tun গোভর্নমেন্টগী সিফাইনা ইং ১৯৬৮ দা হাংখিবনি অমসুং Zin না ইং ১৯৭৫ দা বেঙ্গুনগী অরাং থংবদা লৈবা Pegu Yoma চীংশাংদা বর্ম্মিজ লান্মীনা CPB গী হেদ ক্বাটববু খুদুম চনশিল্লবা মতুংদা হাংখিবনি। পিক্তক তৌবা টেবল অমদা মাওজেদোংগী অভৌবা মুর্ত্তি অমা লেপ্তুনা লৈবি। মসিগা লোয়ননা মার্ক্স, এঙ্গেল, লেনিন, স্তেলিন অমসুং মাওগী লাইবিক কয়া অমসু লৈব্রি, অয়াম্বনা চিনাগী হৌবকফমগা মবী লৈনবনা নম্না উই।

"চহী কুইববগী মমাঙদগী ঐখোয়না ঐখোয়গী নীংতম্লবা মফম অসিদা মপানগী পাউমী অমা লাকপা ঙাইবকপনি।" Ba Thein Tin না ঐখোয়দা চা অমদি শঙ্গোম অমসুং চাইনীজ বিস্কুট পীবদুনা হায়বকপনি। *"ঐখোয় নীংতম লালহৌবশিংনা জর্নেলিস্ট অমগী দবকাব য়াম্না ওই। মসিদি নহাক্না হেন্না খঙলবনি। ঐখোয়গী চাইনীজ কমবেদশিংগী মতীক চাববা পাউ শন্দোক্লবা Edgar Snow গুম্বা মী লৈ। ঐখোযনা নহাকপু বর্ম্মাগী মতীক চাবা পাউ শন্দোকপা মী Edgar Snow ওইহনবা পাম্মী।"*

ঐ ঙক খক্তমক নোম্লম্মী তৌইগুম্বসুং কমেন্টদি পীনীংদদুনা পীবমদে। ঐ চাইনীজগী অফাওবা পাওমী Edgar Snow বুদি অসুক্কী মতীক ইকাই খুম্নবা উংলম্মী। মহাক অফাওবা শীংথানবা যাবা অইবা অমনি। অদুম ওইনমক ঐনা তৌগদবা থবকশিংগদি অসুক্কী মতীক ফাক লৈনখ্রে। Snow হায়বা মীশকসি চাইনীজ সিভিল ব্বাবগী মতমদা মাওগী কম্যুনিষ্ট পার্টিদা হাক থেংননা মতেং পাংখিবা মীশক্নি। অদুম ওইনমক ইশাগী ওইবা অনীংবা অপান্বদি বর্ম্মিজ কনফ্লিক্টকী মতাংদনি। অসিগুমবা লালওং অসিনা কবিসু খঙজদ্রবা মীচম প্রজাশিংদা পীবিবা অব্রা চৈথেং কয়ামুকসিদা সবকাবগী লান্মীশিং লোইনাচেন্নে হায়বসি চেনবা য়াদ্রবা ব্রানি। তৌইগুমবসুং ব্রাবী অদুদা অয়েংপা পীকবা তৌদনা Ba Thein Tin না ঙাংবদু য়াম্না পুক্নিং চঙনা তাবি।

*"চহী কয়ামুক অসিদা অদোমগী থবক্তা ঐখোয তুংইন্দুনা লৈবি। হৌজিক্তি অদোম ঐখোযগী নিংতম্লবা ইবমদম অসিদা অহানবা ওইনা ব্বায় থুংলবে।"*

অবীবা ব্রোদকাস্তিং স্তেসন লৈবিবদুগী কাদুদা ঐখোয় অমুক হল্লক্লে। Hseng Noung অমসুং ঐখোয়গী ওইব্লিবা ফিতমদুগী মক্তাংদা ব্বা তান্নরম্মী। ঐখোয়না Pa Jau দা তৌবগুম মফম অসিদদি নিং-খা তম্না চংপা খোংপা


চিনাদগী পুসিল্লকপা লোং চৈ য়োনবা পাংসাংগী কৈথেল

তৌবা য়াদে । অয়াবা য়াওদনা কনাগুম্বা অমতগা ৱাবী শানবা য়াদে। Panghsang দা লৈবা Hseng Noung গী অনৌবা মকপশিংগদি পার্টি লীদবদগী মাঙজৌননা অযাবা লৌদ্রবসু ৱাবী শানবদি যাই ।

*"ঐগী ইন্টরবভিয়ু অসি লোইদ্রি ফাওবদি মফম অসিদা ঐখোয থা অমবোমদি লৈথখিবা তাবি। অদুদগীদি ঐখোয চৎপা যাবে। মসিদা ঐখোযগী খুদোংচাবা খব ফংগনি হাযনা খল্লি।" ঐনা হায় "নহাক্লা Hseng Tai বু চেকশিন্না যেংশিল্লু অদুগা কৈথেলদা চৎলগা খুদোং চাবা ফংলগদি নিংতম্না মীযামগা ৱাবী শানবা হোৎনৌ। নহাক্লা ঐগী থৌবাংশিং ইন্টরভিয়ু অমদি দিপার্টমেন্টকী থবক্তা নহাক্লা মতেং পাংগদবনি ।"*

Panghsang দা খ্বাইদগী ঙক্লা নুংঙাইখিবদি চিঙ্গাক্কী মবমদনি। য়াম্না থুনমক ঐখোয়না ঐখোযগী পুজাবি অমা দিসকোভব তৌবে । মহাক্কী মমিং San Yi কৌই । বেঙ্গুনগী খা থংবা ইবাৱাদি খোংবান্দা লৈবী চহী মীয়ায় চল্লবী চাইনীজ নুপী অমনি। মহাক CPB গী ভেটবান অমদা মযুম পানবনি লোয়ননা মাগী নুপাবু চিনা অমদি সোভিযেট ইউনিযন অনীগী মবক্তা Split থোক্লিঙৈ মমাঙ ইং ১৯৫০ গী অদুৱাইদা মোক্কোদা লৈবা পার্টি স্কুলদা শকক য়াকববা নুপা অমনি। মহাক্কী মমিং San Thu হায়না কৌই । মহাক্লা San Yi বু কশিয়াগী য়েক্সাং মথেলশিং থোংবা তস্বীবনি ।

মখোয় মতৈ মনাও অনীমক Panghsang দা লৈবা মীশিংদগী চাংচৎ অমদা লমচৎ ব্যবহাব ফজৈ হায়বসিদা থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইদে। San Thu

মশুক মপাও ফবা অমসুং মতম লৈবা খিবিক্তা মোমোন নোক্নুনতা লৈবা মীদানি। মখোয়গী ইংখোলদা হৌবিবা মনা মশীং অমদি থাবিবা হৈকোল লৈকোল অদুনা মখোয়সি মশা নানবা থবক্কী মীনি হায়বদু অদুম্মক তাক্লে।

Khin Maung Gyi অমসুং অতোপ্পা অহুম অমসু মতম অমতদা মোম্খোদা লৈমিন্নবম্মী তৌইগুম্বসু San Thu হায়বা মীশক অসিমদি অমখক্তা ওয়ববা বর্মিজ কম্যুনিস্ট অমা ওইনা মফমদুগী মীশিংনা য়াম্না পাম্নরম্মী। মসিনি ঐখোয়না ওক্লিবসি, চিঙ্গাকথক্তগী য়া নম্ভে ঈশিং নুংশিংকী ফিভমদসুনি।

"ঐ কশিয়ান মীভ্রবদুমদি নাম্থোকহৌবে।" San Thu না নোকমি নোকমি তৌবদুনা হায়বকই "ঐখোয়না গোবকি পার্কতা মেটিংগী মতেংনা চংপা খোংপা তৌই। মদু য়াম্না নুংশিনিংঙাইনি। অনৌবা চহীগী নুমিত্তনা ঐখোয়না অথেঙবা অহিং ফাওবা সবক্তা কোয়চং চত্নুনা মতম লেল্লি। কবিগুমবা কান্দনা কাউকাসিয়ান চীংশাংদা কাদুনা কোয়কই। মদু য়াম্না নুংঙাইবা মখল অমনি।"

ঐখোয়না খঙলে মদুদি কশিয়াগী মথেল লুকোই থোংদুনা ঐখোয়বু পীজবসিদা San Thu অমসুং San Yi তশেংনমক অপেনবা পোক্লে। মীথুং ওইববিবা কাঙবুনসু পেঙ্গবে। ফিভম অদুদা মখোয়গী থোং থাকপদা হৈ শিংবদু উখোকচনবগী তাঞ্জা অমসু ফংজবে।

"অদুম্নমক্তি ওইবগা ঐখোয়না অপাম্বা পোৎ খুদিংমক মফম অসিদা ফংবা ঙমদে।" San Thu না মঙক্নু নোম্নদুনা হাযবকই "মফম অসিদা তগৎ তগৎ তেকপা শঙ্গোম ফংদে, সুপ্নগী পাউদবখক্তমক ফংই। মবম অদুনা ঐখোয়না Kefir শেম শাবা ঙমদে। ঐনা হায়জবিবসি কশিয়াগী শঙ্গোমদগী শুংবা য়ুদুবুনি। মসিদা বেবা নত্রগা হঙ্গাম নত্রগা পিক্লা কক্নুনা শেম শাববা শদুম ফংদে। অদোম ফত্তবা থ্রাখল খনবীবম্লোই হাযনা লৈজে।"

"অদোম্না শেম শাবা চিজাক অসুক্কী মতীক ফৈ । ঐখোয়না বেক্কোক থাদোবকপা চহী অহুমলোমসি মসিগুম্বা চিঙ্গাক চাবা ফংলক্তবনি।" ঐখোয়না অমতা ওইবা খোঞ্জেলনা হায়খিবম্মী।

San Thu অমসুং San Yi গী চাক খুখোংদা পেম্থোক্লিঙৈদা Panghsang গী নোংচুপ কি মি ২৫ বোম চংলগা Hsi-Hsinwan অমসুং Pangyangগী ফ্রন্ততা CPB গী ক্রুপশিং অমসুং বর্মিজ আর্মি অনীগী মবক্তা অকনবা লাম্থেংং চখবি। কবিগুম্বদা অথাপ্পদা আটিলবিগী থোং লাউবা তাবা ফংলি। অহিংদনা শোক্লবা লাম্মীশিং লানফম্মদগী ত্রকশিংদা হাপুনা Panghsang হোসপিটালদা পুবক্লি।

কাপ্পরিবা মতম অদুফাওবা ব্রাঙ সেংদি কম্যান্দ হেদকার্টর পাংশাংদা লেঙদনা লৈবি লোয়ননা এস এস এ ক্রপশিংদগী গ্রিন লাইট লাকপা ঙাইবি। মহাক্না সালব্রানি তুবেলগী নোংচুপলোমদা চৎপা মতমদা মাগী ইস্কোর্ট ওইনবগীদমক্কি অমসুং Zawng Hra না থাইগী ঙমখৈদা চৎকদবনি। মতম তাঙ্গা অসিমক্তদা Kachin শিংদি খৃষ্টমাসকীদমক থৌরাং কন্না তৌনবি। য়েৎ থংবদা লৈবিবা বর্মিজ মাওইষ্টশিংগী হেদ কার্টবদনা নুংতিগী লাই খুকম্বগী থৌবম পাঙথোকপগা লোয়ননা অহিং চুপ্পা লাইশোল ঈশৈ শক্লি। ঐনা মখোয়বু য়েংবা হেক হেক চৎলি। মদুসু CPB গী নহা ওইবিবা Wa লাম্মীশিংনা ঙাক-শেন্নিবনি।

মতম অদুফাওবা লানফমদগী চাউবাকপা পাউ অমদি অদুম্মক ফংলি। Hsi-Hsinwan খক্তদা সবকাবগী লাম্মী ২০০ হাৎখ্রে অমসুং ৫০০ হেন্না অশোক অপন নংহনখ্রে হায়না CPB না ক্লেম তৌবি। মখোয় মশাগী অশোক অপনগী মতাংদদি কনাদসু ফোঙদোকপা তৌদে। অদুম ওইনমক ঐনা খঙব ফাওবদদি Mong Paw গী অচৌবা কৈথেলদা লৈবিবা KIA গী মবীশুবা বৃগেদ হেদকাটবদা বর্মিজ এয়াব ফোর্সনা বোম থাদদুনা নবেম্বব ২৩ দা এটেক তৌখি। থৌদোক অসিদা খুঞ্জাশিং লাঞ্জেন্নখিদুনা খুন্তাক লানশীখ্রে। মসিগা মবী লৈননা Muse সহবদা লৈবা সবকাবনা কন্ত্রোল তৌবা হোসপিটাল অমা CPB না এটেক তৌখি। মসিদা লায়েংলম্বা ইউনিটনা, চখিবা এক্সন অসিগী মতাংদা Panghsang দা লৈবা সেন্ত্রেল লিদবসিপনা অকনবা মওংদা নিন্দা তৌনখি। অহিং অদুদা বেঙ্গুন বেদিও অমসুং CPB গী PVOB না লানফম অদুগী মতাংদা পাও শন্দোক্লখি। নাকন অনীমক্না অমনা অমগী অশোক অপন যাওনখিবগী মবমদা ক্লেম তৌনখি। অদুম ওইনমক কনানা কবম্বা ফিভমদা লৈবিবগে হায়বগী মতাংদদি ময়েক ঈশেং শেংদে।

অয়ুক খুদিংগী Ba Thein Tin গা ইন্টবভিয়ু তৌনবগীদমক অশংবা সংহাই জিপ অমনা ঐবু লৌবা হেক হেক লাকই। ঐ মতম পুম্নমক্তা চিয়াবমেনগী য়ুমদা কফি অমদি বিস্কুইট থক-চায়। মহাক ব্রা য়াম্না ঙাংদে, অশেং অশেংবা ব্রা ঙাংই। ঐনা ঙক্লিবদি মহাক্কী মশা নাবগী মতাংদা মীয়াম্না তোকঙা শন্দোক্লিবসিগী মতাংদদি কবিসু ফোঙদোক্তে। তৌইগুম্বসুং মাগী তোঙানবা কা অমদা অথু-অকায়গী শীজিন্ননবা ওক্সিজেন্ট টৈঙ্কি অমদি লৈবা উই। মাগী মমীৎ অদুসু কা 'হেন্না কন্নে, মতম পুম্নমক্তা শক্তি য়াম্না য়াওবা অথাবা অ্যালোক শীজিন্নৈ। কবিগুম্বা মতম্মদনা মেগ্নিফাইং গ্লাস শীজিন্নৈ।



সি পি বিগী লালম্মী অমসুং রোকেট লোনসব

CPB গী অরাং নোংপোক থংবা রেজ এবিয়াগী ইতিহাস ঐ হান্ননা মমুৎ তানা খঙই। চিয়াবমেনগী মশাগী ওইবা বাবী য়াম্না ইন্টরেস্তিং ওই হায়না খল্লি। Ba Thein Tin মহাক মশামক বর্মাগী খা নোংপোক্তা লৈবা Tavoy গী অপিকপা সহর অমদা ইং ১৯১৪ দা পোকপনি। মহাক্কী মপাদু অপিকপা কারবার তৌদুনা হিংবা মীওইনি। মহাক Tavoy দা লৈবা প্রাইমারি অমদি সেকেন্দরি স্কুলদা লাইরিক তম্নকই অমসুং ইং ১৯৩১ দা মেত্রিক পাস তৌখি অমসুং রেঙ্গুন ইউনির্ভসিটিদা লাইরিক মখা তমখি। শেন্দোম্না স্থাং কোয়রবা মপানা, ইউনিভর্সিটিগী ফি পীবা ঙমদবদগী লাইরিক তম্বা তোকখি ।

*“মতমদুদগী অহানবা ওইনা কোলোনিএল সিস্তেমগী ফজদবা লীচং অমসুং শেন্দোই চাবা শেঙ্গাও পাযবশিংগী নুংশি হৈতবা থৌওং অদুগী মতাংদা রাহং কয়া হংবা হৌবকখি ।”* Ba Thein Tin না হায়বা খুদিং ঐনা নোট তৌশিল্লম্মী “নহাক্না খঙলিবদুনি, ঐ ময়ায় ওইবা ইমুং অমদগী হৌবকপনি। তৌইগুম্বসুং রাখল তাববা ইমুং অমদি ওইবকই। ঐগী ইপানা মতম লৈবা খিবিক্তা লাইরিক লাইশু পাবদা পুক্লিং থৌগৎপী। Tavoy দা লৈবা য়ুমদা ইংলিস লাইব্রেরি অমা লিংখৎপীবম্মী। বৃটিশ অইবশিংগী মনুংদা ঐনা পাম্বশিংদি - Charles Dickens, Sir Walter Scott, Lord Byron অমদি Gearge Bernard Shaw নচিংবা অসিনি। নহা অমা ওইনা Victor Hugo, Mark Twain অমসুং Jack London নচিংবগীসু অদুমক পাই ।” মতম কয়াগী মমাঙদগী মহাক লেফট রীং নেসনেলিষ্ট পোলিটিক্সতা খোঙদাবা হৌবকখি

লোয়ননা Dohbama Asiayone দা জোইন তৌখি। দল অসি Pro-independence পার্ট ওইনা অনীশুবা পৃথিবীগী লাল্লাও মমাঙদা বর্ম্মাদা মমিং য়াম্না চৎলম্মী। পার্টি অসিগী মেম্বরশিংবু মখোয় মশানা থাকিন হায়না কৌজে। মসি ইন্দিয়াদা বৃটিশশিংগীদমক "Sahib" হায়বসি বিজার্ভ তৌদুনা থম্বগুম্বনি। "ঐখোয় Thakins নি, ঐখোয় ইবমদমসিগী মপুনি।" নহা ওইবিবা বর্মিজ নেসনেলিষ্টশিংনা মতমদুদা হায়নবা ঝাহৈনি - মসিদসু নত্তনা কোলোনিয়েল ওথোবিটিশিংবু শীংনবা অমা ওইনা মখোয়গী মিংগী মমাঙদ ফাওব হাপ্পবম্মী।

Dohbama নত্রগা থাকিন পার্টি মশীং য়ামদবা মেম্বব খবনা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্ম্মা হায়বসি ইং ১৯৩৯ আগষ্ট ১৫ দা বেঙ্গুনগী Barn Street তা লৈবা অপিকপা কা অমদা মীফম অমা ফন্নগা শীংখৎখিবনি হায়না অয়াম্বনা লৌনৈ। মতম অদুদা চহী ২৫ শুববা Thakin Ba Thein Tin অহানবা মিটিং অদু শকক য়াখিদে। মহাক চহী খবগী মতুংদা পার্টিগী মেম্বব ওইনা চঙলকপনি ।

"ঐগী বেক গ্রাউন্দনা মবম ওইদুনা মাক্সিজম লেনিনিজম মমুৎ তানা খঙবা ঙমখি। মতমদুদা ঐখোয়গী Nagani নত্রগা Red Dragon হায়না খঙনবা লাইবিরী ক্লব অমা বেঙ্গুন্দা লৈ। মফম অদুদা মাক্সিষ্ট লিটবেচব মবাং কায়না ফংবা ঙমখি ।" Ba Thein Tin না ওদর্লিদা ঐখোয়বু কফি অমুক্তা শীথক্লবা হুকুম তৌখিবম্মী। "ইং ১৯৩৯ দা ঐ থা তকক জেলদা লৈখি । মদু ইন্দিয়ান পেনাল কোর্দকী আর্টিকল ১৪৭ পু শীংনদুনা ঈবাং শাগৎলুবগীদমক্তনি । মদুনা ঐগী থাজবদা য়াম্না মত্তেং ওইনখি ।

Thakin না শীংথানিংঙাই ওইবা ছাত্র লুচিংবা Aug San গা লোয়ননা য়াম্না লোৎনা থুপ্না মিলিটবি ট্রেনিং ফংনবগীদমক ইং ১৯৪১ দা জাপান্দা চৎখি । থা খবা টোকিওদা লৈববা মতুংদা জপানিজ লাম্মীগা লোয়ননা বর্ম্মাদা লান্দানবগীদমক থাইলেন্দ লোমদগী চঙশিল্লকখি। মদু চহীদুমক্কী দিসেম্বব থাদনি । গ্রুপ অদু "The Thirty Comrades" হায়না খঙনৈ। দিসেম্বব ২৬তা বর্ম্মা ইন্দিপেন্দেন্ট আর্মি বেঙ্কোক্তা লিংখৎখি। মখোয়না জপানিজশিংগী তুং ইন্দুনা বর্ম্মাদা চঙলকখি । অদুদগী বেঙ্গুন য়ৌবকখি। অদুম ওইনমক মখোয় ইং ১৯৪২ মার্চ ৭ তা মায়থীবা নংখি।

"মদু তশেংনমক অপংবা থৌওংনি" Ba Thein Tin না মখা শমথবকই - ঐখোয়না Thakin Aung San বু ইং ১৯৪০ দা থাখিনবা Dohbama মনুংগী ওইবা ঝাবেপ অদুনা চাইনীজ কম্যুনিষ্ট পার্টিগা কন্টেক্ট তৌনখি। ঐখোয়না মঙোন্দা হায়খি মদুদি সাংহাইদা জহাজ অমা ফংনবা হোৎনগদবনি। মফম অদুদা কম্যুনিষ্ট ইথিল য়াম্না ফত্রি অমসুং মহাক মশা

লোংননবা হোংনবদা য়াম্না লায়না থোক্কনি। তৌইংগুম্বসুং মসিগী মহুত্তা মহাক্না চিনাদা অহানবা জহাজ অমা ফাবগা বেঙ্গল ফংনবা হোংনবকখি। কম্যুনিষ্টশিংনা হান্নন মাঙজৌননা খণ্ডখ্রে মদুদি নেসনেলিষ্ট হেবো Aung san থাজবা হাংপা মীশক অমনি হায়বসি। Ba Thein Tin অমসুং অতৈ CPB গী কাদবশিংগা anti Japanese struggle গীদমক শেম শানবা অন্দবগ্রউন্দ চঙখি। জপানিজশিংনা বর্ম্মাবু নিং তমহন্লগনি হায়না কমবেদ ৩০ গী গ্রুপ অদুদা ব্রাশকখি। ওন্নতৈনবদা ওকুপেসন পৱাব শীজিন্নবকপদগী বর্ম্মিজ নেসনেলিষ্ট শিংনা হৌজিকসু জাপানিজগী মায়োক্তা লৈবি।

Ba Thein Tin না মাগী পোক্লফম Tavoy এবিয়াগী ঙাক শেন লুচিংবনি। মসিবু মখোয়না নম্বব ৫ মিলিটবি বিজন হায়না কৌনৈ। নম্বব ২ মিলিটবি বিজননা ইবাৱাদি দেলতাগী Pyapon এবিযাদা লৈ। মসিনা Thirty comrades কী মবক্তা অমা ওইবিবা Ne Win না লুচিংবনি। নহা ওইবিবা নেসনেলিষ্টশিং অদু মতুংদদি শীংথানিংঙাই ওইববা পোলিটিসিয়ান অমসুং ষ্টেটকী লুচিংবশিং ওইবকখি।

লাল অদু লোইখ্রবা মতমদা তোঙান তোঙানবা শক্তি চেনবা কাঙলুপ অসি Anti Fascist People's Freedom League হাযবা অমব্রেলা অমগী মখাদা পুন্না লৈমিন্নবকখি। অদুম ওইনমক নভেম্বব ১৯৪৬ তা CPB না মীওয খবদি তাম্থোকখি, মসিনা লিগেল ওপোজিসন পাটি ওইনা লৈহৌখি। লন্দন্দা পাঙথোকপা ইং ১৯৪৭ কী বৃটিশ এমপাইব কম্যুনিষ্ট পার্টিগী কনফবেন্সতা Ba Thein Tin CPB গী মায়কৈদগী শকক য়াকখি অমসুং ইউৱোপ শিনবা থুংনা কোয়খি। মাগী মতুংদা বৃটিশ সেক্রেট সার্ভিসনা মমিগুম্না কোইন ইন্নখি। খব লৈবগা চহী অদুমকী জুলাই তাং ১৯ দা Aung San অমসুং মাগা লোয়নবা ৮ বেঙ্গুন্দা এসাসিনেট তৌখি। বর্ম্মানা নিং- তম্বা ফংলমদাই মতম খবদা ঙাযববা কান্দুদা পোপুলব ওইববা নেসনেলিস্ত লুচিংবশিংদি থুপখ্রে। ইং ১৯৪৮ জানুয়াবি তাং ৪ বৃটিশনা বর্ম্মা থাদোক্নুনা চংখ্রবা মতুংদা Thakin Nu বু বর্ম্মাগী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টব ওইনা খনখি। মতুং তাবকপদা U Nu হায়না খঙনখি।

U Nu হায়বিবসি লাইবিক লাইশু হৈবা মীওইনি অমসুং Aung San বাজনিটিগী শক্তি ৱাংপা অম্বদি মজাতিবু মাগী মতুংদা থম্লগা কবেম কথাইনবা মীশক্তি। মতম অমদা মতীক মগুন লৈনা লোইনবম্বা কয়াগী ৱাখললোল বর্ম্মিজ বাজনিটিদা অমুক হল্লকখিদ্রে। Ba Thein Tin অমসুং


কানি য়োনবা

মাগী কমবেদশিংনা Aung San অমসুং U Nu বু " bourgeois politicians" নি হায়না লৌনৈ । মহাক বিভোলুসনবি লাইন্দগী থৈদোক্লগা বর্ম্মাগী নিংতম্বা অসি বৃটিশকা মন্ত্রিক্লবগা লৌহৌবনি ।

ফেব্রুৱারি থাদনি, Ba Thein Tin অমসুং CPB চিযাবমেন ওইবম্বা Thakin Than Tun গা লোযননা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিযাগী অনীশুবা কংগ্রেস যাওনবগীদমক কলকাটাদা চৎখি । হিস্তবিযান অযাম্বনা অসুম্না ইনখি মদুদি *কলকাটা কংগ্রেস অমসুং কলকাটাদা পাওথোকখিবা য়ুথ মিটিং অদুসু খা থংবা এশিযা অপুন্বদা কম্যুনিস্তকী ঈহৌ কনখৎহন্নবগী মস্তব প্লাননি ।*

"মদু পূম্নমক্তু ৱাখল যাওদবগী ৱানি" Ba Thein Tin না মখা তাবকই *ঐখোযনা মফম অদুদা ওবজার্ভব ওইনা অমসুং আর্ম স্ত্রগলগী মতাংদা ৱাহং পাউহংনদুনা খন্নখিবা লৈতে । অদুম ওইনমক সিস্তব পার্টি ওইবিবা ফিলিপিন্স, মালাযা অমসুং ভিযেটনামসু মফম অদুদা পুনখি । মযামদুগী মনুংদা অস্ত্রেলিযান পার্টিগী সেক্রেটবি জেনবেল Lance Sharkey অমসুং সোভিযেট ইউনিযন দগী Olga কৌবী নুপী কমবেদ অমসু শরুক যাখি । তৌইগুম্বসুং খুৎলাই পাযবা ঈহৌ অসিদি ঐখোয ইশাগী যেংদুনা* তত্তাইফদনা ৱাবেপ লৌখিবনি। কলকাটা মীফমদা মসিগী ৱা খন্নখিদে ।"

*"U Nuনা গার্ভনমেন্টকী মায়োক্তা খুৎলাই পায়বা ঈহৌ হৌনবা নহাক্তা ৱাবেপ লৌথ্রিবসি কবিগীদমক্তনো ?"* ঐনা হংলম্মী ।

*"থৌদোক্তু ঐ তশেংনা নিংশিংলি ।"* মহাক্তা মখা চত্থরকই মদু ইং ১৯৪৮ গী মার্চ তাং ২৮ গী অয়ুক্তি । মহৌশাগুম্না, ১৩৮ বর্গয়াব ৱোদতা লৈবা ঐখোয়গী পার্টি হেদ কার্টবদা চংননবা কাব অমনা ঐখোয়বু লৌবা লাক্কদবনি। তৌইংগুম্বসুং অয়ুক অদু কাব লাকখিদে, কবিগুম্বা শেবাম্নবা খব লৈবে হায়বসি ঐখোয়না খঙলদুনা নহা ওইরিবা কমবেদ অমা থৌওং অদু য়েংশিন্নবা থাখি । অদুদগীদি পুলিসনা ঐখোয়গী হেদ কার্টবদা লান্দাথ্রে হায়বা তারে। পুং ১১.৩০ তাবা অয়ুক অদুমক্তদা ঐখোয়গী পোলিটব্যুরোনা অথুবা মীফম অমা পাওথোক্লগা অন্দর গ্রাউন্দ চঙবা হায়না ৱাবেপ লৌখি অমসুং তঙাইফদনা খুৎলাই পায়বা লালহৌ চত্থবা তাখি । ঐখোয় পুম্নমক অবাপ্পা চীং মানগীদমক মফম অদু থাদোবকখি ।

মদু বর্ম্মাদা দিকেদ অমবোম সিভিল ৱাব চত্থবক্লবা মতমনি । মসিগী মতুং তাবকপদা Karens, Karennıs, Pa-os অমসুং Mons হায়বিবশিং অসিসু তোঙান তোঙানবা হীবম কয়াদা খুৎলাই পাববা লালহৌ চঙশিল্লকখি। ইং ১৯৫৮ দা Shan শিংসু তুং ইল্লকখি অমসুং অবোয়বদা ইং ১৯৬১ দা Kachın শিংসু খুৎলাই পায়খৎলকখি ।

ময়ায় থংবা বর্ম্মা অপুম্বদা কম্যুনিষ্ট ঈহৌ শাথীনা কনখৎলকখি অমসুং বেঙ্গুনগী অৱাং থংবদা লৈবা Pegu Yoma চীংশাংগী জঙ্গলদা পার্টি হেদ কার্টব অমা লিংখৎখি । চহী অমগী মনুংদা Ba Theın Tın গী হোম দিষ্টিক্ট য়াওনা ময়ায় থংবা তম্পাক লম, ইৱাৱাদি দেল্টা, অৱাকান য়োমা অমসুং Tavoy এরিয়াদা কম্যুনিষ্ট গেরিলা ১৫,০০০ সবকাবগী লাম্মীগা লাম্হেংননবা থৌবাং তৌদুনা লৈখি । বর্ম্মা সবকাবনা চহি খবদি নেহরু ইন্দিয়াদগী মিলিটবিগী মতেং ফংবা ঙমখি ।

ইং ১৯৫১ দা সেন্ত্রেল বর্ম্মাগী পীয়ানমাদা পাওথোকখিবা পার্টি মীফমদা খেৎনবা মত কয়ামুক পুথোক্লবকখি । পার্টি খবনা *'পিছ এন্দ কোলিসন গর্ভনমেন্ট'* শেম্নগী ৱাফম পুথোকখি অমসুং গভর্নমেন্ট ফের্সকা লোয়ননা ইউনাইটেদ ফ্রন্ত অমা Kuomıntang গী মায়োক্তা শেম্ননি । তৌইংগুম্বসুং লুচিংবা খবনদি খুৎলাই পায়বগী ঈহৌ মখা তানা চত্থবা পাম্নখি। মৱম অসিদগী চিনাগীদমক মফম অদু লোননা থাদোক্লকা হৌবকখি । বর্ম্মা হৌজিক্তি শক্তি লৈববা কম্যুনিষ্ট অমগা যুমলোম্নবি মসিগী মিলিটবিগী তৌবা ঙম্বা শক্তি অদু উথোক্লি ।

*"ঐ ইং ১৯৫২ দা সেন্ত্রেল এবিয়া থাদোকখি।"* Ba Thein Tin না মখা চত্থবকই *'ঐগী খোঙচৎ অদু অৱাংলোমদনি, তৌইশুন্নসুং ঐগী পার্টি মীওই অয়াম্বা চহি অমগী মমাঙদা কাথা মনাক্তা লৈবা ইবাৱাদি তুবেল লাল্লগা চৎনখ্রবনি। গভর্নমেন্টকী বটালিয়ন ক্রপ অহুম্মা ঐখোয়গী লম্বী থীংনবা হোৎনখি। মতমদুদা যাংলেন শকগী অনাবনা ঐগী অৱাবা হায়বদু ওইখি। মদু ওইব ফাওবদা, ঐগী তুং ইনবা খবগা লোয়ননা কাচিন স্টেটতা লৈবা Nalung গী নোংপোক থংবা Yunnan দা ইং ১৯৫৩ দা শামু মথক্তা তোংলগা লানশিনবা ঙমখি।"*

ঐনা মফম অদুগী মবমদা খব হেন্না কুপ্পা হংলম্মী। মহাক্না ঙমখে লানশিনবা অমসুং মতৌ কবম্না ৱাবোইশিন পুবকখিবা হায়বনচিংবসি খঙনবা হোৎনবম্মী। মখোয়না ৱাখৈনখ্রিবসি Naura Pa মনাক্তনি। খুল অসিদা KIA না ফিলদ হোসপিটাল অমা চলাইখি।

Ba Thein Tin না চিনাদা থুংদ্রিঙৈ মমাঙদা, অতৈ বর্মিজ কম্যুনিষ্টশিংনা মাঙজৌননা মফম অদু ফংনবা থৌবাং তৌত্রবনি, মখোয়দুগী মনুংদা ঐনা Mong Ko দা উন্নখিবা Kyaw Seina য়াওবি। অহুমশুবা বেটচনা CPB গী কাদবশিং পূল্লপ পুবগা মতম খবা চোঙ্খনা চিনাদা থুংলখি। মখোয়গী মনুংদা Bo Zeya য়াওবি। মহাক কমবেদ কুম্ভাগী মনুংদা অমনি। মহাক CPB দা জোইন তৌববা মতুংদা লানফমদা শিখি। মতম অমদা ছাত্রগী লুচিংবা ওইবম্না Khin Maung Gyi, San Thu অমসুং ঐখোয়না Panghsang দা উন্নখ্রবা কয়া অমা যাওবি। বর্মিজ কম্যুনিস্টশিংনা মার্ক্সিজম লেনিনিজম মমুৎ তানা খঙনবগীদমক বৈজিংগী হাযাব পার্টি স্কুলদা স্তদি তৌবা চৎলি।

মখোয় মঙা হায়বদি Khin Maung Gyi অমসুং San Thu যাওনা মীওই মঙাখক ইং ১৯৫৭ তা মোস্কোদা মখা তানা স্তদি তৌকনবা খনগৎখি। Ba Thein Tinবুনা দিপ্লোমেটিক চাইনিজ পাসপোট ইশু তৌখি। কম্যুনিস্টকী লৈবাক শীনবা থুংনা কোয়বা য়াহনখি। মহাক মোস্কোদা পার্টি কংগ্রেস শরুক যাকই। ইং ১৯৬৩ দা হানোইদা চৎতুনা, মহাক্না Ho Chi Minh গা উন্নবকখি। মসিদসু নত্তনা মকওইৰা লৈবাকশিংগী লুচিংবা কয়াগসু উন্নবগী খুদোংচাবা ফংখি।

ইং ১৯৬৪ গী অঙনবা শকক্তনি, ইন্টরনেসনেল কম্যুনিস্ট মুভমেন্টদা চিনা অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন অনীগী মবক্তা split থোবকখি। মতম অসিমক্তি Ba Thein গী খোঙচৎ মখা চত্থবি। Khin Maung Gyi, San Thu অমসুং থার্দ বর্মিজ কম্যুনিস্ট মোস্কোদগী বৈজিংদা হল্লকখি। মতমদুদা লেমহৌবিবা অনীদুনা

রুশিয়ান নিংঙোল লুহোংদুনা লৌবগা মখা তানা সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা লৈথহৌখি ।

মতম অদুদা জেনেবেল Ne Winনা বেঙ্গুন্দা শক্তি পায়শিনখি অমসুং বর্মাদা কম্যুনিস্ট ঈহৌ শাগৎপদা মতেং পীবা হায়না চিনানা ৱাবেপ লৌখি । ৱাবী অদুদি ঐ হান্নবা Kyaw Seinদগী তাশ্রে ? Mong Ko দা মতৌ কবম্না অনৌবা অৱাং নোংপোক বেজ এবিয়াগা লোয়ননা সেন্ট্রেল বর্ম্মাগী স্ত্রোং হোলগা লৈনবা মবী ফেল ওইখ্রিবনো ?

ৱাবীদুগী শরুক অমদি ঐনা Panghsang দা থুংলব ফাওবদা ময়েক ইশেং শেংদ্রি । অদুম ওইনমক বৈজিংনা মচাক মথুম পীবা হায়না ৱাবেপ তাশ্রে । ইং ১৯৬২ গী মতুংদা CPB দা তৌগদৌবিবসি মোবেল সপ্লোট খক্তা নত্তে । চিনাদা কম্যুনিস্ট এক্সজাইল ওইবিবশিং অমসুং পেগু য়োমা অমসুং সেন্ট্রেল বর্মাদা লৈবিবা old party অনিগী মবক্তা লৈনবিবা মবীসি কবিনো হায়বা ঐ ভাব তাবা ঙমদে ।

তশেংবদি মসি Ne Win মশামক্তা মবী অসি ককথৎখিবনি, ইং ১৯৬৩গী জুন্দা মহাক্না বেঙ্গুন্দা শান্তিগী ৱাবী শাননবা কৌখি অমসুং এফলিক বিমেল আর্মি ওইনা লৈবিবা CPB গী ইন্সর্জেন্ট লুচিংবশিংসু বার্ত্তন তৌখি । গ্রুপ অসিদগী CPB কাদব ২৯ ৱাবী শানবদা য়াওনবগীদমক চিনা থাদোক্লগা বেঙ্গুন্দা হল্লকখি । বৈজিংদগী হল্লকপশিংগী মনুংদা মখোয়না Yebaw (কমবেদ) হায়না খঙনবা Aung Gyi না ইং ১৯৫১ দা চিনাদা চৎখিবা বর্মিজ কম্যুনিষ্টকী অহানবা কাঙলুপ অদুগী লুচিংবনি । মসিগা লোয়ননা থার্টি কমবেদসকী Bo Zeya অমসুং Ba Thein Tin যাওখি । ৱাবী শাবা অদুদা মহাক্না CPB গী ওফিসিয়েল দিলিগেট ওইখিদে । Ba Thein Tin না খুদোংচাবদু লৌবগা বেঙ্গুন্দা চিংনা মীৎয়েং য়েংলিবদুদগী তাৎ তৌদুনা নাম্থোক্লগা পেগু য়োমাদা লৈবা CPB গী হেদক্বার্টবদা লোৎনা চেনখিগে হাযবগী অশাদা লাকপনি । মহাক্কী মশাদা ৱায়াবলেস ট্রান্সমিটব য়াওবি অমসুং চিনাদগী ফংবা মতেংশিং বৈজিংদগী ফ্লাইটতা হাপ্লগা পুবকপনি ।

ইং ১৯৬৩ গী নবেম্বেবদা শান্তিগী ৱাবী অদু থুগায়বল্লগা Ba thein Tin অমসুং মখোয় ২৯ গী মনুংদগী অমগা চিনাদা হল্লকখি । তৌইগুম্বসুং মখোয় ২৭ অদু পার্টিগী De factoলিদবসিংপকী শকলোন লৌবগা ময়ুমদা লৈহৌখি । মখোয়না বৈজিং বেজ কাদবশিংগা বেদিওদা পাউ ফাউনৈ অমসুং Shan State তা থোক্লগদৌরিবা ঈখৌলাংবদুগী মবমদা ঈ পাও ফাওনৈ ।

San Thu না ওমখৈগী জাগা পুন্নমক কোয়না চত্থুনা লোননা চঙবা য়াবা মফম, লম্বী থিবস্মী। মমৈথংদা অহানবা চঙফমসি Mong Ko দা ওইবা হায়না বাবেপ লৌখি। মদুনবু ফবে Naw Seng বুদি মফমদুদা লোইনমক খঙবা ঙাক্তনি। মায় পাক্লিফাওবা CPB দা মতেং পাংগনি হায়না চিনানা ব্রাশকথ্রবনি।

ঐনা ব্রাফম অসিদা ভাব তাদবগী অব্রাবা মায়োক্লবিবসি CPB গী লুচিংবশিংনা Deng Xiaoping গী শেমদোক্লবা ইকোনোমিক পোলিসিদা চঙশিল্লকপা অসিনি। মখোয়না কৈদৌঙৈদসু মহাকপু ক্রিটিসাইজ ফোংনা খক তৌদে। ঐনা, তশেংনা চুম্মী হায়না খনখিবদি মখোয়না মতম শাংনা চিয়াবমেন মাওগী মতমদা চিনাদা লাঙ্ছেং চত্থবকপা মতমদুদা "The reliable bulwark of the world proletarian revolution" হায়বা কোদ অমা CPB গী স্টেটমেন্ট অমদা ইং ১৯৭০ গী ময়ায় চল্লকপদা থোকখিবদুনি।

ইং ১৯৬০ গী অঙনবা শকক, চিনানা সোভিয়েট ইউনিয়নগা লৈনবদ্মা মরী থদংনখিবা মতমদুদা CPB না Khrushchev revivalist শিংবু এটেক তৌখি অমসুং মাওগী চৎন পথাপ্লু মপুং ওইনা সপোর্ট তৌখি। পেগু য়োমাদা লৈবা য়ুমদা ঈ তানবগা লোয়নবা অমোংপা শেংদোকপগী থৌওং অমা চত্থখি। মদুগী অব্রাংবা ব্রাখল পোকহনবা থৌবাং অদু চিনা কলচরেল বিভোলুসন্না থোকহনখিবনি। মসিবু মশাগী বেদ গার্দশিং বৈজিং বিটনিশিংনা লুচিংবা হার্দ লাইনবশিংনা মতেং পাংদুনা পার্টি ভেটবানশিং অমসুং নহা ওইবিবা ইন্টলেকচুয়েল কয়া মীয়াম মাঙদা অকিবা পোকহন্দুনা মাস ট্রাইয়েল চত্থখি অমসুং হাৎখি। Yebaw Htay, মহাক ইং ১৯৬৩ গী বেক্লুন্দা শান্তিগী ব্রাবী শানবদুদা CPB দিলিগেসনগী লুচিংখিবা মীশক্লি। মহাকপু বর্মাগী Deng Xiaoping হায়বা মিংথোল পীখি অমসুং হাৎখি। সেনিয়ব পার্টি মেম্বব ইন্দিয়ান ওবিজিন H N Ghoshal বু 'বর্ম্মাগী Liu Shaogi ' নি হায়না লাউথোক্লগা হাৎখি।

মসিগী মথা চত্থবকপা ইং ১৯৬৮ গী নিউ ইয়াব ডেদা CPB না চিনাদগী চাউববা মতেং অমা ফংখি। এস্তি এয়াব ক্রাফট গন্দগী হৌবদুনা খুৎলাই ময়াম অমা Meng A থোং লাল্লগা Panghsang দা থুংলখি। মসিদসু নত্তনা চাইনিজ আর্মি পার্সোনেলশিং অমসুং Kyi Myint, কম্মান্দব Hsi-Hsinwan গুম্বা ইন্দিভিজুয়েল ভলুন্টিয়বশিংসু লোয়নবকখি। ইন্দোচিনাগী মপান্দা চত্থখিবা কম্যুনিস্ট মুভমেন্টশিংদা পাংখিবা মতেংদগী হেন্না চিনানা CPB দা পাংখি।

মসিগী পাক চাউববা তেংবাং অসি লিববা এবিয়া খব খক্তদমক য়ৌবকখি । মখোয়শিং অদুদি Kyaw Kku-Naung, Long-Nawng, Shan ষ্টেটকী নোংচুপ্তা লৈবা wa ভিলেজ ত্রেক্ট অসিনচিংবনি। পেগু য়োমা বর্মিজ আর্মিনা ইং ১৯৭৫ দা লৌশিনখি ।

মসিগা লোয়নননা CPB গী ওফিসিয়েল চিয়াবমেন ওইবম্না Thakın Zın অমসুং মাগী সেক্রেটরি Thakın chıt হাংখি । মতমদুদগী Thakın Ba Theın Tin না চিয়াবমেন ওইখি । মহাক ইং ১৯৬০ গী অওনবা শকক্তগী অশেংবা লুচিংবা অমা ওইনা লাক্লবনি'।

ওসিদি অদুগুম্নবা হন্নুববা কম্যুনিস্টশিংগী খণ্ড- হৈববশিংনি হায়বম্নশিং, Wa চীংশাংদা লৈবম্না, কোকাং নত্রগা লৈবাক অদুগী ইন্দস্ত্রিয়েল সেন্তবদগী লাপ্না লৈবম্না মতমদুদা পার্টিগী তুংগী য়ুম্বীনি খল্লম্নশিং ওসিদি ওম্নমক মাংখ্রে । ওসি CPB গী খোওবীনা নেৎপা ফংলিবা মফম হায়ববু অৱাং নোংপোক্তা লৈবিবা Taroy বেজ এবিয়া, মফমসিদনি Ba Theın Tin না মাগী খুবামনুংদা লৈবিবা লাম্মী খবখক্তা লোয়নননা Tenasserım দিভিজনগী উমং ৱামংদা লাপ্তেংনবি ।

ঐনা হেক ওন্নিবদি হান্নাগী বেজ এবিযাশিংদা চপ মান্নবা মতেং ফংহনবা অদুনি । শম্না হায়ববদা মখোয়শিংদুগী মনুংদা মফম খবদি চিনানা শাবা লালগী খুৎশু খুৎলাই মেদিকেলগী ওইবা হীদাক লাংথক অমসুং ইউনিফোর্মনচিংবশিং অমত্তসু ফংখিদে । মসিগা ইবোইননা ইং ১৯৭৫ দা পেগুয়োমা লৈখা তাখ্রে। মসিগী মতাংদা ঐনা পাওশাংদা মীওই খবা উন্নখি অমসুং মখোযবু ইন্টবভিয়ু লৌখি । মখোয়গী মনুংদা অমদি Than Maung হায়বা কাবেন নেসনেল অসিনি । মহাক্কী অশেংবা পোক্লফমদি পেগুয়োমা নি । মহাক লমজা শাবা অমা ওইনা হৌবকপদগী CPB না য়োকপী থাকপীবকখি অমসুং পার্টি হায়বসি মহাক্কী অনৌবা মমা মপানি হায়না তম্বীবকখি । ইং ১৯৬০ গী অদুৱাইদা মহাক বিভোলুসনবি বেদ গার্দতা চওখি অমসুং অহল ওইববা লুচিংবশিং হাংপদা মহাকসু শৱক য়াখি। পেগুয়োমা ভেটবান, Aung Seın হায়না কৌই । মহাক ইহান হানবা ওইনা ইং ১৯৫৩ দা Ba Theın Tin গী ইস্কোর্ট লাম্মী ওইনা চিনাদা চৎখি। তৌইগুম্নসুং ইং ১৯৬৭ তা Mong Ko দা এটেক্ট তৌনবা মাগী কমবেদশিংদা পাউ পীনবা পাউমী ওইনা থাবকখি ।

মসি অওকপা, তাবদা এক্সপিবিয়েন্স ওইবা য়াববা মখোয়গী ৱাবীনি । মখোয়না হায় CPB গী খুৎলাই পায়বা মী লিশিং অমৱোম ইং ১৯৬০ গী ময়ায় অদুৱাইদা পেগুয়োমাদা লৈবম্মী । মখোয়া পায়রিবা খুৎলাইশিংদগী 303 Lee

enfield rifle শিং পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জওদা হুন্দোক্লগা নাম্মখক্তা ঙায়ববা স্তেনগন অমসুং গভর্নমেন্ট ক্রুপশিংদগী মুলহৌবা ওটোমেটিক খুৎলাই খব খকসিদনি ।

*"ঐখোয় অয়াম্বা মতমদা অবাম খৌবাংবা পোকখি অমসুং মতম কয়া অমনা চানবা চিঞ্জাক য়াওদনা চৎখি । পেশুয়োমাদা লৈবিবসি খুক্লাং খবখক্তনি, মদুসু লায়ববা ঙাক্তনি। তম্পাক্তা কুমথবগা লৌমীশিংদগী চেঙ- চাক খোমগৎপা হাযবসিমসু যাম্না খুদোং থীনিংঙাইগী মশক্লি। ঐখোয়না মতম অয়াম্বদা চৎলি । ঐখোযগী হাইগৎপা হাইনবা লম্বীশিংদা হন্না হন্না লান থেংনৈ।"* Than Maung না হায় ।

*"অয়াম্বা মতমদা লম্নক্তা হৌবা লফু ফুংলগা চায় । মদু ওইদুনসু ঐখোযগী চাকখাওদি কৈদৌঙৈদসু থলহনবা ঙমদে । মসি পুম্নমক খল্লুবা তৌদনা ঐখোয় মখা তানা চখনবা হোৎনখি । তৌইশুম্বসুং ঐখোয় কবম্বা মতমদা লেপকদগে হাযবসি খল্লুবদদা কোকসি ঙাওবকখি ।"* Aung San না মবক থৎনা হায়বকপনি। মহাক্লা মখোয় অনীদগী অহল ওইবে অমসুং মাক্সিস্টকী থিওবি মমুৎ তানা খঙলবা মীশক্লি । *"ঐখোয কবিগীদমক লায়ববিবনো হায়বসি খন্দবা যাবক্তে অমসুং মসি পুম্নমক ঐখোয মায়োক্লনবা হোৎনবা তাখি । হীবম অসিদা কমবেদশিং কৈদৌঙৈদসু নিংহন্নবা তৌখিদে। মখোযগী লমচং য়াংনা লৈ অমসুং ঐখোয পুম্নমক তুংগী অবংবা মঙাল অদুগীদমক থাজবা থম্লি ।"*

ঐনা Than Maung দা ত্রাইয়েল অদুগী মবমদা অমসুং অহল ওইববা লুচিংবশিং অমদি ইন্টলেকচুয়েলশিং হাৎখিবগী মবমদা হংলম্মী । মহাক মোমোল নোক্লদুনা মকোক্তু নোম্নকই । *" মদু পুম্নমক বিভোলুসনবিগী চাক্লিবা মৈবীদুগী মৈশা হেল্লকপদগী থোকখিবনি ।"*

ইং ১৯৭০ অদুরাইদা মতম অমা স্ত্রোং হোন্দ ওইবম্বশিং ঙম্নমক লৌশিনখি । CPB ভেটবান ময়াম অমা হাৎখি অমসুং অতৈ ময়াম অমনা সবেন্দব তৌখি । Than Maung অমসুং Aung Sein গুম্বা খবনা Panghsang লোমদা চৎখি মফম অদুদা মখোয়না CPB গী অনৌবা চাইনীজ খুৎশু খুৎলাইশিং ফংবা ঙমখি । অশংবা ফিজোল শেংলগা তুপিদা অঙাংবা স্তাব থেংলদুনা চীনানা শাবা আর্মি ত্রক অমদি জিপশিং থৌবগা কোয়না চৎখি । ঐনা মখোয়দা পেশুয়োমাদা কবম্বা ফিজোল শেংপগে হায়না হংখি । মখোয় থরায় তানা নোক্লকই ।

*"মিজোল ? ঐখোয়গীদি ঐখোয়গী মহৌশাদগী চংনবকপা লোঙ্গি লৈজে । মসিনা জঙ্গলদা নিং তম্না লেঙ ওংপা অমদি য়াওনা চেনবা ওন্দী । অদুগা লাম্পী অমনা মাগী বাইফলদা মক মণ্ডা নত্রগা তককুগী হেন্না পুনদে। মতমদুগা হৌজিক্কদি মান্নদ্রে। চিনানা ঐখোযদা মখা তানা অহেনবা মতেং পীখিদে । তৌইগুন্নসুং ঐখোয় হেন্না কনখংলক্লি অমসুং মতমদুদগী হৌজিক্লা অফবা মখলগী খুংলাই মশীং হেনগংলক্লি, ঐবু থাজবীয় ।"*

হিস্তবিকেল অমসুং জিওপোলিটিকেলদা য়েংলবসু চাইনীজশিংনা বর্ম্মিজ কমবেদশিংগা লৈনবন্না মবী ককথংগ্রে । মসিগী মহে ওইনা CPB না চাইনীজ পার্টিশিংগী মনুংগী ওইবা হীবমদা চনৈনবা পোকহল্লকখি । মসিগী লাংদা থুহনবসিনা মতম শাংনা চেনমিন্নবকপা ঈচেলদা অকিবগী মশক ওইহল্লে হায়বগী প্রমান ওইবে । ইং ১৯৭৩ দা Deng গী চাইনীজ পোলিটিকেল স্তেজদা হল্লকপা অসিনা CPB মনুংদা নুংঙাইহন্দবা মবম অমা ওইহনখি, তৌইগুম্বসুং মসিনা পার্টিদা পীবিবা চিনাগী মতেং খুদক্কী ওইনা অকয়াবা পীবদি ওইখিদে। অদুম ওইনমক চিনাগী অহোংবা পুবকখিবা অমসুং Deng বু মফমদগী তাম্নোকখিবা অদুনা ইং ১৯৭৬ এপ্রিল থাদা টর্নিং পোইন্ট অমদি লাকপা হৌখি।

ইং ১৯৭৭ তা Deng অমুক হল্লকখি । বৈজিং বিভিয় অমসুং অতৈ ওফিসিয়েল পাব্লিকেসনশিংনা বর্ম্মিজ পার্টিগী ওইবা লানফমগী বিপোট ফোঙনবকপা মতমদা CPB তুমিন্না লৈখি । মদুগী মখা চত্থবকপা চহীদা Ba Thein Tin গী ওফিস অমসুং কুম্মীতাংবু শৌগৎপাশিং Panghsang গী ওমখৈদা হোংখি ।

খৃষ্ট মাস মতনি, Hsi-Hsinwan দগী CPB নম্ফুদা হন্দোবক্লে হায়বা ঐখোয়না তাখি । অশেংবদি দিসেম্বব তাং ৭ তনি, মসি ঐঙোন্দা মখোয়না তাক্লবনি । পাউ অসি Hseng Noung না কৈথেলদগী তাবকপনি। অদুম ওইনমক মসিগী ফল মতম পুম্বদা ওইথোকপা য়াই। ঐ হৌজিক ফাওবা পাউ অদুদা ওকচানবা পোক্লি । গভর্নমেন্টকী কাউন্টব ওফেন্সিভ অসুক্কী মতীক চাউগ্রবা মপে অমনি । হৈ শিংনা চত্থবকপা গভর্নমেন্টকী এটেক্ট অদুবু ফনা কম্না থেংনদুনসু Hsi-Hsinwan মাঙজবা তাখি ।

মিলিটাবি দিভেলপমেন্টকী হুকুম অদু ইনবগা লোয়ননা ঐখোয় কম্মান্দ হেদ কাটবদা থুংলুনবা খোঙশাল্লক্লে । লৈকোল মানবা কম্পাউন্দ অদু পার্টি লিদবসিপকী নাইতোম তাবা মীবাউখোলনা মফম অদুগী ফ্রন্টমোসফিয়াবদা

অকনবা ইথিল শীবশী । ইন- চার্জ পুবিবা নুপা অদু Kyaw Zaw নি । মহাক বর্মিজ আর্মিগী হান্না বৃগেদিয়ব জেনেবেল ওইবম্বা অমসুং লেজেন্দবি ওইববা থার্টি কমবেদকী মনুং চনবা মীশক অমনি । ময়াম পুম্নমকপু ঙকহল্লগা ইং ১৯৭৬ কী অথেঙবা শকক্তা CPB দা য়াওখি । মফম অসিদা Zaw Mai সু লৈবি, মহাক KIA গী চিফ ওফ স্তাফকা মবী লৈনদে । তৌইগুম্বসুং Naw Seng গী কাঙবুদগী লাকপা Kachin অমনি, মহাক ১৯৫০ দগী ১৯৬৮ ফাওবা চিনদা লৈকই অমসুং CPB গা লোয়ননা হল্লকখিবনি।

ব্রাব ওফিসতা ঐখোয়না তোঙান তোঙানবা ইন্টলেকচুয়েল কয়াগসু উন্নবা ফংখি । মখোযশিং অসি ইং ১৯৭০ গী ময়ায় চল্লকপদা বেঙ্গুন অমসুং মন্দলেদা লৈবা পোখ্যাফম খঙদ্রবা ছাত্রশিং অদুনা পার্টিদা চঙলকখিবা ঙাক্তনি। অদুম ওইনমক মখোয় অয়াম্বদি মফম অসিদা লৈত্রে, মবমদি চহী খবগী মমাঙদা পেগুযোমাদা চথখিবা নাপাক তানবগী থৌওং অদুদা CPB না বর্ম্মাগী ছাত্র পুম্নমক পুনশিন্নবগী থৌবাং অমা যাম্না পাক চাওনা হোৎনখি, অদুবু মায পাকখিদে । এক্তিভিস্ট অয়াম্বা ইং১৯৭০দা অন্দবগ্রাউন্দ চঙখি লোয়ননা হান্নগী প্রাইম মিনিষ্টব UNu গী তুং ইনবশিংনা লিংখৎখিবা থাই ঙমখৈদা লৈবা নন- কম্যুনিস্ট ওইবা কাঙলুপা অমদা জোইন তৌখি ।

অদু ওইদুনসু খুবাম থনবা ছাত্র খবদি অব্রাং নোংপোক্তা লৈবা CPB গী অনৌবা বেজ এবিয়াদা চৎখি । CPB গী পুক্লিং লৈতাববা নিয়মশিংগী মনুংদা অমা ওইবিবা কম্যুনিষ্ট আইদোলোজি মশক তাকপা তাববদি বিভোলুসন হায়বসি লৌমী শীম্মী অনীনা লুচিংলগা চঙশিনগদবনি হাযবা অসিনি । ইন্টলেকচুয়েলশিংনা মখা পোন্না থবক তৌবা মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা থবক তৌগনি। ঐনা মহেল্লে হায়দুনা চঙলকখিবা ছাত্র ১৫০ দগী হেনবনা দিকেদ অমগী মমাঙদা পার্টিদা চঙলকখি । হৌজিক্তি স্কুল ওজা ওইনা, পুলিসমেন নত্রগা কেবানি ওইনা ব্রাব ওফিসতা থবক তৌনম্রে । মখোযনা মেপ কয়া কোপি তৌবি অমসুং লাম্বেংনবগী বিপোর্ট কয়া টাইপ তৌনবা হোৎনবি।

মখোয়গী মবক্তগী খবদি আর্টিস্তিক স্কিল লৈবা মীওইশিংনি। মসিগা লোয়ননা অন্দবগ্রাউন্দগী মেগাজিন কয়া বেঙ্গুন্দা নম্বদা খুৎলোইববা ঙাক্তনি। তৌইগুম্বসুং CPB গী প্রিন্টিং প্রেস অমা Pangh Sang দা লৈবিবসি মখোযগী নত্তে । মসি হান্না ইবোইগী ফার্ম তৌবম্বা নুপা অমনা চলাইবনি। মহাক হান্না নম্বা ফোঙবগী মতাংদা কবিসু খঙ- হৈবা নত্তে ।

অথু- অকায়গী ওইনা ঐ Kyaw Zaw বু লৌখৎপা তাবি । মহাক্কী শাজৎ ৱাঙাং অসি লেপ্পেগুম্বনা হুৎপদৌনা মিলিটবি কাইদাদা ঙাং শকই। অদুম ওইনমক মাগী নিংশিংনবগী শক্তি য়াম্না পেল্লিংঙাই ওই । থার্টি কমবেদকী থাক্তা ঐনা মাবু ইস্টবডিয়ু লৌবম্মী অমসুং মখোয়না জাপান্দা ত্রেনিং লৌকবা অমদি অচুম্বা লমচৎ চৎচবা Aung San অমসুং জুৱাব অমদি নুপীদা লাইচুবা Ne Win অনীগী মবক্তা থোকখিবা কনফ্লিক্ট অদুগী মতাংদা ইং ১৯৭৬ তা Kyaw zaw না CPB দা য়াওখিবগী মহৈ অদু ঐনা থিজিনবদগী খবমথৈদি ফংবা ঙমখি । ইং ১৯৫০ গী অঙনবা শকক্তা মহাক বর্মিজ আর্মিদা য়াম্না শীংথানিংঙাই ওইবা কম্মান্দব অমা ওইবম্মী । মসিগা ঈবোইননা Shan State তা কুম্নীতাংগী মায়োক্তা তোঙান তোঙানবা মায় পাকখ্রবা কেম্পেগ্যন কয়া পাঙথোকখি । অবোনবা দোকুকেমন্ট কয়া CPB দা পীবম্মী হায়দুনা ইং ১৯৫৬ তা Ne win না মহাকপু অচৌবা মবাল অমা শীখি । মসিগী মতীকচাবা প্রমান্দি পুথোকপা ঙমখিদে । Kyaw Zaw থবক্তগী দিসমিস তৌখি অমসুং থবক্তগী পোম্খাববা অমা ওইনা বেঙ্গুন্দা লৈখি ।

ইং ১৯৭৬ তা জুনিয়াব আর্মি ওফিসাবশিংনা শীন্দুনা Ne Win গী মায়োক্তা কু তৌনবা হোৎনখি । ৱাংহ্ পাউহংবা মতমদা ফংলকপা পাউখুমশিংদি ষ্টেটকী হেদ Kyaw Zaw অমসুং জেনেবেল Tin U মহাক ইং ১৯৭৬ তা তাম্থোকখিদ্রি ফাওবা চিফ ওফ স্তাফ অমসুং দিফেন্স মিনিষ্টব ওইবম্মী । Kyaw Zaw গুম্না Tin U সু ইং ১৯৫০ গী অদুৱাইদা কুম্নীতাংগী মায়োক্তা লাম্থেংনবম্মী অমসুং লাম্নীগী শীংথানিংঙাই ওইববা ফিল্দ কম্মান্দবশিংগী মবক্তা মহাকসু অমা ওইবম্মী ।

কু তৌনবা হোৎনবম্বা অদুগী মতুংদা Tin U জেলদা ফাদোক তাখি । অদুগা Kyaw Zaw না কিবদগী চিনাদা চেনখি । মতম অদুদগী হৌবদুনা Panghsang দা খোঙথাং অমা থাংবা হৌবকখি । মহাক্না Panghsang দা লৈবিঙৈ মতমদা কবি ওইথোকপা য়াবা ফিভম লাকখিবগে হায়না ঐনা হংলম্মী। চহী খবগী মমাঙদা বেঙ্গুনগী দিপ্লোমোটিক কম্যুনিটি মবক্তা তোঙা অমা শন্দোবকখি মদুদি Kyaw Zaw CPB দগী তোক্লগা সোভিয়েৎপু য়াম্না থাজ্জবনি হায়না খঙনবা মচেৎ তারবা কাঙলুপকী লুচিংবা ওইদুনা Laotian ঙমথৈগী মনাক্তা লৈখ্রে হায়বসিনি । মসি পুম্নমক ৱাখল য়াওদবগী থৌওংনি । মহাক্তি ইং ১৯৭৬ তা থুংলখিবা অদুদগী হৌনা Panghsang থাদোক্লগা চৎখ্রে । তোকঙা অদু মহাক অমদি CPB গী অতৈ লুচিংবশিংগী মবক্তা থোকপা মিলিটবি কায়দাগী থৌওং অমনি ।

Zau Mai চহী ৬০ শুববা মশা মবৈ মবৈ তাবা মীওই অমনি । ওইবন্না য়াই কাচিন ষ্টেটতগী লাকপা । মতম পূন্নদা মহাক মকপ মপাংদৌনা লোয়নৈ। কম্মান্দ হেদ কাটরদা থুংলুবা খুদিং চা অমসুং বিস্কুট ঐখোয়দা হেক হেক পীজ- পীথক তৌই। মখোয় ময়ামগী মনুংদা মহাক Kyaw Zaw অমসুং নহা ওইবিবা ইন্টলেকচুয়েলশিং তিন্নবা নুংঙাইবা কাঙবুনি । ইন্টলেকচুয়েল খবদি মনুংদা লোৎনা রা ঙাংই । শেংনা হায়বা তাববদি অহল ওইববা লুচিংবশিংগী মল্লবা ঈশৈদু তাবদা মখোয় চোকথবে । ঐখোয় হান্না ছাত্রগী লুচিংবা ওইবন্না অমগসু য়াম্না লুনা তোবোৎ খোদানবকখি । মহাক বেঙ্গুন্দগীনি, মমিংনা Kyaw Gyi হায়না কৌই । ইং ১৯৭৫ জুন থাদা Shwe Dagon Pagoda দা চথখিবা এন্তি গভর্নমেন্ট ঈহৌ অদুগী মতাংদা মহাক্না ঐখোয়দা রাবী লীদুনা তাহল্লি । মফম অদুদা শীন্মীশিংগী ওইবা অচৌবা স্ত্রাইক অমা চথখি । জুন ১১ গী অয়ুক অঙনবদগী মফম অদুদা আর্মি অমসুং পুলিস ময়াম থোমজিন্দুনা লৈখি । থৌদোক অদুদা ছাত্র ১১৩ ফাখি। মখোয়গী মনুংদা চহী ১৩ দা ঙাযবিবা ছাত্র নুপা মচা ফনা য়াম্না যাওখি । মখোয পুম্নমক বেঙ্গুন্দা লৈবা Insein জেলদা নমশিন্দুনা থমখি । জেল মনুংদা Kyaw Gyi অমসুং মাগী লোযনবশিং শাথীনা ওৎ- নৈখি । *"কবিগুম্না মতমদা ঐখোযগী অনীংববু থুগাযনবা হোৎনখি । অমুক্তি ঐখোযগী মবক্তগী কনাগুম্না খব জ্ঞান মাঙদুনা অশিবগুম তাদুনা লৈখি । মখোয গ্লুকোজ ড্রিপ কাপ্লবা মতুংদা জ্ঞান তাবকখি । মদু ফাওবদা অমুক হন্না ফুখি ।"* কম্মান্দ হেদ কাটবগী কা অমদা মখুত্তা চা কপ অমা পাযবদুনা Kyaw Gyi না ঐখোযদা লীবকপনি। মহাক হৌজিক ফাওবা হকচাং মনুংদা শোকখিবগী চৈনা ফাওবি ।

ইং ১৯৭৭ দিসেম্বরদা Kyaw Gyi জেলদগী থাদোবকখি অমসুং বেঙ্গুনগী অরাং থংবা মতাইদা লৈবা লম অমদা লাইবিক্কী দুকাল মচা অমা ফমদুনা লৈখি । তৌইগুম্নসুং অবোনবা পুলিসকী মীওইশিংনা মহাকপু হেক হেক অরাবা পীবীবম্মী । অদুদগীদি মহাক CPB গী বেজ এবিযাগীদমক ইং ১৯৭৯ দা বেঙ্গুন থাদোবকখি ।

*" বেঙ্গুন্দা মখা তানা লৈথবা যাবগী ওইথোকপা লৈত্রে । ঐহাক ওফিসিয়েল্লি নিং তম্নবা মীশক অমনি । ঐ মফমদুদা নুংঙাইবা হাযবদো ফংবা ঙমখিদে । মবম অদুনা সবকাবগী মখাদা লৈববুদি মসিনা হেন্না ফবে হায়না খল্লে ।"*

Brand Seng অমসুং মাগী পার্টি খৃষ্টমাস ফাওবা Panghsang দা লৈবম্মী অমসুং চহি হৌগদবা নোংমা রাংলিঙৈদা মফমসি থাদোকখি ।

অসি কমদৌনা শেম শাগদগে হায়বা খণ্ডলক্ষ্মী। মখোয় ফৌ চেঙনচিংবা মহৈ মবোং চাদুনা অদুম্মক চাকখাও মেন্নবিবনি।

বা চীংশাংদা CPB গী মহৈ মবোং মহুৎ শীন্নবগী থৌওং অদু বা মপান শাবকপদগী ইং ১৯৭৬ তা পুন্নোই লোইশিনখ্রে। থৌদোক অসি চহি ৫০ খুদিংগীক হেক হেক থোকই । উচি মিলিয়নগী মথক্তা থোমজিল্লক্লুনা লাশ দাবকপদগী CPB পুথোকপা গেহ্ ঙম্নমক চাথোকখি । অবাবা তাববা মীয়ামদা CPB না ইন্দিয়ান কোইন ৬০,০০০ অমসুং উপিয়ম কে·জি ১৬০০ যেম্থোক্লুনা মতেং পাংখি । অবাবা থৌদোক অদুগী মতুংদগী ইমুং অয়াম্বনা পোপ্পি থাববোমদা মায় ওনশিন্নখি ।

ইং ১৯৭০ গী অথেঙবা শকক্তা চিনানা পীবম্না মতেং ককখিবদগী CPB পোপ্পি থাবদা থন্নম্না অথীংবদু কোমথোকপা হৌবকখি । ইং ১৯৮০ দা অনৌবা ঈচেল অমা পুবকখি মদুদি বৈজিংগী অনৌবা ওপন দোব পোলিসি হৌদোবকপদগী Sino-Burmese ঙমখৈদা শাফবা ফিভম অমা থুংলখি। মদুদগী হৌনা চিনানা শাবা তঙাইফদবা পোৎলম কয়া CPB গী খুথাংদা লাকপা হৌবকখি, মদুগী মকওইবা পোইন্টনা বর্মা বোদনা ওইখি । কাববাব অদু ইং ১৯৮০ গী মতুংদদি KIA না শাসন তৌবা ঙমখৈ যৌবকখি । অমবোমদনা ওপিয়মদগী কাবকপা টেক্সনা CPB গী মকওইবা ইনকম ওইখি ।

CPB গী এবিয়াদা ওপিয়ম থাই হায়বসি চিংননিংঙই ওইদ্রে অমসুং মসিগী টেক্স পার্টিনা লৌই । Huang pi হায়না খঙনবা য়েলো- পিঙ্ক ওইবা অমসুং কবিগুম্বদনা ব্রাউথাংনবা পাউদব অসি বিফাইন্দ তৌবদা ম্বাইদগী শেল চঙবা দ্রগনি । অঙৌবা নম্বব ফোবসু CPB গী টেবিটোবিদা পুথোকই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা বিফাইনবিশিংগী CPB দা ফী পী । লোকেল CPB কম্মান্দব খবসু দ্রগ কাববাবদগী ইনকম তাল্লি । ঐখোয়না Panghsang দা থুংগদবা নুমিৎ খবনিগী মমাঙদা প্রাইভেট ওপিয়ম ত্রেদিং huang bi শুংলিবশিং অমসুং অতৈ মবী লৈনবশিংগী মায়োক্তা পার্টি লিদবসিগুনা নিয়ম অমা থম্নবা বাবেপ লৌখি । অনৌবা চৎনবী অসি চৎননবগীদমক সহী তৌনখি । ঐখোয়না লৈবিঙৈ মনুংদা পার্টি এজেন্টশিংনা লোকেল কেদবশিং দিষ্ট্রিক্ট লেভেলদা চেক অপ তৌখি ।

অদুম ওইনমক ইশা ইতোমতগী বীচাবদা লৌখৎলিবা চেকশিল থৌবাং অদু অদুক হাক্লা কান্নবা ওইদে । য়াম্না কনশিনবা চেকশিন থৌবাং হেক লৌখৎলুবদা শাথীববা কনফ্লিক্ট অমা CPB গী আইদিওলোজিষ্ট [illegible]শিং অমসুং

কাববাব অসিদগী কান্নবা ফংলিবা লোকেল ইউনিটশিংগী মরক্তা থোবকপা য়াবগী মচাক ওইবি। খুদম ওইনা কোকাংদা শাথীববা প্রোব্লেম অমা লাকপগী ওইথোকপা লৈ। ঐগী বাবোইশিন্দি মসিনি মদুদি Panghsang দা লৈবিবা লিদবশিংনা এন্তিদ্রগকী বাফম থাদোকপা নত্রগা পার্টি মনুংদা Split থোরকপদা মায়োক্নবা হায়বসিনি।

মতম অমদা হেক্তা, চিনানা প্রেসব শীবকপা হায়বসিসু ওইথোকপা য়াই। পাংশাংদা ঐখোয়না তায় মদুদি লোকেল ত্রেদবশিংনা চিনাদা ওপিয়ম যোনশিনবদগী শীজিন্নবগী মশীং খাংহেন হেনগৎলকখি। মসিগী ফল ওইনা পুলিস চেক পোইন্ট মশীং হেনগৎলকখি অমসুং CPB অমদি চিনা অনিগী মবক্তা টেন্সন ব্রাংখৎনবকখি। তশেংবদি ক্রোশ বোর্দব ত্রেদ অমসুং অতৈ কন্টেক্টশিংগী এবিয়া অদু খৃষ্টিয়ান KIA না কন্ট্রোল তৌবনি। মবমদি KIA দি জেদ যোল্লি অদুগা দ্রগতি য়োন্দে।

চিনাগী লন্নোনবশিং অমসুং মীচম চিংনবা লৈতনা Panghsang দা চাং নাইনা থুংলৈ। কৈথেল কানবা নুমিৎ খুদিংগী আইস ক্রিম য়োনবা অমখক সাইকল অমদা বোক্ষ অমা হাপ্লদুনা থোং লাম্ফোক্লগা হেদ কাটবগী জাগা অমসুং খুল ফাওবগা হেক হেক লাকই। অতৈ লন্নোনবশিংসু পোৎচৈ য়োনবা লাকই, অয়াম্বা মতমদা হীদাক লাংথক অমসুং চাইনীজ লিকব পুবকই।

Hseng Taı সু মফমদুদা নুংঙাইনা পুন্সি লেল্লি। অয়াম্বা মতমদা মহাক কিটচন্দ মতম লেল্লি। ঐখোয়না লৈবিবা চেক্কী য়ুম অদুগী নাকন্দা বানা শাবা শঙতপ অমা লৈ, মদুদনি চাকশঙ ওইবিবসি। মফম অদুদা মহাক্না San yı গা লোইননা অফবা অচা অথক চাদুনা নুংঙাইনা লৈবি।

চযোল কয়া হৌখিবগা লোযননা মহাক্কী অহানবা বর্মিজ ব্রাহে তাবা ফংলে। অহানবা ওইনা মহাক ব্রাহে পবেং অমদি মপুং ফানা ঙাংবা ঙম্লে 'be thwa mele' নত্রগা নহাক কদাইদা চৎলিবনো ? মসি San yı চাকশঙদগী মপান হেক থোকপগা হেক্তা হংই। Pa Jau দা তৌবগুম্না Panghsang দসু Hseng Taı মীয়ামগী শান্নপোৎ ওইদুনা লৈবে। মফমদুদা লৈবিবা অঙাংশিংদগী মহাক্না হেক লৈতোল শেংনা ঙাংবা ঙম্মী। অকোয়বদা লৈবা কনাগুম্বা শক খঙদবশিং উববদি মহাক ইকাইজে। মহাক্না হেক পোকপদগী অনৌবা মায়থোঙ কয়া কয়া উদুনা লাক্লবনি। অনৌবা মকপ শেমগৎপা হায়বসি মাগীদি নোংমগী তৌদবা য়াদ্রবা থবক অমনি।

জানুৱারী থাদদি CPB গী লুচিংবশিং ইন্টবভিয়ু লৌবা মপুং ফানা লোইবদুনা মফম অদু থাদোক্লবা থৌবাং তৌবম্মী। লুচিংবনা অহানবদা থাই

ওয়খৈদা অশাংবা খোঙচৎ অমা চত্থিনবা সজেসন অমা তৌবকখি। ঐখোয়গী সেক্যুরিটিগীদমক CPB গী তৌবা ওয়ুগী শক্তি অদু মখোয় মশাগী ওইনা থাজবগী য়াংমদা লৈ। মসিদা ঐনা কাউন্টব প্রোপোজেল অমা তৌবম্মী মদুদি ঐখোয় চিনাদা লানশিল্লগা Meng A দা লৈবা পুলিসতা রিপোর্ট তৌববা অমসুং বৈজিংদা লৈবা স্বিদিস এম্বেসি কন্টেক্ট তৌবীনবা হায়জবা য়াগনি। মবৈ খব য়েংনববা মতুংদা মমৈথংদদি মখোয়সু য়াবে।

পাংসাং কৈথেলদা দর্জি অমবু ঐগীদমক কোবদুবোই খোংগ্রাউ অমা তুংহল্লে। চিনাদগী লাকপা ফুরিৎ অনীগা ওর্দব তৌবল্লে। ঐগী অমনবা ফিরোলশিং অদুনা শেমজিন শাজিল্লে। হৌজিক্তি ঐগী অশংবা ফিজোল অদুনা চোকথহল্লে। মসিনা ওয়খৈগী লমদম লান্নবা হোৎনবদা কান্নবা ইফং ফংলবোই। Hseng Noung দি Panghsang দগী পুবকপা চিনাগী ফিজোলশিংদু থৌবাং তৌবা লোইখ্রে।

জানুৱারী ২২ ইং ১৯৮৭, তশেংনমক ইন্দো- বর্মিজ ওয়খৈ লানশিল্লগা লোংভা য়ৌবকপদগী থা ১৫ পুবা ফাবে। বেগ পেকিং লোইবে, ঐখোয় অহুম্মক অনৌবা ফিজোল শেৎচিল্লে। ঐখোয়না রাবেপ অমা লৌবে মদুদি পার্টি হেদ ক্বাটব মনাক্তা লৈবিবা মকওইবা থোংদু লাল্লগা চিনাবোমদা চঙলবোইসি। মবমদি চাইনীজ বোর্দব গার্দশিংনা ঐখোয়না হল্লকপা ঙাইদুনা লৈবি। মসিগী মহুত্তা Nam Hka তুংইন্না অচিকপা মফম অমা য়ৌদ্রিফাওবা চৎপা তাবি। অদুদগীদি ঐখোয় বেগশিংদু য়ানশিল্লগা সাইকল লম্বী অমদা লৌবুক অমসুং ফার্ম হাউসশিং লাল্লগা Meng A মায়কৈ তম্না খোঙশাল্লক্লে।

সহব য়ৌবা লম্বীদু অপিকপা লম্বী অমদা চৎলি। মফম অদুদা বস খান্ফম অমা অমসুং কৈথেল অমা লৈবি। পুলিস স্তেসন অদু চীনাগী ফিবাল অমা য়ুম মতোন্দা পাইবি। লম্বীদুদা ঐনা লমজিংলদুনা চঙশিল্লম্মী।

নহা ওইবিবা পুলিস অমা অশংবা ইউনিফোর্ম অমা শেৎলদুনা দেস্ক অমদা ফল্লদুনা উইবি। ঐখোয়বু হেক উবদা মহাক ফুক হৌগৎলকই অমসুং ঐখোয় তম্না চঙশিল্লক্লগা চাইনীজ লোলদা হংলকই। Hseng Noung না সান মবোলদা খুম্মী। লোলগী খুদোং চাদবা লৈবদগী খুলদগী ইন্টবপ্রিযব অমা সম্মোল তৌদুনা কৌবম্মী। তাঞ্জাদুদা সান লৈশাবী অমা মখুত্তা ফেসন মেগাজিন অমা পায়বদুনা লাকই। "ঐখোয় কুনমীংদা চৎপা পাম্মী, ঐখোয় পার্মিটতি য়াওদে, পার্মিটতি অমা লৌবা পাম্মী।" পাসপোর্টদু মখোয়দা পীশিন্দুনা শেমনবা হাইখি।

ওফিস অদু হৌজিক্তি পুলিস ফনা য়াম্না লৈবে, মদু অথুবগী ওইনা সম্মোন তৌখিবনি। ময়ামদুনা টেবল অমদা কোয়না ফন্নদুনা ঐখোয়গী পাসপোর্টতু চিংননিংঙাই ওইব্রা হায়দুনা পেজ খুদিং ফাক ফাক্লুনা য়েংলি। Hseng Noung ইবানি নাকন্দা তুমিন্না ফম্লি। Hseng Tai না নাঙন্দা যেবে যেবে হায়বি। মমৈথংদা মখোয় মশেল ৱাবী খবা শান্নববা মতুংদা লৈশাবীদুনা হায়বকই *"নহাক চিনাদা চঙবা যাবগী পার্মিসন ফংলবোই। নহাক পাংসাংদা হনবা তাবে।"*

*" অদুম ওইনমক মফম অদুদি বর্ম্মানি"* ঐনা য়েংলম্মী *"ঐখোযগী বর্মা চঙনবা পামির্সনসু যাওদে। আইনগী ৱাংমদা চঙলুবগীদমক ঐখোযবু ফাখিবা যাই। মবম অদুনা অদোম্না চানবীদুনা বৈজিংদা লৈবা ঐখোয়গী এম্বেসিদা কন্টেক্ট তৌবীয়ু।"*

এম্বেসিগী লৈফম, ফোন নম্বব, চেজেৎ অমদা ইবগা পীবম্মী। চনৈনবা অমুক থোক্লে। নুপা অমনা টেলিফোন ফংনবা ওফিসতগী মপান থোকখি। টেলিফোনগী খুদোংচাবা পুলিস স্তেসনসিদা ফেংদে।

*"নহাক কবিগীদমক পার্মিসন যাওদনা চিনাদা চঙলক্লিবনো?"* নুপা অদুনা হল্লক্লিঙৈ চৈবক্লুদা পুলিসমেন অমনা হংলকই।

*"নখোযগী পুলিস স্তেসনসিদা ঐখোযনা লাক্লিবসি পার্মিসন অমা ফংনবগীদমক্কনি। আইনগী তৌফম থোকপদু ঐ পাম্মী।"*

*"নহাক্না চিনাদা চঙব্রিদৈ মমাঙদা ভিসা অমদি পাযফম থোকপনি। নহাক অসুম্না মফম মবাং খঙদনা চংফম থোক্তে। নহাক অমুক হল্লগা ভিসা লৌকখো।"*

*"লাযবক থীবদি Panghsang দা চাইনীজ কনশুলেট লৈতবসিনি।"*

*"বেঙ্কুন্দা এম্বেসি লৈবিবদুদি।"*

*"নহাক্রদি বেঙ্কুন্দা নমদুনা চংহলনীংলি, ভিসা অমা ফংনবগীদমক। নহাক্না খঙলিবদুনি বর্মাদা হৌজিক সিভিল ৱাব কন্না চখিবিবনি।"*

মহাক শাউনা মমায় লৈথোকখি।

ঐখোয় নুমিৎ চুপ্না অমা ঙাইবে অদুবু থোইনা কান্নবদি ফংদ্রি। মমৈথংদা ওফিসাব অনিখক পুলিস স্তেসন অদুদা চঙলকই। মখোয়না ঐখোয়গী পোৎয়োমশিংদু চেক তৌবা পাম্লি। ওফিসাব অদুনা ঐখোয়না পুবকপা পোৎ-চৈ পুম্নমক মপান্দা পুথোক্লগা চেক তৌই অমসুং অতোপ্পা পুলিসমেন অমনা পুথোবকপা অচৌবা নোট বুক অমদা ঙম্নমক বেকোর্ট তৌশিল্লি। মদু

পুন্নমক ইশিন্নবা হোৎনবদা পুং অমবোম চঙখি। নুমিৎতি অসুম থেঙজিন্নকই। নুংথিলগী পুং ৫ তাবা অদুব্রাইদা সেনিয়ব পুলিস ওফিসাব অমা চঙলকই। মমায় অদু শাথীবা শক্রোল অমা পুবদুনা ঐখোয়গী ইন্টরপ্রিটবদুদা পাউতাক পীবকই। -

*"নহাক পাংসাংদা হনগ্রো। নহাক চিনাদা চঙবা য়াবগী পার্মিট ফংলোই।"*

ঐখোয় বুদ্বি চম্মন্নবম্মী।

*"অদু ওইববদি কবিগীদমক্তা মখোয়না পোৎ চৈ চেক তৌবিবনো ? মসিগী অর্থ কবিনো ? ঐখোয় বর্ম্মিজ সিটিজনসু নত্তে।"*

মহাক্কা সেনিয়ব ওফিসাবদুদা অর্থ হন্দোক্কুনা খঙহল্লি। মহাক্কী মমায়দু মুশিল্লক্কে।

*"মহাক্কা হাযবি, নহাক অমুক হনগ্রো। নহাক চিনাদা চঙবা যাবগী পার্মিট ফংলোই।"*

*"বৈজিংদা লৈবা ঐগী এম্বেসিবু ফংনবা হোৎনবা হাযবসি ঐগী হকনি।"*

*"মফমসিদা টেলিফোন লৈতে।"*

*"অদুদি মফমসিদা টেলিফোন লৈত্রগা মতৌ কবম্না নখোযনা Kunming দা টেলিফোন তৌবিবনো ?*

*"নঙ বর্ম্মাদা হনবা তায়, নঙগী পার্মিট লৈতে।"*

*"ঐখোয যাবা ঙম্লোই।"*

পুং অমবোম মবৈ য়েৎনবদা হৌখ্রে। পুলিসমেন অমনা ঐখোয়গী বেগশিংদু মপান্দা পুখোক্লগা থমখি। মসিদদি তশেংলে, ঐখোয মখা চত্থবা যাববোই। ঐখোয় থরায় নুংঙাইতনা পাংসাং য়ৌগদবা থোং অদু লাম্থোকপা তাখ্রে। পুলিসমেন মঙানা অমোৎপা লম্বী অদুদা ঐখোয়গী তুং ইল্লক্লি।

ইখঙ হেক খঙহৌদনা নুপা অমনা নুমিৎ খন্নবা মায়খুম য়াওবা Chinese Seagull box camera অমা পুবদুনা ঐখোয়গী মাঙদা হাথু হাথু লেপ্লে। ঐ মায় লৈথোক্কুনা খাঙই। মানা ঐখোয়গী ফোটো লৌনবা কন্না হোৎনৈ, ঐখোয়না লৈথোক্কবা হোৎনৈ। মতম লৈবখিবিক্তা ঐগী মায়সি লৈথোক লৈশিন তৌবগা Hseng Noung দা য়া ঙাংনবা হোৎনৈ। নুশাদুনা হন্না হন্না পংকাপ্তা কাম্লী।

*"অপংবশিংসিদি মখোয়না ঐখোয়গী ফোটো পান্নবোইদি ভাবীদা পীবা যাবদুবু । মসিবু কবি অবোনবনো ? অদুবু মসিগী মখোঙ মবম খুঙদবা অপঙবসিনা মহাক মশাবু কবি ওইনা খঞ্জববজাংনো ? জেমস বোণ্ড নত্রগা অতৈ অতৈ ?"*

ঐখোয় থোং অদু লাম্ছোক্লে অদুগা উনা শাবা পোত্থাফম ফান অমদা ফমদুনা লৈ । মদু বর্ম্মাগী মনুংদা মিটব খবদি চঙশিল্লে । পুলিসমেনশিংদু Meng A বোমদা হনখ্রে । হৌজিক্তি ঐখোয় খক্তা ঙায়হৌবে।

*"ঐখোয অমুক হোংনদুনা যেংবা তাই ।"* ঐনা Hseng Noung দা *"চিনানা ঐখোযগী অমতা ঙায়ববা লম্বীনি । ঐখোয অমুক হল্লসি অদুগা মেপ য়েংনুবা তাই ।"*

ঐখোয ব্রোদকাস্তিং স্তেসন্দুদা অমুক হল্লক্লে । মফমদুদা লৈবা মকপংনা ঐখোয়বু উবদা ঙক্লম্মী। অহিং অথেঙবদা পার্টি লিদবসিপকা কন্টেক্ট তৌনবে। ঐখোযবু Meng A দা খোন্দা থীনা য়াবক্তবা অদুনা চাইনীজ ওথোবিটিগা মখোযগা ঙল্লিঙৈদগী লৈনবকপা মবীদা অকাযবা থোকহল্লগনি হায়বসিদা চিংননিংঙাই লৈত্রে । ঐখোয পুক্লিং হন্থবগা লোযননা ফমুংদা চঙদুনা পোত্থাবে।

মথংগী নুমিত্তা ইশামক Ba Thein Tin গী য়ুমদা চৎলগা ওইবিবা ফিভমদুগী মতাংদা খন্নবম্মী । অথুবগী ওইনা পোলিটব্যুবো মেম্বরশিংগী ওইবা মীফম অমা ফমলে অমসুং মখোযনা অবোযবদা ব্রাবেপ লৌবে ঐখোযনা চিনা ফাওবগা চৎনবগী ব্রাখল অদু থাদোকপা তাবে।

*"মসিদা ওইথোকপা যাবা অনীখক লৈ "* Ba Thein Tin না তপ্পপ হাযবকই *"অহানবদা ঐখোযগী ক্রুপ্পা নখোযবু ঙাক শেনহল্লগা থাইগী ঙমখৈবোমদা থাবা তাবে । নহাক্না মেকোং তুবেলগী খুদুং ইল্লগা Tachilek কী নোংপোক ঙমখৈবোমদা চখিবা যাগনি । অতোপ্পা অমনা নহাক Brang Seng অমসুং মাগী ক্রুপকা লোযননা সেন্ট্রেল সান স্তেট ফাওবগা চৎখিবা তাই । মসিসু নঙোন্দা শাফবা ওইগনি । "*

ব্রাফম অদুদা ঐখোয়না মখা তানা হংলুদ্রে । মাঙদা তাবিবা লম্বী অনীগী ফিভম লোইনা অবাযবা নত্তে হায়বা ঐনা ভাবনা শাবদা খঙবা ঙম্মী। প্রোপোজেল অদুদা CPB লিদবশিংসু থোইনা অঙম তান্নকদ্রে। জানুৱাবী ২৪ দা অৱাং নোংচুপ অমসুং Man Hpan মনাক্তা লৈবা সালৱীন ফেবিগী কি·মি: ১২৫ শাংবা লম্বীদুগীদমক থোবক্লে । Hseng Noung না মখা তানা Hseng Tai গা লোয়ননা পাংসাংদা লৈথহৌবা তাবি । ঐ লৈত্রিঙৈ মতমদা

মহাক্না সান নুপীশিংগা বাবী শান্নগনি অমসুং চিনাদা চংনবগী অতোপ্পা লম্বী অমা থিনবা হোৎনগনি ।

ঐগী ঙাক শেন্নবগীদমক ব্রা ক্রপ সেক্সন অমগা পোৎ চৈ পুনবা খচর অমগা লোয়নবদুনা খোঙশাল্লক্নে । Aye Tan মহাক বেঙ্গুন ইন্‌যলেকচুয়েলশিংগী মনুংদা অমনি । মহাক ইং ১৯৭০ গী ময়ায় চল্লকপা অদুবাইদা পার্টিদা চঙলকখিবনি । মহাক গাইদ কম ইন্টবপ্রিটব ওইনা ঐখোয়গা চৎমীন্নবি । মহাক্কী ইংগ্রাজি মশা নাল্লি । ব্রাউথাংনবা কোবদুবোই জেকেৎ অমা লিৎলি, আর্মিগী খোঙগ্রাও শেৎলি । মাগী ফৈক অদুদা চাইনীজ আর্মি পিস্তোল অমা য়েপ্লি । মহাক ঐগী মাঙদা চুরুট অমা ফুৎ-ফা, ফুৎ-ফা চিংলদুনা চৎলি।

নুমিৎ নিনিগী ওইবা শাংলবা জঙ্গলগী খোঙচৎ অদুনা Ving Kao দা পুবক্নে । মসি পার্টিগী খা থংবা ব্রা দিষ্ট্রিক্টকী হেদ কার্টবনি । মফম অসি খব চাউখৎপগী মমি তাই । অকোয়বদা লৈবিবা Wa খুলশিংদা পোপি পাম্বীশিং হৌবি । ঐখোয় মফমসিদা নোংমা লৈবা তাবি । দিষ্ট্রিক্ট হেদক্বাটব অদু বেবেকশিংগী অচৌবা কমপ্লেক্স অমা লৈবি । লৈখোমগা চেক্কনা শাবা য়ুমশিং, পিক্তকপা হোসপিটাল অমসুং ওফিস বিল্ডীংশিং লৈপ্রি । মদুগী স্তাফশিংদি তোৎশিন-য়ানশিন্নবে । লোকেল Wa শিং, Lahu শিং অমসুং বেঙ্গুন্দগী বর্মন কম্যুনিষ্টশিংনি । মখোয়গী মনুংদা ষ্টেটনা চলাইবা Working Peoples' Daily দগী লাকপা জর্নেলিস্ট অমসু য়াওবি ।

ঐখোয় মাগী ওফিসকী মপান্দা থাবিবা উগী ফাক্লাং অমদা ফল্লদুনা ব্রাবী শান্নে । পাংয়াংগী লানফমদু হৌজিক ফাওবা লোইশিন্দ্রি । অবাপ্পদা পোকখাযবগী খোঞ্জেল হৌনা হৌনা তাবি । নুমিত্তুগী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা গভর্নমেন্টকী লানফা অহুমখক পুশিল্লকই । সেক্যুবিটি বিজন্দগী ঐ মখোয়গা উন্নবা চঙহন্দে । ব্রাবেপ অদুনা ঐবু নুংঙাইহন্দ্রে। লানফম অদুদা য়ামদ্রবদা মখোয়বোম লাফনগী ব্রাবী খবা তানীংবগী ঈখৌলাংবদি পোক্লি ।

মথংগী নুমিৎ অদু ঐখোয় মখা তানা চত্থবম্মী । অঙম্বা চীংমায় অমদি অকবা তুবেল অমসুং উমং কোক্লবা উমং অমদি নাপিতগী ওইবা চীংশিং লৈপ্রি । তাঞ্জা অদুদা গভর্নমেন্ট প্লেন অনিখক ঐখোয়গী কোকতোন লান্না পাইখিবম্মী ।

*"ফাইটব বোম্ববশিংনি"* Aye Tan না লাউবকই *" মখোয মখোযগী লম্বীদা Lashio দগী Tang-yan তান্না চৎলিবনি ।"*

ঐখোয় Mangsheng কৌবা অচৌবা কৈথেল অমদা থুংখি । কৈথেলসি গভর্নমেন্ট আউট পোস্তকা অসুক্কী মতীক্ক নক্লনা লৈ । বেঙ্গুনগী

অমত্ত ওায়ববা সালবীনগী নোংপোক্তা লৈবা Hopang-panglong অমসুং Man-Kang খুনগী Mawhpa এরিয়াগী লোম্নবদা লৈবা খোঙনেৎফম্নি । Man Kang ইং ১৯৭০ গী ময়ায়ববাইদা CPB না খুদুম চনবা ওমখিদে ।

মাংশেংগী মপান্দা লৈবা CPB আর্মি কেম্প অমদা অহিংদুমা ঐখোয় পোখাবে । মফম অসি Mang Kang অমসুং Tang-yan কারবাববালশিংনা য়াম্না তোয়না চখোক চৎনি তৌবা মফমনি । মথংগী নুমিত্তু ঐখোয় নোংপোকলোমদা কোয়খোক্লগা Nam Nang লাম্লগা চৎলম্মী ।

অয়ুক অঙনবদা মেচিনগনগী অহৌবা মখোলদু হেক তাবদা ঐ ফুক হৌগৎলম্মী। Aye Tan অমসুং ঐ মপান্দা হাথু হাথু চেম্ছোক্লম্মী । Mangsheng গী নাকন্দা লৈবিবা চীংশাং পবেংগীমখা ওইবপ মৈখু কাবিবদু উবা ফংলম্মী । নোংমৈগী খোম্বাং চীংমায়শিংদগী হল্লক্লি ।

*"কবিনো তৌবিবসিনা ?"* ঐনা Aye tan দা হংই *"মখোয়না ঐখোয় থুংলবে হায়বগী পাউ ফংস্ত্রে হায়না নহাক খনব্রা অমসুং Nam Nang গী নাকন্দা হৌজিক ফাওবা লৈবি হায়না খল্লজাংলা ?"*

*"ঐ খঙদে, কবিগুম্বা মতমদা ঐখোযগা ক্রপকা মখোযগা হেক হেক কাপ্রে । মখোযগী বক্কবগী অকোযবদা ঐখোযগী বটালিযান অমনা কোযশিন দুনা লৈবিবনি ।"*

তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী মতৌদগীদি খব হেজিল্লপ তৌই । ঐখোয় পম্বা তৌদনা ঐখোয়গী পোৎ- চৈ লোইশিল্লগা অরাং পাংনা হাইগৎলক্লে। মায়োক্লবা চীংশাংদনা লেপ্পা লৈতনা কাপ্লবি ।

মথংগী নুমিত্তা অতোপ্পা Wa খুঙ্গং অমদা থুংলুবে । খুলদুগী Man Ngawn হায়না কৌই। Mangsheng অমসুং বর্মিজ আর্মি কেম্পকী মবক্তা লৈবনি । নোংমৈ কাপ্লদ্রিঙৈ মমাঙদা য়ুম শঙ্গাবগী থৌবম অমা মফমদুদা পাঙথোকখিবগী খুদম ফংই । CPBগী লাম্নী খব মফমসিগী মীওইশিংগা মবী মতা থোক্লবম্ব তাই, মখোয়সু কুম্মৈদু য়াওবম্বগা অহিং অথেঙবদা হল্লকপনি । গভর্নমেন্টকী আউটপোস্ট অদু চেকশিন থৌবাং লৌখৎহৌবে হায়না অবোনবা লাঙ্গাবা অমনা খুল অদুদা পাউ পীবম্বনি ।

অঙনবা অয়ুক অদুদা CPB লাম্নীশিং খুল অদু থাদোক্লুনা চৎস্ত্রে। গভর্নমেন্টকী ক্রপশিংনা Mang Ngawn কোইশিনখি অমসুং মখল কয়াগী বোম কাপশিনবা থাদবা হৌবকখি । থৌদোক অসিদা খুঙ্গা কয়া শিস্ত্রবা, কয়ানা


ব্রেঙগাওদা লাহু নিযু ইয়াব ১৯৮৭

শোকস্নবা হায়বসিদা চমন্নবা বিপোট লৈবি । তৌইগুম্বসুং মশীং খবদি যান্নম্বা য়াই । মোটব বোম্বনা য়ুম অয়াম্বা থুগায়খ্রে । হিংহৌবা মীওইশিং ঙম্নমক চেন্নখ্রে অমসুং মখোযশিংদুগী য়ুমশিং গভর্নমেন্ট ক্রুপশিংনা লুৎ তৌবীখ্রে।

আর্মি ইউনিট অদুনদি হেদ কাটবদা বিপোট তৌবমগনি মদুদি যাদদ্রবদা ইন্সর্জেন্ট ৩০ নত্রগা ৪০ দি হাৎলে হায়না । মসিনি গভর্নমেন্ট ক্রুপশিংনা বিজন অসিদা চখবিবা যাম্না তুক্কচ্চবা মবমচৎ । মসিদা খ্বাইদগী মকুওইবিবসি খুঙ্গাশিংদা মখোয মশাবু ঙাকথোকচনবা খুৎলাই পীবগী মতাংসিনি ।

মথংগী নুমিত্তা Brang Seng অমসুং মাগী মীওইশিংনা ঙাইদুনা লৈবিবা মফমদুদা ঐখোয় থুংলুবে মসি সালবীন মনাক্তা লৈবা অপিকপা খুল অমনি । তৌইগুম্বসুং উমংনা থানা কুপশিনবনা নাথুপফম জাগা যাম্না খুদোংচাবা মফমনি। মাগী ইস্কোর্টশিংনা খুলগী অকোযবদা নাথুপফম ওইনবা অশাংবা কোম তৌবি । মদু Man Ngawn দা ঙাইহাক লৈতনা কাপ্পবা অদুদগী ঙাকথোক্লবনি । ইউ এসনা সপ্লাই তৌবা এযাবক্রাফটনা 2,4-D কেমিকেল পোপ্পিগী লৌবুক্তা নোংথক্কগী কাপথবি । স্বীদেন্দদি 2,4-D অসি শীজিন্নবদা অথীংবা থমখ্রে । গোল্ডন ত্রাইএঙ্গলদা পোপি ফাবমাবশিংনা মখোয়গী লৌবুক্তা চানবা মনা মশীংনা পুন্না থামিন্নৈ । অতৈ অতোপ্পা মফমশিংদগী লাইবিক হৈজদবা খুঙ্গাশিংনা মখোযনা খঙদবদগী হীদাক কাপশিল্লবা মনা মশীংশিং অসি চায় হায়বগী বিপোর্ট লৈ । মদুনা লাযনা কয়ামকম নাহুক্লি । অতৈ অতোপ্পা মহৈ মবোংনা মহুৎ শিন্নবা খুদোংচাবা পীদ্রিঙৈদা কেমিকেলনা মখোয়গী ইনকম

পুন্নমক মাঙহল্লি । অবাপ্পদা প্লেননা হৈয়িংখোই ঙাংবগুম ঙংলিবদু ঐনা তাবা ফংই ।

ঐ ব্রাংশেংগা উন্নবে, ৱাগী য়ুম অমদা কাচিন খবা অমসুং সান লাশ্মীংিনা ঙাক শেন্দুনা লৈবম্মী। মাগী হৌনবী ফাগি জুগায়দু তৌবকই -

*"ঐদি নঙবু অমুক উবা ফংলাবোইদ্রা খল্লুবে । মমাঙগী নুমিত্তা কনাগুম্বনা ঐবু উন্ননীংই হায়বগী বেদিও মেসেজ অমা ফংই । ঐনা খল্লি, মসি ঐখোয়গী স্বেদিস রিপোর্টরদু ওইবম তাবে হায়না । হৌজিক কবি তৌবা অববা ?"*

Meng A গী থৌদোকশিং অমসুং থাই ঙমখৈদা চত্থিবনা খুদোং চাবা হেনগনি হায়বা CPB লুচিংবশিংগী শিখাঙ খাঙবদু তম্লম্মী । ব্রাং শেংনা মকোক্তু হাইবকই -

*"মদু নঙোন্দা খুদোংথীবদগী নাহোকপা ঙম্লোই। ঐ ইশানা ফগদৌবদু খল্লগে ।"*

চিনা খক্তনা ওইথোকপা য়াগনি হায়বসি ঐখোয় য়ানবে । অতৈ লম্বীগী মতাংদদি অযাবা পীদ্রে ।

*"নহাক অপিকপা অঙাং অমসু যাওবি"* ব্রাংশেংনা লুশিন্না হায়বকই *মহাক মাঙজৌননা জঙ্গলদা মতম লেল্লক্রবনি। নঙ মহাক্কীদমক্তদি থোইদোক্লা ৱাকদ্রবসু যাবে ।*

ঐ পংসাংদা লৈবা অবীবা ব্রোদ কাস্তিং ষ্টেসন্দা ফেব্রুৱাবী ৫ দা হল্লক্লে, মদু নুমিৎ ১৩ নিগী মতুংদনি । ঐখোয় মথংগী চিনাদা লোৎনা চঙনবা থৌবাংগীদমক শেম শাবম্মী। কংক্রিট থাবা লৈমায় অদুদা মেপ অমা তিংথোক্লদুনা য়েংলম্মী অমসুং ওইথোকপা য়াবা অতৈ অতৈগী মতাংদা খন্নবম্মী । ঐখোয়না খঙই মদুদি চিনাগী Sipsongpanna - Xishuangbanna দা লৈবা Jinghong হায়বা অপিকপা সহব অদু চহি খবগীদমক টুরিস্ট চঙবা য়ানবা হাঙদুনা থল্লি । মসি চিনাগী মায়কৈদা লৈবা Shan নত্রগা Tai গী এবিয়া ওইগনি । অদুম ওইনমক ঐখোয় মফমদুগী লোল ঙাংদ্রবদি অৱাবা তাবসু যাই। Jinghong হায়বা মফম অসি CPB গী মেকোং বিভব দিভিজনগা মাযোক্লনা লৈবা বর্মিজ ঙমখৈদগী কি মি: চাম্মবোম চৎলগা লৈবনি । মেকোং বিভব দিভিজন হায়বসি ৪১৫ মিলিটরি বিজন হায়না হন্দক্তা খঙনখ্রে।

*"মসিদি পাংসাংগী নোংপোকলোমদা খোঙনা চয়োল অনীবোম চৎপা তাই ।"* ঐনা মেপ্তা কলব শীজিন্নদুনা মেজবমেন তৌবম্মী ।

ঙকপগা লোয়ননা মঙাল অমদি ফাওবক্লে মদুদি Hseng Noung না পাংসাংদা লৈবা লোকেল সানশিংদগী Ta Mong Long গী অপিকপা খুল অমদা টুরিস্টশিংগীদমক খোঙ হাংলি হায়বগী পাউ পুবক্লে। টুরিস্ট পম্ফলেট অদুদা ফজববা বুদ্ধিস্ট পেগোদা অমসু য়েক্লি । পুক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইবিবদি মসি ঙমখৈদগী কি·মি· ১০ খক্তমক লাক্লী ।

*"ঐখোযনা মফমদুদা চঙশিনবা ঙন্নবদি টুরিস্টশিংগী মবক্তা য়েংশিনখিবা য়াবগনি অমসুং জিংহোং তান্না বসনা চংপা তাই । ঐখোয মফমদুদা লৈ হাযবসি চাইনীজশিংনা খুঙলক্লিবৈঙেদা জিংহোংদগী স্পেদিস এক্সেসিদা কন্ট্রেক্ট তৌবসি । ঐখোযনা মকওইনা চেকশিনগদবনি ঙমখৈ পীবংদা লৈবিবা পুলিসমেনশিং অদুনি । অমুক্তং বৈজিংদা ঐখোযগী কেস অসি খন্ননবগী খুদোং চাবা ফংলবদি গভর্নমেন্ট লেভেলদা যান্না লাযনা লোইশিনবা যাবগনি ।"*

ৱাফম অসি Hseng Noung সু য়ানীংবা পোক্লে । Hseng Taı ব্রোদকাস্তিং স্তেসনগী কম্পাউন্দ খাবিবা চেকপল মযাদা কাফৈ কাফৈ চংলদুনা চৈ অমা পায়বগা শান্নবি । ঐখোয় মঙোন্দা য়েংজবি । Hseng Noung না নোক্লদুনা হায়বকই -

*"জ্ঞান তাদ্রিবা অঙাংনিনা মাগী মমা মপানা ককঙাওনবিবসিদা মাবুসু নংহনবীবে হাযবসে মাদি খঙজবা নত্তে ।"*

থোক্লগদবশিংগীদমক থৌবাং তৌবা হৌবে । অদুম ওইনমক আইন্নাসু হাইফেৎ য়াবা লম্বী অমখক ত্রাই তৌনবা ৱাবেপ্লবে । ঐখোয Meng A গী লৈমায়দা খোঙদাবকপদগী হৌনা ঐখোয ভিসা অমতা পাযম্রি । হৌজিক্কী মতমদা চাইনীজ ভিসা অমগীদমক্তি থোইনা ৱানীংঙাই ওইদে । তশেংনমক হোং- কোংদা লৈবা ত্রাভেল এজেন্সিদা নহাক্কী পাসপোর্ট ফোটোগ্রাফ অমসুং দবকাব ওইবা ফী পীববদি ফোবমেলিটি পুম্নমক নোংমতদা মপুং ফানা লোইশিল্লক্তনি । ৱাখল অসিগা লোয়ননা পাংসাংদা লৈবা অপিকপা ফোটো স্টুদিও অমদা ঐখোয়গী ফোটো নল্লে । ভিসা এপ্লিকেসন্দা চংগদবা ৱাবোল পুম্নমক টাইপ তৌথোক্লে । মদু পাসপোর্ট ফোটোগা লোয়ননা ৱাউথাংনবা অচৌবা এনভেলপ অমদা হাপ্লগা হোং কোংদা লৈবা মকপ Frank তা এড্রেস তৌবে । ঐখোয়না সজেসন অমা তৌবে মদুদি পাসপোর্ট অদু Meng A দা মহাক্লা থাবক্লবগীদমক চিনাগী মেলদা লাক্লবদি শোয়দনমক্কী তপথবগনি মবম অদুনা Jinghong য়ৌনবা হোৎনহল্লকপা তাই নত্রগা মহাক মশামক্লা ফ্রি ওইনা পাসপোর্ট অমসুং ভিসা অদু পুবকপসু য়াই।



পাং সাংদা থুংবদা সান তু অমসুং মগী নুপীনা সেং তাইবু লৌবীবা

মসিগী থৌবাং অসিগীদমক্তি ঐখোযদা মতম য়াম্না লৈত্রে । মবম অদুনা এপ্রিল থাযাযদা পাংথোকপা ৱাটব ফেস্তিভেল নংনবা জিংহোংদা থুংলবা তাবনি । মতম অদুদা টুবিস্তশিং থোমজিন্নবক্কনি অমসুং ঐখোয যাম্না লাযনা মীযাম মবক অদুদা যেপশিনখিবা যাবগনি । ঐনা Frank তা অসুম্না ইবে মদুদি মসি পুম্নমক ওইথোকপা যাববদি জিংহোংদা লাক্লগা মকওইবা টুবিস্ট হোটেলগী নোটিশ বোর্দতা মেসেজ অমা ইবগা থেৎলমনবা ।

*" ঐ মতম অমদা হেক্তমক নঙোন্দগী হান্না জিংহোংদা থুংলগনি অমসুং ফিভম অমতদা অকাযবা ওইদ্রব্রা হাযবদু যেংশিনগনি । অদু ওইববদি নহাক যাম্না লাযনা ঙমখৈ লাম্থোকপা ঙমগনি ।"* Hseng Noung গী সজেসন্নি।

অহানবদা ঐখোয় কবিগুম্বা উপাই অমনা বৈজিংগীদমক জিংহোং থাদোকপা তাই । জিংহোংগী অৱাং থংবদা চেক পোস্ট অমা লৈ হায়বা ঐখোয তাবে । কনাগুম্বা মীওই অমতনা চিনাগী নাকন্দা বর্ম্মাবোমদগী লম শাংনা চঙশিনবা য়াদে । ফোবেন টুবিস্ট ওইববসু মখোয়গী মুভমেন্ট অদুগীদমক বেজিস্তাব তৌবা তাই । মবম অদুনা প্লান অদু আউট ওইবে । ঐখোয জিং হোংদা মখা তানা লৈথবা তাবে অমসুং মফমদুদগী কন্তেক্ট ফংনবা হোৎনগনি । চিনাদা চৎকদবা মরুপ অমদা ঐখোযগী অচৌবা ৱাউথাংনবা এনভেলপ অদু মফমদুদগী বেজিস্তব মেলদা থাবীখিনবা শীন্নখ্রে ।

ফেব্রুৱারী থাদু শান্তি ওইনা গাংসাংদা লেল্লে । Hseng Noung নুংতিগী চাইনীজ ক্লাস য়াওবা চৎলি অমসুং ঐনা ঐগী নোটবুক্তা ইশিনবগী থবক তৌই, অহিংদনা বেদিও তাবগা লেপ্লি । কবিগুম্বদা ঐখোয় কৈথেলদা চৎলি নত্রগা SSA গী য়ুমদা কোয়থোকলুই । অদুম ওইনমক মতম পুম্নমক্তা CPB গী খুৎলাই পায়বা লাম্মীশিংনা ঐখোয়বু ঙাক শেল্লি ।

মার্চ তাং ৮ দা CPB না ইন্টবনেসনেল বুমেনস ডেগী থৌবম পাঙথোকই । থৌবম অসিদা বিভোলুসনবি মিউজিক অমসুং চিনাদা Long March চত্থবিঙৈদা নুপীশিংনা লৌখিবা থৌদাংশিংগী মতাংদা লেকচব পীবনা মকওইবা শকক ওইখি । পিকচব খব লৌকনবগীদমক Hseng Noung চৎখিবম্মী । ঐদি য়ুমদা লেঙদনা অদুমক লৈহৌবে ।

মমৈথংদা, মার্চকী তাং ১৯ দা ঐখোয়গী প্রাইভেৎ কন্ভেষ্ট অমদগী মেজেস অমা লাকখি । Ta Mong Lon g গা মায়োক্নবা ঙমখৈ অদোমদা ঐগী খোঙচৎ হৌনবা থৌবাং তৌবে । Hseng Noung মমা মচানা বস তোংলগা চিনা ফাওবগা চৎকনি অমসুং বর্ম্মিজলোম থংবা ঙমখৈ লাল্লগা কেম্প অমদা ঐগা উন্নগনি । মকপ খবদা ঐখোয় চৎলগনি হায়বগী পাউ পীবম্মী । CPB নসু খোঙচৎ অদুগীদমক ঐগী ওইনা ইস্কোট খব অমসুং খচব খব থৌবাং তৌবীবে ।

ঐখোযনা মফম অদু থাদোক্ত্রিঙৈ মমাঙ অহিংদুদা Santhu অমসুং San yi উন্নবা চৎলুই । Santhu ইবানি চাইনীজ লিকবদু বোটল অমা থকমিন্নখি ।

# কেঙতুং চীংশাং

কৈথেলদা ললোনবশিংনা উদ্রিবঁ নত্রগা হেদ ক্বাটব এবিযাদা যাম্না এক্তিভ ওইনা লৈবিবা গভর্নমেন্টগী ইনফোবমবশিংনা খঙখি উখিদ্রিবঁ, নোং ঙানদ্রিবঁদা খোঙশানবা হাযনা ঐ লেপ্লে । ঘবিনা পুং মবী (৪) চপ চানা হেক খিংলকপগা ঐখোয হৌগৎলম্মী । খচব তোংবশিং অমসুং গার্দশিং মাঙজৌননা অবীবা ব্রোদকাস্তিং স্তেসনগী মপান্দা লৈবা কম্পাউন্দা পুল্লপ লৈবন্নে ।

খচবশিংগী ইন-চার্জ ওইবিবা নুপাদুনা মাগী তৌগদবা মথৌ যাম্না চেকশিন্না হোৎনবি । মহাক মী নেমতক তৌই । ফাগি তৌগনবা য়াম্না নুংঙাইবা মীশক্লি। ঐখোয়না মহাকপু Man called horse হায়না মমিং থোনবীবে। ঐগী গাইদনা নহা ওইবিবা ইন্টলেকচুয়েল Aye tan না অমুক ওইবা তাবে । Santhu অমসুং মাগী নুপী লাক্কুনা ঐবু বীদাই পীববে, অমসুং ঐনা বেক্কোক্তগী পিক্লা পিক্লা ককথৎলগা লীদুনা থম্বা শদুম অমদি হঙ্গাম থাও শোয়দনা থাবক্কনি হায়না ব্রাশাক্লম্মী । Hseng Noung অমসুং Hseng taı বু নুংশিনা চুপ্পীবগা বীদাই তৌখিবম্মী । অবোয়বা ওইনা লিববা ব্রোদকাস্তিং স্তেসন্দা হল্লক্লম্মী ।

ঐখোয়না অচৌবা লমবী অদুগী মতুং ইন্না লাকপনা নোর্থ - ইষ্টর্ন কম্মান্দ লাম্ছোবক্লে । পাংসাং হোসপিটালগা মাযোক্লনা লৈবিবা চীংথক্তা লৈবা স্কুলদুগী ওইবোমদা হাইজিল্লম্মী । পাংসাং ফ্রন্টতগী হল্লকপা লোম্মী প্লেটুন অমনা ঐখোয়বু Nam Hka তুবেল লানফমদা ঙাইদুনা লৈবমখি ।

খুঙ্গশিং হৌজিক ফাওবা হৌগংনদ্রি । পোপিশিং লোকপা লোইনখিদুনা লৌফমশিং মথং চহিগী মহে মবোং থানবা শেংদোকপা হৌনববা মতমনি । Aye Tan ঐগী তুংদা খোঙকাপ খব চোঙ্থদুনা লাক্লি । ঐখোয় চীংশাং পবেং অদুদা তুমিন তুমিন চৎনবি। অয়ুক্কী লিক্লানা অরাংবা নাপিশিং পুমচোং চোংনা লৈবি ।

লাম্মীশিংদু পাংসাংগী নোংচুপ্তা নোংমৈ কাপ্লক্লবদগী য়ুমগী লম্বীদা হল্লকপদু থেংনখি । নুমিৎ থোক্কলবা মতুংদা অপিকপা Wa খুঙ্গং অমদা ব্রেকফাস্ট লৌনবগীদমক পোখানবম্মী । ঐগীদমক্তদি মহৌশানা Khao soi অমসুং Ma Ling চানবগী মথেলনি অদুগা লাম্মীশিং অদুনা চেঙ অমদি জঙ্গলদা হৌবা মনা মশীংগা ওকসাগা থোংদুনা চাবি । চাববা মতুংদা কোফি মগ অমগা বর্মিজ চুকট থক্লুনা পোখাবম্মী ।

নুমিৎ চুপ্পদুমা ঐখোয় চৎলম্মী । মথং মথং চীং লাল্লকলবা মতুংদা Mong Pawk কৌবা অচৌবা কৈথেল অমদা থুংলখি । নুমীসু চীংগী নাপোমদা লৈতখিদুনা তপনা তপনা অম্বা হায়বদু ওইবকখি । তঞ্জা অদুদা গভর্নমেন্টনা কন্ট্রোল তৌবা টাউন অমদগী কোয়না চৎলগা সিনেমা উৎপা কাঙবু অমসু থুংজিল্লখি । মসিগা লোয়ননা কৈথেল অদুদা মীওয় কয়ামকম কোয়লাঙ লাঙদুনা তিল্লবে । জেনেবেটব ওংখৎতুনা অমদি সিন খনগত্তুনা চাইনীজ কংফুগী ফিলম অমা কাপ্পা হৌবকই । ঐখোয় পাটি অদু Mong Pawk কী মতাই ওইবপ লৈবা CPB গী টাউনসিপ ওফিসতা চঙশিল্লে । পুং ১৫ চুপ্পা লাকপদা হ্রাববা হকচাং অসি পোপ তানা তুমথখ্রে ।

মথংগী অয়ুক ব্রেক ফাষ্ট লৌববা মতুংদা লোকেল এদমিনিস্ট্রেটব অদুনা ঐঙোন্দা হায়বকই মদুদি Mong Pawk দা বোমান কেথোলিক চর্চ অমা লৈ, মদু চেক্লা শাবনি । মফম অসি CPB না ইং ১৯৭৪ দা লৌশিল্লবা মতুং ফাওবা ইটালিয়ন প্রিষ্ট অমখক্তি অদুম্মক মখা তানা লৈহৌবি । মহাক্কী মপুক্সি অদু চীংমীশিংগা থবক তৌমিন্নদুনা লেল্লক্লবনি ।

ঐ অদুগুম্বা ঈশ্বরবগা নক্লববা ইটালিয়ান নুপাদু উন্নবা পাল্লম্মী অদুবু মতম লৈখিদ্রে। নুমিত্তুগী খোঙচৎতু অয়ুক অঙনবদগী হৌবকখী । সুম লাকপনা চীংশাং কয়া লাম্হোবক্লে । অমুক্তি অরাংবা চীংশাংদা উচান্নগী উমং অমা লৈবদু থেংনবম্মী । নুংশিংনা উতোন্দা হু-হু লাউনা হন্নি, [illegible] মনা মশীংনা থন্না হৌববা লৌবুক্লা তম্পাক্কী শক[illegible] লৈবি । মসি [illegible]ক উকবগা ঐনা নহা ওইবিঙৈ সেন্ট্রেল স্বেদেন্দা উখিবদু নিশিংলকখি ।

অয়ুক ময়ায় চন্নকপদদি কাবক কাবক শাগৎলক্রে অমসুং চৎমিন্নরিবা খুদিংমক থৌরাংবা পোক্লক্রে। অমুক কাখৎ অমুক কুমথ তৌবনা ব্রামনখিবদগী ঐগী মায় পুম্না হুমাংনা চামথোকখ্রে । চিনবান খ্রক খ্রক কংখ্রে। মমৈথংদ চিনাগী ওমখৈদা লৈবা Wan Ho-tao গী মার্কেট সেন্টর য়ৌবক্রে । লম্বী কয়া CPB না শেমগৎ শাগৎলি অদুবু মপুং ফানা অমতদি লোইশিন্দ্রি। অচৌবা কৈথেল অদু ব্রানা শাবা দুকান পবেং পবেং লৈখ্রি, উ অমসুং চেক্লা শাবা বিলদিংশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লি।

ঐখোয়না কৈথেল অদু য়ৌশিল্লকপদা শগোল তোংবা মী খুৎপু অমা ঐখোয় তম্মা চঙশিল্লক্লম্মী । খব অমনা থায়নগী নোংমৈ অমমম মনঙ্গদা পোরি। ঐনা মখোয়বু অমুক হন্না য়েংলম্মী। ঐনা উবদা মখোয় হঙ্গাম মপাল মচুগী অচোনবা ফিজেৎ শেৎলি। মখোয় বুদ্ধিষ্ট মোঙ্ক ওাক্তা ওইবিদ্রা ! ঐনা তাখিবা লৈ, বুদ্ধিষ্ট মোঙ্কশিংনা শগোল তোংবা অমদি খুৎলাই পায়বগা ইচম চম্মা লৈবদা অয়াবাপী হাইনা । Shwe Kyaung pongyi হায়বা লাইবিক্তুদা পাখ্রে - মদুদা সানা-চাইনীজ ওমখৈদা লৈবা মোঙ্কশিংনা ওপিয়ম থকই, নুপীশিংগা তুম্মিন্নে অমসুং চেক্লা ফক্লাং খাবা যোনাস্তবিশিংদা লৈ। মখোয়গী বুদ্ধিজম অসি চাইনীজ অমসুং টিবেটানগী চৎনবী তান্ত্রিকনা হকচিন্না ইনফ্লুয়েন্স পী।

কেঙতুং ষ্টেট অসি ইউবোপকী বেলজিয়মগুম্না পাক চাউবা ষ্টেট অমনি । মীশিং য়ামদে, লন্না লন্না তাই । শেমগৎ শাগৎপীদ্রবা চীংগী লমদম অদুদা ত্রাইব মখল দর্জন অমবোম পূন্না খুন্দামিন্নে। মখোয়গী মনুংদা এথনিক গ্রুপশিং অমসুং মপানগী ইনফ্লুয়েন্স চঙবা জাতি মখল খবা অমসু য়াওবি। মসিগী নোংচুপ ওমখৈদা সান ষ্টেট লৈখ্রি। অব্রাং, নোংপোক অমসুং খাদনা মথংশীৎনা চিনা, লাউজ অমসুং থাইলেন্দ শন্দোক্তুনা লৈখ্রি।

ওসিদি কম্যুনিষ্ট সাসন মখাদা কাববাবগী লম্বী অমসুং মখোয়না পুবকপা ঈথিল ঈব্রায় পুম্নমক চপ মান্নবা শক্লোন অমদা পুবক্রে। মফম অদুদা লৈবিবা কৈথেল অদুদা ঐখোয় কোয়থোক্লম্মী। স্তোল মনুংদা মখল মথেল পোৎলম কয়া থেন্দুনা থন্নিবদু ঐনা উবা ফংলম্মী। মখোয়শিং অদুদি বর্ম্মিজ চুরুট, চাইনীজ টেক্সটাইলস, অবংবা পেকেটশিং অমদি Livepool 33 T-shirt শিংসু থেনবদুদা য়াওবি। নুপীশিংনা অকুম্বা পোৎ- চৈ বর্ম্মিজ সাইকলশিংদা হাপ্পদুনা ঐখোয়গী মপা লাম্থোকখ্রি। খবনা লোকেল CPB ওফিসতা খবা অমনা ব্রাংমা লাল্লগা চিনাদা অমসুং Meng Lien গী মার্কেট টাউন্দা চৎনবি।

ঐখোয়না পার্টি ওফিসকী কম্পাউন্দা থুংলুবা মতমদু নুমিদাংবাইবম ওইবে। ইলেক্ট্রিক মৈ থানগৎনবগ্নে। মদুগী লাইন্দু চিনাবোমদগী তিংলকপনি । মসিগী খুদোং চাবসি ওমখৈগী মফম খুদিং ফংবা নত্তে । নুমিদাংগী চাক্লেন্দু মপান্দা চাবে। মফমদু চাং চপ মান্ননা কক্লবা শম্বন্নেনা ইকোয় কোয়শিনবা তক তহেনবা মফম অমনি । Aye Tan দি মহৌশাগুম তুমিন্না অদুম্মক লৈ । ঐদি লোকেল ত্রেদবশিংনা মখোয়গী খচবশিংদা চাইনীজ লল্লোন পোৎশিং পুদুনা CPB ওফিস লান্না চৎনবিবদু য়েংলি ।

ঐখোয়না পাংসাংদা লৈবিঙে Wa লাম্মীশিংদগী তাখি মদুদি মফম অসিগী Wa Ho-tao দা ওপিয়ম বিফাইন তৌফম লৈ। মসিগী তোকঙা অসি কোকাং চাইনীজশিংনা য়াম্না থাজনা লৌনৈ । মথংগী নুমিত্তু ঐখোয় Wa Ho-tao গী নোংপোক থংবা এবিয়াদু ফাওদুনা চৎলম্মী। মফমদু জাতিময়াম ইতোং তোংশিন্নবা খুন্দাই। অখুবা অশংবা তম্পাক্তনা সানশিং মকওইবা কৈথেল মনাক্তনা চানীজশিং অমসুং ওপিয়ম হৌবা চীংমাযশিংদনা য়ামদ্রবা Palaung, lahu, Akha অমসুং Wa শিংগী য়ুম অমমমদি খুন্দাই।

সান খুঙ্গংশিং যাম্না লায়বৈ অমসুং-অদুক হাক্লা অতৈ ময়ামদগী চাউখৎপা ওইদে । বাগী য়ুম মচা মচাশিং অমসুং উনা কাংখোঙ ওইবা থাইনগী ষনগাড়িশিং শীজিন্নৈ। মদুনা ফংখিদ্রবা মোংলবা লম্বীশিং অদুদা নুংতিগী থবক শুবদা শীজিন্নবি। অমবোমদা চৎপগী চাং হেল্লকপনা ঐগী খোঙউপ অদুসু ফিভম শোক্লক্লে, মদু শেমদবা ইয়া য়াবোইদৌবি।

মফম অদুগী অকোয়বগী ফিভম মাঙজৌননা য়েংশিন্নবা হোৎনবিঙেদা ইস্কোর্টশিংগী ফিভম য়েংশিনবা খবা বাৎখিবগুম তৌবে। পাংসাংদগী লমথাবকপা মতমদা প্লেটুন অমদি ঐগা মতম পুন্নমক্তা লোইনগদবনি হায়না হায়নখিবনি। উ-বা হৌদ্রবা অতোংবা মফম অদুদা পোখাবিঙে মতমদা লাম্মীশিংদু মশীং থীদুনা য়েংলুববু Aye Tan য়াওদনা অমদি চাক থোংবদা মতেং পাংবা অঙাংশিংদু থাবগা মখোয় ১৫ দগী হেন্না উদে। অমবোমদা ঐনা ঙক্লিবদি লাম্মীশিংদু তোঙান তোঙানবা জাতি ঙাক্তনি - শম্না হায়ববদা Shan, Wa, Akha অমসুং Lahu অসিনচিংবনি। অদুম ওইনমক ঙাংনবিবা লোন্দি Shan নি। লাইবক ফবদগী সান লোলসিমদি খঙবা ঙম্মী। মখোয়গী মনুংদা নুপামচা অমখক য়াওবি মঙোল দা ঐ পুক্লিং চিংশিল্লি । মহাক য়েংবদা হন্নুবা থাক্কী মী মাল্লি । ঐখোয়না পোখাবা খুদিংগী মহাক ময়ামদগী তোখায়না মতোমতা হেক হেক্ক ফম্মী । মহাক য়াম্রবদা চহি ১৫ দগীদি পংহেন হেল্লল্লোই। মাগী চাইনীজ ইউনিফোর্মদু মশাগা য়েংনবদা

য়াম্না কোম্না উবে। মাগী খোঙগ্রাউঁদু মতম শুন্বদা চিংখত্তুনদা লৈ। মাগী মখাংদা ফাবিবা পেটি অদু কনাগুম্বা অৱাংবা অনোয়বা মীওই অমগীদমক শাবকপা ওইবম্বা তাই। পাংসাংদগী য়াওবকপা চাক থোংবশিংগী মবক্তগী অমনা মনাক্তা চঙশিন্নগা হংই -

" Su gaw luk pangyang ma ha? " নহাক অতৈগুম্না পাংয়াংদগী হন্নকপ্রা ?

নুপামচাদু পাউখুম অমতা পীদনা হাইফেৎ নোক্লগা মঙক্তু নোম্লকই।

"মফমদুদদি কমদৌই ? য়াম্না কাপ্লব্রা ?" মাগী মায়থোঙদু মকশিনবগা লোয়ননা খংহোং হোংখি। মহাক মম্মীৎ ঈবা চেনবা মাল্লি ।

"Dai Sipsong gaw"

ঐখোয়গী ১২ দি শিগ্রে। মবম অসিনা ওইবা তাই প্লেটুন অমদা মী ১৫ না শাবক্লিবসি । য়াম্নদ্রবদা মসিগী তংখায় অমবোমদি ৱাই শীত্তোকপদা য়াওখ্রে। অমবোমদা নুপামচাদু লাইবিক হৈবা মীশক নত্তে । অদুম ওইনমক মবৌশিংদি লৈ । মসিমক্তি CPB গী মনুংগী ওইবা বিপোর্টতি ওইবম্লোই, তৌইগুম্বসুং যামদ্রবদা সবকাবগী মায় পাকপগী বুল্লেটিন্দা য়াওবা হিসাব ওইবমগনি।

পাংয়াংগী মায়োক্লবা লানফমদা মখোয়গী মায়কৈদা ৩৭ শিখি হায়বসি CPB লুচিংবশিংনা পাংসাংদা য়াম্লবনি । মসিদা হিংহৌবা ১৫ না সিংগল প্লেটুন অমা শেম্নগা মখোয়গী যুমদা হনবগী খোঙচত্তা লাক্লিবনি। বর্ম্মাগী নোংপোক্তা হঞ্জিন্না লৈবা খুনীংথেক শাবিবা চীংশাং পবেং অদুদনি মখোইগী ময়ুম লমদম।

মচেৎ মকায়গী ওইবা অৱাবা থৌদোক অসিনা ঐবু পুক্লিং ওম্থোক্লা নুংঙাইহন্নমদে। হৌজিক ফাওবদা ঐনা CPB গী মবমদা ইবা লেপত্রি অমবোমদা থা কয়ামক্লম চানা থক্লবা পীবতা নত্তনা চঙজফম পীদুনা লাক্লিবনি। হৌজিক তৌগদবা কবি অৱাৎপা লৈবিবগে ? ঐ নিংশিংলি, পার্টি ওফিসিয়েলশিংগী মবক্তগী অমনা ঐনা পাংসাংদা তৌকবা থবক্কী মবমদা হংখি

"ঐনা তায়, নহাক্লা প্রজাশিংগী মায়কৈদগী লালগী পাউ খোম্লবা চৎলি হায়। অদুম্না তৌব্রা ?"

মদু অচুম্বনি হায়না ঐনা মঙোন্দা থাজবা পীখি। হৌজিক্তি থৌদোক্তুদগী হেন্না ভাব তাবে। ঐনা মীয়াম্না লাম্থেংনবিবা নাকল লোমদগী

লালগী পাউ লৌবা চৎলম্মী। কৈদৌঙৈদসু নাকল অনীগী ওফিসাবশিংদগী পাউ লৌদে । মখোয়না পীবা পাউ অয়াম্বা মতমদা মখোয়খক্তগী শেন্নবা ওইগল্লি।

লোইবোই ঙামথখ্রিবা চীংমায় অদুদা ঙাইহাক ফমদুনা পোখাবি। মখাদা য়েংথখিবদা অপাকা তম্পাক, মখা ওইবগ খব লাপ্তক্রা Mong Yang সহবগী য়ুমথকশিং পিক্তক পিক্তক্রা ঐখোয়না উবা ফংলি। মনাক অদুবাইদনা বর্মিজ আর্মিগী লানবন লৈবি। সবকাবগী লাম্মীশিংনা সহবদু কন্ট্রোল তৌই অমসুং শম্নবিবা লম্বীদুনা Kengtung তাবা লম্বীনি - লোয়ননা CPB গী এবিয়াশিং চীংগী অকোয়বদগীনা তম্পাক তংখায় অমবোম কনশিন্দুনা লৈখ্রি। Mong Yang গী নোংপোকলোমদা কি মি· তবাবোমগী লমদা য়ুমথক চাউবা চপ মান্নবা উবিবসি চিনাদগী লাকপা হবান পোৎ ট্রান্সফব তৌফম্মি মসিদসু নত্তনা লোকেল CPB য়ুনিটকী ফেমিলি ক্বার্টব ওইনসু শীজিন্নবনি। য়ুনিট অদুগী মমিংনি ৭৬৮ বৃগেদ হায়বিবসি, ঐনা নুং অমদা ফমদুনা বর্ম্মাদা সিভিল ৱাব থোক্লিবগী মতাংদা অসুম খল্লিঙৈদা লাম্মী অমনা হায়বকই -

"মফমদুদা কুইনা ফম্বীগনু । বর্ম্মনা উপ্ত্রবদি নোংমৈ কাপ্লক্কনি।"

ঐনা Ayen tan দা ওনশিন্দুনা য়েংই, মহাকসু ৱানিং অদু তাবিবনি।

"নহাক্কী লাম্মীশিংনা হাযবিবসিদা নহাক কবি খনবগে? নহাকসু বর্মন অমনি, নঙবু নত্রা ?"

মহাক্লা মবেংবান্দু শুপকৎলগা মমীত্তুনা অথাবা আনোক্তু ফাওনা ঐঙোন্দা য়েংলকই।

"মখোয়না খল্লিবদু অচুম্বা ৱায়েন্নি। ঐখোয়না মসিদা কৈসু তৌনংঙাই লৈতে ।"

হীবম খুদিংমক্তা, লাম্মীগীদি হীন্দুনা তাক্লবা হক লৈ । Mong Yang - Hsaleu গী নোংপোক থংবা চীংশাং অদোমদনি, লানবন্না কোয়শিনবা মাল্লবা বিল্ডীং অমখক চীং মতোন্দা উবা ফংলম্মী। মসি চেক্লা শাবনি অমসুং তম্পাক্তগী য়েংবদা উখিদনবগী মওংদা লৈবি। ফক্লাং মবীগী চুথেক মবিদা অৱাংবা ৱাটচটৱাবশিং লৈ । মসি শোযদনা খুৎলাই পাযবা সন্ত্রিশিংগী লৈফম ওইবমগনি। খব লাপ্লা মখা ওইনা লৈবা মফম অমদা বিসেপ্সন পার্টি অমনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈবি । সান মবোল ড়াংবা লাম্মীশিং মখোয়দু খুৎলাই মতীক চানা পায়ববা ঙাক্তনি । খবনা Spare magazine শিং পুবি। মসি CPB গী এরিয়াদা উখিবা শীংথানবা য়াবা অমনি ।

Aye tan অমসুং মখোয়গী ওফিসাবশিং পাউ ফাওনবদা খুদোংচাদবা অমা মায়োক্লবে। ঐ ভাব তাই মদুদি Aye tan গী বর্ম্মিজনা নম্বা সান মবোল, ওফিসাবশিংগী চুম্ফাওবা বর্ম্মিজ মবোলদুগা ওম্বোক্লা চানদ্রে। ঐনা ৱাবেপ তাবীবে মদুদি Aye tan না ৭৬৮ বৃগেদকী লুচিংবা অহুম Sao khun Myint, Sai Noom pan অমসুং Sao Khun Sa দা মখোয়গী লৈফম চাফমগী মবমদা হংলি ।

মসিগী মিংশিং অসি ঐ খঙপ্রে, কেংতুং চীংশাংদগী সান বিবেল লুচিংবা খবনা মখোয় মশাগী ওইবা হৈ শিংলবা ফোর্স অমা শেমগৎলকখি, মদুদি সান নেসনেল আর্মি হায়বসিনি। মসি ইং ১৯৭০ গী ময়ায় চনবা CPB না লাঞ্ব্রিঙৈ মমাঙফাওবা লৈবম্মী। খুৎশু খুৎলাইনা শুমহৎহল্লগা ৱাশক্লবা মতুংদা ইং ১৯৭৬ আগস্টতা CPB বৃগেদতা মখোয় যাওশিনখি । মসিগী দিজিগনেসন অসিবুনি ৭৬৮ হায়বিবসি ।

কম্মান্দবশিং Nam Leup তা লৈবে হায়বসি হৌজিক্তি খঙনবক্রে। বৃগেদ অসিগী বিযব হেদক্কাবনা Hsaleu অমসুং চাইনীজ ঙমখৈগী মবক্তা লৈবা চীংশাং পবেংদা লৈ । Shan ওফিসাবশিংগী মফমদগী খবদং শাফগদবা দিবেক্সন অমা ফংবদগী CPB না ফজনা শেমগৎলবা লম্বী অদুদা Palaung অমসুং Akha শিংগী অপিকপা খুল অদু ফাওবগা ঐখোয় মখা তানা চত্থবে। খুন্দাবিবশিংদু ৱানা শাবা লৌতাং শঙগুম্বা যুম মচা মচাশিংদা লৈনৈ। Palaung খুল লোইনমক বুদ্ধিষ্ট ঙাক্তনি অমসুং লম্বোইবশিংগী শঙলেন মতীক চানা লৈ । মখোয়শিংদু ফজবা মওংদা শাববঙাক্তনি ।

গেকৱা মচু অমসুং মসিদগী খব ঙাংশিনবা হোমদ্রাক হোমদ্রাক লাউবা ফুবিৎ লীৎপা লম্বোইবশিংনা ঐখোয়বু যেংল যেংলগা চৎনথ্রি। মখোয় খল্লমগদৌবদু ঐ অদুম্মক ভাব তাবে, ৱাংথুং ৱাংবা ঐগী মবমদনি। লাপ্না লৈবা টেবিটোবি ওইবনা ইন্দিপেন্দন্ট বর্ম্মাদগী সবকাবনা মপুং ফানা কল্ট্রোল তৌবা ঙমদে। ইং ১৯৫০ দা Kuomintang শিংনা Yunnan দগী অমুক হন্না লাক্লুনা এটেক্ট তৌরগা লৌশিনখি । চীংশাং পবেংশিং অসি ইং ১৯৬০ গী অদুৱাইদা চিনাদা চৎনবগীদমক লাম্বোকফম ঙমখৈ ওইনা শীজিন্নবম্মী।

অদুম ওইনমক মহাক মসিমদি খঙলমদবগুম তৌই মদুদি ইং ১৯৬২, UNu না-কু তৌদুনা বর্ম্মাগী প্রাইম মিনিষ্টব ওইবদু ফাওবা চাইনীজ লাম্মী চঙশিন্দুনা বর্ম্মাদগী Kuomintang তকথোকপা হায়বা য়ান-চে অসিদা বৈজিংনা অয়াবা পীশ্রবনি। চাইনীজ ক্রুপ লিশিং কযানা মেকোং তুবেল

ওপরেসনশীদমক থোমজিন্নকখি । ইং ১৯৬১ গুমথৈগী লম খরদগী কুওমিন্তাং খরা মথৈদি তকখোকপা গুমখি । মসি ইং ১৯৭০ গী ময়ায়, CPB না মফম অসি পায়শিন্নবা ফাওবদা ওইখোক্লমদে অদুবু মমৈথাংদা Kuomintang পুমকায় কায়খি । লেমহৌবা খরদু খা থংবা থাইলেন্দলোমদা চংখি হায় । ঐখোয়সু গুমথৈগী উ- বানা থন্নবা চীংশাং অদুদা মখা তানা চত্থিবি । ৭৬৮ বৃগেদকী লোকেল ওফিসাব অমনা Kuomintang শিংনা মতম অমদা বেজ কেম্প ওইরম্বা চীংদোলশিং অদু খুদোম্বী থীন- থীন্দুনা তাক্লকই।

ঐখোয়না Nam Leup কেম্পতা থুংবা মতমদু নুমিৎ য়ুংবা মতুং ওইরে । য়ুম ময়াম অমা পরেং শানা লৈত্রি। কেম্প অদুগী চঙফম থোঙান্দা সম্ব্রিনা ঙাক শেনবগী মফম লৈবি । থোঙালদুগী মথক ওইবপ্না CPB গী অঙাংবা ফিবাল নুংথং অমসুং থাঙোল য়েকপা অমসুং নেসনেলিষ্ট Shan ফ্লেগ অশংবা অঙাংবা অমসুং হঙামপাল ময়ায়দা অঙৌবা থা য়েকপা ফিবাল থেংলি।

মখোল অনি লোঙবা Sao Khun Myint কী য়ুমদা ঐনা লমজিংদুনা চঙলে । য়ুমদু লৈবাক অমদি চেক্লা শাবনি । মাঙোল অশাংবা অমা লৈ, অশংবা তৈবা উগী বেলিং, লুচিংবা মশামক সিবিদা লেপ্লদুনা ঐখোয়বু ঙাইবি। মহাক চহি ৫০ শুববা মশা পাতক তৌবা অবাংবা মীওয় অমনি । ব্রাউথাংনবা ফিজেৎ শেৎলি, মওং তাবা তুপি অমা উপ্লী । মাগী নাকন্দা খব নেমতক তৌবা নহা অমখক লেপ্লি । মহাক CPB গী তুপি উপ্লি অমদি কেমোফ্লেজগী জেকেৎ অমা লীৎলি । মখুৎ অদু তিংখোক্লগা ময়েক শেংবা ইংলিসনা হায়বকই।

"বার্টিল ! ঐ নহাক্কা উন্নবসিদা য়াম্না নুংঙাইবে। ঐগী মিং Sai Noom Pan হায়না কৌই থমসুং মহাক অসিনা ঐগী বোস Sao Khun Myint হায়বদুনি । লায়বক থীবদি Sao Khun Sa দি ঙসি মফম অসিদা লৈত্রে । মহাক মফম অমদা দিউটিগীদমক লৈত্রি।"

Sao Khun Myint মহাক ইংলিস ঙাংদে, নোকফেত্তমক তৌবকই। ৭৬৮ বৃগেদকী নুপা অসিনা Hseng Noug গা ঐগা লুহোংলে হায়বা খঙবদী মখোয়না ঐবু ওনবেবি সান অমা ওইনা ঐঙোন্দা ইকাই খুম্নবা উৎলকই। ঐখোয় সিবিদু কাখৎলগা মাঙোলদা কাখত্তুনা উগী বেঞ্চ অমদা ফমথবম্মী। য়ুম অদুগী মনুংদা, খরা তোংত্তকপা মফম অমদা বুদ্ধগী মুর্ত্তি, ফক্লাংদা তগৎ তগৎ তেকপা লৈশিং মখাদনা অশেংবনি হায়না মৌনবিবা কম্যুনিষ্টকী খুৎয়েকশিং, মাওজেদোংগী অয়েকপা শক্তম অসিনচিংব উবা ফংই । য়ুমদু

মীনা পিক থল্লি, অয়াম্বনা Khun Myint কী মবী মতা ঙাক্তনি। লৈশাবীশিংদুনা মোবোক শুবি । অহন ওইববী নুপীশিংনা ফিবোল তুবদা থবক চিল্লি অমসুং নহাবোলশিংনা মখোয় মখোয়গী নোংমৈশিংদু য়াম্না কম্না শেংদোক্লি । মসি সান ফেমিলিগী ওইবা শক্তম খবনি । মসিদসু নত্তনা মাঙ্গোল অদুদা লিববা লাইট মেছিনগল খবসু লৈবি ।

"নহাকপু মশি পুন্নমকসি শীজিন্নবা ঙম্লিব্রা ?" ঐনা Sai Noom Pan দা হংই ।

"কদাইদগীনোদা, মসিগী নোংমৈ মকদি হৌজিক অমতসু ফংদ্রে"। মহাক্না ময়া ইহি হিগংলদুনা হায়বকই" ময়াম অসি ঐখোয়না Laos গা শম্নবিঙে মতমদগী লৈবক্লবা অহন ওইববা নোংমৈ ঙাক্তনি ।

Khun Myint চংনবী ঙাকপা অমদি সান ব্রাব লোর্দকী ঈথিল ইব্রাই লৈবা নুপা অমনি । চীনাগী ঙমখৈ মনাক্তা লৈবা অপিকপা সান খুঙ্গং অমদা পোকখি । মোনাস্তবি অমদা মহৈ তম্লকই। মহাক ইং ১৯৬০ দগী সানগী ঈহৌদা য়াওবকখি । মতম অদুদা কেংতুং বিবেলশিংগী লুচিংবসি U Gondar না ওইবম্মী । মহাক Sao Ngar Kham হায়বগনা হেন্না খঙনৈ। মহাক লম্বোইবা অমা ওইবম্বগী অচাউবম কাজবা অমসুং নুংশি হৈতবা কম্মান্দব অমা ওইবম্মী । মহাক্না মাগী লোয়নবা কয়াবু য়াম্না শাথীনা ওৎ- নৈখি । অবোইবদা মহাক মশামক মীহাৎপগী গুলিদা চংখি ।

মহাক হাৎখ্রিঙে মমাঙদা, Sao Ngar Kham না অব্রাং থংবা থাইলেন্দগী Hwenam Khun দা বেজ অমা লিংখৎলম্মী । মফম অদুদগী Kuomintang দ্রগ বেবোনশিংগীদমক SNA না ওপিয়ম পুবা খচব কম্না থাই- বর্মিজ ঙমখৈদা থাবম্মী। মসিগা মবী লৈননা SNA ইন্সবজেন্ট কয়ামকম Laos দা কম্যুনিষ্টশিংগা লান্থেংননবগীদমক CIA না বিক্রুইট তৌবম্মী ।

মতৌ অসুম্না, ওপিয়ম কনভোয়শিংসু মেকোং লাল্লগা মখোয়গী লম্বী অমা ফংবা ঙমখি। লৈবাক অদুদা খ্বাইদগী মমিং লৈবা নার্কোটিক দিলবসি Royal Laotion Army গী কম্মান্দব- ইন- চিফ Gen Ouane Rahikone না ওই। মহাক্কী খুৎশু খুৎলাই অব্রাৎপা লৈতে। ইউ এসনা সপ্লাই তৌবা ব্রাউনীং মেছিনগন যন য়াম্না লৈ । খুৎলাইশিং অশি কেংতুংদগী ওপিয়ম পুবকপদা শীজিন্নে ।

Sao Ngan Kham গী এসাসিনেসন মতুংদা Khun Myint মতম খবা থাইলেন্দা লৈবম্মী । অমবোমদা Sai Noom Pan লাউঞ্জদা চহি অনীমুক

লৈবগা CIA না চলাইবা সেক্রেট আর্মিগা অকনবা লাম্লেং চথবম্মী। ইং ১৯৬৮ দা হল্লক্কগা কেংতুং চীংশাংদা লৈবা SNA কমবেদশিংগী মবক্তা য়াওশিনখি। Sai Noom Pan না মখোয়গী মবক্তা লৈবিবা খেন্নবশিংগী মতাংদা ৱাৰী তৌদুনা তাহল্লি । সান অয়াম্বনা বুদ্ধিষ্ট ওাক্তনি অদুগা মহাক্না বোমান কেথোলিকনি ।

ঐনা নুংঙাইহিত্রিবসি মহাক্কী দিপুটি Sao Khun Sa উন্নদবসিনি। সান ষ্টেট অসিদা অখন্নবা খুন সা অনীখক লৈ। অমনা সান চাইনীজ পুনশিল্লগা পোকপা ওপিয়ম ৱাব লোর্দ, অতোপ্পা মিং Chang Chifu হায়না খঙনৈ। মপান সাননি মমানা চাইনীজনি। মহাক ঙসিদি মীওয় লিশিং কয়ানা শাবা প্রাইভেৎ আর্মি অমা কম্মান্দ তৌদুনা থাই ঙমখৈদা বেজ তৌবি। অতোপ্পা খুন সা অমনা ৭৬৮ বৃগেদ CPB গী নুপা অসিনি। মহাকসু সান তংখায়নি। খেন্নবা অমনা মাগী মপাদু Welsh নি। মমিং মান্নজববসু মসিগী Khun Sa অসিনা অতোপ্পা অমনি। মহাক্কীসু অতোপ্পা মমিং অমা লৈ । মদুদি Michael Davices হায়বসিনি। মহাক্কী মপা Arthur Davices মতম অমদা বৃটিশ এদমিনিস্ত্রেসনগী মখাদা কেংতুংদা থবক তৌবম্মী। মফম অদুদা সানা নুপী অমা লুহোংলগা নিংখা তন্নবা মতুং ফাওবা লৈবম্মী। অদুম ওইমক ইং ১৯৬২ গী কু মতুংদা মহাকপু নমদুনা মফম অদু থাদোকহনখি ।

Khun Myint গী য়ুমদা বিসেপসন লৌববা মতুং মনাক অনকপদা লৈবা য়ুম অমদা চংলম্মী। মদু ঐনা Nam Leup তা লৈবিঙৈ মনুংসিদা লৈনবা য়ুম্নি। নুমিৎ হুম্নিদি খোঙচং লেপ্পা তাবি । নুমিদাং ৱাইবমদুদা Sai Noom Pan গা ইবানি ম্যাঙ্গোলদা ফম্লগা সানগী চেঙনা শুংবা য়ুদু থকমিন্নবদুনা হৌত্রবা মতমগী ৱাৰী শামিন্নবি। SNA গীদমক্তদি ইং ১৯৭০ ময়ায় চল্লকপসি তশেংনমক টেষ্টিং পেবিওদনি। অতোপ্পা অমদনা ইন্দোচিনা ৱাব লোইশিনখিবগা লোয়নন্না কেংতুংগী অৱাং থংবা চীংশাং পবেংদা লৈবম্না মখোয়গী লীববা স্ত্রোং হোলশিং CPB না থিংজিনখি । মতম অমা CIA গা মৰী লৈনবম্বশিং কম্যুনিষ্টতা মর্জ তৌশিনখি ।

"ইং ১৯৬২ গী কু তৌদ্রিঙৈ মমাঙদা ঐ বেঙ্গুন্দা ছাত্র ওইনা লৈবম্মী"। চীংগী কাবক্তগী লিখোবল্লিবা থাদুবু য়েংলগা Sai Noom Pan না হায়বকই। " মতম অদুদা ঐনা খনখি, ঐ পুৰোহিত অমা ওইগনি। কেংতুংদা ইটালিয়ান ফাদৰ ফন য়াম্না লৈ। মখোয়না ঐবু ভেনিসতা থাননবগী থৌরাং ফাওবা তৌখি।" অকাউ পৰৈ চনখিব্রা কৈনো মহাক তুমিন লৈখি ।

"অদুদগী কৈদৌব্রবা ? কবিগীনো নহাক্না চৎখিদ্রিবদি ?"

"Ne Win গী কু অদুনা ইং ১৯৬২ জুলাই তাং ৭ তা রেঙ্গুন ইউনিভর্সিটিদা ছাত্র ময়াম অমা হাৎখি। মতমদু ঐ মফম অদুদা লৈ, নঙ খঙলিবদুনি। আর্মিনা ছাত্র ময়ামদুগী মবক্তা নোংমৈ কাপশিল্লকপদা ঐসু শোকখি। ঐনা খনখি, ঐগী মীয়ামগীদমক ঐ লাম্লেংনগনি হায়না।"

মহাক খঙ- হৈবা অমসুং লৌশিং লৈবা মীশক অমনি অমসুং শৈবেং অমদি অস্ত্রোনোমিবু পামজবা নুপা অমনি। মহাক্না ঐঙোন্দা লাইবিক মমিং পবেং অমা পীবকই। কবগ্রিন্বা ঐনা মদু পুম্নমক রেক্কোক্তগী থাবীবক্লবদি মহাক ঙক্কনি। মফম মতম্না য়াখিদবদগী Sai Noom Pan কেথোলিক পুরোহিৎসু ওইখিদ্রে অমসুং ইউনিভসিটিগী লেকচর নত্রগা সবকাবগী কর্ম্মচারি ফাওবা ওইখিদ্রে।

মথংগী অযুক্তু মল্লি মল্লি তৌবি। Sai Noom pan না ঐগী লেংবান্দা তাক তাক থাবদুনা হৌদোবকই।

"নঙনা নুমিৎ তাদ্রিঙৈ মমাঙদা Mong La দা থুংলুবা পাল্লবদি হৌজিকসি চৎপগী মতম চপ চাবে।"

থিন্থবা তৌদনা ঙবাং য়োমদুনা থমথ্রবা পোৎ- চৈশিং শেম- শাবা লোইবে। ঐবু ঙাক শেন্নবগীদমক ৭৬৮ বৃগেদকী লান্মী খব অমসুং অনৌবা খচব খবগা থৌবাং তৌশিল্লে। Sai Noom Pan না Nam Leup কী ঈচেল অদু লাম্থোকপীবগা চীংলৈবাক অদুদা চঙগদবা লম্বী তাকপীবন্মী অদুগা হাযবকই

"ঙল্লবদি নহাক অমুক লাকখো। নহাকপু ঈশ্বরনা চানবীবা ওইসনু।"

তেল্লবা মতম খবদং লৈরুবদুদা ঐ মহাক্না অসুকী মতীক চেৎশিন্নবা মকপ ওইবকখি। ঐখোয়গী সান মকপ মপাং য়াম্না লৈ অদুবু মহাক্না ইতোপ তোম্লী। মহাক্কী তক তক্লবা পুকচেল ঐঙোন্দা হায়নীংঙাই লৈতনা অপেনবা পোকখি। নুংঙাইতবা ৱাখলগা লোয়ননা মহাক্না কেম্প যৌখিদ্রিফাওবা যেংদুনা লৈহৌবন্মী।

নুমিৎনা চিনাগী নোংপোক থংবা হোবাইজন্দা হেক ঙাম্থোইবকপদগী শাবগী চাং হেনগৎলকই। নুমিৎনা কোক্তোন যৌবক্লিঙৈদা Wan Kang দা থুংলে মসি Palaung গী অচৌবা খুল অমনি। লৈবিবা য়ুমলৈ কৈবৈ অমসুং পোপি লৌবুকশিংনা ইকোয় কোয়শিল্লবা মফমদু বুদ্ধিষ্ট মোনাস্ত্রিশিংসু লৈবি।

মার্চ তাং ২৮ নি। CPB গী ৩৯ শুবা বাইজিং দে থৌরম পাঙথোকপা নুমিৎনি। মফমসিগী খুঞ্জাশিংনা নুমীৎ অসি থওই ব্রাওইদবগুম কবিমত্তা খংশিন্নদনা লৈ ।

Nam Lam তুবেল লম্বীদা লৈবিবা লাম্মী কাঙলুপ অদু লাম্থোক্লগা ঐখোয় লাক্লে । মখোয়শিংদু CPB গী ঙাক্তনি। লাম্মীশিংদুগী মবক্তগী অমনা মাগী তুপীদুদা অঙাংবা থরানমিচাক থেৎপগী মহুত্তা Holy Madonna গী অঙাংবা বেদজ অমা থেৎলিবদু উবদা নোকফেৎ তৌকবা নত্তনা ঐ কবিসু তৌবা ঙমখিদ্রে। ইটালিযন ফাদবশিংনা ধর্ম্ম হোংহন্নবা হোৎনখিবগী মমি হৌজিক ফাওবা তাবি।

Mong La গী অকোয়বা লৈতেম মান্নবা লম নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী অঙনবা শকত্তা উবা ফংলে। ঐখোয, যুমশিং লৈবা মফম অমদা পোখাবে। মফম অসি Aye Tan না CPB গী ভিলেজ ব্রেঞ্চ ওফিসনি হায়না লাউথোকখ্রবনি, মখোঙ অনিমক যাওদ্রবা কনাগুম্বা অমখক চৌক্রিদা ফমদুনা লৈবম্মী। ফক্লাংদু চাইনীজ নোম্নাগী পোস্তবশিংনা লৈতেংই, প্রোপেগন্দা শ্লোগানশিং অমসুং বিভোলুসনবি সিন কয়া যেকলি । লান্দা শোইনাইহৌববা নুপা অদুনা চাদা নত্তনা ওফিসকী ইংখোলদগী হেকপা কিহোম ফাওবা মহী শুমদুনা পীথক্লে। ওফিস অসিনা শোইনাইববা ব্রাব ভেটবাল কযাগী লৈফম পীবি।

"চিনা অমসুং কেংতুংদগী লাকপা কাববাব ব্রালা মফম অসিদা ফনা য়াম্না লৈ।" Aye Tan না মাঙজৌননা ঐঙোন্দা হায়খ্রবনি। মার্কেট ভিলেজ অদু বর্ম্মাবোম থংবা নাকন্দা লৈ অমসুং ব্লেক মার্কেটকী অচৌবা লম্বী অসিনা চিযাং মাই, অরাং থংবা থাইলেন্দ, সান স্তেট অমসুং সিপসোংপন্না লাল্লগা চিনাগী ঙমখৈ য়ৌশিনহনবা য়াবা লম্বীনি। ঐখোয় থুনমক থবক চিল্লবা কৈথেল অদু লাম্থোক্লে অমসুং বুদ্ধিষ্ট মোনাস্তবিগী অহাঙবা লম্পাক অদুদা চঙশিল্লম্মী। অনকপা যুম অমগী কা অমদা ঐগী থুংফম শেম শাবীবম্মী। মসি তক তহেনবা মফম অমনি। থোংনাউ মবাং কায়না পাল্লি, অচৌবা ফমুং অমসুং কাঙখল খল্লি।

য়ুম্নুদু Mong Kut তগী সান অমা ওইনা মফম অসিদা লৈববনি। মনি মুক্তা লল্লোনবসিনা তৌজবকপগী মহৈনা বৃটিশশিংনা মহাকপু মখোয়গী অবোয়বা চহী চাদা তোঙান্না থম্বীবম্বনি। মমৈথংদা মন্দলে দিভিজন্দা জোইন তৌবকখি । লোল- লিগী মতাংদদি Aye Tan দু নুংশিবকই। মাদি ইংগ্রাজি । শেবান তুবান পংঙাংদা ঙাংবনি । অদুবু মানা ঙাংবদু ময়াম্না ভাব

অদুম তানৈ। চিন্নবা তানফমসিদা ঐ মাগী দবকাব য়াম্না ওইরক্নে। পুক্লিংসিবু শোক্সহল্লবা, তান্নবা মবোল ইবোল তিন্নদ্রবা লমদম অসিদা ঐবু য়ুম য়ৌখিগদ্রা ?

নুপাদু নেম্মী অমসুং মকোক পুংতাঙ তাঙই । ঐ মতমদুদা খোঙ খুৎ হাযদুনা হকচাং শেংদোক্লি। মতমদুদা মহাকনা ঐঙোন্দা হায়বকই -

"নহাক্না মফমসিদা লৈবন্নবসি ঐ য়াম্না নুংঙাইবে। নহাক্কী নুপীদু সান নিংঙোলনি হায়বসি ঐ তাবে। ঐসু সাননি । নহাক ঐঙোন্দা থুবা কৌ। মথোঙ চাখিদ্রবা মফম অসিদা ঐখোয়না নঙবু মতীক চানা ওকপগী থৌবম পাঙথোকপা ঙমদবসিগীদমক নুংঙাইতবা পোকই।"

ঐখোয়গী মাঙদা লৈবিবা টেবলদুদা থেন্দুনা থল্লিবশিংদু থাইগী ওইবা অচা অথক ঙাক্তনি। মাগী অনোয়বী নুপীদুনা চিনা কপতা কোফি হৈবি অমদি চান- থক্লবা বিস্কুটনচিংবা টেবলদা থল্লি।

"নঙনা খঙলিবদুনি ঐ পার্টিদগী পোত্থাববা মীশক অমনি । ঐনা চহি কযা চুপ্না Mong Kut কী লমদমদা লাম্হেংনখি। মফমদু মতম অমদা ঐখোয়না খুদুম চনবা লমদম ওইবম্মী, মদু ঐখোয়না মফমসিদা বেজ এবিয়া শেমদ্রিঙৈ মমাঙদনি । হৌজিক্তি ঐ Mong La গী লমদম অসিদা সাসন তৌনবগী ইন- চার্জ ওইনা লৈবে। নঙ ঐনা খঙলিবসি মঙাই, সানশিংসে সান ওইনা লৈবা পামদে । মখোয়না Khun নত্রগা Lue অমসুং হন্থবা থাক্কী জাতি ওইনা হিংবা পাম্মী। মখোয়গী নুপীশিং তুবেল খোংবান্দা মফি য়াওদনা ফাওবা ইকুজবিবনি।"

মসি হায়বগা মাগী স্না তোপ্পা ময়াদু উৎলদুনা নোক্লকই। ঐ মসিমদি ইশিন্দবা ইঙম ঙমদ্রে মদুদি মখোযগী মীযোক মীচান অচুম্বা চৎচবা মতৌ, মফমসিগী মীশিংনা চৎলিবা লীচৎ শাজৎ মসিমদি ঐঙোন্দা তোঙানবা মথেল অমনি। মহাক্না অশাউবা অমদি অকন অবিং শীংবগা লোয়ননা মখা তাবকই, ঐ মদু ফাওবা ৱা ঙাংদ্রি।

"মখোয় শাথীনা মোৎপনি। চীংমীশিংসি চপ মান্নবনি। ঐখোযগী পার্টিনা নিংখা তমহল্লবা মতুংদা চাউখৎ থৌবাংগী থবক কয়া পাযখৎলকপনি। হৌজিক্তি মীপুম খুদিংমক মশা মশাগী সাইকল অমমম লৈবে অমসুং ফুবিৎ তুনবা মেছিন লৈবে । মসি মমাঙদা লৈবন্নদগী পুবা হোংলবনি ।"

ঐখোয়গী নুমিদাংগী চাক্লেন্দু Mong Kut Shan গী য়ুমগী মপান্দা লৈবা লৈকোন্দা ওইনা চাবে । য়েক্লাং মথেল অমগী মথংদা অমা ঐখোয়গী মাঙদা থেল্লবে, মদুগা লোয়ননা চাইনীজ ব্রান্দি বোটল অমা। অনকপা মোনাস্তবিদগী লম্বোইবশিংগী

হঞ্জিল হঞ্জিল তাববা লাইশোল তাবি। নুমিৎ খবনিগী মতুংদা অহেনবা খচব খবগা লোয়ননা ঐখোয় Mong La থাদোক্লম্লে। ঐখোয়না পুবা য়াবা পোৎ চৈ চাইনীজ ব্রান্দি, বিস্কুট, অথুম অহাউ অমসুং কেন্তোন্দগী লাকপা বিয়বনচিংবা হাপচিল্লে। ঐখোয় নুমিৎ থোক্লিউঙে মমাঙদা Mong La তুবেলগী অখেনবা জাগাদুদা লাক্লোরক্লে।

ঐখোয়না মোংলা থাদোক্লম্বা নুমিৎ নিনিগী মতুংদা অমুক্কসু খুঙ্গং অমদা চঙলক্লে। ঐনা ঙক্লিবদি মফম অসিদা লৌবু অমতা লৈতে। মফম অসিদা খুন্দাবিবশিংসি Khun Shan ঙাক্কনি। মখোয়গী থবক হায়ববু তুবেলদগী ঙা ফাবগা Mong La দা যোনবনি। মসি নত্রগা ঙমখৈ লাক্লোক্লগা চিনাদা হেক হেক যোল্লি। নুংতিগী ওইনা শীজিন্নগদবা পোৎলমশিং শগোল মথক্তা হাপ্লগা পুনবপা ঙাক্কনি।

শুপলোই হায়বা খুল অসি Nam Loi অমসুং Nam Lam অনিগী ঈতিন্নফমদা তাবা খুল অমনি। নাকল অমদনা উ- পানা পুংকুপ কুপ্লবা চীংশাং পবেং লৈপ্লি। তুবেল অনী অসিনা তম্পাক অসিদা ঈশিং নুংশিৎকী ফিভমদা অফবাওইহল্লি। নুপী, নহা অহলশিংনা তুবেল অদুদা মফি মবোল অমতা য়াওদনা ইকজবি। CPB গী প্লেটুন অমা লাক্লিবদু মখোয থৌশাদে, থোইনা ইকাইবগী মমি তাদে। দিকেদ অমবোমসি শুপলোইদা সবকাবগী লাম্মী অমতগী মশক উবা ফংলক্লি। অহিংদা মফম অসিদা শন্ত্রি পোষ্ট হাংবগী কান্নবা লৈতে। Aye Tan অমসুং ঐ চাইনীজ বিয়ব খব লৌথোক্লগা ফম্মিন্নবি। খব অমনা ঐখোযগী যুম্বুদা পীবে। মখোয খুল অসিদা লৈবা সান ইমুং অমনি। মখোয়না হেন্না খোইদাবিবসি অহাঙবা কৌটাশিংদুনি। মদুদা মখোয়গী চেঙনা শুংবা য়ু হাপ্লগা থক্লবা য়াই, শেগায়দুনা পাকথোকহল্লগা খাংগুম্বসু শেম্বা য়াই মসিদসু নত্তনা কেবোসিন পোদোন ফাওবা শাবা য়াই।

নুমিৎ থোক্লিউঙে মমাঙদা ঐখোয় অমুক খোঙশাল্লক্লে। মথক কুপ্পা অয়াংবা হী মচাশিং শীজিন্নদুনা Nam Loi গী অৱাং থংবা তোববান্দা থুংলুবে। তুবেল তোববান্দা লৈবিবা চীংচেপকী অপাকপা লম্বী অদুগী খুদুং ইন্না চৎলম্মী। ইথা থাজদনা অহিং চুপ্পা তাখিবা নোংনা লম্বীদু চোৎপদা নত্তনা য়াম্না নাল্লম্মী। কবি অমুক হায়নি, ঐখোয়না পোথাফম ওইরিবা মফমদুদা চান থাক্লবা থোং থাকপগী অকংবা শীঙ থিবদা প্রোব্লেম অমদি অদুম্মক ওইবে।

নুমিৎ অসি এপ্রিলগী তাং অমনি। কালেনগী নুংশা হাইগৎলক্লবা মতম অসিদা চীংজাউ অসি লানবা তাবি। নুংশা হাইগৎলকপনা মবম ওইদুনা পুং খবগী মনুংদা চোৎম্না লম্বীশিং কংম্রে। হকচাং পুম্না শাগৎপা তৌবক্লে।

নুমিৎ য়ুংবা মতম অদুদা ঐখোয় লৈতেম য়ান্নবা মফম অমদা থুংলুরে। মফম অদু Mong Wa তম্পাক হায়না খঙনৈ ।

উনা শাবা য়ুমশিংদু কেক্টস পাম্বীনা শম্নলগুম ইকোয় কোয়না থাজিল্লি। ঐখোয়না চৎলিবা লম্বী অদুদা য়ুবী পাম্বীনা পবেং শানা হৌম্লি। অঙাংবা অঙৌবা উবৈশিংনা পাক শন্না হৌবি । কুবাকশিংনা অহাংবা মালংদা মনীং তম্না পাইবি। নহা ওইবিবা মতৈ মনাওশিংনা সাইকল তোংদুনা চৎনরি। ঐনা ঙক্লিবদি লৈফম চাফম ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রবা চীংলক অসিদা মখোয়না অসূক য়াম্না লৈনীংলিবসি কবিগীনো হায়বসিনি ।

ঐখোয়না য়ৌগে হোৎনবিবসি Keng Khan হায়বা মফমসিনি । মফম অসি Mong Wa তম্পাক্তা খাইদগী চাউবা খুলনি। মদু পুং অনীখক্কী অবায়বা খোঙচৎতা য়ৌবা ঙম্লে । ঙাইবম্লিবশিংদুনা বিসেপসন ঐখোয়বু তৌগনি হায়বা কাউখিবগুম তৌবে । CPB গী ইউনিফোর্মদু উবদা লোকেল এদমিস্ট্রেটবশিংদু খব কিতক চাবগুম তৌই । পাংসাংদগী বর্মন ওফিসাব Aye Tan অমসুং ঐ উবদা খব খৌতক চানা উই। ঐখোয় য়ুম অমগী মাঙ্গোলদা কাখৎলে। য়ুম্নুদু ঐখোযগী মথং খোঙচৎকীদমক য়াম্না থুনা থৌবাং তৌকনবা চৎখ্রে । ঐখোয় চাইনীজ ঙমখৈগা য়াম্না নকশিন্ননা লৈবিবা Man Hpai গী লোকেল পার্টি হেদকার্টবদা থুংলুগদবনি। লাম্মীশিংদু হাযনকবা তৌদনা পংখৈ অহুমথোক্লা ঙাক শেনবগী থবক পায়খৎলি। Aye Tan অমসুং ঐ মাঙ্গোলদগী কুমথবক্তে । লোকেল ওফিসিয়েলশিংদু কদাই চৎখ্রবনো অমতা মথোঙ খঙখিদ্রে । ঐনা চিংনবা পোক্লদুনা -

"ঐখোয চৎলসি । মফমসি ফজবা মফমদি ওই, অদুবু চিনা অমসুং সবকাবনা কন্ট্রোল তৌবা সহবশিংদগী লাকপা লম্লোনবাংনা পিক থনখ্রে। মখোয় খবদি ঐবু হান্ননা উখ্রবনি ।

"ঙসি অহিংদি ঐখোয় মফমসিদা পনবনা ফগনি ।" Aye Tan না থাজবা পীবকই ।

"নত্তে, 'দু অফবা ওইবোই । মপালগী মীনা কোয়শিল্লবসিদা কমদৌনা লৈগদৌবিবনো ?"

"মপালগী মী অমতা মসিদা লাক্রোই ।"

"কবি ? য়েংউ কোয়শিল্লিবা ময়ামসে। নঙনা খনববু মখোয়সি Keng

Khan নত্রগা Suphoı দগী লাকপনি সিবা ?" মফি মবোল নানবা লল্লোনবা খবদা খুদোংশ্রী থীন্দুনা হংই । ঐগী অনীংবদু কন্না তকশিল্লি। ঐনা খনবদা ঐ CPB গী টেৰিটোরি রাংমদা লৈবে হায়বসিনি। মমৈথংদদি ঐগী থৌনাদু মাঙলকপগুম তৌবে ।

"নখোয়না খল্লিববু বর্ম্মাদা লৈবিবা অতৈ বিবেল গ্রুপশিংসু নখোয় নশাগী অপান্থগী মতুং ইন্না কন্ট্রোল তৌবা ঙমগনি অসিবা? মসিগী দিসিপ্লিন অসিদি KIA না খনবফাও খনলল্লোই।"

"ঐখোয় লমজিংবা অমা য়াওদনা মখা চখবা ঙল্লোই । ঐ Man Npaı য়ৌগদবা লম্বী খঙদে ।" Aye Tan না ঐগী কম্মেন্দু অশাউবগা লোইননা থবৎ ককথৎলল্লগা মমায় লৈথোকখি ।

"নঙনা Man Npaı গীদমক গাইদ অমা ফংনবদি হোৎনদ্রগা নহা ময়ামসি লানফমদা শিহল্লগে হায়বিব্রা ?"

ঐনা ইকাইবা পীবগুম থোকলমল্লে Aye Tan দু শাউবদুনা ফুক হৌগৎলকই। মহাক ৱাহে অম ফাওবা হায়বমদনা চৎখ্রে। ঐ চুকট অমা থল্লদুনা মাঙ্গোলদা অমুক হঞ্জিল্লগা ফল্লম্মী। পুংখায় অমবোমগী মতুংদা Aye Tan দু হল্লক্লে । খচব পান্নবশিংদু মফমদুদা অদুম্মক লৈবি অমসুং ঐগী বেগশিং অদুসু খচবগী মনঙ্গদগী লৌথদনা অদুম লৈবি।

"ঐখোয় মথংগী খুলদা চৎলসি ।"

য়াম্না থুনমক মাঙ্গোলদগী কুমথবগা, খুত্তা চৈসুঅমা পাযশিল্লগা অৱাং নোংপোক মায়কৈবোমদা লৌবুক শল্লগা লাক্লে। নুপী কাঙলুপ অমা মনাক নকপা ঈচেল অদুদা নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী হৌনবী ঈকজনবম্মী। মখোয় ঐখোয়বোমদা য়েংখৎলকই। অদুম ওইনমক মফি থোংদ্রবা হকচাংশিংদু খঞ্জিন খুমজিনবগী থবক্তি তৌদে ।

মথংগী খুলদু লেকফম চাফমগীদমক্তি Keng Khan দগী হেন্না খুদোংচাদে। লাইশং অমদা কুম্মে তৌবি, খুলগী ময়ায় অদুদা মী ফনা য়াম্না তিল্লম্মী । নৌনা লাইনীং লম্বীদা চঙলক্লিবা নুপা মচা খবনা লোকেল মোনাস্তবিদা চৎনবি । লাইশোল তিনশোন, শবিক খিংবা অমদি দ্রমগী মখোলনা খুল অদু ফাওনা চৎখ্রি। মীওই কাঁওলুপ খবনা খুলগী লম্বীদা জগোই শাবি।

"ফল্লগা ঙাইয়ু ঐ গাইদ অমা ফংনবা হোৎলগে ।" Aye Tan না

মুকম মুকম শোল্লন্নগা খুল মনুংদা চণ্ডব্রগা চিকমাংনব্রে ।

ঐগা খচব শেন্নবাশিং অদুগা হুন্দোকপীবন্নে । নহা অহল য়ুণ্ডাওবশিংনা ঐখোয়গী মপা লাল্লগা চৎনখি। মখোয়গী মবেংবান্দা নোংমৈ অমমম য়াল্লি। CPB গী ওফিসাব খবনা ঐঙোন্দা ব্রা ঙাংলদ্রি ফাওবদি ঐ নার্ভস অমদা লৈবম্মী ।

"নঙ! নঙ কদাইদা চৎকদৌবিবনো ?" মখোয়গী মবক্তুগী অমনা মানা খঙজবা ইংলিসতা হংলকই । মানা ব্রা ঙাংলকপা মতমদা অলকোহোলগী মনমদু ঐগী মায়সিদা হুমজিল্লকই ।

ঐ ফুক হৌগৎলগা মীয়াম মবক্তা চঙশিল্লগা খুলগী লম্বী অদুদা Aye Tan থিরুনবা লাক্লে । মফমদুগী মী খবগা য়ু থকমিন্নদুনা মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈবম্বদু থেংনবে ।

"ঐ পেল্লে মসিগী অপঙবা মীসিগা লোযনবসি । কদাইনো গাইদতি?"

"কবিগীনো নঙনা অদুক শাওবিবা ? মখোয় অফবা মী ঙাক্তনি, চুম্নসুম মতম লেঞ্জবনি ।"

"হে ঈশ্বব ! ঐখোযগী খোঙচৎ অসিদি অবোনবা ওইবা থল্লবোই অসিবা ? ঐখোযবু খুল অসিদা কবি ওইগদৌবিবনো ? মপানগী মীওই চা কযাসিদগী কমদৌনা নাথৈগদৌবিবনো ?"

Aye Tanদু জ্ঞান খব লাক্লমাল্লে মাঙ্গোলদগী কুমথবকই মাগা থকমিন্নবম্না নুপা অমবু মখুৎ নাম্মনা কোল্লদুনা হায়বকই -

"ঐগী মরুপসিনা লম্বী খঙই হায়বে, লাকও ঐখোয় চৎলসি ।"

"হোয় চৎলসি । ঐনা তৌফম খঙদনা হায়বম্মী ।"

ঐখোয Man Npai গী মাঙওইননা লৈবিবা চীংশাং পবেংদু কাখৎলক্লে। চীংগী লম্বী তংখায চল্লকপগী অদুদা য়াম্না নক্না নোংমৈ কাপ্পগী খোঞ্জেল অমা তাবকই । ঐনা ফিংলপ নাকনগী চীংমায়দুদা যেংলম্মী । ঐখোযগী মাং থানা চৎলিবা য়ু ঙাওবা ওফিসাব অনিদুগী মনুংদগী অমনা শগোল মথক্তা তোংলদুনা পিস্তোলদু পাযবগা ঙাউবি ফৈবি হায়বদুনা অহাঙবদা নোংমৈ মরু অমা কাপথোকখি । অমদুনা নোক্লদুনা শগোল মকমদা লৈশিনখি।

"মসি মওং তাবা থবক নত্তে" ঐনা Aye Tan দা হায় "নুপাসিদগী খুৎলাইসি লৌশিল্লু । মহাক নখোযগী ওফিসাব অমা নত্ত্রা ?"

Aye Tan দু কবি অমতা খুন্নক্তে, অদুম ওইনমক মাগী মমায়দুদি

শাউবদগী ঙাংশিল্লে। থুনমক চৎল্লগা নোংমৈ কাপকনবা শগোল তোংবদুগা মরৈ য়েৎন য়েৎন্দুনা লাকপদু ঐনা লপ্পা ঙাইনা ঙাইনা তাবা ফংই ।

“হৌজিক্তি কৈসু তৌববোই, ঐনা মখোয়দা নোংমৈ কাপ্পনবা হায়বে” Aye Tan না মুকম মুকম শোল্লকই - “ ঐখোয়না মখোয়বু থাদোকখিদ্রিফাওবদি কবি অমতা হায়কগনু ।”

মখোয়না মথক য়ৌবকপা মতমদু পুবা মস্মে । ঐখোয় পুন্না Man Npai দা চৎলক্লে । হুই মপৈ অমনা ঐখোয়বু উবদা খোং খোংদুনা তবাম তবাম ওক্লম্মী । গাইদ অদুনা ঐখোয়বু লোকেল পার্টি ওফিসতা পুশিনবীবে । য়ুমদু লৈবাক্তা চেক্কনা শাবনি, লৈমায়দুদি লৈবাক্তি। ফক্লাংশিংদুদা মার্ক্স, এঙ্গেলস, লেনিন, স্তেলিন অমসুং মাওজেদোংগী ফোটোশিং থেৎলি । মফম অসিদা কৈসু থোইদোকপা দেকোবেসন লৈতে । উনা শাবা টেবল অমা চৌক্রি অনি মসিনা কাসিগী লৈতেংনি। অশংবা ফিজোল শেৎপা নুপা মচা অমনা চা অমসুং বিস্কুট পীদুনা সেবা তৌবি ।

“ঐখোয় মফমসিদা লৈথবা য়াদে ” Aye Tan না হায়বকই “ মসি হান্নাগীদুগা চপ মান্নবা মওংনি । মপানগী মীওয় য়াম্না লৈ । মফম অসিদগী কি.মি: তবা লাপ্পা লৈবা অবোনবা কেম্প অমদা ঐখোয় জিপ তোংদুনা চৎপা তাই ।”

“ঐনা ঙসাই পংঙাং ঙাংখিবদুগীদমক নহাক ঐবু ৱাবৌগনু।” ঐনা ঙসাই খোল খবা ৱাংখিবগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লম্মী । “ তশেংবদি ঐবু মপানগী মীনা উখিবা হায়বসে শুকপাম পামদবনি ।”

“ঐ ভাব তাবে ! ঐনা চেকশিনবা খবা ৱাংখিবগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু।”

“ফবে কৈসু খল্লুবনু । ঙসিদি এপ্রিল ফুল নুমিৎ ওইবসিদা ঐখোয় সেবান তুবান পংতৌ তৌনখ্রে ।”

ঐখোয় অনিমক নোকমিন্নবম্মী অমসুং ঐখোযগী উংখৎনবদু তুংদা হন্দোকখ্রবদুদদি ইনৌ নৌনা নুংঙাইবা অমুক ফ্লাওনবে। অকুম্বা কোকথোং অমা থোংগৎপীবন্নগা Aye Tan না পাংসাংদা হনখিবা হায়বসি ঐ পান্নক্লে, মবমদি ঐ লমকেৎ লমহাইবা অতিথি অমনি । CPB না ঐগী ৱাখল্লোনবু খঙবীববদি কবীসু ৱানীংঙাই লৈত্রে। ঐ অসি মখোয়গী পোলিসিদা য়াম্না ক্রিটিকেল ওই অমসুং মখোয়গী ওর্গনাইজেসনগী মবমদা য়াম্না মুন্না খঙবা মীশক অমনি । ঐগী পোৎ- চৈশিংদু খচবদগী লৌথরগা জিপকী [illegible] থংবা

শককুদা হাপচিনবিবে, অদুগা অহিংদুদা ঐখোয় খোঙশাল্লক্নে। লম্বীদু পিকপগী মতীক অতোং অকুৎ ঙাক্তা ঙাই। জিপ অদু থক থক নিকপমখৈ নুং মথক্তা থৌগৎলি। কুইদে, ইঞ্জিন্দু শক্তিং হৌবদৌনা থুৎ- থুৎ ফুৎ মুখোকখ্রে। গাড়ি দ্রাইভবদু Man Npai কেম্পতগী Akhan নুপা মচানি। মহাক্না কুমথদুনা গাড়িদু শেম- শাদুনা য়েংই, মদু কুম্মৈ তাবল্লে। ইঞ্জিন্দু শীজিন্নবা হৌজিকমক্কীদি য়াবগী য়া লৈত্রে। মহাক্না Aye Tan দা ওন্দিল্লগা বর্ম্মিজ মবোন্দা কবিগুন্বা খব হায়খি।

"ঐ কুমথবগা ইল্লক্নে। নহাক্না নঙগী টোর্চতুনা মাঙগী লম্বীবোমদা কাপ্পু। বেটবিসি বেবা অমা কাবে গাড়িগী হেদলাইট শীজিন্নবা য়াববোই।"

ঐনা টোর্চ লাইট অদু লৌথোক্লগা অখুবা লম্বীদুদা ফল্লিবা সীট অদুদগী থোঙনাওদা লীখোক্লগা কাপখি। Aye Tan অমসুং Man Npai দগী য়াওবকপা সিফাই খবগা গাড়িদগী কুমথবগা ইনবা য়াওবকই। খব ঙমথবা মফম অমা য়ৌবক্নে। মফম অদুদগী দ্রাইভব অদুনা চেন্থহল্লগা স্টার্ট তৌনবা হোৎনৈ, অদুবু মায পাকপা ঙমদ্রে। লাম্মীশিংদু অমুক চেনশিল্লক্লগা মনীংদগী ইনবা হৌবকই, মথংগী ঙমথবা মফম য়ৌদ্রি ফাওবা। কান্নদ্রে, হান্নগী হান্না হামু হামু তাবে।মমৈথংদা এক্সিদেন্ট থোকপা যাবগী ফিভম লাক্লবদা ঐনা লাউবম্মী।

"ঙাইখো লেপখো, মসি জুগোৎ চাবা থবক নত্তে।"

"মফমসিদা জিপ স্টার্ট হৌহন্নবা অতৈ অতোপ্পা উপাই অমত্তা লৈতে।"

"খোঙনা চৎপনা ফৈ।"

গাড়ি ইল্লিবশিংদগী কবিগুম্বা পাউখুম অমত্তা লাক্তে। ঐনা টোর্চ লাইটতু মুথৎলগা গাড়িদগী চোংথবক্লে। জিপ খামখ্রে, Aye Tan অমসুং অতৈ গাড়িগী ময়ায় থংবা সিটতুদা ফল্লি।

"ঐনা হাযবিবসিনি" ঐনা হাযবম্মী "ঐখোয খোঙনা চৎসি, নত্রবদি এক্সিদেন্ট শোয়দনা থোক্কনি।"

তৌইগুম্বসুং দ্রাইভবদুনা কন্না হেক্তা মযেৎলে অমসুং লাম্মী অমদা লাউবল্লগা Man Npai বোমদা অমুক হল্লগা চেনখ্রে।

"মসিনা অমুক কৈদৌবিবা ? গাড়ি ইন্নবা মী মযাম অমা পুবগা লাক্কদৌবিজাৎলা ?"

"নত্তে Aye Tan খুন্নকই" মহাক্না হাযবল্লিবসি ত্রেক্তব অমা ফংনবা হোৎনকসি হায়বিবনি।"

উপাই লৈতে, চুক অমা থক্লগা লম্বীগী নাকন্দা ফমথবে । খোঙচং অদুগী অৱা- অনা খুদিং লাইবক্তা শিন্নথোকপদা তাস্ত্রে। ঐ কবিগুম্বা ৱাহৈ অমতা হায়দনা নাপি মথক অদুদা পুং অমবোম ফম্লে। তাঞ্জাদুদা অবাপ্পদগী ঈঞ্জিনগী মখোল অমা তাবকই লোয়ননা হেদ লাইট নাম্মখক থানবা গাড়ি অমা লাকপদু উবা ফংলে । ঐনা খল্লি মসিনা কম্মাই য়ৌদৌবিনো Man Npai দগী খোঙনা চংপগা চপ মান্নদৌবি । গাড়িদু অতৈ নত্তে, tolache নি।

ঐখোয় জিপ্তু থাদোক্লল্লগা tolache কী ত্রেলবদুদা কাখংলে, খোঙচং অদু ওম্থোক্লমক নুংঙাইতবা হায়বদু ওইবে । অহিং নোংয়াই য়ৌদ্রিঙে অদুৱাইদা ঐখোয়গী মাঙদা থাউমৈ মঙাল অমখক উবা ফংলম্মী । মদু লায়বক ফবদগী ঐখোয়না নীংলিবা কেম্প অদু ওইবল্লে। উফুল ৱাইফুল ইতৈ তৈবদুনা ঐ কুমথবে । কেম্পতা লৈরল্লিবা মীওয খবদি ঐখোয় ওইবমগনি হায়বসি লায়না অদুম্মক খঙলম্মী । CPB গী নহা অমনা ইংলিস ঙাংলগা থোবক্লুনা ঐগী খুৎ শোল্লকই ।

"ও, অদোম যাম্না থেঙবীবক্লে । চান- থক্লবা পুং খবগী মমাঙদগী লোইদুনা লৈববনি ।"

ঐ মদুগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোকচবি,ঐখোযনা অদোমবু ঙাইবদা ৱাহল্লে। লম্বীদা অপনবা খব থেংনবক্লে অদুননি ।"

ঐ চান- থক্লবগী মতাংদা অদুক হাক্লা মখা তানা ঙাংনকুদ্রে। কন্ত্রিলিকবদু অচৌবা গ্লাস অমা থকচিল্লগা মাঙদা থেল্লিবা অইংবা চাক প্লেট অমদি ওক থোংবদু মিনিট ৫ গী মনুংদা লোইশিল্লে । অদুগা লৈমাযদা থাবিবা ফক্লুদা অদুম্মক হাইথবে । এপ্রিল ফুলগী হাইবদু তশেংনমক থোক্লুবে ।

মথংগী অয়ুক অঙনবদদি হকচাংসি খব তেকখংলে । ব্রেক ফাস্ট লৌববা মতুংদা Aye Tan চংশ্রে অমসুং ঐনা Hseng Noung অমসুং Hseng Tai লাকপা ঙাইবি । CPB ওফিসাব অমনা হকচাং শেংদোকফম্লি হাযদুনা ৱানা শাবা শঙ অমা ঐঙোন্দা তাক্লকই । মসি চীংমাযগী নাকল Mong Wa তম্পাকলোমদা লৈবনি অমসুং মদুগী ৱাংমদা অচৌবা চীংশাং লৈস্ত্রি। মদুদা বর্ম্মীজ আর্মিনা মেইন্টেস্ট তৌবা আউট পোষ্ট অনী লৈ ।

মাউন্টেন বেঞ্জ অদুগী নোমেন'স লেন্দদা খুন্দাবিবসি Akha কাঙবুনি। মখোয়গী খুঙ্গং মচাসি হীবম কয়াদা শাফবে হায়বা য়াদে CPB অমসুং গোভর্নমেন্ট ফোর্স খুৎ থোক্লবকপা মতমদা থাইলেন্দগী খা থংবা মায়কৈবোমদা হেক হেক লাঞ্জেল্লে। নত্রগা খব শাফগদবা মফমশিংদা চেন্নবি ।

নুমিৎ খবনি হৌগ্রবা তুংদা ইংলিস ঙাংবা ভদ্রলোক অমা ঐবু উন্নবা লাকই । মহাক্কী মমিং চিং টাল হায়না কৌই, মহাক ঐঙোন্দগী হেন্না বাংই। আনোক অমা উক্নী অমসুং মশমদু খোইজু তাই। মাগী সাউথ এশিয়ান মানবা শক্তমদু উকবদা ঐ অহানবদা ঙকলম্মী। অদুম ওইনমক মহাক্না মচা খায়না ফোঙদোবকপদগী খঙবদি মহাক ইন্দিয়ান ওবিজিন বেঙ্গালিনি। মদু ওইদুনসু মহাক মন্দলেদা পোক্লগা মন্দলেদা চাউবকপনি অমদি ইউনিভর্সিটিদা মহৈ তম্নকপা মীশক্নি। মহাক্কী ইংলিস অসুক্কী মতীক নাল্লি অমসুং সান, আখা- বর্মিজ ফজনা খঙই অদুগা বেঙ্গালিদি খব খবদমক ঙাংবা ঙম্মী ।

ইং ১৯৭০ গী ময়ায় চল্লকপদা এজিভিস্টশিং সবকাবগী অবোনবা পুলিসশিংনা ওৎ নৈবগী থক চখবকপদা কিবদগী ইন্সজেন্টশিংনা কন্ট্রোল তৌবা চাইনীজ ফ্রন্টিয়বদা চেল্লকপনি। মাগী মতীক মগুন উবদগী CPB না Medical orderly গী পোষ্ট পীদুনা Man Hpai মনাক্তা লৈবা লোকেল হোসপিটালদা থবক পুহনখি । মতমদুদগী হৌনা অকোয়বসিদা ইংলিস ঙাংবসি মতোমতা ওইখি । মবম অসিদগী অবোনবা বোর্দব কেম্প অসিদা ঐনা লৈগদবা মতম ফাওবা ঐগী ইন্টবপিব ওইহল্লে ।

নুমিদাংদু মাগী যুমগী মাঙ্গোলদা ইবানি ফম্মিন্নে। মাগী যুমদু ঐনা লৈবিবা যুমদুগী মখাদনি। বাজনিটি অমদি সিভিল ব্লাবগী মতমদা মাগা থেংনবকপশিংগী মতাংদা ব্লাবী শানৈ। মহাক বর্মাদ পোকপা ওইববসু বর্মিজ সিটিজনসিপ লোগী মতুং ইন্না ইন্দিয়ান শুথাং ওইবনা মহাক ফোবেনব অদুম্মক ওই। টেক্লিকেলি মহাক স্তেটলেস পার্মন্নি । অদুম ওইনমক মহাক্না ঐঙোন্দা হায় ইং ১৯৭০ গী ছাত্র ময়াম ওৎ- নৈবকপা মতমদুদা মহাক্কী মযাম্বা মনাওশিং কলকাতাদা চেনখি, মখোয় লোইনমক ইন্দিয়ান সিটিজেনসিপ ফংখ্রে।

"মহাক হৌজিক ফাওবা মফমসিদা লৈবি, ঐ খল্লি। অদুবু খঙদে মহাক কবি তৌবিবা কবম্না হিংলিবা ।"

Hseng Noung অমসুং Hseng Tai ঙাইনা ঙাইনা মতমদি অসুম হৌখি। মফম অদুগী খুঞ্জাশিংগী মীৎয়েংদগী নাম্ভোক্লবা ঐ ইমুংদদা লৈবা তাবম্মী। মতম শাংনা লাকপা ঐগী খোঙ খু ঙসিদি লোইশিল্লকপগুম তৌবে। অহিং থেঙজিল্লক্লে, ঐ ঐগী ব্লানা শাবা দেক্স অদুদা কল্লি অমসুং কেবোসিন থাউমৈগী মঙালদা ঐগী দাইবি অমসুং নোটবুকশিং পারি। মমাঙগী মতমদা থোকখিবা থৌদোকশিং মথৎ মথৎ নিংশিংলকই। কোহিমাদা Hseng Tai

পোকখিবগী দ্রামা, মদুদা ব্রাখিবা অমসুং নাগা চীংশাংগী লানফম, কাচিন চীংশাংদা ফংখিবা ঐখোয়গী নুংঙাইবা মীৎকুপ, Hsı-Hsınwan, কোকাং অমসুং wa চীংশাং ফাওদুনা লাক্লগা পাংসাং তাবকখিবা। ঐখোয়না ইন্দিয়াদা মতম কুইনা ঙাইবক্লবা মতুংদা লেন্দ ওফ জেদকী ব্রাংমদা থুংলুবা।

বর্ম্মাগী লান্ন, মাঙহন তাকহল্লবা ফ্রন্টিয়ব এবিয়াশিংগী মতাংদা ঐনা অসুম খল্লম্মী। নিংশিংলি, N'Gum La দা লৈবা অঙাংশিংগী স্কুল বোম্বগী অকিবা লৈবদগী মখোযগী ক্লাস অদু উমং ব্রামংদা চথবম্বা, Wa চীংশাংদা লৈবা Manghseng মনাক্কী অপিকপা খুল অদুদা অযুক অমা এটেক্ট তৌবকপদু ঐ কাউদ্রি, মসিগী মীয়াম অসিনা শান্তি অমসুং তংদু লৈতাবা পুন্সি কদাইদা ফংগনি ।

অহিং অমদি চিং- টানগা মাগী মাঙ্গোলদা ফম্মিন্নবগা ব্রাফম অসিগী মতাংদা খন্নখি। ব্রাফমসি মহাকসু যাই। "ঐনা মন্দলেদা লৈবিডে মতমদা, বর্মাগী শরুক খবদা অসিগুম্বা থৌদোক থোক্তনি হাযবসি ঐ মঙদ ফাওবা খল্লমদে।" মহাক্লা অকনবা ব্রাঙাংগা লোইননা মখুৎ হাইবদুনা Akha গী খুলশিং চাইথোক্তুনা তাখিবা অবাপ্পা চীংশাংগী মাযকৈ ওল্লদুনা হাযবকই - "কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা হায সবকাবগী লাম্মীশিংনা কবিসু নত্তবদা তমথিনা লাযববা প্রজা মযাম অমা হাৎলি। সবকাবগী ফোর্সশিংনা মখোয়বু মাইন বোম্না শৌ শাখ্রবা লৌবুক্তা নমদুনা চৎহল্লি । খুল কয়া মৈ থাদোকই। মীচম কযা মখোযগী পোৎলুম পুহল্লি। ঐ মসি কৈদৌঙৈদসু থাজবমদে। অদুবু থৌদোক অসি মফম অসিদা মীযাম্মা নুংতিগী থেংনবিবা থৌদোক অমা ওইববে ।"

বর্মাগী সিভিল ব্রাব অসি অদুক হাক্লা মগুন লৈনা অর্থ হন্নদে। বিজন অসিদা থোক্লিবা অতৈ আর্ম কনফ্লিক্টশিংদগী হেন্না শাথী হায়নসু লৌনদে। মবমদি মনুং হঞ্জিন্না শোক্লবিবা লানফম অসিগী ঈ- পাউ কনাগুম্বা মপালগী পাউমী অমনা হকথেংনব্ববগা খঙলকপা ওইনা তৌই । মদুসু শাথীববা উমং ব্রামং কয়া ফাওবগা পাউ লৌবগী মথৌ তাবকই। মসিগীদমক ঐখোযগী খোঙচৎ অসি হৌখিবনি অব্রা অনা কযা থেংনদুনসু ঐখোয়গী পোকপদা ঙাযবিবা অঙাংদুগীদমক্তি চেকশিন্দবা য়াদ্রি। বর্মা অমদি মসিগা শম্নবিবা মীযাম পুম্নমক ঐখোযগী থম্মোয়দা কোনশিন্দুনা থল্লি ।

কেম্প অসিদা লৈবকপা নুমিৎ ১০ নি হৌখ্রে। চিংটান অমসুং ঐ মহৌশাগুম মাগী মাঙ্গোলদা ফল্লগা পোত্থাবি। তাঞ্জাদুদা মপানগী অমম্বা শরুক অদোমদগী যাম্না চিকখোন- নাওখোন্ননা নোকমিন্নবগী খোঞ্জেল অমা তাবকই। মসি Hseng-Noung অমসুং অতোপ্পা লৈশাবী অমগনি। মখোয় ঐখোয়না

লৈবিবা মফমদু তম্না কাখৎলক্লি । পিক্লিবী Hseng Tai না ঐবু উবদা মোমোন নোক্লকই । ঐনা মাবু মমাগী সেগাদগী লৌবগা ইতম্পাক্তা পন্নগা অমুক হন্না ফন্নম্মী ।

"ঙসি ঐখোয় জিং হোংদগী লাকপনি" Hseng Noung না মকোক্তু নিক্লদুনা হায়বকই "তশেংনমক ঐখোয়গী খোঙচৎসি চয়েৎনবা হায়বদু ওইখ্রে।"

মহাক বসতা Mong A দগী লাক্লবা হোৎনবজাৎনি। মদুদা চাইনীজ পুলিসশিংনা লম্বীদা থৎলগা আইদেন্টিটি কার্দ চেক তৌবকপনা । মবম অদুনা পাংসাংদা অমুক হল্লগা Hseng Tai গা লোযননা Mong La তান্না চৎখি। মফম অদুদগী চীনাদা লানশিল্লগা বস তোংদুনা জিং হোং ফাওবগা Man Hpai গী মাযোক্লনা লৈবা ঙমখৈ তাননা লাকপনি ।

"ঐ Sai Noom Pan উন্নবম্মী" মহাক্না মখা তাবকই " মহাক্না নঙগী মবমদা যাম্না হাযবকই অদুগা মাইকেল দেভিসসু মফমদুদা লৈহৌই। নহাক যাওদবদা মহাক অসুক্কী মতীক ব্রাহৌই। অদুবু মহাক্না নঙগীদমক মসি থাবক্লিবনি।"

থাইলেন্দগী লাকপা চান- থক্লবা টিন- ফুদ পীক থন্না য়াওবা প্রাস্টিক খাউ অমা মহাক্না টেবলদা পোপ লাউনা থম্মী । মসিগা লোয়ননা নমথোক্লবা ব্লেক এন্দ হ্রাইটকী ফোটো অমা ।

ঐনা হঙ্গামপাল মচু হাইবপ চঙলবা ফোটোদু মুন্না যেংই। মহাক সিভিল ব্রাবদা অব্রাবা তাপ্রবা মীশক অমনি, ঐনা থম্মোয শোক্লা খল্লুকই।

ঐখোয়গী হৌজিক্কী ওইবিবা প্রোব্লেমদি মতৌ কবম্না ঐখোয় চিনা লানশিনসিগে হাযবসিনি। Hseng Noung মতম অমদা হেক্তমক Man Hpai ফাওবগা জিং হোংদা হনখিবা যাগনি। তৌইগুম্বসুং ঐদি নুমিৎ নিনি অমসুং অব্রাং নোংপোক মাযকৈগী লম্বী অমা যেংখিবা তাবি। অদুদগীদি চাইনীজ বোর্দব গার্দ লৈতবা মফম অমদা হেক্তমক ফাওজিনখিবা যাগনি। অদুদগীদি ফ্রন্টিযব মনাক নক্লা লৈবা সান খুঙ্গংগী Ta Mong Long দা ঐগী লম্বী শেম্লে। মফম অদু টুবিস্টশিংগীদমক হাংদোক্লনা থল্লবা মফমনি।

মফম অদুদসু ফত্তবা পাউ লৈবি। "ঐখোযগী চিঠি অমদি পাসপোট ফ্রেঙ্কনা ফংলব্রা হাযবসি ঐ খনবা ঙমদ্রে। জিং হোংদা ব্রাটব ফেস্তিভেলগী টুবিস্ট মযাম অমা লাক্লি। কবিগুম্বা মেসেজ অমতসু টুবিস্ট লোদজগী বোর্দতা থেৎপা উদে ।"

Hseng Noung দু অৱাবগী শক্তোন অমা থঙহৌদনা পুরকই। "ফবে ঐখোয় উপাই অমা তৌদুনা জিংহোংদা চংপা তাই । ঐখোয়না মফমদুদগী স্বেদিস এম্বেসিদা কন্টেক্ট তৌবসি । কবিগুম্বা লোকেল ওথোবিটিনা ঐখোয়বু চেক তৌবক্লবদি ঐখোয় টুবিস্টনি, ঐখোয়গী পাসপোর্ট মাঙখ্রে হায়বসি।"

Hseng Noung মুম্না থক্লি। অদুদগী জিংহোং অমসুং Sip Songpanna গী মেপ অমা পুথোক্লগা য়েংই। মদুগা লোয়ননা লোকেল হার্দ কবেন্সি এক্সচেঞ্জ তৌনবা থম্লবে। মসি টুবিস্টশিংনা হোটেল অমদি টিকেৎকী পৈশা পীবদা চিনাদা লৈবিঙে মনুংদা শীজিন্নগদবনি ।

"মসিনা খুৎলোইবা ওইগনি ।"

মহাক্লা ঐঙোন্দা লগগৈজ আইদেন্টি ফিকেসনগী চেজেৎ অমা পীবকই। মদু কুনমিংদগী সিমাও ফাওবা পাইনবগীদমক্নি। এয়াব পোর্ট জিং হোং মনাক নক্লা লৈ । ঐ ঙকপদা থেংলে ।

"নঙনা মসি কদাইদগী ফংলুবিবনো?"

"ঐনা জিংহোংদা টুবিস্ট থবগা ৱাবী শরুবদগী ফংলকপনি। ঐনা ঐখোয়গী চৎপগী মবমদা ৱাবী শারুই, মখোয় ঐখোয়গীদমক্তদি য়াম্না মতেং ওইখ্রে।"

ঐখোয় মফম অসি থাদোক্লবা থৌবাং তৌবে । Hseng Noung অমসুং Hseng Tai অনিসু জিংহোংদা হনখ্রগনি অমসুং মহাক্লা চংখিবদা ঐখোয়গী ফিলম নোটবুকশিং অমসুং ভিদিও টেপশিংসু পুখিগনি ।

"ঐখোয়না মসি পুম্নমক জিংহোংদা লৈবা মরুপ অমগী য়ুমদা থম্লমগনি। পুম্নমকসি নহাক্লা পুবা তাববদি অফবা ওইবোই। কবিগুম্বা নহাক ফাখ্রবদি চাইনীজশিংনা মসি মৎখ্রগনি অদু ওইববদি চহী অনি চুপ্পা হোৎনজবকপদু লেইনমক মাঙখ্রগনি ।"

ঐখোয় জিংহোংদা অথুবা মতমদা য়ৌনবা হোৎনবা তাই অমসুং Hseng Noung মমা মচা উন্ননবা হোৎনগনি। অহানবদা ঐখোয় টুবিস্ট লোজদা চৎলগা ফ্রেঙ্কনা পাসপোর্ট শাবকপ্রা হায়না চেক তৌরুগনি ।

"পুম্নমক অফবা ওইবগদি জিংহোংদা নহাক্লা অমুক উন্নবিস।"

" পুম্নমক অফবা ওইগনি, নহাক ৱারুগনু। " Hseng Noung না চৎলমদাইদা হায়বম্বনি। মচাদু মনঙ্গন্দা য়াক্লিবা শমদুদা হাপচিক্লে অদুগা

শকউদনা থোক্লগদৌবিবা থৌদোকশিংদা মতেং পাংনবগীদমক বর্মিজ অমসুং চাইনীজ মবোল খণ্ডবী মফমসিগী লৈশাবী অমগা লোয়নননা চংশ্রে। হৌখ্রবা থা খবসিগী মনুংদা অহানবা ওইনা ঐ বুদ্ধি ফকচিনবা হায়বদু ওইববে। অথুবা মতমদা ঐখোয়গী খেঙচং ইমাঙসিদা সোইদনা তাববগনি ।

Chit Tan অমসুং ঐগা লোয়নবা CPB ক্রুপকী সেক্সন অমগা এপ্রিল ১৬ কী নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা কেম্পতগী মপাল থোবক্লে । ঐখোয়না হাথু হাথু Man Hpai থাদোক্লম্লে, পেগোদাগী অকোয়বদা দ্রম থীনবা অমদি লাইশোন তিনশোনগী খোঞ্জেল যাম্না ময়েক শেংনা তাবকই । ওমখৈ অনিগী মীয়াম্না হৌজিক ফাওবা ব্রাটব ফেস্তিভেলগী থৌবম পাঙথোক্লি । ঐখোয়গী খোঙচং অদু কনা অমতনা উখিদনবা ঐনা যাম্না চেকশিন্না হোৎনবম্মী । ঐগী ফ্লিপফ্লোপতু শেৎচিল্লে অমসুং খোঙউপ অদুনা প্রাস্তিক খাউ অমদা হাপচিল্লগা তম্পাক অদু তম্না কুমথবক্লে।

নুমিদাংব্রাইবম্লি, নোং তাবা হৌবক্লে। মসি ব্রাটব ফেস্তিভেলগী হৌনবীনি। চহি খুদিংগী শাবা হৌবকপা মতমসিদা চীংজাও অসিদা নোং হেক হেক তাগনি হায়না প্রিদিক্ট তৌবম্মী । চানকনবনবা, নোংসু তাবকপদগী ঐগী ফিবোলদু লৈখোম ঙাক্তা তৈবে । চৎপদা খুদোংচাদবা অমা ওইবে। চীংচেপ্তা লৈবা অপিকপা Palaung খুল অমদা ঐখোয় অহিংদুমা পনবা তাবে ।

ফেস্তিভেল অদু মফম অসিদসু অদুম্মক মপুং ফানা চৎখিবি। অহিং চুপ্পা থীনবগা লাউবগা খুঞ্জাশিংনা মখোয মশা মশাগী নোংমৈ অহাংবা অতিয়াদা কাপখৎপগী খোঞ্জেলনা পুমনীল নিল্লি। অতিয়াদু লৈচিল থাংবনা থাবলগী মঙাল মুশি মুশি থোক্লি । ঐগীদমক্লি হাযদুনা টিন ফিস অমসুং চাক পুবিবকখি । মদু ফজনা অদুম লৌখৎপা যাই । থীল্লুবা তৌদনা ঐসু চিনাদা ফাওজিন্নবগী মবমদা থবক পাযখৎপা হৌবে । ঐ অনীবকশুবা ওইনা হনবদি পামদ্রে ।

মথং নুমিৎকী খোঙচং অদু চয়োল মবিবোমগী মমাঙদা ঐনা পাংসাং থাদোক্লুনা লাকপদুদগী হেন্না শাংই । উমং ওইবা চীংগী লম্বী অদুদা কন্না হোৎনদুনা চৎপা তাবি । উশিংদগী ঈশিং মবীক চাইথবকপগা লোয়নননা নাপিশিংদু ইচোৎ চোৎলি । ঈচেল অমগী মনাক্তা ঙাইহাক পোথাবিঙে চৈবক্লুদা ঐগী মোজা মনুংদা কাকফৈ ময়াম চঙলম্বদু উবকই । মসি ফওবা খুদম অমনি, মসিনা ঐবু ব্রাহল্লে । ঐনা চেকশিন্না জিব মচা মচাশিংদুদা থুম চাইশিল্লম্মী ।

ঐখোয়না Nam Loi তুবেলদা অমুক হন্না থুংবকান্দা চীংলৈবাক অদুগী লম্বী অদু অসুম অসুম পিকশিল্লক্লে । ঐখোয় Hsopnam হায়না কৌবা

অচৌবা খুল অমদা চণ্ডশিল্লক্লে। মফম অদুদা লোকেল CPB য়ুনিটকী কেম্প অমা লৈ । মফমসিদা হান্না খুন্দারম্বশিং CPB না চণ্ডলকপদগী Mong Yawng অমসুং থাইলেন্দা ময়ুম হোংখি । মসিগী মতাংদা Chit Tan না শন্দোক্লা হায়রকই -

"ঐখোয়গী পার্টিনা কনাগীদমক লেপ্লিবগে হায়বসি মখোয় মমুৎ তানা খণ্ডবা ঙমদে অমসুং মখোয়না ঐখোয়বু কি ।"

Hsopnam দগী উমং ফাওদুনা নোংপোক পাংনা মক্রক মক্রকপা লম্বীদুদা চংশিনবা লেপতে । য়াম্না শাবা মতমগা ওইবা অমদি চংকদৌবা লম্বীদুনা শাংখিবনা ব্বাগদৌবদু উবদা Chit Tan না সাইকল তোংলগা চংনবগী ব্বা হৌদোবকই । ঐনা খুদক্তা অয়াবা পীবম্মী অমসুং Hsopnam দা লৈবা CPB কাদবশিংদগী সাইকল অমমম ব্বায়বে। ঐখোয় তম্পাক অদুগী মতুং ইন্না সান স্তেটকী নোংপোক খম থেংনা থৌগৎলকখি । মদু চিনা অমসুং লাওজগী মবক্তা লৈবা অখুবা খোঙনাও মচা অমা মাল্লি । ঙামথবা লম্বী ওইবনা সাইকল থৌবদা অসুক্কী মতীক নুংঙাইবম্মী । খোংনৎ লৈদ্রবসু পংচেন্দা চেল্লি ।

ঐ মৈশা অদুদি তশেংনমক ফংলে । উনগুম্না ইংলবা সোফ ড্রিং কৌটাশিংদুগী মবমদা ঐ তুমদনা মণ্ড মণ্ডলম্মী। চৎকদবা লম শাংবনা মখোয়না মাঙহল্লিবা মতমদুগীদমক ঐনা মতম পুন্নমক্তা মখোযবু লাকশিন্নবা হোৎনবম্মী। লম্বী লান্দ্রগদি মথংগী নুমিত্তা চিনাদা চণ্ডলগনি। ঐ মসিদা পুক্লিং লুপ্পা হাযবদু ওইবম্মী। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা লৌ লোকখিবদা ঙায়বিবা লৌবুকশিংনা কোয়শিনবা অচৌবা সানগী খুলশিং ফাওদুনা অশংবা তম্পাক অদুদা ঐখোয সাইকল থৌজিললক্লম্মী। তম্পাক অদুগী মোনাস্তবি অমসুং পেগোদা অদু চেক্লা শাই । থওইবীদবদগী ফিভম চাদনা উবে । মফমদুগী মীওইশিংদু য়াম্ন নুংঙাইবগী মওংদি উদে । সহবগা মবী লাপ্পনা লৈ । ঐখোযনা মমাঙদা ফাওদুনা লাকখিবা Mong Wa ভেল্লিদগী হেন্না নাইতোম তানা লৈ। লোকেল CPB টাউনসিপ ওফিসতা ঐখোয় পোত্থাবে। মসি ঐনা বর্মা মনুংদা কোযরুবদা থেংনবকপা Mong Hsa নত্রগা Wan Hsa গুম্বনি নোংচুপ্তা লৈবিবা অচৌবা চীংশাং পবেং অদুনা চিনাগী ঙমখৈ ওইবি।

ঐগী শেংলকপা ফিজোলদু থম্নম্লগা খুলগী গুহাদুদা ইকজথোক্লে। ঐ খণ্ডই ঐগী ফিজোলদু কনানসু পাম্লোই। ঐখোয় চাক অমসুং ববববগুম্বা চিক্কন অদুনা চাক্লেন ওইনবে অদু পুং ৮ হেক তাবগা ফমুংদা হোৎচিল্লে। বর্ম্মাদা ঐগী অবোয় নুমিদাং ব্বাইবমদু মকওইবা অমদি ওইদ্রে।

# সিপজোংপন্না অমসুং হোং কোং

ঘড়িগী এলামদু অহিং নোংয়াইদা খিংলকই। পুং অহুম তুম্নবা মতুংদা হৌগৎলে । হাথু হাথুনা অনৌবা য়্রাউথাংনবা কোবদুবোই এাউজব অমসুং চাইনীজ স্পোর্ট সার্টতু লিংশিল্লম্মী। ঐনা জেকেট লিংশিনবনা ফৈ হায়না য়্রাবেপ লৌবে । অহিংদুদি ইংবা হন্দ্রি, অতোপ্পা অমনা যেংবদা মহৈশাগা মান্নদবা টুরিস্ট অমা ওইনদি উববোই। কেমেবা লেংবান্দা য়ানশিল্লে, Kunming -Simao ফ্রন্টকী শকখণ্ড চে য়াওবা বেগ অদুমসু য়ানশিল্লে। ফক্লাংদা থেৎলিবা মিংশেল অদুদা য়েংলগা ইশানা ইশাবু থাজবা পোক্লে। ঐখোয়না চাইনীজ বোর্দর পেট্রোল অমদা হেক্তমক চেনশিল্লুববদি মখোয়না ইচম চমজববা লম্বী লম্মাংনববা টুরিস্ট অমনি হায়না খনখিবসু যাই। মসিদা প্রোব্লেম অমখক্তি লৈরি, অতৈ নত্তে ঐগী খোঙউপকী মতাংদনি। ঐগী খোঙউপ ফোৎপগী মমিদু হৌজিক ফাওবা মযেক লানা তাবি।

ঐ খঙই Chit Tan না হৌগৎলক্লিবদু কায়নবসি হায়বগী বিদাই পীনবগীদমক্লি। লোইননা নহা ওইবিবা Akha নুপামচা অনিনা Mong Long তান্না ঐবু লমজিংনবগীদমক যুম অদুগী মপান্দা ঙাইবি। লম্বীদা থেংনগদৌবিবা মখল খুদিংগী খুদোং থীবশিং থেংননবগীদমক ঐ শেম শাদুনা লৈবে। নহা অনিসিনা ঐগী ইতেং পাংবীগে হায়দুনা লৈববনিনা ঐনা মখোয় অনিবু কবিগুম্বা হীবম অমতদসু অয়াফমদা লংশিন্নীংদে।

Wan Hsa গী লম্বী মপান ফাওবা Chit Tan না ঐখোযবু থিনদোকপীবকখি। ঐনা মঙোন্দা অচম্বা খুদোল অমখক পীবম্মী, মদুদি ঐনা

পাংসাংদগী পুবকপা কৈসু লৈতবা লীনা শাবা ব্লাঙ্কিং চৈন্তু অদুনি। ঐনা চৈন্তুদু লীবদুনা নুংশিনা মঙোন্দা হায় -

"মসি থমজিনবীয়ু, অদুগা ঐবু নিংশিংবীয়ু। ঐনা থাজৈ মদুদি নুমিৎ খবনিগী মতুংদা ঐ নহাক্কা শোয়দনা উন্নবখিনি।"

"নহাক চেকশিল্লু অদুগনে নহাক্কা ওন্নবদি মফম অসিদা অমুক হল্লকখো।" Chit Tan না লীচৈদু হায়ব হায়বগা হাযবকখি।

Wan Hsa তম্পাক অদুদা Akha নুপামচা অনিদুগী মতুংইন্না লাক্লে। মতম অদু ফাওবা খুলগী মী কনা অমত্তা হৌগৎনদ্রি। ইব্রায ইনিল য়াওদনামফমদুদা লৈবিবা য়ুমশিংদু তুমিন্না লাম্ভোক্লবা হোৎনবম্মী। পুংখায অমবোম চৎলবা মতুংদা মাঙদা লৈবিবা চীং অদু কনবা হোৎনবম্মী। নুমিৎ অদু এপ্রিলগী তাং ১৮ নি। থাজগী ইবং লংবা মঙাল অদুনা ঐখোযবু লমজিংবীবগুম থোক্লম্মী। উমং ফাওনা চৎখ্রিবা লম্বী অদুনা চীংথাকলোমদা হায়গৎখ্রি।

ঐখোয অসুম অসুম কাখৎলকপনা স্ববসি চনীং চমাঙ শম্নবক্রে। ঐখোয কবিগুম্বা খুল অমতসু লাম্ভোবকপা তৌদে। অদুম ওইনমক মনাক অনকপদা খুন্দাবিবা Akha খুলগী লৌবুকশিংদি শমদুনা লাকই। পুং মবী তাবগী অদুব্রাইদা ঐখোয পোখানবগীদমক লেপ্পা তাবে। মাঙদা তাদুনা লৈবিবা লম্বী অদুদি লিলগুম্না মথেক মথেক খোযবা লম্বীনি। চৎমিন্নবিবা Akha নুপামচা অমনা মাঙলোমদা ইলেক্ট্রিক মঙাল মবী মঙা উবিবদুদা খুদোম্বী থিল্লদুনা হায়বকই -

"তা মোং লোং"।

ঐখোয খোঙথাং অমদি থাংজিনবা হৌবে। ঐখোয হৌজিক্তি চিনা মনুংদা চঙলে। পুং অনিবোম চৎলবা মতুংদা গাডিগী অতেক অকায়তনা থল্লবা মফম অমদা ঐখোয য়ৌবক্লে। মফম অদুদা লৌউশিংউবগী থক চখবিবা তম্পাক খব উবা ফংই। ঐখোয় পম্ভুং অদু য়ৌনবা মখা তানা চখবা তাবি। Akha অঙাংশিংদুগী মতুং ইন্দুনা উমং ব্রামং ববব পাম্বীগী উমং কয়া ফাওদুনা চৎলম্মী। মফম অসিদা লম্বীগী মতুং ইন্না খুল অহুমখক থেংনবকই। মতম অসিমক্তি অয়ুক অঙনবদা হৌবা মীওয় খব মমীৎ মমায় তাবম্বা থেংনৈ। ঐনা হাথু হাথুনা কবিসু কান্নদ্রবা তুপীগী থেকৎপা শক্তু মায় তম্না চিংথবগা অয়ুক্কী কৈথেল অদুদা য়েংলুবি। তৌইগুম্নসুং কনাগুম্বা অমতনা ঐখোয়দা পুক্লিং

চঙলকখিদে। শন্না হায়ববদা মফম অসিদা ঐখোয়গীদমক্তি চিংননিংঙাই কবিসু লৈত্রে।

নুমিৎনা মকা লান্না খোবক্লবা মতমদুদদি Ta Mong Long উবা ফংলে। মতম অদু পুং ৭ ৩০ মুক্তি তাবন্ননি। খুল অদু য়ৌগ্রিঙৈদা তুবেলগী ঈচেল অমা থেংনখি। মদুগী মথক্তা ৱাগী থোং অমা লৈবি। মসি ঐঙোন্দগী হেন্না খঙ হৈবা অমনা দিজাইন তৌবন্না তাই । থোং অদু Akha নুপামচা অমনা হান্না লাল্লগা মাগী মথংদা ঐ লাল্লি । তাঞ্জাদুদা ৱা মশিং অনিনা খংখিল খঙহৌদনা ঐগী কেমেবা বেগ অমদি ফিবোল য়াওবা খাওদু তুবেলদা তাথোকখ্রে। Akha অঙাংশিংদু তৌবিবা মতৌদু উবদা বুদ্ধি চমন্নখ্রে। তাঞ্জাদুদা ৱানা শাবা পোলাং য়াল্লদুনা সান নুপী অহুমখক লাকখি। পোল্লাংদু ৱাতোন অমাদা থেংলগা তুবেন্দা তাওথবিবা খাওদু খুনগংপীবন্মী ।

পুং ৮ চপ চানা ঐখোয় কমলা মচুগী বং তৈবা য়োংকী গেট অদু তন্না কাখৎলে। মদু খুলগী অচৌবা লম্বীদুদগী তোঙান্না লৈবি। পুলিস ষ্টেসন অমসু মদুগী মায়োক্তা জাতিগী ফিবাল থেৎলদুনা লৈবি । ঐগী মিহুলসি দং দং চোংলকই । পুলিস অনিখকসু ব্রেক শুইট শেৎলদুনা হঙ্গৎ হন্দা চংতুনা লৈবি । তৌইগুম্বসুং অঙাং অনিদুনা ফাগি জুগাই তৌনবদুনা অনিবক শুনা য়েংলক্তনবা অচৌবা লম্বীদুগী মখাদা হাইথবক্রে । কবিগুম্বা মখোয়না ঐঙোন্দা পুক্রিং চঙলকপা তাববদি লম্মাঙনববা টুবিষ্ট অমনি হায়না উহনবা তাই। নুপা মচা অনিদুনা সবক মখাবোমদা খুদোম্বী থিল্লকই। লম্লোং মবি ফাংবগী অদুদা বস ষ্টেসন অমখক লৈবা উই। ঐনা ঐগী কেমেবা বেগ অদু লেংবান্দা য়ানশিল্লগা চেন্না চেন্না সবক মখাদা কুমথবন্মী। ঐনা লৈথোক্তুনা যেংলুবদা Akha নুপা মচা অনিদু লৌবুকলোমদা হনখ্রগা মশক উখিদ্রে।

বস ষ্টেসন অদুদা থাইনগী মল্লবা বস অমখক হান্ননা মী ঙাইদুনা লৈবন্নে। মফম অদুৱাইগী মী ফনা য়ান্না তোংলন্নে। ঐ খঙলে মদুদি অনি অমদি জিংহোং য়ৌগদবনি, মমাঙদা সাইনবোর্দ অমা থেংলি। ঐনা নংহৌববোই মতাগুম তহা তহানা কাখৎনবা হোৎনবন্মী। মদু উবদা চাইনীজ হনুবী অমনা নোক্লদুনা মাঙদা লৈবিবা টিকেট কাউন্টবদুদা খুদোম্বী থিল্লকই। ঐ অমুক কুমথবগা মফমদু তান্না প্রপ প্রপ চংলগা টিকেট লৌবন্মী অদুদগী গাডিদু তন্না হন্দুনা চেল্লক্রে ।

পুং ১২ তাবমদাই অদুৱাইদা জিংহোংগী ফিবান্দা চঙশিনবা হৌবক্রে। টুবিষ্ট অনিখক মবেংবান্দা কেমেবা য়াল্লগা সাইকল অমমম থৌবদুনা চংখ্রি।

নুপা অনিদু চহি ৩০ গী ওকয়ানি, খোঙ্গ্রাও ফুবিৎ মকক অমমম শেৎ তুপী অমমমসু উপ্পী। বস অদুনা হেন্দোবক্লবদা ঐনা লৈদুনা মখোয় তম্না য়েংলম্মী। খওহৌদনা নিংশিংলকই - মখোয় অনিদু ইং ১৯৮৫ জুলাইদা ঐনা ইহান হান্না দাজলিংদা উখিবা কাউকাসিয়ান মচা অনিদুনি।

জিংহোং বস ষ্টেসন্দনি, ঐ বসতগী কুমথবে,মেপ অদুমা খুত্তা পায়শিল্লগা টুবিষ্ট লোজ তম্না চৎলম্মী। লম্বীদা, বেগ্রিজেবেটব নাকন্দা থম্বা বেন্তুবেন্ট অমা থেংনবম্মী। ঐ চণ্ডশিন্দুনা অইংবা খব লৌবগা থকচিল্লে। কৌতা অহুম মথং মথং থকচিনবদুদা দুকান মপুদু ঐঙোন্দা হাইফেৎ নোক্লকই। কি মি চাম্ম লাকপগী অব্রাবদু পুম্বকোর্ক হেক কোক্লে।

টুবিস্ট লোজগী নোটিশ বোর্দ অদুদা কবিগুল্বা মেসেজ অমতা থেৎপা উদে। ঐখোযগী মকুপ্তু থুংলদ্রিব্রা খণ্ডদ্রে। ঐখোযগী পাসপোর্ট অদুবু মাঙখ্রবজাৎলা নত্রগা হোকোংদা অদুম্মক লৈবিবজাৎলা মথোঙ খণ্ডদ্রে। অহানবা ঐগী এজেন্দাদু মুখৎপা তাবে। অনিশুবা এজেন্দা অদুদি থাজবা যাবা টুবিস্ট খব থিব অমসুং মখোযদা ঐগী মকওইবা বেগ খবসি শিন্নবা অসিনি, পন্থবা তৌদনা বিসেপসন্দা নোংচুপকী মীযাম লৈবিবা অদুদা চণ্ডশিল্লম্মী অদুগা মখোয়বু কদাইদগী লাকপনো হাযনা হংলম্মী।

"ঐখোয় Dutch নি" কাঙবুদুদগী মপুক ফবা নুপাদুনা পাইপ অমা ফৎ-ফৎ চিংলদুনা হায়বকই।

"হোং কোং নত্রগা বৈজিং চৎপীগদব্রা ?"

"অনিমক অমতা নত্তে, লাসা নত্রগা কাঠমন্দুদা। নহাক খণ্ডব্রা কাঠমন্দুগী কবম্বা জাগাদনা লৈবদা হেন্না নুংঙাইবগে ? নত্রগা নিউ দিল্লিগী কবম্বা মফমদি নুংঙাই ? ঐখোয নুংঙাইগদবা মফম অমদা চৎকদৌবিবনি।"

ঐগী নীংবা কায়বদু মখোযদা উৎনবা হোৎনকদ্রে। ঐনা নিউ দিল্লিগী হোটেল খবগী মমিং হায়বা নত্তনা ঐ কদাইদগী লাকপনো হাবদুমদি তাকথোক্লে। ঐ মাগী চুরুটকী নুংশিববা মনমদু তাবা ফংলকপদা লৈথোক্লগা হায়কই -

"ব্রাবৌবীবা য়াদে, অদোমগী হীদাক মনাদু খজিক্তং ফংবা য়াগদ্রা ?" ঐগী পাইপতু পুথোক্লগা মৈখুদা লাইচুববা মী অমনি হায়বদু উৎলি।

"কবিগী য়াবোইদগে। নহাক চিনাদা মতম কুইনা লৈবক্লবা মীশক অমনি। ঐ ভাব তাই নঙোন্দা কবি ঈথিল খাওবগে হায়বদু।" মহাক্লা

ঐগোন্দা Amphora Gold পেকেট অমা লানশিল্লকই।" মসি থমজিল্লু। ঐগীদি কাঠমন্দু নত্রগা নিউ দিল্লিদগী ভাবিদা ফংবা য়াই।"

ঐ মানা হায়বিবদু থাজে। ঐনা হীদাক মনাদু পাইপ অদু থন্না হাপচিল্লগা চমদুনা থকপা হৌই। ঐ মসিগুম্বা হীদাক মনাসি চহি অনিগী মমাঙদগী মহাউ তংবা ফংদনা লাকপনি। ঐনা মহাকপু থাগৎলন্নগা টুবিষ্ট লোদজ অদুদগী মপান থোবক্লে অমসুং কদাইদনো খঙদনা চৎলম্মী। জিংহোং পোষ্ট ওফিস মপা যৌবকপগী অদুব্রাইদা কনাগুম্বা অমনা ঐগী মিং পন্দুনা কৌবকপা তাখিবম্মী।

"বর্টিল।"

মহাক Hseng Noung নি। Hseng Tai মথাদা পল্লি অমসুং মাগী মকুপ Man Hpai দগী লৈশাবীদুগনি।

"লম্বীদা থোইদোকপা খুদোংথীবা থোক্কেকো ?"

Hseng Tai বু মমাদগী লৌবগা চেজেৎ কোনশিল্লম্মী। ঐনা মখোয়দা অহিংগী অশাংবা খোঙচৎ অমদি বস মনুংদা ঐবু মীনা চিংনখিদনবা হোৎনবকপশিংদু লীদুনা তাহল্লি। Hseng Noung জিংহোংদা নুমিৎনিনি ঙনখৎনা লৈবল্লবনিনা অকোযবগী মওং মতৌ অয়াম্বা খঙলে। টাউন্দগী লাপুনা লৈবা পিক্তকপা গেস্ট হাউস অমদা ঐখোয চৎমিন্নবে। মফম অদুদা ঐখোযগী পোৎ চৈ পাযবীবা ঙমগদবা থাজবা যাবা টুবিস্ট থিবা তাবি।

গেস্ট হাউস অদু সানগী চৎনবীদা শাবা বিল্ডীংনি। বিল্ডীংদুগী মখাদা রেস্তরেন্ট অমসু লৈবি। মফমদুদা ঐখোযনা চাক অমদি ওকশাগী মথেল পুবক্লবা হাযবম্মী। মদুদসু নত্তনা সানগী চৎনবীদা থোংবা য়েক্সাং মথেল খবসু যাওহল্লম্মী। মথংগী টেবলদুদা ইউরোপিয়ন নহা অনিখক ফল্লি। খ্বাইদগী লায়বক ফবা অমনা মখোয় অনিমক স্বেদিস মবোলদা ব্রাবী শানবম্বদুনি। খুদোং চাবদু নাম্থোকহল্লবোই হাযনা ঐ লেপ্লে।

মখোয় অনিদা ঐ ইশামকপু শক তাক্লগা মখোযগী টেবল মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফল্লম্মী। তাঙ্গাদুদা ঐগী কোক্তা ব্রাখল অমা ফাওবকই মদুদি স্বেদিস লোলদা ঙাংনবনা ফবে অদু ওইববদি অকোয়বদা লৈবিবা মীশিংনা তাববসু খঙলবোই, ময়ামনসু চিংনবা পোক্লবোই।

"ঐহাক অসি ইচম চম্বনি হায়না খনবীয়ু।" ঐনা হায় "ঐগী প্রোগ্রেম মচা অমখক লৈবে, মসি অদোম্মা মতেং পাংবীবা ঙম্বা যাই। ঐহাক অসি

জর্নেলিস্ট অমনি অমসুং ঙসি অয়ুকসিমক বর্মাবোমদগী লানশিল্লকপনি। তশেংবদি ঐ আইন্না য়াদবা মওংদা মফমসি য়ৌবকপনি অমসুং কবিগুম্বা অমদগী হেক্তমক পুলিসনা ফাখিবসু য়াই। অবোনবা রাফমদি অসিনি, ঐগী নোটবুক খব য়াওবি। কবিগুম্বা ঐ ফাখিবা তাববদি পুম্নমক অসি অমুক হন্না ফংবা ঙম্নবোই। মবম অসিনা য়ামদ্রবদা বৈজিং নত্রগা হোং কোং ফাওবদং পোংশিং অসি পুবীদুনা ঐগী ইতেং শাংবীনবা কনাগুম্বা খব পামজে ।"

"নহাক মফমসিদা কমদৌনা য়ৌবকপনো ?" অমনা হংলকই।

"বর্মাদগী খোঙনা লাকপনি।"

"অদুগা মতৌ কবন্না নহাক মফমদুদা য়ৌকবিবা ?"

" ঐ ইন্দিয়াবোমদগী চৎপনি। ঐখোয় চহি অমা মখায়বোমগী মমাঙদা ইন্দিয়া অমসুং বর্ম্মাগী ঙমখৈ লাল্লকখি ।"

"ঐখোয় ? নত্তে মফমসিদা নহাক্কী মী অতৈসু য়াওবিরা?"

"ঐগী নুপী অমসুং ইচানুপী অমগনি ।"

"ইন্দিয়াদগী ? অদুদি নহাক ত্রেন নত্রগা বস তোংলগা লাকপ্রা ?"

"নত্তে, খোঙনা লাকপনি।"

"বর্ম্মা চঙনবগী ভিসাগী মতাংদদি কমদৌবা ?"

"ঐখোয় অমতা পায়দে । ঐখোয় গেবিলা গ্রুপ অমদগী অমা মথং মথং মখোয়না পুবগা চৎপনি ।"

মখোয়গী ঙকপদু হেনগৎলকই, পীশুমদু থাঙ্গৎপগুম তৌবক্লে। ঙাইহাক্তি তুমিন তুমিন লৈনৈ। মখোয় অনিগী মনুংদগী চহি খব লৈশিনবদু চহি ২০ মুক শুবন্ননি নহা ওইবীবা ছাত্রনি। মাগী মমিং লাবস কৌই । মখোয অনিবু তশেংনা শুমজিল্লবা মতুংদা মমৈথংদদি ঐগী ইতেং পাংবা য়াবে। মখোয় মতম অমদা হেক্তমক হোংকোংগীদমক মফম অসি থাদোক্কনি হায়বা খঙলে।

Hseng Noung ইবানি বেগ থন্নম্বা য়ুম অদু তম্না লাক্লে। অদুদগী পুং ৩ তবা মতমদা ঐখোয় থৌবাং লোইশিল্লে অমসুং Lars কা উন্নবে। মাগী লোইনবা Anders কৌবা নহাদু পোষ্ট ওফিসকী মপান্দা লৈবি। মাসু চঙশিল্লক্তুনা মখোয অনিমক ঐখোয়গী নাকন্দা ফমথবকই। বেগ অদু ঐগী নাকন্দা লৈবি। মিনিট খব লৈবগা মখোয় চঙনবগীদমক হৌগৎলক্লে অমদি Lars না বেগ অদু তাপ পায়বগা থুনা য়াঙনা চঙ্খ্রে।

ঐখোয়গী মকওইবা প্রোগ্রেম অমা হৌজিক্তি লায়খায় তাবা ওন্নে। মথংগী খোঙথাংদি বৈজিংদা লৈবা স্বেদিস এম্বেসিগা কন্তেক্ট ফংনবা পুলিসকী খংন-চৈনা থোক্তি ঙৈদা হোৎনবনি। নুমিৎ অসি এপ্রিলগী তাং ১৮ থাংজ নুমিৎনি। মসিগা লোয়ননা জিংহোং পোষ্ট ওফিসকী হেক মথংদা লৈবিবা টেলিফোন এক্সচেঞ্জ অদু তম্না কুমথবক্নে। বৈজিংদা লৈবা স্বেদিস ওফিসিয়েলশিংগী নম্বর ময়াম অমা ত্রাই তৌদুনা য়েংলে - অদুবু কান্নবা ফংখিদে। ঐনা য়াওবিবা চাইনীজ কবেস্তিদু মশীং থীদুনা য়েংই। হৌজিক ঐখোয়গী খুত্তা লোকেল কবেস্তি Yuan চাম্মবোমদি লেঙদনা লৈবি। মসিনা জিংহোংগী গভর্নমেন্ট গেস্ট হাউসতা লৈবদি কোন্নখিনি।

ঐখোয়না বাবেপ্পবে মদুদি বেঙ্কোক্তা লৈবা ঐখোয়গী মরুপশিংদা ফোন তৌবা তাই। মখোয়না ঐখোয়গী অৱাবসি খঙবী উবীববদি মতেং খবদা ওইববসু শোয়দনা পাঙলক্কনি। অদুদগী ঐনা অহানবা ওইনা ঐগী লোইনবা অমদা কোল তৌদুনা যেংই, অদুগদি মশক খঙদবা কনানো অমনা থাই মবোলদা বিসিপ তৌবকই। ঐনা মরুপ্তুগী মবমদা ফনা য়াম্না হায় অদুবু বোং নম্বর হাযবম্লগা অদুম্মক থমখ্রে। থাইলেন্দগী টেলিফোন ওর্গনাইজেসন্না ইং ১৯৮৫ দা বেঙ্কোক পুম্বগী ওইনা নম্বর হোংদোক হোংজিন তৌখ্রে হায়বদু হৌজিক্তা নিংশিংলকই। ঐঙোন্দা যাওবিবা নম্বরসিদি থাইনগীনিনা কবিসু কান্নদ্রে। ঐগী এদ্রেস বুক অদু হাংদোক্লগা কনাগুম্বা ঐগী খঙনা চান্নখিবা মরুপ মপাং অমা লৈখিব্রা হাযনা থিনবা কন্না হোৎনবম্মী। মমৈথংদা লাইনা পীবা হাযবদুনি মহাক্কী নম্বরদু ইং ১৯৮৫ মার্চ থাদা বেঙ্কোক থাদোকলমদাইদা ঐঙোন্দা পীবকপনি। ঐনা নম্বর অদুদা উংদুনা যেংই। ইথা থাজনা হেক্তমক ফংলে। "সিবু claes বা ?" ঐনা অবোইবী খোঞ্জেল থাদুনা লাউখিবনি। ঐনা লাউখিবা খোঞ্জেল অদুগী হল্লকপা খোম্থাং হৌজিক ফাওবা যৈবি ফক্লাংদা।

"হোয খুমজবি, কনানো ঙাংবীবক্লিবসিবু ?"

"ঐ বার্টিলনে" ঐনা স্বেদিস লোন্দা অসুক হন্না লাউখিবম্মী।

"কনানি হাযবা ?"

"বর্টিল, বর্টিল লিস্টনব ? ঐনা হাযবিবসি নঙ তাবব্রা ?"

"হোয় তাবেনে, অদুবু কনানো নঙবো অলবর্টলা ?"

"নত্তেনে, ঐ বর্টিলনে বর্টিল।"

ঙাইহাক্তি তুমিল লৈখি। ঐনা খল্লি ঐবু পাউ ফাউনববোইদ্রা ?

" Nu hur jag" ঐ হৌজিক্তি ভাব তাবে । খোঞ্জেল অমা অমুক তারকই। মহাক মশানা মশাবু মুন্না খন্নজবগা হায়বকপা মাল্লি ।

"Lever du ?" নঙ হৌজিক ফওবা হিংলিব্রা ?"

"হোয়, ঐ হিংলি । ঐ নহাক্কী নতেং পাম্মী । ঐখোয় আইনগী বাংমদা চিনা লাকশিল্লক্লে । মবক অসিদা বৈজিংদা লৈবা স্বেদিস এম্বেসিদগী অচৌবা মতেং অমা দবকাব লৈবে । নখোয়না বেক্কোক ফাওবগা মখোয়গা কন্তেক্ট তৌবা ঙমগদ্রা ? মসি য়াম্না থুবা বাফম অমা ওইববনি ।

Claes, মহাক ঐখোয়না বেক্কোক থাদোক্লিঙৈ মমাঙ ঐখোয় কদাইদা চৎকদৌবীবনো হায়বসি য়াম্না মুন্না খঙবা মীশক অমনি । মসিগা লোয়ননা ঐঙোন্দা থৌদোক অসিগা মবী লৈননা য়াম্না মুন্না হংলকই ।

"নঙবু কদাইদা লৈবগে ? "

"জিংহোং য়ুন্নান। ঐ সবকাবনা চালাইবা গেস্ট হাউসতা লৈবি। অদুগা ঐ বৈজিংদা লৈবা এম্বেসিদগী পাউ অমা লাকপা ঙায়বি।

"জিং হায়ববু কবিনো ?"

"জিংহোং ! জিং- হোং ভাব তাবব্রা মসি য়ুন্নান্দা লৈবা লম অমনি।" লাইও অসুক্কী মতীক ফৎখিদে। মতৎ মতৎ হেক তৌবদনা । ঐনা থাবা মেসেজদু মবীবক হন্দ্রবদি য়াদে । লায়বক ফবা অমনা মদু স্বেদিস লোলদা ঙাংনবশিনা কনানসু খঙবা ঙমদবদুনি ।

অমুক হন্না মখোয়না টেলিফোল তৌবকপা ঙাইবা ওইনা টুরিস্ট লোদজ অদুদা অমুক হল্লগা ফমদুনা ঙাইকবে । বিসেপসন্দা লৈবম্না চাইনীজ লৈশাবীদুনা ঐনা কবি পাম্বগে হায়না হংলক্লম্মী। ঐনা মচা খায়না হায়বম্মী মদুদি ঐখোয় পাস পোর্ট মাঙখ্রে মদুগীদমক বৈজিংদা লৈবা স্বেদিস এম্বেসিদা পাউ পীখ্রে। মদুগী পাউদু ঙসি অহিং অথেঙবদা শোযদনা হল্লক্কনি।

বিসেপসন কাদা ঐখোয় পুং খব ফমদুনা লৈবে । ঙাইহাক ফম্লবা মতুংদা টেলিফোন্দু য়াক্লপ খিংলকই, মদু ঐগী ওইবম্মী। পায়খৎলুবদা claes ওইবম্লে মহাক্না হায়বগী মতুংইন্না বেক্কোক্কী এম্বেসিদা দিউটি ওফিসাবদা হায়নবগা বৈজিংদা পাউ পীখ্রে হায়বসিনি, ঐখোয়গী কেশ অসিদা থব্রায় য়াওনা হোৎনবীদুনা ঐখোয়না পাংসাংদগী ইখিবা লেটব অদু বৈজিংদা থুংখ্রে মবম অদুনা মথংগী পাউ অমা ফংদ্রি ফাওবা টুরিস্ট লোদজদা অদুম্মক লৈখো হায়বা ওইবম্লে ।

লায়বক ফবদগী চাইনীজ ইন্টবপ্রিটব অমা ফংবা ঙম্লে । মহাক্না বিসেপসনীস্তা ঐখোয়বু লোদজদা চেক ইন তৌনবা ফোন্দা হায়বকখি । এম্বেসিগী মীওইশিংনা বৈজিংদগী ঐখোয়গী পাসপোর্ট পুদুনা লাক্লে, ঐখোয় মখোয়বু ঙাইবা তাবি। মহাক্না হায়বকপনি। অদুম ওইনমক ঐখোয়না ফোবেন এক্সচেঞ্জ সার্টিফিকেট পায়দ্রিঙৈ মতম ফাওবগী হোটেলগী বীলদি পীথোক্লম্বা তাবি।

মথংগী নুমিৎ অদু নোংমাইজিংনি । মবম অসিনা ঐখোয় জিংহোংগী য়েংবা য়াবা মফমশিং য়েংবা চৎলম্মী, লমজাওগী দুকানশিং অদুগী মনুংদা অমদা চঙলগা Hseng Tai গীদমক অবীবা মখলগী Push chair অমখক য়েংলম্মী। নুমিৎ অদুমা অতে অতোপ্পা ফোবেনব টুরিস্টশিংগা লোদজ অদুদা মতম লেল্লে। বিলদিং অদুদগী য়েংবদা মফম অদু অসুক্কী মতীক ফজখ্রে। মেকোং তুবেলনা জিংহোংগী তম্পাক ফাওদুনা নিংঙাইদনা চেম্থিব্রি।

বৈজিংদা টেলিফোন তৌবা হাযবসি ঐগী নোংমগী ইথৌ ওইবে। ঐখোয়গী আইন কাযনা চঙলকপগী ঈ পাউ চাইনীজ ফোবেন মিনিষ্ট্রিনা ফংখ্রে। য়ানবা অমা পুবক্লবা কন্না হোৎনববসু মতমদি খব চঙখিবা তাবি। মসি য়াম্না মীৎশিং নাশিংবা হৈশিংবগী দবকাব ওই । এম্বেসিনা চিংনবা লৈতনা ব্রায়েল চুম্না থবক পাযখৎপীববদি ঐখোয়বু অমুক হন্না বর্ম্মাদা হনখিনবগী থবক্তি তৌবক্লবোই ।

এপ্রিল ২৩, শগোলশেল নুমিৎনি। ঐনা বিসেপসন লান্না চৎলুবদা ইউনিফোর্ম শেৎপা পুলিস মবীখক্লা হোটেলগী লেদজব চেক তৌবম্ব থেংনকই । বিসেপসনিস্ট অদুনা ঐবু উবদা কৌশিল্লকই । ঐনা অহানবদা খল্লম্মী- বৈজিংদগী ক্লিয়াবেন্স লাক্লম্বা তাবে হাযনা, "নহাক্লা বর্টিল লিন্টনব হায়বিবসে ?" পুলিস নুপী অমনা ঐঙোন্দা হংলকই ।

"হোয়, মানি।"

"নঙ নুপীগা বর্মাদগী লাকপ্রা ?"

"হোয়, মহাক মফম অদুদা পোকপনি । হৌজিক মহাক স্বেদিস ট্রাভেল দোকুমেন্ট পায়বে ।"

"জানুয়াবি ২২ দা নহাক Meng A লাম্থোক্লবা হোৎনখিব্রা ?"

"হোয়, মদু অচুম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি ঐখোয় মফমসিদা লৈবে। ঐখোয়গী কেশ অসিগী মতাংদা নখোযগী সবকাব অমসুং ঐগী সবকাবগা

লোয়ননা বৈজিংদা ৱা খন্নবি। মখোয়গী হুকুম অমা ঙাইবা নত্তনা ঐখোয় মফম অসিদা কবিসু তৌবা ঙমদে ।”

ঐ খব শাফগদৌবমাল্লে খন্দুনা স্বব অমা শাংনা হোন্দোকই অমুক মখা তানা হংলকই - মাগী ইংগ্রাজিদু মওং অমা ইতা তাদে ।

“নঙ চিনাদগী পার্মিট যাওদনা লাকপ্রা ?”

ঐনা বৈজিং বিভিযুগী কপি অমা পুথোক্লগা বিসেপসন দেস্কতা থম্মী। পেজ খব হায়দোক্লুবদা চাইনীজ ফোবেন মিনিষ্ট্রবগী ফোটো অমা থেংনৈ ।

“*ঐগী সবকাবনা মীশক অসিগা ৱাবী শান্নবি ” ঐনা ফোটোদুদা* খুদোম্বী থিল্লদুনা হায় “মহাক্না কবি তৌগদগে হায়বদু ৱাবেপ অমা শোয়দনা পীবগনি। ঐখোয় মহাক্কী হুকুম ঙাইবিবনি ।”

নুপী পুলিসতুনা ঐঙোন্দা চিংনবা মীৎযেংনা যেংলদুনা হায়বকই -

“*নহাক পুলিস স্তেসন্দা লাকউ ।*”

ঐ মদুনা ফবে হায়না খল্লে । পুলিস স্তেসন্দগী স্বেদিস এম্বেসি অমসুং ফোবেন মিনিষ্ট্রি অনিমক কন্তেক্ট তৌবা ফংলগনি। মহাক্না কম্থা কবেংননা হায়বকই -

“*ঐগী ইতুং ইল্লকউ । ঐখোয় মফমদুদা ফোন তৌকবা তাই ।*” মতাং অসিদা ঐনা ঐগী কাদা হল্লগা চে চাং লৌকনবা অমসুং ঐগী নুপীদু পাউ পীবম্নবা অযাবা অমা পীবীনবা হায়জবম্মী । ঐগী হায়জবদু মহাক্না য়াবীবে ।

“পুলিসনি,” ঐনা কাদা হাথু হাথু চঙলগা হাযবম্মী - ‘মখোযনা ঐবু পুলিস স্তেসন্দা পুবগা ৱা হংবা পাম্লি । কবিগুম্বা ঐহাক পুং ৫ ফাওবা হল্লক্রুবদি বৈজিংগী এম্বেসিদা ঐখোয অৱাবা তাবে হায়দুনা ফোন তৌখো ।’

Hseng Tai হৌজিক ফাওবা ফমুংদা তুম্নল্লি, মমানা ইপা পাখৎনা এম্বেসিগী ফোন নম্বরদু মাগী নোটবুক্তা ইশিল্লি ।

“ফবে, নিংথীজনা লৈবম্মু। মখোয়না কবিগুম্বা শীংনবকপা তাববদি নহাক্কী নথৌনা হনগনু । হেন্না ফত্তবা থবক তৌবকপসু য়াই ।

পুলিস স্তেসন্দা ঐবু ৱাহং পাউহং তৌবগী থবক অদু পুং অনিবোম চথে । মবকসিদা খুদোং চাদবা লৈবিবসি লোলগী মতাংদনি। নুপী পুলিস অদুখক্তনি ইংগ্রাজি খব খব ঙাংবা ঙম্লিবসি। মদুসু মথোং চাবা ইংগ্রাজিদি ওইদে। ঐখোয় মাগী চাইনীজ ইংলিস দিক্সনবিদুদা অমুক অমুক য়েংবগী তাঙাই

যন্দবা লৈবে। মবম অসিনা অবায়বা হেক্তা খণ্ডবদা ব্রাবোইদবা লোললোমদা ওইনা ঙাংনবা তাবি ।

"নঙগী নুপীদু বর্মিজবা ?" মহাক্না অমুক হন্না হংলকই । মখোয়না ঐবু বর্মাদা অমুক হলহল্লবোই হায়বসিমদি ঐ অদুম্মক থাজবি । অদুম ওইনমক Hseng Noung সি লৈবাক অদুগী সিটিজননি হায়বা খঙখিবা তাববদি অন্নাবা খবদি মায়োক্লববা য়াই ।

"নত্তে, মহাক বর্মিজ নত্তে। মহাক সাননি, Tai সিপসোং পন্নাদা লৈবিবা মীশিংগা অমতনি । তৌইগুম্বসুং মহাক হৌজিক্তি ম্নেদিস পাসপোর্ট পায়ববনি ।"

পুলিসমেন অমখক নাকন্দা ফম্লগা ইশিন খোংচিনবগী থবক কন্না তৌবি। ঐখী ব্রাদু তাবদা খঙহৌদনা য়েংখৎলকই অদুগা সান লোন্দা হায়বকই-

"মে শু পেন টাই হা ? শু লাট গ্নাস টা হা ?" নঙগী নুপীদু সানলা? নঙ সান মবোল ঙাংবা ঙন্না ?

"হৌ লট গ্নাস টাই ইট- ইট, খা ।" ঐনা খুন্নম্মী। ঐ ঈ- পাউ ফাওনব ফাওবদি ঙম্মী । ঐনা মাগী ব্রাহংশিংগী পাউখুম পীবম্মী। মেপ অমা পুখোক্লগা ঐখোয়না অন্নাং থংবা বর্মাদা চঙলকপগী লম্বীদু খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লম্মী।

সান পুলিসমেন্দুনা চুরুট অমদি চা কৌবগা পীথক্লে । হৌজিক্তি টেল্দন্দু খব নেমথবে। বৈজিংদা ওথোবিটিশিংনা ঐখোয়গী কেশ অসিগী মতাংদা কুপ্না খন্ন- নৈনবিবদুগী মতাংদা শন্দোক্লা হায়দুনা খঙহল্লে । মহাক ঐবু খব থাজবগুম তৌবে অদুবু পুবা নাখে শেংবদি নৎত্রি ।

"ফবে, নহাক্কী ভিসা য়াওদবনিনা টুরিস্ট লোদজগী কম্পাউন্দা লেংদনা লৈগদবনি । মফমদুদা দুকল অমসু লৈবনি মদুদগী নঙগী দবকাব লৈবা পোৎ লৈবা যাগনি অদুগা বেস্তবেন্ট অমসু মফমদুদা লৈবনি। মফম অদুদা মথংগী ইন্সএক্সন অমা ফংদ্রিফাওবা লেংদনা লৈয়ু । নহাক মপান খোকপা য়াবোই অমসুং কনাগুম্বা ফোবেনব অমতগা কেশ অসিগী মতাংদা ব্রাবী শাবা য়াবোই। "পুলিসমেন অদুনা অবোযবা ওইনা সান লোন্দা ঐঙোন্দা পাউতাক পীবকই ।

ঐ পোত্থাবা খব ফংলে । নুপী পুলিসতু থোৎপ মেংবা হৌবক্লে। মহাক্লা নোকমি নোকমি অঙাংদুগী মবমদা ঐঙোন্দা হংলকই । ঐনা মথং

পুলিস স্তেসন্দা লাকপদা অঙাংদু শোয়দনা পুবক্কনি হায়না মঙোন্দা থাজবা পীবম্মী।

ঐখোয় মতম খবদি টুরিস্ট লোদজগী কম্পাউন্দ অদুদা লেল্লে। ব্রাহং পাউহংনবগীদমক ঐবু পুলিস স্তেসন্দা হেক হেক কৌবকই । অদুবু ফল তাবদি ইঙম ঙন্নমদে । এপ্রিল ২৫ থাংজ নুমিৎকী অঙনবা অয়ুক্তি। লোদজগী মপান্দা জিপ অমা থৌজিল্লকপগী মখোল তায় । ঐনা থোঙনাওগী পর্দা হাইগৎলগা য়েংলম্মী অমসুং নুপী পুলিস নহা ওইবিবী অদুগা সান ওফিসাবদুগা লোয়ননা লাক্লিবদু উবম্মী। ঐনা মপান থোক্লগা কবিগীদমক লাকপনো হায়না হংই -

"নহাক্কী পোৎ- চৈশিংদু থুনমক য়োমশিল্লো। ঐখোয় থুনমক Kunming দা চৎপা তাবে ।"

মিনিট মঙামুক চঙনা ঐখোয়গী পোৎ- চৈদু যোমশিল্লগা জিপ মথক্তা হাপকৎলে। টুরিস্ট খবনা লেপ্লদুনা চঙক্লনা যেংদুনা লৈবি। মখোযগী মীৎয়েংদুদগী নাম্থোক্লগা জিপ মথক্তা কাখৎলম্মী। ঐখোয অহানবদা পুলিস স্তেসন্দা চৎলে অমসুং মফমদুদা নুপী পুলিসতু থল্লল্লগা সান ওফিসাবদুগা লোইননা পুলিস অহুমখক্তা অমুক লাক্লে । মখোয লোইনমক অচম্বা ফিজোল শেৎলি অমসুং মখোযগী জেকেৎ অদুগী মনুংদা অপিকপা পিস্তোলশিং যাওবি হায়বা ঐ খঙলম্মী ।

নুমিৎ যুংবা মতম অদুৱাইদা ঐখোয মেকোং থোং লাম্থোক্লে। অদুদগী অমুক তুবেল ব্রাংমদা লৈবিবা চীং লম্বী অদুদা থৌগৎপা হৌবে । বর্মাবোম থংবা নাকনগী দৃশ্য অদু অসুক্কী মতীক নিংথীজবম্মী। Kunming যৌনবা ঐখোয নুমিৎ হুম্নি চুপ্না থৌবা তাবম্মী ।

এপ্রিল তাং ২৭ তা ঐখোয় Kunming দা থুংলম্মী। কলকাটাদগী হেক লাকপদগী মদুনা ইহান হন্না উবা অচৌবা সহবনি । জিপ্তু Gong Au Ju গী হেদ ক্বাটব নাকন্দা থৌজিল্লে অহিং লেক্লবা গেষ্ট হাউসতা চঙবা তাবে ।

ঐখোয়বু ঙাইবল্লিবা পুলিসতু নহানি। ইংলিস মওং চুম্না ঙাংই, আমেৰিকান হাইফেৎ মাল্লি ।

"হয়েংদি হোং- কোং যৌনবা ঐখোয়না নঙবু প্লেন্দা থাঙ্গৎপীবগনি।" মহাক্লা নোক্লদুনা হায়বকই। "ঐখোয়গী লৈবাক অনিগী মবী ফনা লৈনবগীদমক নহাক্কী নতেং পাংগদৌবিবনি ।

ইমবজেন্সি ত্রাভেল দোকুমেন্টশিং অমসুং চৎকদৌবিবা খোঙচৎ অদুদা চঙগদৌবিবা শেল বৈজিংদা লৈবা স্বেদিস এম্বেসিদগী মাঙজৌননা লাকম্রে।

মথংগী অয়ুক অঙনবদা মিনিবস অমখক গেষ্ট হাউসকী নাকন্দা থাম্লবে। ফিজম শেৎপা পুলিস অনিনা ফুবিৎ থাউদা ব্রাকি- টোকি অমমম হাপ্লদুনা ঐখোয়বু ঙাইবি। জিংহোংদগী ঐখোয়বু ইস্কোট তৌদুনা পুবীবকপা সান ওফিসাবদু বীদাই তৌবল্লে অদুগা এয়াব পোর্টকীদমক খোঙশাল্লক্লে। নম্বব য়াওদবা পুলিস কাব অমা মিনিবস অদুগী মমাঙদা থাল্লে। গাড়ি অনিমক ব্রাকি- টোকিদা এয়াবপোট সেক্যুবিটি ওফিসকা পাউ ফাওনবম্মী। য়াম্না চেকশিন্ন ঐখোয়বু প্লেন অদুদা তোংহল্লি। নোংচুকী নোম্নাদা শেৎ চাবা পুলিসমেন অনিনা ঐখোযবু গার্দ তৌই, মখোয অনিমক মাঙ থংবা সিট পবেং অদুদা ফল্লি। ঐখোযগী তুংদা লৈবা সিট অহুমদি ইহাঙ হাঙনা লৈ। ঐখোয় কনাগুম্বা অমতগা ব্রাবী শাবা যাবোই হাযবসি মাঙজৌননা পাউতাক পীবকপ্রবনি ।

পুং অমা খব হেল্লকপা অদুব্রাইদা বোইং ৭৩৭ অদু হোং কোং তম্না পাইনবগীদমক বন- ব্রেদা অকনবা খোঙজেন্দা চেনবা হৌবক্লে।

লেপ্তুনা পাইবকপা প্লেন অদুনা Kai Tak এযাবপোর্টতা তাবক্লে। নুমিৎ অদু এপ্রিল তাং ২৮ নি। Wan Hsa দগী Ta Mong Long তান্না চীংগী লমদা নুমিৎ তবানি লাক্লবা মতুংনি অদুগা ইন্দো বর্মিজগী ঙমখৈ Longva লানশিনখিবা মতুং চহি অমগা থা তকক নুমিৎ তকক্লি পুবা ফাবে ।

এযাবক্রাফট অদু এবাইবোন বিল্ডীংগী নাকন্দা লেপখি। চাইনীজ ওফিসাব অনিদুনা ঐখোযবু বীদাই পীবগা লোযননা অতৈ পেসেঞ্জবশিংগী মতুং ইন্দুনা প্লেন্দগী কুমথখিনবা খঙহল্লকই। হোংকোংগী আইলেন্দ এযাবপোর্ট মপান্দগী টেক্সি অমা ফাবগা তোংখৎলে । হোংকোংদা নুমীৎ খবনি লৈবমলগা ১৯৮৭কী এপ্রীলদা বেঙ্কোক্তা হল্লকখি । খোংচৎ অসিগী মতাংদা ১৯৮৭কী মে ২৮ অমসুং জুন ৪দা ফাব ইস্টবন ইকোনোমীক বিভীউদা বিপোর্ট মথং মথং ফোংলকখি । লোযননা টিভি দোকুমেন্টবিশিং সুইদেন, দেনমার্ক, নোবব্রে ব্রীটেন, নেদবলেন্দস অমদি জর্মনিদা উৎখি ।

ঐখোযনা চহি অমা মখায হেন্না চৎলুব খোংচৎ, খংদ উদনা লৈবমলবা বর্ম্মাগী পাউদম কযা পৃথিবীগী মীয়ামদা পাউদম পীবা ঙম্বা অসিগীদমক থম্মোইনুংদা কযাগী মতিক নুঙাইজখিবা। ■



Sagolsem Hemant and Hseng Noung (2006)

বর্ম্মাগী লালহৌনুপনা মবাংকাযনা লৈবা অসুকপা জঙ্গল, অব্রাংবা চীংদোল, শাফম লানফম মবক্তা চৎপদা, পোকপগী থা ৬ সুবদা ঙাযবীবী মচানুপীসু লোইনদুনা চৎমিন্নখি। ইন্দিয়াদা লৈবা যাবগী চে চাংগী মতম লোযবদুনা ঙমখৈ লাম্লোক্তুনা বর্ম্ম তন্না চংশিনখী। মতম লোয়ববা চে চাংঅদুনা বর্ম্ম লাম্লোক্তুনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎপা যাখিদে। অদুবু উপাই অমা তৌদুনা মাগী লৈফম বেক্কোক তাননা চৎখি। মদুদা থেংনবকপা উবকপা কযা মীযামদা পাউদম্না লাযবিক্লি। মসি পাউমী অমনা হেক্তা তৌবা ঙমলোইদবা, অকি তুংজুংবনা থল্লবা খোংচৎ অমনি। চহি অনিগী খোংচৎ অসিদা বর্ম্মাগী লালহৌবা অমদি জঙ্গল নত্তনা মপাল লমগী সংসাবগা পাউ ফাওনবা ঙমখিদে।

লাইবিক অসি চেপটব ১৪ য়াওবা ইংলিস লোন্দা ইবা লাইবিকনি। চেপটব ৭ তি অহাম্বা শকক ওইনা ২০০৬ তা পুথোকখ্রে। অনিসুবা শকক ওইনা লেমহৌবিবা চেপটব ৭ অদুসু ময়ামদা থমজবি।

**Eikhoigi Panthung**

ISBN 978 - 81- 907368 - 4 - 8

**Rs. 150/-**